**Sovietki Leibakta** ( *In the Lands of the Soviets* )
a travelogue in Manipuri by
N. Kunjamohan Singh
*First Published* : August 1977

অহানবা ফোঙবা :
আগষ্ট. ১৯৭৭

মখুম য়েকপা :
এ, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

ফংফম :
রাজ ষ্টোর্স
পাউনা বাজার, ইম্ফাল
অমসুং
কংলা বুক হাউস
লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল

নম্ফম :
বরদা প্রেস
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

মমল :
লুপা ৮০

ভারত-সোভিয়েৎ লৈবাক অনিনা

মরূপ-মপাং ওইনা লৈমিন্নরিবসিঙ্গীদমক্তা

হোৎনখিবা মথোয় অদুগী মফমদা

লেখক অসিগী :

চেনখিদ্রবা ঈচেল ( বারী মচা চরোং )

সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরী ( উপন্যাস, হন্দোকপা )

ইলিশা অমগী মহাও ( বারী মচা চরোং )

## তাসকেণ্ট পাংনা

শকহেনবী পালমগা ঐগা শকখংনবা ঙসিনা অহানবনি। চহী খরা অসি ঐ দিল্লীদা ফনা তোয়না লাকথোক-লাকশিন তৌখ্রে, অদুবু অমুক্তা প্লেন্না লাকপা নত্রগা হনবা তৌখিদ্রে। ঙসিদি মীরৈবাক চংলম-দাই অসিদা হেন্দকদুনা শকখংনরে —ইন্টরনেশনেল ফ্লাইটকী লাউঞ্জদা। অদুবু মথৌ চিনবী পালমনি, ঙাইহাক্তং ফম্বিন্নহনা ঘাঋী-ৱাতাই শাবগী মতম মহাক্কী শংদে। পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা চংকদৌরিবা মাত কয়া কুচু কয়াগী মীওই কয়া— মুপী-মুপা অঙাং-অহল কয়া মহাক্না য়েংথোক য়েংশিন তৌদুনা থাখিগদৌরিবনি। অদুনা মথৌ য়াম্না চিন্নি, পোত্থাবগী মতম মহাক্কী শংদে।

এরোফ্লোটকী কাউন্টর অহুম-মরি হাংলি। থবক তৌরিবশিং অদো ভারতমচা খরগা রুশমচা খরগনি। কাউন্টর পূম্নমক্তা ফমা শাংনা কিউদা মুপী-মুপা থায়দনা ময়াম লেপ্লরি। থংনবা ইরান এয়ার-য়েজকী কাউন্টর খরসু লৈরি। মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ অসি অঙকপনি। শোয়দনা চংকন্নি হায়বা থঙনা থঙনা ঙাইঙম্মক্তবস্থ য়াওরকই। করম্বা লৈবাক্কী ওইরিগদবা থঙদে, কুচু-ঙৌবা মুপা অমনা কিউ লৈরিবা অদো করিমতা থৌশাদনা তুংলোমদগী শং হাইগংলক্লুনা কাউন্টর য়ৌখি। মহাক্কী মী উশিং-থওইদবা মতৌ অদো উবদা কুচু-মুব ভারতমচা অমগী পীং লাউবী থোক্লুরমান্লে, হোংচিনখিহনা চিন্দা-পাউদানবত্তা নত্তনা ময়েং-পান্থোম থাঙ্গৎনরুরে। ইকাই-খাঙদগী কুচু-ঙৌবা মুপা অদো

কম্না অচুম্বা শাগদগী হোৎনজে। অদুবু 'সত্যমেব জয়তে'— অচুম্বা অদুনা মায় পাক্লক্লে। কুচু ভোবা মুপা অদো মমায় পুবা ভমদমথৈ থোরক্লুনা কিউগী মমৈদা চংখ্রে। কিউদা লেপ্লা লেপ্লা পৈশা তিংদবা কুম্মৈ অদো ময়াম ভাইহাক মুংভাইনা য়েংই।

বুকিং কাউন্টরগী থবক লোইবগা ষ্টেট ব্যাঙ্কতা চংলে শেল কায়-থোকপা। মীরৈবাক্তা ভারতকী শেলদি চুম্নগী চেজেংনি। অদুনা পাউণ্ড নত্রগা ডোলারদা কায়থোক্লুনা পুখিবা তাই। রিজার্ভ ব্যাঙ্ককী অয়াবা চেয়োল অদো থেভনা লাকপা মরম্না ভবাং কায়বা নংহৌদে। অদুবু য়ানীংভাই লৈতে। ষ্টেট ব্যাঙ্ককী মশা অমা ইন্টরনেশনেল লাউঞ্জগী মচী অমদা কা অমা দখল তৌদুনা অহিঙ-নুংথিল খায়দনা ময়মগী সেবাদা লৈরি। অদুবু ঐনা কায়নীংবতা কায়বদি য়াদে। রিজার্ভ ব্যাঙ্ককী চেয়োল মতুং ইন্না মী অম-মমদা পাউণ্ড ১৮ ফাওবদি কাবহল্লি। ভারতকী শেলদা লুপা ৩৬০ রোম। পীরিবা পাউণ্ড ১৮ অসিনা লৈরকপা য়াবা পোৎ-চৈ লৈরকপা য়াগনি, মতুদগী হেল্লকনু হায়বনি। অদুবু শেনফম অসিনা করিনো লৈরকদবা! রাশিয়া চংকনি তাবদা নরুপ-মপাং মরী-মতা পূন্নমক মরাং হৌখ্রবনি, পাউতাক্কা লোয়ননা গোত্তপ কয়ানি মখোয়গী—"ঘড়ী অফবা অমত্তং ঐগী য়াওরকউ। .. ঐগীদি কেমেরা মচা অমত্তং শোয়রকপা য়াদে।" খরা হেন্না হৈ-শিংবা কনাগুম্বনু য়াওরকখি—"অতৈমক লৈরক্লবনু টেপ-রেকোর্ডর অমদি শোয়দনা লৈরকউ।" পোৎ মচাদগী হেন্দোক্লুনা পোৎচাউ তপ্লকপনু য়াওরকই, "মখোয় লৈবাক্কী ওভারকোট য়াম্না কৈ হায়নৈ। ঐগী অমত্তং য়াওরক্তবা য়াদেকো।" শেনগী য়াদি কনানু পন্নরক্তে, কনানু নীংশিংলক্তে। কায়রিবা শেনফম অসিনা পোত্তপ মরাম অদো নৌহৌননা নীংশিংহল্লকই।

কাষ্টম অমদি সিকিওরিটিগী হোনবী চেকিং পূন্নমক লোইরবা মতুংদা প্লেনদা কাখৎনবা লাউঞ্জদগী থোরক্লে। মপান্দা নোং পুংহাং হাংলম্মে। ভসাই ঐখোয়না এয়ারপোর্ট য়ৌরকপা ফাওবদা নোং চুরম্বনি। ভসি অহিঙগী নোং অদুদি অভকপনি। নহানমথৈ মুংপানা য়াক্লুনা লৈবক্তুগী

লমন শিংবা ওইমা অহিঙ চুপ্পা হৈথখে। মোং ভাল্লকপদা লক্ষী-থোং পূম্নমক ইরং লংতুনা লৈরম্মা। অহিঙ অমগী নোংদা ভারতকী কোনুং দিল্লী মহানগরীনা অতুম হায়না ঈশিংনা তাউগনি হায়বসি খক খল্লুদে। কলকতাগী বাবুদি তায়। ভাবতা নত্তে, হন্দক দিল্লী লাকপগী থোঙচং অসিদা ইমিৎমক্তা উরক্লবনি। পূং অনিথক্তুংগী নোংজুদা ট্রাম, বস, টেক্সি, পূম্নমক অমত্তা চৎপা য়াদতুনা তৌথিবা মতৌ অদো! মহাত্মা গান্ধী এভিন্যুদা ঈশিং খাং য়োবদো! ঙরাং নহাত্মা বৃটিশ সাম্রাজ্যগী অনিশুবা সহরনি হায়না পোঙজরম্বা কলকতাগী থম্মোয় শোকপা মতৌ অদো। উবদা ফ্রেঞ্চ ফিল্ম ডাইরেক্টর অমগী মচীন্দগী থোকখিবগুম্না ঐভোন্দগীসু খঙহৌদনা থোকখি - 'ওহ, ক্যালকাটা!' কলকতাগী ফিভম অতুমক য়োদ্রবসু দিল্লীগী ঙসি তৌরিবা মতৌ অসি হাইফেৎ শোকচল্লে। ঐগী মরুপ অমর গুপ্তনা ঐবু লোবা লাকপদা থেঙমনখিদুনা ঐনা হংঙি—"করিগীনো অমুক য়াম্না থেঙলক্লিবসিবু ?"

"হায় হায়, আর বলবেন না। অমুক হংবিরকনু। খজিক্তা ভায়রম্মী শিরমগদবা। লম্বীদা তৌরিবসিনি, স্লিপ চত্তুনা গাড়ী নালা য়োরম-গদবা খজিক্তা ভায়রম্মী"।

ওইথোক্কনীংঙাই নত্তে। লম্বী-থোং নীংথিনা উত্রে, ঈশিংনা পূংনং লংখে, ড্রাইভরসু অনৌবা মাল্লি। সাউথ এভিন্যুদগী পালম প্লেন-তাফম কাওবা লাকপদো মিহুন থাহুন য়াওদনা লাকখি।

প্লেন অদো ফনা বাংবগুম তৌই। রাশিয়াগী 'ইল্যুসন' হায়বদো ওইরমাল্লে। কাখৎপগা থোঙজিন্দা রাং-চাউরবী খুবোম-খুরৈ ফবী এয়ার-হোষ্টেস অমনা ময়াম্বু ওক্তুনা লৈরম্মী। এয়ার-হোষ্টেস হায়রগা হান্নগী ঐগী ভাবনা শাগৎচবা মূর্তি অদো মহাকপু উবদগী কায়খে। ইণ্ডিয়ান এয়ারলাইন্সতা ঐখোয়না উবদি এয়ার-হোষ্টেস হায়রগা পাতক-চংতকপী থোং-নৌবী লৈরাং-মানবী শানৌশিংনি। এরোফ্লোটকী শানৌসিদি মখোয়দুদগী য়াম্না শাথীনা লাপথোকখে।

ঙাইহাক্কী মনুংদা প্লেন অদো মীনা থনখে। সীট চহমলোম অদো অমত্তা হাঙ্খিদ্রে। জাত কয়াগী মী মখল কয়ানি—কনানা মনাতোন নম্মি কনানা বাংই, কমানা মমিং খুই কনানা লাওই, কনাগীনা মুগুক-মুমবা মশম অদো হাংপা য়াদমথে খোই, কনাগীনা জ্বাই জ্বাই লাউবা সনাগী মচুনি।

পূং মাপনগী অদুরাইদা প্লেন অদো প্যাইগদগী ভংবা হৌরক্লে। ঐগী হন্দকী খোঙচৎ অসি মাপনগী ওইনা তৌই। ইম্ফালদগী ইণ্ডিয়ান এয়ারলাইন্সকী ফোক্কার ফেণ্ডশিপনা ঐবু পুদুনা খোঙশাল্লপদো অমুক্কী পূং মাপনদনি। হাওরাদগী কল্কামেলদা তোংলকপদুস্থ মুমিদাংগী পূং মাপনদনি। দিল্লীদা থুংলবস্থ মুমিদাংগী পূং মাপনদনি। ঐখোয়গী ইবোক্লা পাউ অসি থঙ্লবদি ঐবু চৎহল্লনবগী বা লৈতে। অদুবু কিনিং-ঙাইদি লৈত্রে পাউ অসি মহাক কৈদৌঙৈদস্থ তাবা ফংলরোই। চহী মাপল্লোম শুরে মহাক্লা মহাক্কী মুংশিজরবা মচা-মশু ময়াম থাদোক্লমদুনা কদায়দনো চৎখিবা।

শাংলবা লমজেল অমা চেল্লবা মতুংদা অমুক লেপ্তুনা শাংলবা মুংশাসোর মপী অমা হোন্দোকল্লগা চাউরবা প্লেন অদো শৎ লাউনা পাইখৎলক্লে। পালম, পাক চাউরবী শকহেন্দবী পালম, লৈহৌরে মখল-মথা প্লেন কয়াগা লোয়ননা। অয়াম্বনা লেঙ-লাকপা তৌদনা তুম্মিম্না পোথাদুনা লৈরি. থরনা পাইখৎকদগী শেমশারি, থরমনা পাইথরক্কদগী ফিভম লৌরি। নোং হাংখ্রবস্থ অতিয়াদা লৈচিন থাংলি।

মাইক্রোফোনদা এয়ার হোষ্টেসনা লাউরকই রাশিয়ান লোন্দা, মথংদা ইংরাজীদা অমুক,— "গুড মোনিং লেডিজ এণ্ড জেন্টলমেন ··।" প্লেনগী হৌনবী অদুনি—"ইবুংঙো ইবেম্মশিং, প্লেন অসি তাসকেণ্ট ওইনা মোস্কো য়োগনি। দিল্লীদগী মোস্কো কিলোমিটর লিশিং মঙা-রোমনি। প্লেনগী স্পিদ চাউরাক্লা পূংদা কিলোমিটর···।" প্লেনদা কাখৎলকপা মতমদা খোঙজিন্দা লৈরম্বী থুবোম-থুরৈ ফবী বাং চাউবী মশা তিক্ তিক্ লাউবী এয়ার হোষ্টেস অদু ওইরমাল্লে লাউরিবসি।

মপা অতুগা মেড্‌লিবা খোঙ্গেল অসিগা ওন্তোক্না খেম্নখ্রে। ঐগী মুপা ওইবগী নাকোং অসিনা তাবনবা, মতুদি খংদ্রে।

সীট মখাদা ইখঙ-খঙহৌদনা মৈথু বা বা কারকই। ঙাইহাক মিহুন-খাহুন য়াওদে। সীট মখাদা থম্লিবা ব্রিফ-কেস অদো তাপ পায়দুনা থাঙ্গৎলি, মতুনা কনবা ঙমগদবদৌনা। ঐগী ইতৌ অদো উবদা ইনাক্তা ফম্লিবা পাখংমচা অমি অদো করিমতা খৌপাদনা নোকমি নোকমি তৌরকই, হায়রকই,—"কৈস্থ নস্তে, লৈচিন্নি।" ঐ মুংপাসোর হোইস্তে, খজিক্তা ঙায়রম্মিদো ··! অদুবু ঐগী কনম ওদো কদোমদা তাখ্রবা থিবা ফংদ্রে। বোল-পেন্নি, নোট তৌশিন্নবা হায়দুনা পুরকপনি। মুংঙাইতবা অমগা লে'য়ননা কোয়থি কোয়থি থিরে। হন্দমুকস্থ থংনরিবা পাখং অদুনা তাক্লকই,— "আ মখাদা তারে।"

পাখং অনিদুগা বারী শাবা হোই। মখোয় অনিমক মোস্কোগী পেট্রিস লুমুম্বা ফ্রেণ্ডশিপ ইউনিভর্সিটিদা তম্লি। পেট্রিস লুমুম্বাদা তম্বা ভারতকী ছাত্র-চাত্রী অতৈস্থ প্লেন অসিদা য়াওরি। পেট্রিস লুমুম্বা বিশ্ববিদ্যালয় অসি এশিয়া আফ্রিকা অমদি ল্যাটিন-আমেরিকাগী শোখরিবা লৈবাকশিংগী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা তম্নবগীদমক্তা লিংখৎখিবনি। হান্নদি মসি 'ফ্রেণ্ডশিপ ইউনিভর্সিটি'তা কৌরম্মা। চহী খরা মতুংদা কোঙ্গোগী নীংতম লানগী লুচিংবা পেট্রিস লুমুম্বাবু ফ্যাসিষ্টশিংনা তমথীনা হাৎখিব-দুদগী বিশ্ববিদ্যালয় অসি মহাক্কী মমিংদা থোনখি। হৌজিক মসিদা লৈবাক ৮৭ রোমদগী ছাত্র-ছাত্রী ৪,০০০ দগী হেন্না তম্লি তোঙান তোঙানবা বিষয় কয়াদা।

—"ঐখোয় অনিমক ইঞ্জিনিয়ারিং তম্লি।" ঐগী বাহংগী পাউথুম ওইনা মখোয় অনিনা হায়রকই।

লাপ্তক লৈবা সীট অমদগী মশক-মতৌ ফজরবা তনাপ-তনাপ্পা পাখংমচা অমা হোৌগংলক্লুনা অমগী মনাক্তা অমুক চঙ অমগী মনাক্তা অমুক ফম বা বা তৌদুনা কোয়চং চংলি। ঐবু উবদা ইনাক্তা চঙশিল্লকই, হংলৈ,—"কমদৌবিরি ?"

দিল্লীগী 'ইস্কস' ওফিসতা মহাক্কা থংনখি। কানপুরদগীনি, মমিং অমিত কৌই। লেনিনগ্রেড বিশ্ববিদ্যালয়দা তম্লি। প্লেন অসিদা তোংলিবসি থাইবোক অমদি ভারতকী ছাত্র-ছাত্রী ডাক্তনি। মখোয় সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী তোঙান-তোঙানবা বিশ্ববিদ্যালয় কয়াদা মথক্ল মথা কয়াগী বিষয় তম্লি। সেপ্টেম্বরগী তারিখ ১ দগী স্কুল অমদি বিশ্ববিদ্যালয় পূম্নমক ছুটি থারুবদগী হাংলগনি। ঙসি আগস্টকী তারিখ ৩১ নি। অদুনা ময়ুমদা চংনরুবশিং ক্লাস হাংবা নংনবা হন্নরিবনি। অমিতনা হায়,—"সোভিয়েৎ সরকারনা ঐখোয়দা পীবা বৃত্তি অদুদগী ঐখোয়গী চান-শেংনবা খরচ তোখ্রগা লেমহৌবা শেল অদু ভুংশিল্লগা চহী অনি অমি থুদিংদা য়ুমদা লাকপগী খরচ লেম-পানা কোম্লে।"

থোংনাউদা য়েংথোকখিবদা মঙং অমা তৌরম্লে। অশংবা নত্তে, শংবাম্নবা লবুক-লম্পাং—ঈমায় চোল্লবা পাৎ-তুরেল্ কয়া চেদা য়েকশা লাইগুম মখাদা উরি। অদুদগী লৈচিন—লৈচিন নত্তে, কাপথোক্লবা ভোগ্রো ভৌবা লশিংগী মপৈ মপৈ। মাইক্রোফোনদা করিনো অমা লাউরকই। শেংফাত্তুনা মরোল অদো লৌবা ঙমগৌদ্রে। প্লেন অদো খংহাই হাইরকই। স্বাট লাউট, ভুমাং অনপ্পা কাংই। নত্তে, কৈসু তৌদমাল্লে। থোংনাউদা নুংশাগী মঙাল চংকই। ঐনা ফম্নিবসি ওয়রোম থংবগী থোংনাউ মপান্দনি। অদুদ প্লেন অসি নোংপোক হায়ম পাংল্লিবরা? পাকিস্তানগী মথক্তা পাইরোইদৌরিমাল্লে। অদুনা ওইরমাল্লে নোংপোক্রোমদা চাইরিবসি। অদুবু নোংপোক্রোমদা য়াম্না হাইজিনবদি য়ারোই, রাশিয়াগা থাঙ শংনরিবা চীনা অমুক লৈরি। কাশ্মীরগা পামীরগা অনিগী মরক্তা পাকিস্তান অমসুং চীনানা য়োদবা ভারতকা আফগানিস্তানগা চাইনবা লম মচেং অমা লৈরিবা অদুগী মথক্তা পাইগদৌরিমাল্লে।

মখাদা মপান নাইদ্রবা সমদ্রু উরিবসিনা করিনো! হিমালয় চীংজাউ লৈতেম মান্নখিদ্রুনা নত্রগা নমথখিদুনা সমদ্রু ওনখ্রবরা! নত্তে, নংলমদ্রে। হিমালয় চীংশাংগী মপা য়ৌদ্রি। মখাদা হৌজিকসু উরি

লৈচিন-লোংকাই থাংদবা মফমদা অরাং-ভারতকী লৈতেম মাম্নবা লমদম।

প্লেন অসি এয়ার প্রেসারাইজ তৌবনি। অদুনা অতুক বাংনা মিটর লিশিং মডাগী মথক্তা পাইরবা ফাওবদা হকচাংদা করিগুম্বা মুংঙাইতবা অমত্তা ফাওদে। মনুংদা থোইনসু ঈংদে, থোইনসু শাদে। ঙসাইরাই হকচাং য়াম্না নুংঙাইরমদবদো হৌজিক্তি খরা করে। প্লেন মনুংগী অঈং-অশাগা পররুরমাল্লে। অসুম ফবিথ্রবদি নুংঙাইথ্রিদা! ঙরাং অহিংদি চান্নবা টেম্পারেচর হাইগৎলকপহৃদা নুংশা থীরুম্লবনি। চৎপা ঙম্নরোইদবোই থল্লুরবনি। তারিখ ২৪ দা বাংলাদেশকী মথক্তা পাইরকপা মতমদা প্লেন অদো শাথানা রাংমনখিদুনা য়াম্না অঈংবা নুংশিৎকা লেংনরকখি। ঙরাং নহান্তা তারিখ ১৫ দা বঙ্গবন্ধু শেখ মজিবুর রহমান হাংখিবদুগী চেকশিনবা ওইনা য়াম্নিবমথৈ রাংনা পাইবা ওইরম্লে। ঙাইহাক্কী মমাংদা শিলচর এয়ারপোর্টতা হুমাংনা জু জু শিন্থরক্লিবনি। পুংথাই অমগী মনুংদা ত্রৎ ত্রৎ চিংশিল্লকপদুদা তোং-মিন্নরিবা অয়াম্বদি প্লেনগী রেক্তগী কম্বল লৌথনদুনা শুপ্লখি। ঐখোয় খরদি অঈংবা অদু উশিৎলুদ্রে। মদুগী মহৈ অদু দিল্লী য়ৌবগা অদুম ফংলে, থান্দনা লাতোন মগী শিন্থরক্লে। ঙরাং অহিংদি চান্নবা টেম্পারেচর লাকখিবদুনি।

মথাদা চীংশাং মরোল মরোল উরক্লে। হিমালয় চীংশাং ওইরমাল্লে। হিমালয়, হে নগাধিরাজ! নঙগী রাংলবা চীংলোন ময়াম অসি মতম অমদা লল্লোনবশিংগী ক্যারাভেন ময়াম্না লান্নবা হোৎনবদা কোরৌ শিংবুম কয়া, লোইদাম থাবুম কয়া চংখিবা! চপ য়ুংনা ঙম্নবা উনগী মপৈ মরক্তা অরাবা কয়া পুদোশিবা কয়া নংখিবা! ঙসিদি ঐখোয়না কয়া মুংঙাইনা মিৎকুপ খরগী মনুংদা নঙবু লাল্লি। চাওখৎলবা মাওইবনা তৌরিবসি উবদা নঙসু ঙক্লমগনি!

ঙসাইমথৈ উদবা এয়ারহোস্টেস অমা থোরক্তুনা চান-থক্নবা য়েনবা হৌরক্লে। মহাক্না অমুক হেল্লি নোয়-চাউবা খুরোম-খুরৈ ফবা। মশক্তি ঙসাইগী অদুনা হেল্লি। মখোয় অনিমক ডাওজুনবা ইউনিফোর্ম শেৎলি।

মখোয়গী ইন্টরনেশনেল ফ্লাইটকী মচুনি। ওসাইগী মশক খরা ফজবী অতুসু য়াওররে। সুপ্পা অমগসু। খুৎনা ঈনবা ট্রৌলি-মচা অমদা চাম-খক্লবা ময়াম অতুগা ট্রে, চামচ, কাটা-চামচ ময়াম অমগা হাপ্চিন্দুনা ময়াইগী লম্বী অতুদা ইন্দুনা পুরকই। কুইহৌদে অতুক য়াম্বা মীয়াম অদো মথং মথং যেনবা থুংখি। কেক, বিস্কুট, চা, সোফ্ট-ড্রিঙ্ক, হৈত্তুপ .....। মী পূম্নমক ফনা ফজনা তকশিন্নৈ। য়েৎলোমগী সীট পুরেংদা ফম্লিবা রাশিয়ান ইমুং অতুগী মপা-মমা-মচা অহুম অতু ফনা শীংখিনা হাইজল্লি, অমত্তা লেম-পাহন্দে। ইনাক্কী পাখং মচা অনিতুসু থাগৎপা য়াই। ঐদি মতাং অসিদা পাওদবা হায়বদো ওইরে।

ওসাইমখৈ উরুদে, এয়ার-হোস্টেস মশক খরা ফজবী অতুগী ময়া অমা সনানা হাজং য়ৈ হায়বা। য়াদা সনাগী হাজং য়ৈবসি সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা য়াম্না পাম্নৈ হায়না তাখি। মতুগী খুদম ফংলে। মহাক্তা শত্তে, মতু-মচা লোয়নরিবা রাশিয়ান সুপা অতুসুনি।

চাকথাউগা মিংকা অনিগী মরী অসি য়াম্না নক্নমাল্লে। চাক-থাউদা পোৎ খরা তাথ্রবদুদদি মিৎশিং অদো উইথরক্লে। ওসাইদগী অতুমত্তা ভাওচুনা লাক্লিবা ঐগা থংননা ফম্লিবা ছাত্র অনিতুসু হন্দক্তি তূমিন্না লৈখ্রে।

চারি থক্লিভৈদা কারাকোরাম চীংলোন ময়াম করম্বা মতমদা লান-খিবনো খঙহৌদ্রে। মাইক্রোফোন্দা লাউরকই—"ঐখোয় হৌজিক সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী লমদা লানশিল্লে।"

অদুবু চীংলোন ময়াম লানবদি লোইদ্রি। ঈথক-ঈপোম মাইনা লৈরি চীংলোন কয়া। হন্দক্তি চীংলোন ময়াম অসি মওং অমনি। চীংদোনশিং অদো লুপাগী লল্হুপ উপ্লি। লুপাগী লল্হুপশিং অতু সুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা লংত্রিক লংত্রিক লংলি। ওরাংতা সোভিয়েৎ ইউনিয়নদগী হল্লকপা মরূপ অমনা কন্না হায়রকই,—"হিন্দুকুশকী চীংদোন্দা মণি-মুক্তা ময়াম্না লৈতেংলিবদো শোয়দনা য়েংঙুকো।" মরূপ অদো কবিনি। হিন্দুকুশকী ফজনসি মহাক্তি ফজনা থাবা ওমগনি। ঐদি কবি নত্তে, ফজবসি উরগা 'ফজখ্রেদা' হায়বদগী হেন্না ফজরবু শাংখানুনা ফোওদোকপগী

য়াহৈ ঐগী নৈজদে। চীংদোন্দতা মত্তে, চীংচেপ্তস্থ ইভৌ ভৌরি, মণিমুক্তা চেম্বরল্লিমাল্লে।

নোংথক্তা শংবানবা অতিয়া মুমিদাংগী মতৌগুম ওইখ্রে। থা ওইরমাল্লে। মানি, থানি, মচেক শাবা থা—শংবানবা অতিয়াদা ফজনা ময়েক শেংনা উরি, ঐখোয়গা চৎমিন্নরি, ঐখোয়গা লমজেন তান্নরি।

হন্দক্তি চীংলোন ময়ামগী মচু ওনখ্রে। মঙ্গে মচু ভাক্তা ভায়খ্রে। সেন্ট্রল এশিয়াগী মরুভূমিগী লমনি। নৈভোইগী ঈপোম মথক্তনি ঐখোয়না পাইরিবসি। মপান নাইদ্রবা নৈভোইগী ঈথক-ঈপোন্নি। অতিয়া শিংখোং তান্না মল্লি মল্লি ইকোয়-কোয়না শন্দোকখি। অতিয়া শিংখোংদি ভাল্লি। অঙানবা অতিয়া শিংখোংগা শংবানবা অতিয়াগা অমুক শন্নখ্রে।

পূং তরামাথোই মথায়রোম তারে। তম্পাক্তী লম উরে। উজ-বেকিস্তানগী তম্পাক ওইরমাল্লে। য়োদোরমাল্লে, অতুবু অমুকস্থ উনগী চীংদোন পরেং অমমুক। তিয়েনশান চীংশাংগী চীংদোন্নি।

হন্দক্তি পাক্লবা তম্পাক উরে। এয়ার-হোষ্টেসনা মাইক্রোফোনদা লাউরকই,—"লেডিজ এণ্ড জেন্টলমেন, প্লিজ ফেসেন ইয়োর সীটবেল্ট। সীটবেল্ট ফাজিনবিয়ো। মিৎকূপ খরগী মন্মুংদা প্লেন তাসকেন্টতা তারগনি। সিগরেটনা চিংবা মুথৎপিয়ো।"

প্লেন নেমথরক্লে। মথাদা লৌবুক উরে—ফৈদোম চাউনা-চাউনা ময়ুং শাংনা-শাংনা, লৌরী চুমদ্রিং চুমদ্রিং। ঐখোয়গী লৌরী ময়ান্না লাং থাকপা ফৈদোম মচা-মচাগী লৌবুকশিং অতুগা কয়া খেন্নখ্রবা। লৌবুক ময়ায়দা চেল্লিবা তুরেলশিং অসি ফাওবা চুমদ্রিং চুমদ্রিং। তুরেল নত্তমাল্লে, ঈশিংখোং ওইরমাল্লে। লম্বীস্থ চুমদ্রিং চুমই। লম্বীগী নাকল অনিদা চাকখোংবী শান্নবগী ফজ-ফজরবা য়ুম ময়াম অমা উপু খিনবদোনা মফম কয়ামুক্তা পরেং পরেং খিন্দুনা থল্লি। করম্বা হৈ-শিংলবা অভাং-শিংনা শান্নরিববু ওইরিগবা!

প্লেন অদো গ্রোং-গ্রোং তৌরকই। তোংলিবা ময়াম অদো মন্নিৎ-মনা ইথক-থকৎনৈ। ইমাইপেমা, খজিক্তা ভায়রম্মিদো···! অমুকস্থ

দক-দক শুগাৎ-শুদা তৌরকই। ময়াম অদো অমগা অমগা য়েংনৈ, নোকফেৎ-মোকফেৎ তৌনৈ।

হন্দক্তি মশীং লাকওমদবা উপূ ময়াম অমা পাক-শম্না খিন্দুনা লৈবা উরে, মগুং-মতৌ বাং-চাউবা অমগা অমগা থোইনা থেম্নদে। তাসকেন্ট সহর গুইরমাল্লে। মানি, শোয়দ্রে তাসকেন্টনি, উজবেকিস্তান রিপাব্লিক্কী কোন্নুং, তাসকেন্ট।

## তাসকেণ্ট

পাক-চাউরবা প্লেন-তাফম অদো প্লেন্না পুংথন থল্লি, প্লেনগী প্লেন ভাক্তা, মশীং থীঙমদে। মওং মওংগী প্লেন্নি—মশাদা মুংশিৎ মপী পানবা পান্দবা, মুংশিৎ-মপী অনি পানবা মরি পানবা, মমৈ নেম্না পানবা বাংমা পানবা,—য়াম্না চাউবা, ময়াইরপ চাউবা, অপিকপা - মচুমু জাৎ জাৎ। অয়াম্বনা পোথারিমাল্লে তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরি, থরনা পাই-থৎকদগী তৌরি, মথক্তা থরমনা পাইথরক্লদগী কোয়রৈ লৈদুনা লৈরি। ঐখোয়গী প্লেন অসিসু মাগী লেপফম তাম্না তপ্না তপ্না চৎলি। ফমা শাংমা চৎলগা লেপফম য়োরমাল্লে লেপখ্রে।

সিড়িদগী কুমথবগা শাংলবা বস অমদা কাখৎলে। বস অদো মবুক থনবগা মতোমতা খোঙ লোনশিনজখ্রে, কণ্ডাক্টর-কা য়াওদে। বসকী মাকল অমদা গলাবন্দ-কোট লিক্তুনা ফনি বোরা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক আসামগী কমিউনিষ্ট নেতানি। নীংথিমা খগেনদ্রবসু শক মখৈদি তোয়না উনখ্রবনি। ঐবু উবদা নোকমি নোকমি তৌরকই। ঐসু মনাক্তা চঙশিন্দুনা বারী-বাখোং তৌরুই। মহাক বুদাপেষ্ট চৎলিবনি কনফারেন্স অমগী। ইন্দো-সোভিয়েৎ কলচারেল সোসাইটিগী প্রেসিডেন্ট কে-পি-এস মেনন অমসুং জেনেরেল সেক্রেটারী লিট্টো ঘোসসু প্লেন অসিমক্তদা মোস্কো চৎকনি হায়বনি। অদুবু মখোয় অনিদি উদে।

এয়ারপোর্টকী চাউরবা শঙ অদুগী অহানবা কা অদুমক্তদা চঙবগা মী পুম্নমক পন্দুনা লৈরে। মী পুম্নমক চেক তৌখিবা তারি। সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা চঙবা মতমদা মী খুদিংমক য়াম্না ফজনা কুপ্না চেক তৌই

হায়না তাখি। মদু হেন্না হায়জিনবা ওইরমদ্রে। মসিগী মরমসু লৈবা জাৎনি। কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংনা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক অসি পোকপা সুমিন্তগী হৌদুনা ভকথী চপ্লুনা হাৎমনবা শরৌ শীন্দুনা লাকপসি ভসিসু লেপত্রি। অদুনা চেকশিনবা তাবনি। কা অদুগী নাকল অনিদা কাউন্টর মরি-মঙা হাংদুনা নাকল অমদা কাষ্টম্‌স্‌কী ইউনিফোর্ম শেৎপা কাঙবুনা পাশপোর্ট-ভিসানা চিংবা চেক তৌরি, নাকন অমদনা হেলথ-সার্টিফিকেট চেক তৌরি। পাশপোর্ট-ভিসাগী কাউন্টরদা লৈরিবা শিংদো মুপা ভাক্তুনি, অদুগা হেলথ-সার্টিফিকেটকী কাউন্টরদা লৈরিবশিং অদুনা মুপী ভাক্তুনি। মুপীশিং অদো লোইনা নহানি, লৈশাবী নত্রগা মৌনহা ওইরম্বা য়াই, মশা-মঙ ফৈ, মশক-মতৌ ফজে।

মথং মথং চেক তৌনবা লোইনরক্লে। ঐখোয়গীসু পাল্লি লোইখ্রে। অদুবু ঐখোয়বু ওকপা কনামতা লাকপা লৈখিদ্রে। লৈরিবা মীশিং অদুদা হায়রুম্রে। মখোয়সু করিমতা হায়বা ভমদে। অসিমতংদি হায়, ওকপদি লাকফম থোকপনি। মখোয়দা য়াম্না শন্দোক্লা হায়রুবসু ভমদ্রে। মরমদি মখোয় ইংলিশ নীংথিনা খঙদে। 'ডোন্ট ৱারি, ৱেইট' তগী হেন্না হায়দে। ফনি বোরাদা হায়রুম্রে। মহাকসু হায়,—'হোয়নে লাকফম থোকইনে।' অদুবু মহাকসু মদুদগী হেনব ভমদে। মহাকসু লোনগী মতাংদদি ঐখোয়গা অন্দানি। ভাইহাক লৈরগা মহাকসু চৎখ্রে। কমদৌনি, ঐখোয়না করিসু তৌবা য়ারোইদবনি; মখোয়না তৌ হায়বদুতা তৌরগা লোইরে হায়দুনা ঐখোয় অনি চৌকি অম-মমদা ফমথরে।

ঐগা চৎমিন্নরিবা মরূপ অমর গুপ্ত ত্রিপুরাগীনি। মহাক ত্রিপুরা প্রদেশ কংগ্রেসকী জেনেরেল সেক্রেটারী ওইরি। চয়োলগী ফোঙবা পাউজেল-চে অমসু সম্পাদন তৌরি হায়। মণিপুর অমসুং ত্রিপুরাদগী পূম্না ঐখোয় অনিনা শাবা ইন্দো-সোভিয়েৎ কলচারেল সোসাইটিগী ডেলিগেসন্নি ঐখোয়না চৎলিবসি।

অমর গুপ্তগা ঐগা বাংলালোন্দা ৱারী শাবা তাবদা সুট-টাই তৌবা পাখংমচা অমা চঙশিল্লক্লুমা য়াওররে। সেন্ট্রেল-এশিয়াগী

কদায়দনো মহাক ইঞ্জিনিয়ারিং তম্লি। রাঙাংদি হৌজিকসু নোংগোক-বাংলাগী 'কিত্তা-কোরি'দা অদুম লৈরি। ঐনা ফনা কয়া কলকত্তাগী লোন্দা ভাঙদুনা হোৎনৈ, অদুবু ৰায়দে। মহাক্কী লাইরিক তম্ফম অদু তাম্না চৎনবা হোরেন সুমিদাং ফাওবা মহাক প্লেন ভাইগদৌরিবনি।

অসোমদা হেলথ-সার্টিফিকেটকী কাউন্টরদা ফম্লিবী নুপীশিং অদুগা ভারত্তগী ঐখোয়গা তোংমিন্নরকপা নুপী-অঙাং খরগা কুম্মৈ থোক্লরে। লোন খঙনদবগী কুম্মৈনি। অমনা হায়বা অমনা ভাব তাদে। মখোয়গী মতৌ অদো উবদা ঐখোয়গা তোংমিন্নরকপী মনাতোন তুম্লবসু রাশি লৈবী মৌনহা নত্রগা লৈশাবীদো লৈবা য়ারক্তু মাল্লে। লাপ্তক তৌনা ফম্লম্বদগী হোৎচিল্লক্তুনা রাশিয়ান অমুক ভাঙ ইংরাজী অমুক ভাঙ মতেং পাংলরে। মহাক্কী ফজরবা ইংরাজী অদো তাবদা মশক অদো অমুক হেন্না ফজথোরক্লে। কুচু থোইনা পাঙদ্রবসু শেৎলিবা মঙ্গে-মচুগী বেল বোটম সুট অদো মঙোন্দা কয়া পকচখে।

মফম অদুদা থবক তৌবা নুপা অমনা ঐখোয়গী পোৎচৈশিং পুরক্তুনা পীরে। মহাক্কী মতুং ইন্দুনা ঐখোয় অতোপ্পা কা অমদমুক লাক্লে। মফম অদুদা ফোরেন এক্সচেঞ্জ অমদি অতৈ করি করি য়াওরিবা হায়বদু ফোর্ম অমদা ডিক্লারেসন অমা তৌরম্লগা অমুক থোরক্লে। মপান্দা হেক থোরকপগা মখাদগী নুপা অমা মাঙ্গোল তান্না প্রপ-প্রপ চেনখৎ-লকই,—"ইস্কসকী ডেলিগেট ওইবিরবা? ঐ ফেণ্ডশিপ হাউসকী সেক্রেটারীনি। ইমিং রিখসি বুরিখজায়েভ কৌজে। ফ্রেণ্ডশিপ সোসাইটিগী প্রেসিডেন্টকী তরফতগী অদোমবু ওকপা লাকচরিবনি।"

খুৎ শোক্সরে। ঐখোয়সু ঐখোয়গী পরিচয় পীরে।

নুপা অমসু প্রপ প্রপ চেনখৎলকই, ভারতমচা মাল্লি। তফিং তফিং হংলৈ,—"অঙাং খরগা মখোয়গী মমাগা মনুংদা লৈহৌবা থেংনবিরকপ্রা?"

মনুংদা হেলথ-সার্টিফিকেট চেক তৌফমদা তৌহৌরিবা কুম্মৈদো নীংশিংলকই, খুমই,—"নুংশা থিবিরুসু, লৈহৌবনি।"

কারদা ঐখোয়গী পোৎচৈশিং অদো হাপচল্লগা ঐখোয়সু কাখৎলে।

য়িখ্ সিনা হংঙকই—"ইজ ইট ভেরী হোট, য়াম্না শারত্রা ?" মহাক ইংলিস ফজনা ভাঙই।

মফম অসি ঈংলমগনি খন্দুনা ঐখোয় অনিমক কোট লিংলকই। অদুবু হৌজিক্তি কোট লৌথোক্ত বদি য়ারোইদৌরে। মদু য়িখসিনা উরমাম্লে। ঐনা খুমই,—"থোইনা শাবদি নত্তেদা। দিল্লীগা অক্মা ওইগনি।" তশেংবসু দিল্লীগা হাইফেৎ মান্নবা শাই।

কারগী মনীংদা অমরগুপ্তগা ঐগা, মমাংদা ড্রাইভরগী মনাক্তা য়িখসি। পাক্লবা লম্বীনি, য়াম্না লূই, য়াম্না মাল্লি। লম্বীগী নাকল অনিদা পরেং শানা উপাল রাপালমা অশংবা মনাগা জুম জুম লাউনা হৌরি। মথোল কয়াগী রাংল-রাংলবা য়ুম-কৈনা লম্বীগী নাক-য়েত্তা য়াম্না লূনা মাম্না চীংলেম্না লেপ্পুনা লৈরি. অমগা অমগা নকশিন্নদে। অকোয়দা লৈরিবা হৈকোল লৈকোলশিং অদুনা য়ুম-কৈশিং অদুগী লৈতেং ওইবত্তা নত্তনা মখোয়বু তগৎ তগৎসু তেকথৎহল্লি। য়াক্লবা মুংশাগী মৈশাদো অশংবা উনা-রানা অমদি লিরি শিৎলিবা মালংবগনা লোক্লি। লম্বীদা গাড়ী কয়ানি কন্না কন্না থোন্থনা চৎলিবা—কার, টেক্সি, ট্রাম, বস, ট্রোলি-বস—লোইনা য়েৎলোমদা থৌরি। ঐখোয়গী লৈবাক্তা তৌবদৌনা ওয়রোমদা অমত্তা থোদে। খোঙমা চৎপী মী কয়াসু য়াওরি, লোইনা মশা-মঙ কৈ, মফি মরোল নীংথিনা শেৎলি—শোল্লি মাল্লিবা খোঙথাং, হেন্দ্র-নাহেবো মায়থোং অমত্তা উদে।

য়িখসিনা হায়রকই,—"ঐখোয়গী তাসকেন্ট সহর অসি সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মোংপোক থংবা স্নথোঙ ওইবত্তা নত্তনা শান্তিগী সহরনি হায়নসু চাউথোকচৈ।"

চুম্মি, চাউথোকপা য়াই। পৃথিবীগী রাথোক লান্তোক কয়া, নিংঙাই-শংঙাই কয়া সহর অসিদা ভাইশিন্নখিবগী রারী ইতিহাসনা সাক্ষীনি। চহী তরাগী মমাংদা ভারত-পাকিস্তান, লৈবাক অনিসু মকম্থি থোক্লমখৈ ফুগাইনক্লগা সহর অসিদা লাক্তুনা শন্দাইমখি, মথুৎ অমুক শোক্লখি। ভসিসু তাসকেন্টকী মমিং হেক পনবগা ভারতমচা ঐখোয় খুদিংমক্তা

হেক্তা মীংশিংলকই ঐখোয়গী প্রধানমন্ত্রী ওইরম্বা লালবহাদুর শাস্ত্রীবু। ইংশোক ১৯৬৫ গী জানুৱারী তাং ১০ দনি সহর অসিগী মতম্বাক্তা শান্তি পাম্বা ভারতকী ফিদম পৃথিবীগী মমাংদা উৎলম্লগা শান্তিগী দূত, ভারত মীয়ামগী মুংশিজরবা প্রধানমন্ত্রী, লালবহাদুর শাস্ত্রীনা অরোইবা য়াইপ তারখিবা। শান্তিগী সহর অসিনা শান্তিগী দূত অদুবু হৌজিকসু মতম পূম্নমক্তা নীংশিংলি, শাদুনা থম্লি শাস্ত্রী-নীংশিং-শঙলেন— শাস্ত্রী-ভবন।

রাং-চাউরবা দলান অমগী মমাংদা ঐখোয়গী গাড়ী অদো লেপ্লে। হোটেলনি, উজবেকিস্তান রিপাব্লিকী খ্বাইদগী চাউবা হোটেলনি— মমিংবা 'হোটেল উজবেকিস্তান'। মসিদা ঐখোয় 'লঞ্চ' তৌখিবা তারি। হোটেলগী মখাগী ফ্লোরদা লৈরিবা রেষ্টোরাঁ অদো য়াম্না চাউই, অদুবু মীনা পিক থল্লি। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা জাত কয়াগী মী কয়া মফম অসিদা তিল্লি, পূন্না চামিন-থাকমিন্নরি— রুশ, ইংরাজ, জাপান, জর্মান অফ্রিকান, ইণ্ডিয়ান ...... ...... ...... লোইনা পূল্লে মফম অসিদা।

অহাঙবা টেবল অমা লৈরম্মী। মতুদা চঙদুনা ফমথবগা রিখসিনা হংলকই,—"করি করি হাবিগনি— শা, ড্রা, হার্ড-ড্রিঙ্ক, চা, কোফি .. ?"

"হার্ড-ড্রিঙ্ক ঐখোয় তৌজদে। শাসু ঐখোয় হৈনজদে।" ঐখোয় অনিগী অপাম-পামদবদো ফোঙদোকই।

মুপী অমা চংঙকপগা রিখসিনা চান-থক্লবশিং অদো হায়খ্রে। হোটেল অসিদা থবক তৌরিবশিং অসি অয়াম্বনা মুপীনি, মুপা পংউ-উদে। রেষ্টোরাঁ অসিগী মনুংদা লৈরিবা টেবল-চৌকিদগী হৌদুনা থবক তৌরিব-তৌরিবীশিং পূম্নমক লোইনা নূ-নাল্লি।

রিখসিনা হোটেল অসিগী মরমদা রারী লীবা হৌরকই। হোটেল অসি শাবা কুইদ্রি। ইংশোক ১৯৭৪ দা উজবেকিস্তান রিপাব্লিকী চহী ৫০ শুবা কুমওন পালন তৌবগী উপলক্ষ্যদা রিপাব্লিক অসিগী খ্বাইদগী চাউবা হোটেল অসি শাবনি।

হোয়, ইংশোক ১৯১৭ দা কমিউনিষ্ট বিপ্লব তৌদুনা সোভিয়েৎ

ইউনিয়ন শেমখি অদুবু উজবেকিস্তান রিপাব্লিক্না চহী য়াংখৈ শুবদি হাকুমতনি। মরমদি ইংশোক ১৯২৪ গী মমাং ফাওবা উজবেকিস্তান অসি তুর্কিস্তান রিপ্লাব্লিকী মনুং চন্দুনা লৈরম্মী।

হোটেল অসি কা চামঙা লৈ, মখোল তরা-তরেৎ শুই। যুমদোন্দা কাখৎলবদি তিগ্নেনশাং চীংশাংগী চীংদোন্দা অঙৌবা উন্না কূপ্লিবদো লংত্রিক লংত্রিক লংনা উই।

চাক-থক্লবা য়োম্বক্লে। তল মখল অনি-হুম, ঙা মথেল অনি-হুম সলাদ, সুপ, হৈ-বা ………। পৈশিল্লরিবদো উবদা অকিবা অমা পোক্লে। মশানস্থু ঐগী চাকথাউ অসি য়াম্না চনজদে, অদুগী মথক্তা হকচাংগা ঙমদ্রে, অরাবা অমা ওইনা থোক্লে। অরেম্বদা য়াম্না মাঙবা তারেদা! ঙা মচেৎ অমা মীগী মতৌ য়েংহুনা কাটা-চামচ পায়বা হৈবোই-হৈতবোই য়াদা হুকচল্লি। শন্নামুক্তা ঙায়রম্মী ময়াম মমাংদা চোপকদবা। কদাইদগীনো থুক লাউবা অমা পোক্লকই। চক্ষুৎ ওইব-শয়া করিননো, কল্লবা ঙাহিং-শাহিংগী মনম অমা ফুং লাউনা ফাওরকই। হুমাং অনপ্পী কাংভি। ঈশিং অচম্বা লৈরগদি থরস্থু ফগদবা, মহুনা ঙাইহাক্তুং খোয়দো ক্ষাবা য়াবরা য়েংগদবা। অদুবু লৈবাক অসিগী হোটেল রেষ্টোর্যাঁদা ঈশিং অচম্বদি নামুংবা পোৎনি। ঈশিং অচম্বা লৈবাক অসিদা থক্লদে, ঈশিংগী মহুত্তা মিনারেল বাটর নত্রগা বিয়ার। ঈশিংগী মহুত্তা মখোয়না শীজিন্নরিবসি মখোয়দদি য়াম্না কান্নরম্বা য়াই. অদুবু ঐখোয়দদি অরাবগী মশক্নি। অমর শুপ্তস্থু পংহুক হুকপা ঙমদ্রে।

চাবা লোইরগা হোটেলদগী থোরক্লে।

হোটেলগী মমাংদা লম্বীগী বাংমদা লৈরি পাক্লবা স্কোয়ার অমা—স্কোয়ার-ওফ-রিভোলিউশন। মমিং তাবদা পুক্লিংদা থুক লাউবা অমা পোক্লকই। পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউরবা বিপ্লব অদুগী মফমদা ইকোক অসি খঙহৌদনা মতোমতা নোনখি।

স্কোয়ার অদো লাম্লগা লৈরি অচৌবা পার্ক অমা—মমিং গোর্কি পার্ক। ঙসি থাংজনি, ছুটিগী মুমিৎনি, অহুনা মী ফমা য়াম্না তিল্লি পার্ক

অসিদা। উপাল-য়াপাল হৈরাং-লৈয়াংগী ঈংলবা উরুমদা থারিবা কামশিং অদুদা ফমদুনা কয়ানা পোত্থারি, খরনা কোয়চৎ-চত্তুনা মিৎকী অরাম খোইরাং কোকহল্লি। মমা-মপা কয়ানা মচাশিং পুরক্তুনা শাম্নহল্লি—শগোল তোংবী, হয়িবাংদোং, প্লেন পাইবী, মচাশিংনা হয়াওরগা মমা মপাশিংসু থুবাক খুদুনা হয়াওরি। লাপ্তুক তৌনা মাইক্রোফোনদগী ওপ্পা ঈংনা উজবেক মিউজিকী স্বর লাক্লি। পার্ককী ময়াম্ ওইরপ্পা মূর্তি অমা লেপ্তুনা লৈরি, সোভিয়েৎ রাশিয়াগী অথোইবা লেখক গোর্কিগী মূর্তি। খরা চৎলগা চুথেক নাইবা নুংগী ফম্বাল অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈরি মূর্তি অমগা, কার্ল মার্কসকী মূর্তি—পৃথিবীগী তোল্ল-তারবা লৌমী-শিন্নমীশিংগীদমক্তা ইহান-হানবা ওইনা থৌনা ফনা বিপ্লবকী খোল্লাউ লাউরম্বা কার্ল মার্কস। চুথেক নাইবা নুংগী ফম্বাল অদুগী মাইকৈ মরি-মক্তা ইরি মালেমগী লোন কয়াদা—Workers of the world, unite—পৃথিবীগী থৌমী পুন্নমক, পুল্লো।

ভাইহাক কোয়চৎ-চল্লুনা য়েংই। মী ময়াম অদুগী ফিজোল মথল মথাগীনি, শক-চুসু জাৎ-জাৎনি; কনানা ভৌই, কনামা মুই, কনানা কুলৈ কুচুনি। টুপী উপ্লি কনানা, লৈরোং ফজনা য়েকপা উজবেক টুপীনা অয়াম্বনি। মখোয়গী লমনি অদুবুদি।

উজবেকশিংগী শক-চু অরাং ভারতকী দিল্লী পঞ্জাবকী অকোয়বদা লৈবা মীশিংগী শক-চুগা হাইফেৎ মান্নে, উজবেকশিংনা ভৌবা খজিক্তংদি হেল্লি। ঐগী মরুপ অমরবাবুগী কৈজোম-পুংয়াৎ-গলাবন্ধ-কোট অদো অউবা খুদিংমক্না ওনশিন্দুনা য়েংঙমদবা য়াওদে। মোকফেৎ তৌরম্লগা মমায় লৈথোক্তুনা চৎনখিবসু য়াওই। তিল্লিবা মী পুন্নমক লোইনা মশা নাল্লি হায়বদি য়াদে। মকম অমদা উজবেকী মরাং মরাংবা ফিজোল, জোন জোন লাউবা ফুরিৎ, সেলুরার মানবা খোঙগ্রাও শেৎপা, ফরগনা টুপী উপ্পা, খরা অহন ওইরবা মতৈ-মনাও অমা পোৎয়োম অমা পায়দুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। রিখসিদা ঐনা হংভি,—"মখোয় অসি খুজংগী মী মাল্লিদা।"

"মামি।" খুম্লকই হিথসিনা।

খুঙ্গংগী মীগা সহরগী মীগা খেন্নবসি মখোয়গী অসিদস্তু অদুম খঙবা ঙম্মি। 'মনমদা খঙবরা কৈনো' হায়না ঐখোয়গীদা ঙাঙনবদো মখোয়গী অসিদস্তু তৌবা জাৎনি।

সহর অসিদা ঐখোয়না লৈগদবা মতম কুইদে। অদুনা কারদা অমুক কাখৎলে, উজবেকিস্তান রিপাব্লিকী চাওখৎ-খোঙথাংগী মেলা য়েংবা। পুং খরা তাসকেন্টতা লৈবা অসিদা মফম পুম্নমক চত্তুনা য়েংবদি শুইখোক্তুরবনিনা মেলা মফমদা রিপাব্লিক অসিগী হাইফেৎ শক্তম অমা উবা ফংননবগী থৌশিলনি।

লম্বীগী নাকল অনিদা বাং চাউরবা ফজ ফজরবা য়ুমময়াম অমা পরেং শানা লৈরি। য়ুমশিং অদো অহনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। হিথসিনা হায়রকই,– "য়ুহারাবগী মতুংদা শাবা য়ুম ঙাক্তনি।"

ইংশোক ১৯৬৬ তা তাসকেন্টতা শাথীরবা য়ুহারাবা অমা থোকখি। য়ুহারাবা অদুদা সহর অসি য়াম্না শাথানা শোকখি, য়ুম কৈ ফুরা দলান অয়াম্বা তেকথ-কিস্থত্না লৈমায়দা তিনখি। অদুবু ইকুই কুইহৌদনা চোংখৎলকখি অনৌবা তাসকেন্ট অমা অনৌবা শক্তমগা লোয়নমা য়ুহারাবগী অতেক-অকায়শিং অদুগী মথক্তা। তাসকেন্টকী অরাবা তাংফমদা চঙশিল্লকখি সোভিয়েৎকী রিপাব্লিক খুদিংমক, মশা মশাগী মরন-মথুম মপাঙ্গল-মরৌশিং থাংদোক্তুনা মতেং পাংলখি সহর অসি নৌহৌননা শেমগৎ শাগৎপদা। ফুরা দলানশিং অদুগী তোঙান তোঙানবা মওং মতৌ অমদি লৈরোংশিং অদুনা ফোঙদোক্লি — মসি উক্রেইন্না শাবনি, মসিনা বাইলোরুশিয়ানা শাবনি, মসিমনা সাইবেরিয়াগী কাঙবুনা শাবনি···। সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা রিপাব্লিকশিংনা অমগা অমগা কয়ামুক মতেং পাংনবগে হায়বদুগী লারবা খুদমনি তাসকেন্ট সহর অসি।

সহরগী নাকল অমদা চেল্লি তুরেল মচা অমা। কয়ামুক শাথীনা মরিন থাবা তুরেলনো খঙদে, লম হেনবা ঙমদনবা তোর্বান অনিমক পাক্তা কন্না চনশিন্দুনা থল্লি। তুরেল অসিগী তোর্বান অনিদা লৈরি

এক্সিবিসন ওফ দ ইকোনোমিক এচিভমেণ্ট ওফ উজবেকিস্তান—উজবেকিস্তানগী চাওখৎ খোঙথাংগী মেলা। ঐখোয়গী লৈবাক্তা মরক মরক্তা তৌবা চাওখৎ থৌরাংগী মেলানি হায়রহনা নোং নিনি উৎলম্লগা অমুক লোইশিনখিবা অদুগুম্বা অদু নত্তে। পাক-চাউরবা ৎম্পাক অমদা লেঙদ্রবা বিলডিং অচৌ-অচৌবা কয়াগী মনুংদা উৎপা শীদোকপা নাইদ্রবা মেলানি। অসিগুম্বা পার্মানেন্ট এক্সিবিসন অসি সোভিয়েৎকী রিপাব্লিক খুদিংমক্তা লৈ।

মেলাগী হেক চঙফমদা মুপী খরা লৈরম্মী। গাইড ভাক্কনি। মী ময়াম অমসু য়েংবা লাক্লি। রিথসিনা চঙশিন্দুনা করি করি হায়রুবা খঙদে, মুপী অমা থোরক্কুনা হায়রৈ—"গুড অফটর-মুন। অদোম্বু ঐখোয়গী মেলা মফমদা তরাম্না ওকচরি।"

মুপী অদো মৌনহানি, পাতক চেংতকই, ইংরাজী ফজনা ভাঙই। মমিং অদো খুর্সিদা মহমুদোভা হায়মাল্লে, চপ চানদি নীংশিংদ্রে। গাইড ওইবগী হৌনবী চিন্দোন-লৈতোন য়াম্না শেংই, রারী লীবা ফজনা হৈ। ষ্টোলশিং অদুদা মথং মথং পুদুনা মহাক্না উজবেকিস্তানগী হৌজিক ওইরিবা শক্তম অসি ঐখোয়বু খঙহন্নবা লাক্লবতা নত্তুনা লমদম অসিগী ইতিহাসসু মরীক চুন্না লীথরকই।

উজবেকিস্তানগী অরাংদা শির দরিয়া অমদি খাদা আমু-দরিয়া তুরেল অনিনা তিয়েনশান চীংশাংদগী থোরক্কুনা থেক্না খোয়না চেন্থরি—আরল সাগর তন্না। তুরেল অনিসিনা রিপাব্লিক অসিগী অরাং অমদি খা থংবা ভমথৈনি। বিপ্লবকী মমাংদদি উজবেকিস্তানগী হৌজিক ওইরিবা ভৌগলিক কয়াৎ অসি ওইরমদে, লমদম অসি মচেৎ মচেৎ খায়দোক্কুনা তোভান তোভানবা ষ্টেটকী মনুং চন্দুনা লৈরম্মী। বিপ্লবকী মতুংদা সমাজবাদকী মরু ওইবা পান্দম ওইনা ময়াই এশিয়াগী লমদমশিং অসি মাগী মাগী জাতিগী লোন অমসুং সংস্কৃতি মান্নবগী মতুং ইন্না নৌনা শেমদোকপা তাখি। পান্দম অদুগী মতুং ইন্না শেমখি হৌজিকী উজবেকিস্তান ইংশোক ১৯২৪ দা—উজবেক লোন অমদি উজবেক সংস্কৃতিনা মপুং

ওইবা লমদমশিং পূন্নশিন্দুনা। চহী অসিমক্তদা উজবেকিস্তান কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি, অমদি মথংগী চহীদা বুখারাদা অহানবা কংগ্রেস কমখি। মহুদা উজবেকিস্তানগী শেমগৎ-শাগৎ-খোরাংগী থোরম কয়া ইহান-হানবা ওইনা থম্না লৈমহুনা লেপ্লখি।

উজবেকিস্তানগী মীশীং হৌজিক কোটি ১.৪ রোমনি। রিপাব্লিকী কোন্নুং তাসকেন্ট সহরগী মীশীংনা লাখ ১৫ রোমনি—সোভিয়েৎকী মরিশুবা সহরনি।

বিপ্লবকী মমাংদা উজবেকিস্তান অসি লৌউ-শিংউবগী লমদম ওইনা ভৌরম্মী। লশিং অমসুং সিল্ক হৌজিক ফংলিবা চাং অসি য়ৌনা ফংলম-ম্রবসু মরাং কায়না থোক্লম্মী হায়বা য়াই, অদুবু ফি-রোলদি মপান্দগী লৈতুনা শেৎপা তারম্মী। মরমদি মতম অদুদা কোল কারখানা অমত্তা লৈরমদে, মশক নাইবা শিল্প অমত্তা লিংখৎলমদে। ঙসিদি শীংথানীংঙাই ওইবা শিল্প অমসুং কোল-কারখানা কয়া লৈরে, লৌউ শিংউবগী মওংসু চাওখৎলে। মদুগী মতুং ইন্না পোথোকসু ফজনা হেঙ্গৎলে, পোথোক্কী মথলসু য়াম্লে। শিল্পগী সহর কয়া ফাওগৎলক্লে, চাওখৎলমদবা খুঙ্গং কয়া ঙসিদি সহরগা মান্ননা চাওখৎলে।

চাওখৎপসিগী মরুদি বিজুলী শক্তি মরাং কায়না ফংবা অসিনি।

বিজুলী শক্তিগী বা হেক পল্লকপদা নীংশিংলকই— ঐখোয়গী মণিপুর, ঐখোয়গী ইম্ফাল সহর। ঙসি থাংজনি, ঐখোয়গী লৈকাই অদো ইমম-ময়মপনি, মৈ লাক্তবগী পালি তাবা নুমিৎনি। ঙরাংসু লাক্লমদবা য়াই লাইন বেরা তৌতুনা, হয়েংসু কনানা খঙবা ... ...। মেলা মকমগী কল-কারখানাগী পোৎচৈশিং অদুগী মহুত্তা ইমিৎ অসিদা উরকই, ঐখোয়গী লৈকাইদা লৈবা কৌ তক্লবা কোল অনিতুনা ভাইহাক কাংদনা পোথাতুনা লৈবদো। ইমাং অসিদা ফাওগৎলকই, পাউনা বাজারগী ছাপাখানাশিংনা অয়াম্বা মতমদা থবক লেপ্তুনা লৈবদো— মৈ ল্যাক্তুনা। মাকোংদা খোম্থাং ওইনা য়ৈরকই আকাশবাণী ইম্ফালগী ভাইহাক কাংদনা লাউথোকপা মোঙ্গ মাহৈদো—"বিজুলী শক্তিনা মরম ওইদুনা ...।"

মাঙ্গি, বিজুলী শক্তিনা মরম ওইদুনদি ঐখোয়না চাওখৎপা ঙমগ্রিবা। অদুগা মখোয়না চাওখৎলিবসিগী মরমসু বিজুলী শক্তিনি। খেন্নবা হায়রবদু ঐখোয়না বিজুলী শক্তি মরাং কায়না ফংদে, মখোয়না মরাং কায়না ফংঙি। অদুনা শাথীনা শোখদুনা লৈরম্লবা উজবেকিস্তান ঙসিদি অঙকপা ফংনা চাওখৎলে। বিপ্লবকী মতুংদা সোভিয়েৎ সরকারনা অহানবা ওইনা পায়খৎপা থবকশিংগী মনুংদা বিজুলী শক্তি মরাং কায়না পুথোকপা অসি অমনি। মসিগীদমক লৈবাকী মফম কয়াদা হাইড্রো-ইলেকট্রিক পবার ষ্টেশন কয়া, থার্মেল পবার ষ্টেশন কয়া শাগৎপা তাখি। ঙসিদি মখোয় অদুদগী পুথোরকপা বিজুলী শক্তিনা চাওখৎপগী মঙাল ফংদদুনা লৈরম্বা লৈবাক অসিগী সহর-খুঙ্গং পুম্নমক পুমঙান ঙাল্লে, যুমথোং খুদিংমক্তা সভ্যতাগী খুদোংচাবা পুম্নমক ফংহন্নবা ঙম্লে, ট্রাম ট্রোলি ট্রেন হোঙনা চেলহল্লে, অচৌ অচৌবা কোল-কারখানা কয়া লিংখৎপা ঙম্লে ······। ফি শাননবা কারখানা অমা ফাওবা লৈজরমদবা উজবেকিস্তানদা ঙসিদি মেশিন অমদি খুৎশু খুৎলাই শাননবা, ট্রেক্টর শাননবা কারখানা, ইলেকট্রিক্কী পোৎ চৈ শাননবা কারখানা, হারগী কারখানা ··· লোইনা লৈরে।

কোল-কারখানানা চাওখৎলবদা লৌউ-শিংউসু চাওখৎপা মশানা তাবনি। বিপ্লবকী মমাংদা উগী লাঙ্গোল অমসুং মতু চিংননবা শা যণ শীজিন্নরম্বদো ঙসিদি কাউখিবা কুইরে। হৌজিক্তি চাউর-চাউরবা ট্রেক্টর হার্ভেষ্টর অমদি কোম্বাইন কয়ানা লৌ খোইবদগী চৌদুনা থাওব-লোকপা ফাওবা থবক পুম্নমক লোইনা তৌরে। য়ারিবমখৈ তাউবংমীগী মথুৎ অমসুং মপাঙ্গল শীজিন্নদ্রে। লৌউ-শিংউবদা হান্নগী দৌনা মী য়াম্না চঙবা তৌদ্রে। লৌউ-শিংদগী থৈদোরকপা মীশিং অদো লোইনা কোল-কারখানা স্কুল-কোলেজনা চিংবদা থাজিনখ্রে। থাইনা উজবেকিস্তানগী লম অয়াম্বা লাইজ-ঈচুম মরীক অমত্তা ফংদদুনা লৈকংলা ওইদুনা লৈরম্বদো ঙসিদি অশংবা লৌবুক ওনখ্রে।

মতম অদুগী লাইজ-ঈখোরাংলবা লমদম অসিগী অরা-মৈচাক্কী

পুন্সি অদো ঙসিস্থ নীংশিংহল্লি শাবী শামো অনিগী মুংশি-রারীনা। মশাঙ্গল-মথোনাদা ত্তোমখিল ওইনা ফাওগৎলক্লিবা ফহ্‌দনা পাখং-খম্মোয়গী মুংশি-কোলোয় ফোঙদোকচৈ মথোৎ কারক্লিগী মুজা শিরিমগী মফমদা। মুংজা মাস্থ কিগাউ শানা ওকচৈ পাখং মাগী থম্মোয়-লকা-মুংগী মুংশি-মপাউ। অদুবু শামো মাগী নীংজবা অমত্তংদি মশাবীগী মফমদা ফোঙদোকচৈ—লাইজ-ঈশিং ফংদদুনা কোয়ো-মৈচাক খাঙলিবা লৈবাক অসিগী অরাবা কোকহনবিবা ঙল্লবদি পেঞ্জখ্নি ওন্থোক্লা। পাখং মাস্থ নীংহন্দে, মশানোগী অনীংবা থুংহনগনি রাশকই। শির-দরিয়াগী লাইজ-ঈচেল খিংলগা ঈশিং-খোং তৌদুনা লৈবাক পুম্বা লাইজ-ঈশিং ফংহনগে খল্লকই ফহ্‌দনা। রাখল অসিনা মাঙওইনা চীং-মান কয়াদগী নুংজাউ কয়া পুরক্কুনা অহিঙ-মুংথিল খাক্কুনা তুরেল খিংগে লাক্লরকই। অদুবু পাল্লবা তুরেল্ শির-দরিয়াগী লাইজ-ঈচেল খিংবা মতম অদুদা অরায়বা থবক নত্তে। ঈচেল খিংবা ঙমদ-ঙমদনা ফহ্‌দ য়াইবী থাখি। মুংশি-পন্দোন লোমখিদ্রবা শিরিন ফহ্‌দ অনিগী মুৎনাই-দ্রবা মুংশি-রারী ঙসিস্থ অমর ওইদুনা লৈরি উজবেকিস্তানগী য়ুমখোং থুদিংদা।

ঙসিদি শির-দরিয়াগী ঈচেলতা নত্তে, আমু-দরিয়াগী ঈচেলস্থ খিংলে। ঈশিং-খোং কয়া তৌদুনা তুরেলশিং অসিগী লাইজ লৈবাকী মফম খুদিং য়োহল্লে। ঙসিগী শিরিন ফহ্‌দশিংগী পামু-মুংশি লম্বীদা লাইজ-ঈখোৱাংবনা অপনবা পীবা ঙমদ্রে।

লৌউ-শিংউগী মাইকৈদা অচৌবা য়াওল অমা লাকখিবসি কলেকটিভ ফার্মশিংনা পুরকখিবনি। বিপ্লবকী মমাংদা লৌমী অয়াম্বগী মরম্লাই লৌ লৈজমরদে, লৌ-শিং পুম্নমক মশীং য়ামদবা জমিদার খরগী মখুত্তা লৈরম্মী। বিপ্লবকী মতুংদা সরকারনা জমিদারশিংদগী লৌ-শিং পুম্নমক লৌশিন্দুনা লৌমীশিংদা য়েন্থোক্কুনা কলেকটিভ-ফার্ম লিংখৎননবা হোৎনখি। মৈহৌরোলদগী হৌদুনা মশা-মশাতগী ওইনা লৌ-শিং উদুনা লাক্লবা লৌমীশিংনা কলেকটিভ ফার্ম লিংখৎপা হায়বসি হৌরকপগী

অদুবাইদা থোইনা পাম্লরমদে। অদুনা ইংশোক ১৯২৪ দা উজবেকিস্তানদা কলেকটিভ ফার্ম ১২ খক্তং লৈরম্মী, অদুবু চহী য়াংখে মতুংদা ভসিদি মসিগী মশীং অসি ৪৮২৪ শুরে।

লৌউ-শিংউগী চাউরবা পেভিলিযমদা খুর্সিদানা কলেকটিভ ফার্মগী পোথোকশিং অদো য়েংহল্লি। মথল মথলগী ফৌ-চেঙ, হরাই-চেংরাই, হৈ-রা, মনা মশীং—কযা মপূং ফাখ্রবা কযাতা চরোং চুমখ্রবা। লশিং অমদি লশিংগী পোথোক কযা উৎলি। লশিং লমদম অসিগী মরু ওইবা পোৎথোক্নি। উজবেকিস্তানদা লশিং অসি কযামুক থাবগে হাযবদা লশিং-লোকপা মতমদা লম অসিগী মী পূম্নমক মমিৎ-মমাই পাঙবা শংনদে। ঐথোযগী পোইন্মুদা 'মপা শিবা ফাওবা ফক্লোংনা কূপশিন্দুনা থম্লে' হাযনবদো মন্থদগী খরা হেন্‌বা জাৎনি।

মফম অমদা লিমোনগুম্বা খরা লৈরম্মী, অতাবা থোৗরী খরসু। ঐনা হংঙি, —"নখোযগী অসিদসু লিমোন ফংবরা?"

খুর্সিদানা খুম্মকই,—"লিমোনগুম্বনি। মমিং কেনাপ কৌই। লিমোনগা হাইকেৎ মান্নবা থবক কান্নে।"

পূক্নিংদা নুংঙাইতবা অমা ফাওরকই, ভারত অমসুং বাংলাদেশকী লিমোন্না পৃথিবীদা ঐখোয় মঙায়রে হাযনা পোঙজবদুগী যুগ লোইশিল-লক্নদোরবরা!

মেলাগী মফম অমদা বুরকা উপ্পী নুপী ময়াম অমগী চাউরবা ফোটো অমা ফক্লাংদা পেঙ্গুনা লৈরিবা অদুদা খুর্সিদানা ঐখোয়গী পূক্নিং চিংশিল্লি। মতম অমদা উজবেক নুপীশিংগী ওইরম্বা শাথীরবা ফিভম অদুগী বারী নীংশিংহল্লি ফোটো অদুনা। মতম অদুদা নুপী ওইনবু পোক্লবদি যুমগী ফক্লাং মরিগী বাংমদা চথোকপগী অধিকার লৈরমদে, লাইরিক লাইসু তম্বগী বাদি য়াম্না লাপ্পা। চগী নিপাল-মাপল তেক শুরকপগা উজবেক চনুরা পূম্নমকপু অমুবা বুরকানা কূপশিনবিদুনা ফজরবা পৃথিবী অসিগী মচু মচুগী মশেক মঙাল, তাংথক নাইরবা মালংগী ঈপোম্ন...... পূম্নমক্তগী মরী থদৎপিরম্মী। পৃথিবীগী নুংশিৎ-নুংশাগী

শহুম কংহনুবী উজবেক চনুরাশিংগী তঙাংলকপতা ভায়রিবা খজাই খঙ-হৌদনা তাইফেং তাইথরম্মী, তথক তথকপা মিংয়েংগী মঙাল মিংকৃপ্তা মমশিল্লম্মী। পুন্সিগী অরোইবা মিংকূপ ফাওবা পিরাং অমদি শাংলবা সুংশাসোর মপী মস্তনা উজবেক চনুরাশিংগী মরাইবক্তা অতৈ করিমতা তম্লমদে। অঙাং উম্লবা মতমদা সুপী পোক্লবদি মমা-ওইবীশিংনা পোক-পক্তা ভায়রিবী মচা অদুবু চৈবিরম্মী,—"কৈদোনবা সুপী ওইনা পোক্লকপা শারিবা। সুপী ওইনা পোকদগী শরুকপুদি নূংঙুম ওইনা পোক্লকপা কৈদোগে, য়ুম শাবগী মচাক অমত্তং ওইবস্থ কাম্লনি।" মসিনি উজবেক সুপীশিংগী নোংমা ওইরম্বা ফিভম। উজবেক সুপীশিংতগী নত্তে, সেন্ট্রেল-এশিয়াদা লৈবা তাজিক, তুর্কমেন, কাজাখ, এজারবাইজান্না চিংবা জাতি পূম্লমক্কী সুপীশিংগী মসিনি ওইরম্লিবা ফিভম।

অদুবু ঙসিদি সুপীগী অদুগুম্বা শাথীরবা ফিভম অদো লৈত্রে। ঐখোয়গী চাওথংলে হায়রিবা সহর দিল্লী, কলকতা, বোম্বেনা চিংবদা হৌজিক ফাওবা বুরকা উপ্পী সুপী ফনা য়াম্না থেংনরি। অদুবু উজবেকি-স্তান অমদি সেন্ট্রেল এশিয়াগী সহরদি থমথুদুনা লাপখ্রবা খুঙ্গং ফাওবদা বুরকা উপ্পী অমত্তা লৈত্রে। লৈবাক অসিগী সুপী পূম্লমক ঙসিদি সুপাগুম্না লাইরিক হৈরে, সমাজগী খুরবা চংনবীগা মিংয়েংনা সুপীবু ফাজিন পূনশিন্দুনা থমদ্রে। সোভিয়েৎ ইউনিয়নগা মরুম অতৈদা তোবগুম্না উজবেকিস্তানদস্থ ঙসিদি সুপাগা সুপীগা খেন্নবা থমদ্রে, খেন্নবা লৈত্রে, থবক থোৎরম পূম্লমক্তা সুপা-সুপী পাংদিং মাম্লনা চংমিম্লরে। শিনফম খরদদি সুপীনা সুপাদগী মশীং হেল্লি। হোটেলগী থবক্তা ওজা ওইবদা অমদি লাইয়েং শিনফমদা সুপাদগী সুপীনা মশীং য়াম্না হেল্লি। হায়রিবা শিনফমশিং অসি সুপীশিংগা হেম্লা চুনবা শিনফম ওইদুনা তৌবরা। সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা মী খুদিংমকপু মানা মানা চুনবা শিন-ফমদা থবক প্যাবগী মসিস্থ খুদম অমনি।

সুপীগী য়াওল অসি য়াম্না লায়না লাকখিবদি নত্তে। বিপ্লবকী মতুংদা সুপীশিংবু লাইরিক লাইশু তম্মনবা লাক্লবদা থেংনখিবা অবাবা

খুদোংগীবা কয়া অদু পন্দুনা কান্নদে। বুরকা উপ্পা উপ্পা সুপীশিংনা লাইরিক-লাইশু তম্বা শৌরকপদা সমাজগী শম্বল ওাল্লিবা মোল্লা-মৌলানা শিংনা খাঙবা ওয়দতুনা লাউরকখি—"তোবা তোবা, মাঙ্লে মাঙ্লে। সুপীনা স্কুল চৎপা, সুপীনা ক্লব কাবা, সুপীনা বুরকা লৌথোকপা, সুপীনা ফেক্টরীদা থবক শূবা ... ... মাঙ্লে মাঙলে, সমাজ অসি কহান্নামদা চৎখ্রে। নতূ-মচা চেকশিনজো।" অদুবু অনৌবা পুন্সিগী মঙাল ফংলবী সুপীশিংগী য়াহৌ মতমগা চুনদ্রবা খোল্লাও অদুনা খিংবা ঙমখিদে। খোল্লাউ অদুনা কান্নরক্লবদা মখোয়না 'হায়ব ইন্দবী' সুপী কয়াবু লমজাউদা চিংথোক্লুনা নুংথিল পোবোপ্পা ময়ামগী মমাংদা তমথীরবা মওংদা শীংগাৎ থীনা হাংখি। অদুবু বিপ্লবনা পুন্সিগী মঙাল ফংহল্লবী সুপীশিংনা মতুদা কদ্রিমত্তা শীংহন্নবা ঙৌথিদে। শোক ১৯২৭ ইংগী মার্চ ৮ দা উজবেক সুপী লিশিং কয়ানা সহর কমদি খুঙংগী থোরক্লুনা লম্বীদা লমজাউদা শোভাযাত্রা তৌদুনা পৃথিবীদা উৎখি—যুগ কয়াদগী হৌদুনা মখোয়বু নমথদুনা থম্লকপদুগী মতম লোইরে। সুমিং অদুমক্তদা সুপী লিশিং মফুতরারোমনা মখোয়বু যুগ কয়াদগী হৌদুনা ফাজিন-পূনশিন্দুনা থম্লক্লিবা বুরকা— মীনাই পুন্সিগী তমথীরবা কিজোল, পূম্নমক লৌথোক্লুনা মৈজাউ ত্রিকখি থেঙলবা অহিঙ ফাওবা।

তৌবগীদি সুপীত্তা নত্তে লাইরিক লাইশু হৈরমদবসি, সুপাসুনি। বিপ্লবকী মমাংদা উজবেকিস্তানদা লাইরিক হৈবগী চাং অসি চাদা ২ কণী হেল্লমদে। মী অয়াম্বা য়াম্না শাথীনা পঙলম্মী। অবাং-ভারতকী লোন থরদা 'উজবুক' হায়বা বাহৈ অমা লৈরিবসি 'উজবেক'তগী লাকপনি হায়নৈ। উজবুক হায়বদি অপঙ্বা, বুদ্ধু হায়বনি। অদুনা বাহৈ অসিনা তাকপদি, মতম অদুদা উজবেকশিং অসি অবাং ভারতকী চাংদমদা য়াম্না শাথীনা পঙলম্বা তাই। অদুবু ঙসিদি উজবেকশিং অসি উরগা কনানা থাজগনি মখোয় অসি নোংমা শাথীনা পঙলম্মী হায়বা। হৌজিক্তি মখোয় লোইনা লাইরিক হৈরে, সুপা সুপী খাক্তনা। লাইরিক হৈত্তবা হায়ববু পোকপত্তা ভায়রিবা অঙাংত্তা মঙায়রে।

লাইরিক-লাইশু হৈবগী মশীং হেঙ্গৎলকপগা লোয়ননা মীয়ামগী জ্ঞানগী অয়াম-খোয়াংসু নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলকপা মশামা ভাবনি। অদুনা উজবেকিস্তানদা, উজবেকিস্তানদতা নত্তে, সোভিয়েৎ ইউনিয়ন পুম্বদা লাইরিক-লাইশু অম্বগী চাং অসি অঙকপদা হেনগৎলকপা তাখি। অদুনা ডসি পৃথিবীগী মনুংদা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন। খ্বাইদগী মশীং য়াম্না লাইরিক-লাইশু নম্বা লৈবাক ওইরি। অদুগা উজবেকিস্তান্না হীরম অসিদা সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মনুংদা অহুমশুবা রিপাব্লিক ওইরি।

এক্সিবিসন য়েংবা লোইরগা খোরকপদা কা অমদা ঐখোয়বু ফারে। মুপী অমনা চাউরবা খাতা অমা পুখোরক্তুনা পীররে—ঐখোয়গী 'কমেন্ট' ইরম্মু অসিনি। ইরৈবাক্তা ঐখোয় অসি পিকচরবসু মীরৈবাক অসি-দদি চাউরবা জাৎনি। ইরৈবাক্তা ঐখোয়গী বা কনামতনা তাবিদ্রবসু মীরৈবাক অসিদদি মমল য়ামখ্রবা জাৎনি। অদুনা মদু খঙনা ঐখোয়সু ঐখোয়গী কমেন্ট অদু ইরে। কা অদুদা মুপী মরি মঙারোম অমসু লৈরি। পোৎ চৈ য়োল্লিবী ভাক্তনি—সোভেনির ষ্টোলনি। মখোয় পুম্নমক লোইনা নোয় পেল্লি, রাং-চাউই। পিরুক চেংতকপী হায়রবু ঐখোয়গী গাইড খুর্সিদাঙনি। সোভেনির য়োল্লিবীশিং অদুগী মরক্তা ইংলিশ হৈবী অমা য়াওরমদুনা মহাক্না খিৎকুপ অনি-হুম বারী শান্নরে। ঐখোয়গা বারী শান্নবা ফংবদা মুপী অদে কয়াম হরাওখ্রে। মীরৈবাক্তগী লাকপা মীগা বারী শান্নবা ফংবা হায়বসি মুংঙাইবা অমনি, অদুগী মথক্তা অমুক ইংরাজীদা। মমান্নবীশিং অদুনা খঙদবা লোন অমদা বারী শান্নবা ঙম্বা হায়বসি মখোয়শিং অদুগী মমাংদা পোঙ্নীংঙাইনি।

চংলমদাইদা হায়রকই,—"অমুক্তা লাকখোকো।"

অমুক্তং লাকপা অসিমকসু কনায়নো হায়বসিদা অমুক হন্না লাকপা হায়রে! অদুমকপু মপান্থোংগী ফজবী অদুদি ভাক্তবা য়াদে, খুম্মি,—"করিগী লাক্তনি, শোয়দনা লাক্কনি?"

মপান্দা খোররুগা হৌবীদা চৎন-চৎনা খুর্সিদাদা হংঙি,—"নঙ্সে উজবেক মাল্লি?"

"মাখি," খুম্মকই।

অমুক হংঙুত্রবসু মহাক উজবেক ওইরমগমি হায়বসি মহাকী মমিং-মমা শক-চু উবদগী ভসাইনা খঙ্লবনি।

ঐনা ফাগি তৌই,—"চহী য়াংখৈ মমাংদা ওইরম্লবদি নঙ্গা অসুম হায়না উনরিবসি উনবা ফংলম্মোইদো। যুমগী ফক্রাং মরিগী মমুংদা মক্রগা অমুবা বুরকা মমুংদা নঙ্না তৌরমগদবদো।"

"মসিগীদমক্তনি ঐখোয়না বিপ্লবকী মফমদা তৌবিমল উৎলিবসি।" মোকমি মোকমি খুর্সিদানা খুম্মকই।

"খুর্সিদা, নঙ্ অসি মতম পুম্নমক্তা য়াম্না খুসী ওইনা লৈবা মাল্লি। শাউগত্রা ঐ রা অমা হংগে। নঙ্ দাদা তোলোব কয়া ফংই?"

"খুসী ওইনা লৈবসি ঐ ইতোমত্তা নত্তে, সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মী পুম্নমক্কি। ঐগী মরু ওইবা শিনফমদি স্কুলগী ওজা ওইবনি। মসিগী-দমক ঐ থাদা রুবল ১২০ ফংভি। থাংজগা নোংমাইজিংগা স্কুল ছুটিনি। ছুটিগী মুমিত্তা মরক মরক্তা ভসি তৌরিবা অসুম হায়না গাইডকী থবক তৌরি। মসিগীদমক অহেনবা শেন খয়া অদুম ফংভি।"

ঈচেল ভপ্পা চেল্লিবী তুরেল মচা অদুগী মথক্তা শারিবা পাক্লবা থোং অদুগী মথক য়োরে। তুরেলগী লাইজ-ঈথক্তা মুমিংকী মশেক্লা য়ৈত্থনা লংত্রিক লংত্রিক লংলি। খুর্সিদাগী মায়থোংদু অমুক হেন্না লংথোরকপদোনা তৌরি।

হংবা হৌরবনিনা ঐখোয়দু মথং মথং হংখরে,—"ফংলিবা তোলোব অদুনা সংসার চালাইবা ভস্বরা?"

"য়াম্না কোম্না চালাইবা ঙম্মি।"

করিগী ভমদনি? খুর্সিদাগী মপুবোইবদু থবক তৌরি। মনেম ছন্দুবী অমা লৈবদুসু পেন্সন ফংই। অদুনা ইমুংগী মপুনবা আয় পং-য়াম-য়ামদবা নত্তে। অনায়েঙ্কী পৈশা তিংদে, অভাংশিংগী লাইরিক লাইশু তম্বা ফ্রিনি। ভুংগীদমক শেল ভুংশিনবগী রাকমদু লৈতে। অদুনা অফংবা শেল খরা অদো লোইনা শেত্তোক চাথোকপদা করিমত্তা কায়দে।

অমর গুপ্তনা হংজি,—"সুমিৎ খুদিংগী শা ভা লৈহনা চাবা ভম্বরা ?"

"সুমিৎ খুদিংগীদি লৈদে, লৈবগী মগৌ তাদে। মরমদি নোংমা লৈরগা মিনি-হুম্নি ফ্রিজদা হাপ্তুনা থম্বা যাই। শা-ভা তক্তনা চাত্রগম্ভু ভোয়না চাবদি ভম্মি। ভৌবগীদি ভাদগী শানা খরা হেন্না চায়।"

য়ারী লোইবা নংহৌত্রে। মাভদা লৈরম্রে রিখসি ঐখোয়বু লাইদুনা।

খুর্সিদানা হায়রকই, নোক্মি নোকমি অদুদি তোক্তে, "ভসাই ঐনা লৌজরকপা মরূপ অদুগী মখুত্তা অমুক শিন্নজরম্লগে।"

ঐখোয়না তাসকেন্টতা লৈগদবসি পূং খরতনি। তেনখবা মতম অসিগী মন্নুংদা তাসকেন্ট শমদি উজবেকিস্তানগী মপূং ফাবা শক্তম অমা উবা ওইথোকপা নত্তে। অদুবু মতম খরতং অসিগী মন্নুংদা য়ারিবমখৈ উৎনবা অমদি খঙহনর ঐখোয়গী থৌরম শীল্লি। মতাং অসিদা ডোকুমেন্টরী ফিল্মগী পান্থে হৌজিক য়াম্না শীজিন্নরে। অদুনা ঐখোয়গীস্তু, রিখসিনা হায়রকই "ডাকুমেন্টরী ফিল্ম অনিখক্তং উৎননবা থৌরাং তৌজরি।"

মদুগীদমক্তা য়াম্না য়াপ্না অমুক চৎপগী দরকার লৈরম্দ্রে। মেলা মফম অদুমক্তদা সিনেমা উৎননবা হোল অমা লৈ।

থোঙজিন চেক কান্নশিনবা খুর্সিদাম্না হায়রকই,—"ঙসাম্না মফম অমদা হেক্তা ঙম্মিয়ু। ঐদি বিদায় লৌজলগে, বিদায়।"

"থ্যাংক ইউ, খুর্সিদা। বিদায়।"

খুর্সিদা চৎখে।

মী চঙম চনবা হোল অদুদা ঐখোয় চঙমতনি। ফমদগেন্তা তৌরি, স্ক্রীন হাইদোরকই। ফিল্ম উৎপা হৌরকই। অরেম্বদা ঐখোয়গী মতম মিৎকুপ অমত্তা মাঙহন্দনবনি।

ফিল্ম অনিমক মচু ফজনা শঙবা চাক্তনি। তেল্লবস্থ তেম্না উজবেক সংস্কৃতিগী হাইফেৎ শক্তম অমা উৎননবা থৌরাংনি। জাতি অমগী সংস্কৃতিদা ঈশৈ অমসুং জগোইগী মফম য়াংনা লৈ। উজবেকশিংগীস্তু মদুনি। জগোই শাবী থোরকই। হৌজিক্কালগী জগোই নত্তে, থায়নদগী

মশাগী ওইনা লৈজরবা ফোক ডান্স। জগোই-শাবীশিং অদো ফিজেৎ ফোন ফোম লাউনা শেৎলি, মশম বেনী লোল্লি, বেনী অদো খুদোম য়োনা শাংঙি। জগোইগী খুথেক শাথেক, ঈশৈগী সুর অরাং ভারতকী, মরু ওইনা হিমালয়গী নাপোমদা লৈবশিংগীগা থোইনা খেন্নদে। মতম অমদা লমদম অনি অসিগী মরী গ্রাম্না নক্লকস্বগী খুদম্নি। তৌবগীদি হৌজিকালগী বেলে অমদি নিউজিকেল কন্সার্ট উৎলকপা মতমদদি এখোয়দা য়াম্না নোমা থোক্কে। অতুদগী য়ুম্বাল কৈবাল, ফিজেৎ চাকচা, ভাইহাক অতুদা মখেল শুমনবা হোৎনরি। ভাইহাক অতুদা বুখারা অমুক য়োই। বুখার, উজবেকিস্তানগী অরিবা সহরশিংগী মনুংদা অমনি, লুবা হেনবদা হৌজিকস্তু ফাওরি — কি য়োল অমদি ইমুং মনুংদা শীজিন্নবা পোৎ চৈশিং হেকপ-হৎপা অমদি অরু অহেনগী থবক্তা হৌজিকস্তু মমিং লৈরি। অতুদগী সমরখণ্ড — ভারত ইতিহাসতা তোয়না থেংনবা লমদম লমদম অসিগী ঐতিহাসিক ফ্রা দলান মসজিদ মদ্রাসা মুস্লিম য়ুমশারোলগী ফজরবা শক্তম মথং মথং ইমাংদা চোংপোরকই।

ফিল্ম য়েংবা লোইবগা থোরক্তুনা গাড়ীদা অমুক কাখৎলে। লম্বী লমজাউ হৈকোল-লৈকোল স্কোয়ার কয়া অমুক এখোয়গী য়েক্ত-ওয়দা মাঙদা। রিখসিনা মথং মথং তাক্লি। মসিনা অল্‌বেরুনী ষ্ট্রীটনি। তরাশুবা শতাব্দীগী মমিং চৎলবা উজবেক পণ্ডিত আবু রাইখান মহম্মদ ইবন অথ্‌মদ অলবেরুনী — মহাকী মমিংদা থোনবনি লম্বী অসি। পাকচাউরবা লুরবা লম্বী অমমুক— অলিসের নাভোই ষ্ট্রীট। অতুদগী মথং মথং কার্ল মার্ক্‌স্‌ ষ্ট্রীট, পুস্কিন ষ্ট্রীট ... ... মাঙদা পাল্লবা ফজরবা স্কোয়ার অমা মমিং 'রেড-স্কোয়ার।' হোয়, মোস্কোগী ফাউরবা রেড-স্কোয়ারগী অতুদি নত্তে। অদুবু মসিসু রেড স্কোয়ার কৌই। স্কোয়ার অসিগী মাকল অমদা লৈরি মোনুমেন্ট টু ফানমোউন সোলজরস— শকথঙ্ক্রেবা লাম্মীগী নীংশিং মন্দির, মাংদা চাক্লি "মুৎনাইদ্রেবা মৈরী" — ইটর্নেল ফ্লেম। মরৈবাক নীংগী য্যানফমদা মরৈবাক মজাতিগীদমক মথরাই কৎখিবা লাম্মীশিং অদুবু মরৈবাক মচাশিংনা কাউবা লৈত্রি, মতম পূরমক্তা নীংশিংলি।

মফম অমদমুক লৈরম্বী য়ুরী গেগারিনগী মূর্তি। য়ুরী গেগারিন পৃথিবীগী ইহাম চান্না শুন্দ্রংদা পাইবা মুপা। সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মহাক্কীদমক চাউথোকচৈ, মহাকপু কাউবা লৈতে। লেনিনগী চাউরবা মূর্তি অমসু মফম অমদা ভাস্থোইরি। সোভিয়েৎ কামিউনিষ্ট পার্টি লিংখৎলম্বা অমদি হৌজিক্কী সোভিয়েৎ ইউনিয়ন শেম্লম্বা মীথোই মীহেনবা লেনিন—ভ্লাডিমির ইলিচ লেনিন মহাক্কী মূর্তি।

মী কুংলবা লম্বী অমগী নাকল অমদা খুদোনবী থিন্দুনা হায়রকই রিখ্সিনা,—"য়েংবিয়ু মাঙদা 'বোবি'গী .পাষ্টর।"

ঐখোয় অনিমক হাইফেৎ ভকই, পোয়মনা মুংসু মুংভাই ভারতকী ফিল্ম 'বোবি', তাস্কেন্টতা।

রিখসিনা মখা তাখবকই,—"ভারতকী ফিল্ম সোভিয়েৎ ইউনিযনদা, খোইদোক্না সেন্ট্রল এশিযাদা য়াম্না পাম্মে। ঐখোযগী তাস্কেন্ট সহর অসিদা ইণ্ডিয়ান পিকচর উৎননবগীদমক সিনেমা-হোল মরি লৈ।

যা অদো তাবদা ঐখোয অনিগী মাযথোং থামুক পাকখোরকই। গাডী কম্না চৎলি। মথং মথং লৈহৌরি শক্টাখোর ষ্টেডিযম, মতমগা চুমনা শারবা; তাস্কেন্ট সর্কাস, মোস্কো সর্কাসকী মওংদা শাগৎলিবা মী লিশিং অছুম চনবা · । হৌজিক্কালগী যক্লাউনা চাওখৎলবা সহর অমা ওইবদা লৈতবা যাদবা পুম্নমক তাসকেন্টকী লৈরে। লৈমুংদা চেনবা ট্রেন 'মেট্রো'সু লৈগদোরে। মসিগী থবক হৌজিক কম্না চথরি, চহী অনি-হুম অসিগী মমুংদা লোইরবা যাই। তাসকেন্টকী অসিনা সোভিয়েৎ ইউনিযনগী তরেৎশুবা মেট্রোনি।

সহরগী মযোলদগী ফনা ৫াপ্পা হাইদোরক্লমাল্লে। গাড়ী মমুংদা ফম্না ফম্না চৎপনিনা রাথরকপগী যা কম্বিমতা লৈখিদ্রে। অদুগী মথক্তা অমোবা লমদমদা লাকপনি, মদুসু মীরৈবাক অমগী। য়ুম কৈ কুংবা রাৎশিৎলকপা অমদি লম্বী-খোং লুব-নামবা রাৎশিৎলকপা উবদা খঙবা ভঙ্মি সঙর মমৈ য়োরে চায়বা, ভসাইমখৈ উদবা পোৎ অমসু হন্দক্কি উরে। লম্বীগী নাকল অনিদা মরক মরক্তা তেক্লি-তেক্লিয়বা অমনবা



সংস্কৃতিগী থৌরম য়েংলি : সোক্টোয়েভ, সোস্নোভস্কায়া, মোখোসোয়েভ, মাদিয়েভা, অমরগুপ্ত, লেখক, পিনুয়েভা, ঝালসারায়েভ, ডুগারোভ অমসুং মিটিপোভ



খোরিন্স্ককী হোটেল মমাংদা

য়ুম খরা, জিজ্ঞ অমমবমা কুপ্পা, লৈবাক্না ফক্লাং তৈবা। মৌনা শাগৎলিবা মখোল কয়াগী দলাবশিং অদুগা ওয়োক্লা থীনা খেন্নরে।

রিখ্‌সিনা হায়রকই,—"অমনবা য়ুমশিং অসি লনাইগীনি, থাক্সগী বিপ্লব মমাংগা ডাক্কুনি।"

"বিপ্লব মমাংগী শোথরবা লাইর-অনংগী য়ুম্বান-কৈবান অদো উৎ-নবা থম্লিবরা য়ুমশিং অসি?"

"নত্তে," রিখ্‌সিনা খুম্নকই—"সোভিয়েৎ সরকারনা মীয়ামগী লৈফম-চাফম পীননবা চগী কয়া অসি য়ুম মশীং লাকওমদনা শাদুনা হোৎ-নরক্লি। অদুবু য়ুম কনা য়াম্না শাদুনস্থু মী পুম্নমক্তা মরাং কায়না লৈফম পীবা হায়বসি ওইথোক্তি। অদুনা সরকারনা য়ুম অমনবশিং অসি হৌজিক ফাওবা থুদেকত্রিবনি। অদুগী মথক্তা থাইনগী অহনলমন অয়াম্বদি সরকারগী য়ুমনা ৈ নবুদি মরম্নাইগী য়ুমদা লৈবনা পাম্মি, মল্লবস্থু মন্না। তৌবগীদি অসিগুম্বা য়ুমশিং অসি সরকারনা য়াম্না থুম্না মথং মথং শিদোরক্লি, মখোয়গী মফমদা অনৌবা য়ুম শাগৎলক্লি।

অমনবা য়ুমশিং অদুগী খরদি মাইকৈ মরি লৈপলনা কোয়শিল্লি। বিপ্লবকী মনাংদা উজবেক নুপীশিংবু মপান্দা স্থকচৎ চখোকহন্দনা কাজিম-দুনা থম্বগী তমথীরবা বারী অদো হৌজিকস্থু লৈপলশিং অসিনা মীংশিং-হল্লি। য়ুম অম-নিদগী নুপী অম-নি খোরকই, চঙ্‌খিবস্থু য়াওই। অদুবু মখোয় অদো থায়নগী কোয়ৌ-মণ্ডাল ফংদবী অমুবা বুরকাগী মনুংদা লৈবী অদুদি নত্রে। হৌজিকালগী নোংচুপকী ফিজেৎ শেৎপীনি। তৌবগীদি নোংচুপনা চপ চানা শুম্নাৎপদি ওমদ্রি। রিখ্‌সিগী মরোলদা হায়রগা—"এখোয় অসি হৌজিক ইস্‌লাম ধর্ম্ম চত্রবস্থু মুস্লিম-সংস্কৃতিদি ভাক্কুনা চংলি। উবিরমগনি—উজবেক নুপীশিংনা নোংচুপকী মচৌ তমদুনা স্কার্ট শেৎনবস্থু মদু থুকউদগী খক হাইগৎত্তবনি।" অদুতস্থু নত্তে, উজবেক নুপীশিংনা লিংলিবা ফুরিংকী য়ুংনা য়ুংনা লাংবা, মচু মচুগী থুৎলাং অসিস্থু অতৈগীগা মান্নদে।

চুম্মি, উজবেক নুপী কনা য়াম্না উরে—হোটেলদা, মেলা মফমদা

সোভেনির য়োনফমদা লম্বীদা লমথাংদা—থাইনগী অম-নি নত্তুনা লোইনা স্কার্ট শেৎলি। অদুবু মখোযশিং অদো চৎমিন্নরিবা নত্রগা লৈমিন্নরিবা জাতি অতৈগী নুপীশিংদগী খন্দোকপ য়াই। মাযখোংগী খেন্নবতা নত্তুনা শেৎলিবা স্কার্টশিং অদো থুক্ উগী মথক্তা থক হাইগন্তে, শেৎলিবা ফিগী খুৎলাংসু অতৈগীগা মান্নদে। অদুগা মকোক্কী মশমশিং অদো মুশুক মুবতা নত্তনা য়াম্না শাংনা থাকনৈ, বেণী লোনব পান্নে, নত্রগা শম্বুল ফজনা চাউনা পুন্নে। শমগা যতন তৌবদা চায়নরিবী মৈতৈ নুজাশিংনি, অদুবু উজবেক নুজাশিংনা মতাং অসিদা হেন্‌গদ্র চাযবদি থাজবা ঌমা পোক্লকই।

উজবেকশিং অসি খরদি কনজাভে টিভ ওইবা জাৎনি। রিথ্সি মশামক্ক চায়বনি, কনজাভে টিভ ওইবসি নুপীশিংতা নত্তে, নুপাশিংসুনি। নুপা অয়াম্বনা তৌজিকসু মথোক্তগী উজবেক টুপী থাদে। মরু ওইনা থায়নগী অহল লমমশিংদ মাইকৈ অসোমদা খরা হেন্‌গ্লি। মতুনা হৌজিক্কালগী নহারোলশিংনা কাহেন্না আঙ্গ-কাল ওইবা মখো না পান্দে, মচা মশুশিংনা ময়ুম মকৈ পানবদা তৌনিংবতা তৌব নখোযনা যানীন্দে। কনাগুম্বা উজবেক নুপা অমনা রাশিয়ান নুপী অমা লৌবদ নত্রগা উজবেক নুপীনা আর্মেনিযান নুপা অমদা লৈবদ, অহল লেমনাশিংন ঌান্নগীদোমা কন্না লিংবা ভমদ্রবসু হরাও-হরাওনা য়ারদি ভমদ্রি।

মসি হায হাংদুনা কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা নুংশিনদবা নত্রগা ভাব তান্নদবগী বাফমদি লৈতে। উজবেকিস্তানদা উজবেকশিংনা মশীং য়াম্বা কাংলুপ ওইজরবসু অতোপ্পা কাংলুপশিং মী ফনা য়াম্না লৈ—তাতার, তাজিক, আর্মেনিয়ান, কাজাখ, রাশিয়ান অসিনা চিংবা। অদুবু অমবু অমনা মমথবগী নত্রগা শুমদুনা চাবগী বাফম লৈতে।

তৌবশীদি বিপ্লবকী মমাংদা জাতি অমগা জাতি অমগা চাওখৎপা অমসুং শিংবা মান্নরমদে। তাসকেন্ট সহরনক্তদা খেন্নবা অসি উরম্মী। সহর অসিগী মোংপোক থংবা শরুক্ত রুশিয়ানশিংনা মপুং ওইনা তারম্মী। অদুনা উজবেকশিংনা মপুং ওইনা তাবা নোংচুপ থংবা শরুক্তগী

নোংপোক থংবা শরুক্তা চাওখংপা য়াম্না হেন্নবী। অদুবু হৌজিক্তি খেন্নবা অসি লৈত্রে।

গাড়ীদ চৎনচৎনা উই, লম্বীগী নাকন্দা মরক মরক্তা মস্জিদ অমদি মন্দ্রাদা। হোয়, মসজিদ অমদি মন্দ্রাপা কয়া হৌজিকসু লৈরি তাস্কেন্ট অমসুং সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মফম কয়াদা। অদুবু লাই-খুরুম্বা লাকপা মীগী মশীংদি নোংমা নোংমগী হন্থরক্লে। থাইনগী অহল-লমম খরদা নমাজ শোনবা অদুক মঙাইরে, হৌজিক্কালগী মহারোলশিংদি মদুগী মা লৈখিদ্রে। য়িথ্সিনা হায়,—"ঐসু লাই থাজদে।" মেলাগী মফমদা গাইড খুর্সিদাসু হায়—"ঐসু নোন-বিলিভরনি, সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী নহারোল পুন্নমক নোন-বিলিভরনি।"

মাংদা লাপ্তক্লা উরি তাসকেন্ট ষ্টেট ইউনিভর্সিটিগী ফুরা মতোম, চাউরবা কেম্পাস অমগী ময়াইদা। বিশ্ববিদ্যালয় অসিদা ছাত্র লিশিং ২০ তল্লি, বিষয় ২০ লৈ।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। অদুবু তাসকেন্টকী লম্বী থোং মমশিল্লকপগী য়াদি লৈতে। নুমিৎ মঙালগী মহুৎ ইলেকত্রিক-থাউমৈনা শিনখ্রে। হন্দক্তা অমুক সহরগী শক্তম নৌথোকখ্রে। অদুবু য়েংবগী মতম ঐখোয়গী লৈত্রে, প্লেনগী মতম য়োরক্লে। এরোড্রোম পাংলে।

এরোড্রোম য়োরগা হাথু হাথু বুকিংনা চিংবা তৌননবা হোৎনরিঙৈদা পাউ লাক্লে—প্লেন থেঙ্বা তারি। অমর গুপ্তনা মুরুম মুরুম শোল্লকই, "মখোয়গী লৈবাক অসিদসু মতম চপ-চানা ঙাকপা হায়বসি ঙমদবোই!"

চুপ্সি, প্লেন পাইবগী মতাংদদি মতম ঙাকপা ঙমদে মখোয়গী অসিদসু। প্লেন পাইবগী মতম অসি নোংমুংশিংকী ফিভমনা য়াম্না পুই। নোংমুংশিংকী ফিভমদা খজিক্তং চিংমনীঙাই লৈরবদি মদু থোশাদবা চুমদে। মরমদি করিগুম্বা ফত্ত-মুংদা থোক্লবদি মদুদা চেন্নগদৌরিবা থবাইদো য়ামখ্রে। অদুনা চেকশিন্দবা য়াদে। মতাং অসিদা সোভিয়েৎ ইউনিয়ন য়াম্না চেকশিল্লি। অদুনা পৃথিবীগী মনুংদা সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা প্লেন এক্সিডেন্ট থোকপসি অতৈদগী য়াম্না যাংনা থোকই।

ঙসাইমখৈ ঘড়ীদা মতম য়েংলুদে। কল্লিবা কা অদুগী কল্লাং ঘড়ীদা য়েংখৎলুবদা পুং তরুক মখায়রোম তারে। ঐগী খুদাং ঘড়ীদনা ভারতকী মতম পুং নিপান মথায়।

পংকুই কুইরোইদমাল্লে খন্দুনা লাউঙ্গদা কমতুনা মকম অদুদা তাদুনা লৈরম্লিবা খবর-মেগাজিন-লাইব্রিক খর অদো কাক্তুনা মতম লেম্মনবা লাক্লরে। পুংখায়মুক মতুংদদি অশেংবা পাউ লাক্লে—য়ামদ্রবদা পুং অহুমদি থেঙবা তারে।

কমতুনা ঙাইবা কায়দ্রে।

পংলাপ লাপ্তনা এরোড্রোম মনাক্কী হোটেল অমদা রিখ্‌সিনা ঐখোয়বু পুরে। অহুমশুবা মথোলগী কা অমদা ঐখোয়গী পোত্থাবনবা শীল্লয়গা চংখ্রে। চংলমদাইদা হায়রম্মা,—"মুংঙাইনা পোত্থাবিরম্মু। হোয়েন মতম য়োরগা ঐ শোয়দনা লংকচগে।"

ঙসাইমখৈদি অহুমতা চত্তুনা পংকোয়ত-কোয়দুনা লৈবনিনা খঙলমদে, হৌজিক কা মমুংদা চঙলগদি খঙলে হকচাং অসি য়াম্না মুংঙাইত্রে হায়বা। অদুনা অমুক থানবা তৌদনা ফি-রোল হোংদোক্তুনা কমুং মথক্তা কাখৎলে। কাগী মচী অমদা লৈরিবা মায়-মিং তাকম অদুদা লৈরিবা টোটিগী কোঙ্গিন অদো উবদা অমর বাবু খাঙবা য়ারক্ত্রমাল্লে, হায়রকই, "সিংবাবু, আর পারছিনা। খাঙবা ঙমদ্রে, মসিদগী ঈশিং অমিমক অমুম থকচিল্লবা হায়ছুনি।" হায়বগা ঐগী পাউখুম ঙাইবা তৌদনা অহুম গদ্ গদ্ থকচিনখ্রে। ঙসাই, দিল্লীদগী প্লেনদা হেক কাখৎলকপদগী ঈশিং অচম্বা মরাক অমত্তা খোনাও অসিদা তারক্ত্রিবনি। মখোয়গী লৈবাক অসিদদি বিয়ার অনদি মিনারেল-বাটরনা ঈশিংগী মহুত্তা শীজিনৈ, ঈশিং থরুদে। ঈশিংনা য়োল্লকপা ঐখোয়নি, মখোয়গী বিয়ার অমদি মিনারেল বাটরনা ঐখোয়গী ঈখৌরাংবা কোকহনবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। অহুমকপু জ্ঞানী গুণীশিংনা পীরম্বা পাউতাক অদো কাউখোকপা ঙমদে, 'যস্মিন্ দেশে যদাচার'—লৈবাক অমদা চৎপা মতমদা লৈবাক অদুগী চংনবী লমচৎ শাজৎ অদুগী মতুং ইন্না চৎলু। ঐগী

ইমাঙ্‌দা লময়ান্দুনা চৈংখ্রবা জ্ঞানী গুণীশিং অহুনা পীরম্বা পাউত্তাক অদো মীংশিংলুবদা ফনা লাইক্ত-ঈখৌম্বাংবা লৈরবসু ঐগী মরূপকী মতুং ইনবা হন্দকী মতাং অশিদদি তৌরম্বোই খল্লে। লৈবাক অসিদা নোংমা শিশিতং লৈরিঙৈ অসিদি ঐসু বিয়ার অমদি মিনারেল রাটরবু সম্মান তৌকম থোকইনা।

হকচাং অসি ফনা মীংথিনা চোকথরমাল্লে। ফমুংদা হীপথবগা তুমখিবা খঙহৌদ্রে। কয়া কুইনা তুমথরুরবনো খঙ্‌দে, থোঙ থীল্লকপদা মীকপ থোরকই। থোঙ থীল্লরিবসি রিখ্‌সিনি।

ফিরোল প্রপ প্রপ শেৎচিল্লগা হোটেলদগী থোরক্লে। এয়ার-পোর্টকী লাউঞ্জ অতুদা অমুক ফম্লুরে। চন্দক্তি কুইনা ভাইদ্রে। মাইক্রোফোন্দা লাউরক্লে,—"প্লেন থাগদোরে। এয়ার ক্রাফ্‌টরোমদা লেঙ্‌শিনখিরো।"

রিখ্‌সিগা বিদায় লৌররে।

## সাইবেরিয়া পাংনা

তৌরিবসিনা করিনো ? ট্রক মানবা গাড়ীসিনা মনীং হন্না লাক্লগা প্লেনগী ময়াই থংবা কা মনাক্তা লেপখে। কাগী লেভেলগা মান্নবা গাড়ীগী বোড়ি অসি ৱাংখৎলক্লে। থোং মচা অমা শৎ কাপথোরক্লুবা গাড়ীগা প্লেনগা অনিগী মরক্তা লৈবা অহাঙবসে মেনশিনখে। মশা-মউ ফবী ৱাং চাউবী মুপী অনিরা অহুমরা অসিনা পুথোরক্লিবা অসিনা করিনো ? টিমগী চাউর-চাউরবা উপু ময়াম অমা। চিংবোই থাংবোই তৌদুনা মথং মথং গাড়ীদগী লোইনা প্লেন মনুংদা পুশিনখে। অমুক লূমখ্রবা উপুশিং অসি কয়া লায়না তৌখ্রবা। ঐখোয়গী লৈবাক্তা মুপা ময়াম্না প্লেনদা পোৎ-চৈ থাংদোক থাংজিন তৌবদা কয়া ৱানা তৌখ্রবা, মতম্না কয়া কুইনা চঙখ্রবা ! অদুগা মখোয়গী অসিদনা কয়া থুনা লোই-শিনখ্রবা। আয়, হায়গুম্মদুনা থোং মচা অসি থুপচিনখে, গাড়ীগী বোড়ি অসি হাম্নগীদোনা ওপ্পা তপ্পা নেমথখে। গাড়ী অসি চৎপু চৎখে। অসি ওইরে হকচাংগী পাঙ্গলগী মহুত্তা মেশিন শীজিন্নবা হায়বদো।

প্লেন থারে।

চেংলৌ শক্তম শকহেনবী উজবেক কোনুং তাসকেন্ট লৈহৌরে মচু মচুগী মৈঙাল পরেংনা পূমঙান ঙান্দুনা।

এয়ার-হোষ্টেস্না মাইক্রোফোনদা লাউরকই মখোয়গী হৌনবী অদু। মরোলদি করিমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। ঙসাই দিল্লীদগী পাইরকপা মতমদদি রাশিয়ান লোন্না অহানবদা লাউরগা ইংলিশতা অমুক হন্নকই। হন্দক্তি ইংলিশকী মনম নমখিদ্রে। খেন্নরিবদো জ্ঞান তারকই, ঙসাইগী

অদুনা ইন্টরনেশনেল ফ্লাইটসি—লৈবাক য়াংমা লাল্লা পাইবা। অদুগা হন্দকী অসিনা ডোমেষ্টিক ফ্লাইটসি—লৈবাক মনুংদা পাইবা। অদুবু মীয়ৈবাক্কী পেসেঞ্জরশিংগীদমক্তা ইরি কোক্‌পিটকী থোঙজিন্দা য়াশিয়াম ময়েকী হেক মথাদা ইংরাজী ময়েক্তা- কম্ফমগী পেটি ফাজিনবিয়ো; চুরুপ থকপিগনু। এয়ার-হোষ্টেসকী ফিজেৎসু হন্দক্তি ভসাইগী অদুগা মাম্নদ্রে। ভসাইগীনা ভাংজুনবা ইউনিফোর্মনি, হন্দকী অসিনা ফিগোক্তি —টুপীসু।

প্লেন অসি ময়ুং য়াম্না শাংই। ময়াইদা পোৎ-চৈ থম্নবা অমদি এয়ার-হোষ্টেসশিংগী কা, মনীং অমসুং মমাংদা পেসেঞ্জরশিংগী কা। ঐখোয় অনিমা ফম্লিবসি মনীংগী কাগী মমাং থংবা পরেংদনি। অদুনা ময়াইগী কাদা পোৎ-চৈ থাংদোক-থাংজিন তৌরিবদো লোইনা উই।

অমম্বগী সমুদ্র ঈরোম্নুংদা প্লেন অসি চংখ্রে। মপানগী ভাইবং-পান কয়িমতা উখিদ্রে। ঐখোয়গী সংসার পিকশিনখ্রে, প্লেন মনুংদগী হেনখিদ্রে। নুংঙাইরবা মঙ্‌লান মঙবনা ফরদমাল্লে খন্দুনা মমিৎ উইশিন্নবা ফনা য়াম্না য়াওনখ্রে। মালেম-লৈমগী মতম্বাক্তা নুংঙাইনা য়াহীপ তান্দুনা অরা-নুংঙাই মঙ্‌লান কয়া মঙবগী মহাও অমুক কুইবসি তংদুনা লাক্লে। অদুবু নোংমদোম অতিয়াদা, মদুসু ইনুংগী অমম্বদা মঙ্‌বা মঙলানগী মহাও করম তৌরিগবা ভসি ফাওবা খঙবা ভমদ্রি। অদুনা ইনাকমক্তদা মমিৎ উইশিন্নখ্রবা লময়ানবশিং অদুগী মতুং ঐসু ইল্লে।

নোংমদোম-থক্তা পাইরিবা ঐখোয়গী পিরুবা সংসার অদুনা য়ুহারাবদোনা থোক থোক নোম্মকপদা নুংঙাইরবা মঙ্‌লান অদো মথোং-মরম খঙহৌদনা কায়খি। খংপ্রেক খংভি, মপান্দা পূমঙান ভাম্না লৈরম্বদো উবদা। ইনুং গ্রামবগী মঙাল নত্তে, মৈঙাল পরেংগী মঙালনি। প্লেন তারে। আলমা-আতানি, সেন্ট্রেল এশিয়াগী খ্বাইদগী ফজবা সহর, কাজাকস্তান রিপাব্লিকী কোনুং। অদুবু প্লেনদগী কূমথদুনা ভাইহাক্তং ওইরসু চঙদুনা শকখঙ-মায়খঙনরুবগী খুদোং চাবা অদুদি থোক্তে। চঙদুনা শকখঙ-মায়খঙনরুবদি লায়নদুনা প্লেনদগী কুম্বা

ফাওবা কুমথদ্রে। ভারতকী মোংগোক চিদাইদা লৈবা মণিপুর কৌবা লমদম অমদগী মাংলবা হিমালয় চীংজাউ লান্দুনা লাক্লগা ইমুং ভাগ্লমদাইদা তয়ুম অমা ভাইহাক্কুং মহাক্কী মতম্বাক্তা পোথারম্মী হায়রবসি ফাওবা মহাক খঙহৌরম্মিরোই।

আলমা-আতা লৈহৌরে।

ভাইহাক মমশিল্লুরে। অদুবু কুইহৌদে, মাঙলোমদা ভাম্থোরক্লে। য়েৎলোম থংবা মাইকৈদা অতিযা শিংখোংদা হুন্দোরকপতা ভাযরিবা কোরৌগী মশেক্লা পূমভাং ভাঙখে। ওইরোম থংবা মাইকৈদদি পুংমম মল্লি। মথাদা ঈথক হৌরবা মল্লি মল্লিবা লৈচিলগী ঈপাক। অঙকপা শক্তুল্লি মহৌশাগী!

এয়ার হোস্টেসনা অচা-থক পুথোরক্লে। শদুম চাউরবা অমা— কিলোমথাবরোম ওইগনি, তভাং তভাংবা কজরবা কৈতুপ অনি, থাম্নেন অশিনবা অফুৎপা অমা, তল অচৌবা ডবল-কটিগুম্বা অমা, বিস্কুট পেকেট অমা, কোফি, সোফ্‌ট ড্রিঙ্ক …। ময়াম অদু উবদা অমরবাবু মোক-ফেৎ তৌরকই। ফনা কুইরক্লবনি মহাক্লা মুকম মুকম শোল্লক্লিবসি, অহিঙ চুপ্পা করিমতা পীজদে হাযদুনা। শাউফম থোকই, ভরাং লুমি-দাংসু এয়ারপোর্ট হোটেলদা নাথোক্কুনা তুম্লিঙৈদা করিমতা চাহৌদ্রবনি। অদুবু তকশিনবদি ইযা-যাদ্রমাল্লে, ট্রেদা পৈথিবা ময়াম অদো মচী ইরেং লেঙদে। ঐগীদি ভরাং হোটেল-উজবেকিস্তানদা তৌথিবা হুমাং কাংবা মতৌ অদুনি। অদুবু তোংমিন্নরিবা ময়াম অসিদি মথীবোং ওম্থোক্লা লাওখ্রমাল্লে, শিৎ শিৎ নাম্না তকশিল্লি। মসিনা ওইবা তাই মখোয়না মশামউ ফরিবা, মপাঙ্গল কাল্লিবা। ঐগুম্বা তিঞ্জং কায়চংবা অমত্তা প্লেন মনুং অসিদা উদে।

বোবোসিবিস্কতা থুংবা মতমদা নোং ভানযুং ভানফুং তৌরে। সাইবেরিয়াগী পাক্লবা তম্পাক্কী লমদম মমি শামি ওইনা উরে।

রাশিয়াম লোম খরা তল্লগা লাক্লম্মদি ফগদবা। লোন খঙমদবগী খুদোং থীবদো ফজমা নংলে। চৎমিন্নরিবা কনাগুম্বা অমত্তগা রারী

য়াভাই শাবগী উপায় লৈতে। মফম অসি করি কোগে হায়রবা কাওবা হংবদা খুম্বিনবা কন্নামতা য়াওদে। ইংলিসমচু মৈতৈরোলমচু মখোয়গী মফমদা অঙ্কানি। ঈশিং থক্লিংদুনা এয়ার-হোষ্টেস অমদা য়া কাখোক্তুনা খুৎনে শানে তৌদুনা ইঙ্গিত্তা হায়রুরে। ভাব ফজবা তাবদোৌনা চৎখি, অদুবু পীরকপদি বিয়ার ওইনা পীরকই। লোন খঙনদবগী অরাবা হায়বদো অসি ওইরে।

প্লেন শাইখৎপগা উরে মাঙদা পাক্লবা লৌবুক সনামচুগী পাক্লবা ফিরাংজি ফিদাদোৌনা শন্দোক্তুনা লৈরি। লৌ লোকপ মতম ওইরমাল্লে। লৌ ফজনা মুল্লে, মরক মরক্তা খাওদোক্তুনা মপৈ মপৈ পৈদুনা থম্বমচু য়াওরি। থবা চৎলগা অমুক মথাদা মপান নাইদ্রবা শংবানবা ঈথক ঈপোম, চীং মান ওইরমাল্লে। অদুদগী অমুক পাক্লবা লৌবুক।

ইকুৎস্ক য়োৌবা মতমদা অমুক্কী পূং তরারোম তারে। প্লেন তাবগা মশক মতৌ ফজরবী লৈশাবী অমা চংঙক্তুনা হায়রে, "গুড-মোর্নিং। ঐ ইন-টুরিষ্টকী মীনি। প্লেন মনুংদা করিগুম্বা খুদোং চাদবা থেংনবিরক্লেকো। হৌজিক মফম অসিদা প্লেন শিনবিবা তারে। ঐগী ইতুং ইনবিরকউ।"

মহাক্কী মেঙলবা ইংরাজী বাহৈ থরা অদো তাবদা মিৎ-না অসি খুংশিং শিংগৎলকই। ঙরাং অহিঙ মোংয়াইদগীনি ঐখোয় অমিনা পূংপং পঙশিন্দুনা লাক্লিবসি।

এয়ার-হোষ্টেসনা ঐখোয় অনি কুমথক্লি ফাওবা ময়াম অদো ঙাইহাক্তং ঙাইবিখো হায়খ্রমাল্লে, অমত্তা মাগী মাগী মফমদগী লেঙবা লৈখিদ্রে। ঐখোয় অনিনা থোরকপা অদুদা মুম্না মুম্না য়েংন্দহৌরি। থল্লিমাল্লে, মখোয় অনিসিবু কয়াম চাউখ্রবা জাৎনো!

প্লেন্দগী কুমথরগা কদোমদগীনো খংঈং-ঈংবা অমা হকচাংদা খংক্লাও কাওরকই। বাকচিংগী অহিঙদোনা ত্রৎ ত্রৎ চিংশিল্লকই। ঙসাইমথৈদি প্লেন মনুংদা লৈবনিনা খঙলমদে। ঙসি আগষ্টকী ৩১ নি। ঙরাংতা

দিল্লীদা হুমাংনা জ, জ, শিন্থরক্লিবনি। তাংকেন্টতসু হাইকেং অদু মভাই তৌহৌরিবদো। অদুগা অসিদা তৌরম্লিবসিনা করিমো ? মভল৷ হাবা তৌরিবসিবু! নত্তে, মঙসু নত্তে, হাসু নত্তে। মসিনিদনা সাই-বেরিয়া হায়বদো। মসিগীদমক্তনি সাইবেরিয়া হায়রগাময়াম্না কিন-মিবদো। মসিগীদমক্তনি জারগী মতমদা বিপ্লবীশিংবু সাইবেরিয়াদা লোই থারম্লিবা, উন মরক্তা চিংশিন্দুনা শিজরুনবা হায়দুনা।

এয়ারপোর্টকী চাউরবা মথোল্ নাইবা বিল্ডিং অদুগী মমাংদা মু শী অমা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐখোয়বু উবগা প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই, হায়রৈ, 'গুড-মোর্নিং"।

"গুড মোর্নিং।" ঐখোয়সু থুমই। খুৎ তিংথোক্তুনা শোক্নৈ।

"ঐ অদোমবু ওকপা লাকচরিবনি। বুরিয়াৎ রিপাব্লিকী ফ্রেণ্ডশিপ সোসাইটিগী প্রেসিডেন্টনা থারকপনি। ঐগী ইমিং লিজা পিগুয়েভা কৌজে। লিজা-তা কৌবিরবসু য়াগনি। ঐ অদোমগী ইন্টরপ্রিটর ওইনা লোয়নজগনি।"

মহাক ইংলিস য়াম্না ফজনা ঙাঙই। ঐখোয় হিংলদবোই থল্লি।

লিজা য়াম্না অফমসু নত্তে, থোইনা শহাসু নত্তে। লৈশাবী মাল্লি অদুবু লৈশাবীদি নত্রমাল্লে। মশক মতৌ অদো উবদা লাপ্লবা মণিপুরদা লৈহৌরবা ঐখোয়গী মেমচা, ইবেয়াইমা, মণিম্নৈমা, ইন্দুরেখা-খোয় মীংশিংলকই। নাতোন নশ্মি, মমিৎ থুই, মশম মুই, কুচু পাল্লি —মণিপুরদা উরবদবু কনানা পোইরৈ চনু নত্তে হায়গদগে! মশা মউ কৈ, মমিৎ মনা য়াম্না শিংনা উই, ৰাঙাং ৰাত্তা য়াম্না হৈ। মতমগী চৎনবী বেল বোটম শেৎলি, ওভারকোট লিৎলি, আলোক উল্লি, মশম তেম্না ককই।

ঐখোয়না কোট অম-মমদগী হেম্না লিত্তবদো উবদা লিজানা হংঙকই — "ঈংবিদ্রা ?"

ঈংবগী ৰাদি হায়রুনা কাম্নদে। অদুবু মীরৈবাক অসিদা লাকনি হায়দুনা লাক্লবনিনা থাঙবা তাম্নে। অতুনা ফজনা অদুম থুম্মি,—'য়াগনিদ্রা।'

ৰায়ী শানা শানা লিজাগা এয়ারপোর্টকী পোন্বাশঙ তাম্না চংলে। মহাক্তি ওরাংদগী ঐখোয়বু ওক্লনবা ইকুৰ্ষক্‌তা লাক্কুন্না লৈরম্লি। মৈতৈমুপীনা অসুম হায়না লাকপা ওমগত্রা, ওন্নগসু মপূ-রোইবনবু থাগত্রা, থোইদোক্লা লিজাগীগুম্বী তনৌ-তনৌবিবী মৌবহা অমবু?

ঙাইহাক লৈরগা পাউ লাক্লে, প্লেন থাগদৌরে। প্লেনদা অমুক কাখৎলে। নীংশিংলকই, দিল্লীদা মরূপ অমনা হায়রকপদো, য়েংঙু, সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা তৌরকপা, নিঙোল-মতৈ লাকপগা চপ মান্নবনি। ওস্থোক্লা চুম্না হায়রকখ্রে, তৌরিসিনি, প্লেন কাখৎপা অসিদসু খ্বাইদগী হান্না ঐখোয়বু।

প্লেন অমুক পাইখৎলে। হন্দক্তি তোংলিবা মুপী-মুপা ময়ামগী শক-চু ফনা য়াম্না হোংলে। মোঙ্গোলিয়া কাঙলুপকী মায়খোঙনা অয়াম্বা ওইখ্রে। বা ঙাঙত্রবদি ঐবুসু অতোপ্পনি হায়বা খংত্রবা জাৎনি।

ঘড়ীদা পূং ১১ রোম তারে। মথাদা চীং-মান ঙাক্তা ওইনা উরি। তুরেন্গুম্বা পাৎকুম্বা খরসু উরি। লৌবুক-লম্পাক্তি থোইনা উখিদ্রে। তৌবগীদি লৈচিন মোংফাই থাংবনা ময়েক শেংনসু উদ্রে।

মাইক্রোফোনদা এয়ারহোষ্টেসনা রাশিয়ান মরোন্দা কন্নি কন্নিনো হায়রকই। লিজানা হন্দোরকই,—ঐখোয়না হৌজিক পাইন্নিবসি বৈকাল পাৎকী মথক্তনি।

বৈকাল পাৎ! অঙাং ওইরিঙৈদা ভূগোলদা পাখিবদো, পৃথিবীগী খ্বাইদগী মরেপ লুবা পাৎ। পাৎ অদুগী মথক্তা ঐখোয়না হৌজিক পাইন্নিবা। হরাও-তুজুংবা অমা ঐঙোন্দা খঙহৌদনা ফাওরকই।

লিজানা হায়রকই,—"বৈকাল পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা পাৎনি।"

"কদায়, পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা পাৎতি কাস্পিয়ান নত্রনে?" ঐনা চুমথোকে তৌই।

"হোয়, কাস্পিয়ানবু পাৎনি হায়না লৌরগদি হায়বিন্নিবদো চুম্মি। লিজাসু ঐগী বা অদো থবৎতি ককথৎতে। "অদুবু কাস্পিয়ানদি সমুদ্র ওইনা লৌনৈ।"

মাইক্রোক্রোনদা ভাও্লিবদো লেপ্পে। মথাদা লৈচিন-লোংফাই থাংদবা মফমদা লুরবা লাইজ-ঈমায় ভনিক-ভনিক্লা উৱি। বৈকালগী লাইজ, লুবদা হায়নরিবনি। অদুনা লমদম অসিগী অশৈবশিংনা শৈণক-পদা বৈকালবু বুরিয়াৎকী ঙকশমগী শনরিক পরেংনি হায়না শৈথানৈ। পাৎ অসিদা তুরেল ৩৩৫ তারৈ, অদুবু ংোকথিবদি তুরেল অমথক্তনি, অঙ্গারা তুরেল। বৈকালগী মরেপ অসি কিলোমিটর ২০০০ রোমনি। পাৎ অসিদা খোইদোকপা ভা মথল অমা ফংই, হাউবদা সোভিয়েৎ ইউ-নিয়ন শীনবা থুংনা মমিং চৎলি। ভা মথল অসি পাৎ অতৈদস্থ রোক্লনবা লাক্লক্লরে, অদুবু মহৈ য়ানখিদে। তায়রিবা ভা অসিতা মতুম্না ভা মথল ৫০ রোম মফম অসিদা লৈ। মহৌশাগী মমল য়াম্লবা উপাল-রাপাল উরী-রারী মথল ৬০০ রোম মফম অসিদা তৌরি। অদুগা শা-কৈ উচেক-রায়া মথল ১২০০ রোমস্থ পাৎ অসিদা চাক্তাদুনা লৈরি। উচেক-রায়াগী রা পাক্লকপদা নীংশিংলকই, মণিপুরদা ভাও্লবদো সাইবেরিয়াগী বৈকাল পাৎতগী ভাম্ন থঙ্গোং কয়া নিংথম-থাদা পাইরক্তুনা লোক্তাক পাৎতা চাক্তারে, নিংথম-থা লোইরগা লোক্তাক্তগী বৈকালদা অমুক। পাৎ অনি অসি মতম অমদা য়াম্না নক্লনা মরী লৈনরম্বা তাই। মরী অসি হৌজিকস্থ তৎনদ্রি। চহী কুমজা খুদিংগী ভাম্ন-থঙ্গোংশিংনা পাৎ অনি অসিগী কোলোয়-মপাউ পুথোক-পুশিন তৌরি। ঐস্থ ভসি লোক্তাক মপান্দগী বৈকাল মপান্দা কোলোয় মপাউ অমদি পূদুনা লাক্লি।

ফনা কুইনা পাই বৈকাল্ল মথক্তা। পুংখাইমুক মতুংদা প্লেন তপ্না তপ্না পাইথরক্লে। মাঙদা এরোড্রোম উরে। খোইশা চাউদে, লুবস্থ রাংপগুম তৌই। অদুবু প্লেনদি অদুম য়াম্না লৈ।

মসিনি উলান-উদেগী এরোড্রোম। উলান-উদে, বুরিয়াৎ রিপাব্লিকী কোম্নুং।

## বৈকালগী লমদমদা

মখোয়গী ইঞ্জিন পানবা কৈরাক অসি থোক্লিল্লকে। ঐখোয়গী এরোড্রোমশিংদা তৌবা অহুম হায়না মী ময়াম অমা চঙ্‌তুনা ইনশিল-লক্লে। মী মঙা-তরুক্কী থবক অদো মী কমস্তুনা ইঞ্জিনগী মতেংগা লোয়ননা মিৎকুপ্তা তৌরি। কৈরাক অসে প্লেনগী থোঙজিন্দা তপ্না তপ্না নপশিনখ্রে। অসিদগী নত্তে, কৈরাক অসিগী এরোড্রোম পুম্নমক্তনি—কৈরাক ইস্তোক-ইনশিন তৌই ইঞ্জিনগী মতেংনা, পোৎ-চৈ থাংদোক-থাংজিন তৌই মেশিনগী মতেংনা; প্লেনগী মশীংসু—মশীং লাকঙমদনা লৈ এরোড্রোম খুদিংগী।

প্লেনদগী কুমথবগা লৈ চবুন অমমম পায়তুনা লৈরম্লে ঐখোয়বু ওকপা মী ময়াম। লিজানা ফ্রেণ্ডশিপ সোসাইটিগী প্রেসিডেন্ট কমরেড মোখোসোয়েভ ভিসিলিয়েভিচকা ইহান হান্না শক খঙনহল্লি, কমরেড মোখোসোয়েভনা অমুক মথং মথং ময়ামগা।

খীন্দনা পোৎ-চৈ থাঙত্তুনা কারদা অমুক কাখৎলে। মাঙদা ড্রাইভর মনাক্তা কমরেড মোখোসোয়েভ, মীংদা লিজানে ঐখোয় অহুম।

কমরেড মোখোসোয়েভ চহী য়াংখৈরোম শুরনি। বুরিয়াৎ-মোঙ্গোল কাঙলুপকী মীনি। মমিৎ খুই, নাতোন নপ্মি, মশম মুই। হোয়, মশম অদো মুই হায়রমক্তি য়াদ্রে, অডোবা ফন্না য়াম্না কাপ্লে। ঐগা চৎমিন্নরিবা মরুপ অমরগুম্সু খরা খরা কাপ্লে। ভসাইমখৈ উৎমদে, লিজাগীসু নরাই-লেম্ফুদা অডোবা মরি-মঙা য়াওরে।

কোকলোমদগী য়েংলুরবদি ঐনা নহা ইওই-ওইরে। ড্রাইভর অদু রাশিয়ানি, ঐখোয়না সাহেব কায়রগা খঙনবা মশক তঙুনি। পোকপদগী অদুম মকোক অদো ভৌরক্লবা জাৎনি, অদুনা পোক হৌবা হৌদবগী রা মঙোল্দদি লৈত্রে।

লংকৈদগী হল্লক্লিবা মচা-মনাওদা হংবদৌনা কমরেড মোখোসোয়েভনা হংলকই,--"প্লেনদা বারকপরা? খুদোং চাদবা থেংনরক্কেকো? য়াম্না ঈংবরা ... ...।"

কোটকী খাউদগী চুরুপ পুথোক্তুনা লাল্লকই।

অদুদগী মথা তানা অমুক হংঙকই,—"হাকুম ঐখোয়গী ডেলিগেৎ অনিবু মণিপুরদা চংহনখিদ্রিবা করিগীনো?"

ঐখোয় লাকপগা হংগদগী য়াম্না খোরাংনা লৈরম্লবা জাৎনি। ঐস্তু পোয়দনা হংঙকনি খল্লি। ইম্ফালদগী লাক্লমদাইদা তামো মহেন্দ্রগা তামো বোরোগনা ঐঙোন্দা হায়রক্লবনি।

হাকুমনি বুরিয়াৎ ফ্রেণ্ডশিপ সোসাইটিগী মীহুৎ অনি মণিপুর অমদি ত্রিপুরাগীদমক লাকখিবা। অদুবু মণিপুরদা মখোয় য়ৌরকপা ঙমখিদে, আইনগী অথিংবা অমনা মখোয়বু চঙহনখিদে। মণিপুরদা মীয়ৈবাকী মীনা লাকপা তারবদি ভারত সরকারগী ইন্নর লাইন পার্মিট হায়বা থোইদোকপা পার্মিট অমা চঙই। বুরিয়াৎ ডেলিগেৎ শিংনা লাকপা মতমদা ভারত সরকারনা পার্মিট অদো পীখিদে। অদুনা ভারতকী মফম অতৈদা কোয়রগা মখোয় হনখি। মসিগী চহী খরা মমাংদগী সোভিয়েৎ মহারোলগী কাংবু অমা মণিপুরদা লাকপনি হায়না লাক্লগা ইন্নর-লাইন পার্মিট ফংদতুনা শিলচর এয়ারপোর্ট ফাওবা লাক্লম্মগা হনখি।

বুরিয়াৎকী মীহুৎশিংবু মণিপুরদা ওকপা ঙমখিদবগীদমক কমরেড মোখোসোয়েভকী মফমদা ইন্দো-সোভিয়েৎ কলচারেল সোসাইটিগী মণিপুর মশাগী তরফতগী ঐনা ঐখোয়গী খুংঙাইজহৌদবদো ফোঙদোকই। বাখল খরা খুংঙাইমবা ঐনা মথা তাই, "মথংদদি সোভিয়েৎ

মরূপ-মপাংশিংবু মণিপুরদা ওকপা ভুমগনি হায়বসি ঐ থাজে। অদুবা অদোমবু মণিপুরদা লাকপিনবা অমুক্তা হন্না বার্তোন তৌজরি।”

“স্পাসিভা—মুংভাইঙরে।” নোকনি নোকনি তৌরকই কপরেত মোখোসোয়েভ।

লিজানা হংঙকই,—“হাকুম অমা মণিপুরদগী মিষ্টর সিং অমগা ত্রিপুরাদগী মিষ্টর দাস অমগা ঐখোয়গী অসিদা লাক্লমবদো খঙ্‌নবিবরা ? মখোয় কমদোঔরি ?”

“খঙ্‌ভি। কম্রি খোইদোকপা তৌহৌদে।”

ককচিংগী খা-মণিপুর কোলেজদা ওজা ওইরিবা প্রোফেসর ইবোতোম্বী সিংহ অমদি ত্রিপুরাগী মতম অদুদা এম-এল-এ ওইরম্বা হৌজিক্তা মন্ত্রী ওইরবা তারিৎমোহন দাস—মখোয় অমিবুনি লিজানা হংলিবসি। মখোয় অনিনা মণিপুর-ত্রিপুরাগী ভারত সোভিয়েৎ সংস্কৃতি সমিতিগী মীহুৎ ওইনা বুরিয়াৎ রিপাব্লিক্তা ইহাম-হান্না চৎলুবনি। ঐখোয় অনিনা অনিশুবা কাঙ্‌বুনি।

সহর পাংলিবা লম্বী অদো পাক্‌ই, নাপন্থু নাল্লি। লম্বীগী মাক-য়েত্তা অশংবা মনানা জুম জুম লাউনা হৌরি বার্চ, পোপ্লারনা চিংবা উপাপশিংনা পরেং পরেং। মখোয়গী উরুম অদুদা ঐখোয়গী কার অদো করিমতা রাদনা অঙাংপী পাম্নপোৎতৌনা খেক্র-খোয়না চেল্লি।

সহরগী লম য়ৌশিল্লক্লে। গাড়ী কুংশিল্লক্লে, লম্বী পাকখোরক্লে, লম্বী মপান্দা লৈবা য়ুমসু কুংশিল্লক্লে। ট্রাম চেনবা উয়ে, বস্‌ টেক্সিময়াম অমসু চেল্লি। মখোয়গী য়েৎলোমদা চেনবীসিনা কোক অসি ভাওহল্লি।

চাউরবা স্কোয়ার অমা য়ৌরে। লেনিনগী চাউরবা মূর্তি অমা [illegible] অসিদা ভাপ্লোইরি। স্কোয়ার অসিদা ওক্টোবর বিপ্লব পালপ মুমিত্তা, মে পুমিত্তা মীয়াম তিল্লি, পেরেড তৌই।

স্কোয়ার অসিগী মনাকমক্তদা মওং মতৌ হাইকেৎ ম্রাম্রনা পাবা

যুম থরা পরেং শান্না লৈরি। মখোল মডা শুবা ডাক্তরনি। মরাম অসিগী মরক্তা অমদি হোটেলনি, উনাম-উদে সহরগী খু্ইদগী চাউবা হোটেল — মমিংনা 'হোটেল বৈকাল'। বৈকাল পাংলা কোমবা লমনি, অদুনমি মমিং অসি।

মরিশুবা মখোলগী ৩১১ শুবা কাদা ঐখোয়গী লৈকম শীল্লম্মে। কা অদুদা হেক চঙ্‌বগা মখাদা থাব্রিবা কজরবা কার্পেট অদুদা মিতারুই। মী অনি লৈননবা কানি, অদুনা তুম্মম কাদা কমুং অনি থারি; আল-মারীস্ অনি থিল্লি, অদুগা ড্রোবার পানবা শাংলবা টেবল অমা, মদুগী মথক্তা টেলিফোন-রিসিভার অমা, মনাক্তা চৌকি অনি। থংনবা লৈরিবা চাম-থক্রবা কা অদুদা অচৌবা টেবল অমা, চৌকি খরা, মচী অমদা টেলিভিজন-সেট, নাকম অমদা ওটোমেটিক রেফ্রিজারেটর। টেবল মথক্তা লৈরিবা গামলা অনি অদুদা লৈরাং চবুন অনি তগৎ তগৎ শান্নুনা লৈরি। ঈরু-মায়থক্কমস্ থংনরি, ঈশিং অশাবা অঙীংবা অনিমক ফংগনি, টাবেলস্ অনিথক ঙোনা শূদোক্তুনা য়ান্দুনা লৈরি। শেংনমবদগী হেন্না করিমতা পুরক্লমদ্রবস্ য়াবা জাৎনি।

পূংথায়মুকী মন্নুংদা মায়-মিৎ তাথোক্তুনা লোইশিনবিরম্মো হায়রম্লগা কমরেড মোখোসোয়েভকা লিজাগা চৎখ্রে। মীনা হায়রম্মিকো হায়দুনা ঐদি হায়রিবা মতমগী মনুংদা কোই-লাং ফান্দোক্তুনা মায়-মিৎ তাথোক্তুনা ফি-রোল হোংদোক্তুনা খরা লৈবাকমচা তানা লৈরে। অদুবু অমরগুপ্তদি মোং হাদনা তপ্না তপ্না হোৎনরি। অসোমদা মখোয় অনি অমুক লাক্লে। অমরগুপ্তগী মতৌ অদো উবদা ঐনা ইকায়জরে। মখোয়নবুদি হায় ব্যবহারগী ওইনা, — "তপ্না তপ্না হোৎনবিয়ু।"

চাম-থক্রবা পুরকপা হৌরক্লে। লৈশাবী অনিনি, অমনা খরা নোয়-পেল্লি, অমনা পাতক চেংতক্‌ই। শেংলিবা ডাংজুনবা ইউনিফোর্ম অদুগা তঙাং তঙাংবা খজাইশিং অদুগা কয়াতা চুনরে, কয়াজা কজরে। অনিমকী সনামচুগী শল্লাং অদো শম্বুল মাইনা কজনা পুল্লি। মিংপান মথক্তা শংবানবা মচু অমা পারপ তোমা ভৈরি। অমুন

হায়না মিৎপান মথক্তা শংবাননবা মচু পাম্বপ তৌনা তৈবসি লৈবাক অসিগী মচুম তানা কেবী লৈশাবী মৌনহাশিংনা তৌই, মরু ওইনা প্লেনদা, হোটেলদা, ডুকান্দা থবক তৌবীশিংনা। লিজাদি শংবাননবা মচু অসিগী মচুত্তা মিৎপানদা কাজল অমুবা তৈ।

অচাথক পুশিল্লকপগী লোইবা নাইদ্রে—ভল-খা মথল অনিছুম, বটর, শা মথল অনি, ভাসু মথল অনি, সলাদ, সুপ, হৈয়া, ভোদ্কা, শেম্পেন, বিয়ার, মিনারেল ৱাটর ··।

লিক্লি ময়াম অদো উবদা অমর বাবু শাখৎলমাল্লে, ঐগোন্দা হায়রকই,—"কমদোনি 'সিদি? ঐদি ইমানা পোকইদগী অমুক্তসু থক্কি।"

মখোয়না খঙ্‌খিনি হায়দুনা ঐসু বাংলাদা খুমই,—, "ঐসু মসি হৈনবা মী নত্তে।· অদুবু 'যস্মিন্ দেশে যদাচার' লৈবাক লৈবাকী চৎনবীদো ইন্‌বা তারেদনা। লৈবাক অসিদা মোং-নিনি লৈরিবদো মু থকপগী দমক মহাভারত মাংখিগদবদি লৈতেদনা। থক্কু বদি মখোয়না মুংঙাইখিদবসু য়াই।"

অমরবাবুগী হাইগৎলুবা মুংশিং অদো হন্থরক্রমাল্লে, নোকফেং মঙক শুরকই।

কমরেড মোখোসোয়েভনা ভোদ্‌কা লিক্লি অমগা শেম্পেন লিক্লি অমগা মথুম হাংদোক্তুনা মথাং চেংবা ফজরবা গ্লাসশিং অদুদা মমাস্ন চোম্না হৈরগা টোষ্ট হোরে—সোভিয়েৎ ভারত লৈবাক অনিগী মরূপ-মপাং ওইবগী মরী হেন্না চেৎশিন্নবগীদমক, অমুক হেন্না ফগৎনবগীদমক, লৈবাক অনিগী মীয়ামগী য়াইফ-মুংঙাইনবগীদমক, পৃথিবীগী শান্তিগীদমক ··।

অমরবাবু ইবানিগী শেম্পেন য়োৎপা ময়োৎ অদো উবদা নোকফেং তৌরকই কমরেড মোখোসোয়েভ। মহাকী গ্লাস অদো অমুক্তা হন্না পায়খৎলগা তাক্লকই,— "অসুম হায়না, নাতোন মেল্লগা, কুৎ হেক্তা···।"

চাঁন-চানা থক্ক-থক্কা ৱাসীসু চথরি। মতাং অমদা কমরেড

মোখোসোয়েভনা হংঙকই,— "বুরিয়াংকী করি করি য়েংবিনীংই, প্রোগ্রাম শেম্বদা য়াওমনবা ?"

ঐখোয় অনিসু ঐখোয়গী অপাম্বদো হায়রে।

চাব-থকপা লোইরগা ঐখোয়বু ঙাইহাক্তং পোত্থানবা হায়দুনা মখোয় অনি চংখে। পুংথায়মুক মতুংদা অমুক থোকদোরিবনি সহর অসি য়েংবা। অমরবাবুদি কমুংদা তিংথোকখে। অদুবু ঐদি পোত্থাবা য়াদ্রে, খোঙচৎ অসিদা ইরিবা তারিবা পূম্নমক মোটবুকতা ইশিন্দবা য়াদে। অমরবাবুনা নোক্লরকই,— "করিনো অচুক য়াম্না ইরিবদুবু ?"

ঐ খুমদে, নোক্না নোক্না অদুম নোট তৌশিল্লি।

হায়গুম্মদুনা থোঙ থাল্লরে, লিজাগা নাইদাকোঙ্কঃ। হন্দক্তি কময়েঙ মোখোসোয়েভ য়াওরক্তে। নাইদাকোভ ঙসাই ঐখোয়বু এয়ারপোর্টতা ওকপদসু য়াওই। মহাক্কী মপুং ফাবা মমিংদি নাইদাকোভ ভাসিলি ইসিরিনোভিচনি। মহাক উলান-উদেগী ইনষ্টিট্যুৎ ওফ্ সোসিয়েল সাইন্সতা থবক তৌরি, চহী য়াংখৈগী ঙাকয়ানি।

হোটেলদগী কুমথরকপদা লৈরম্লিবা মীশিং অদুনা ঐখোয়বু মুম্না মুম্না য়েংঙকই, মরু ওইনা অমরগুপ্তগী ফৈক্তোম পুংয়াৎ অদুদা। ঐখোয়সু মখোয়বু য়েংই, বাদি ঙাঙ্নদে। সিড়িদা ওয়রোমদা চংপা ঐখোয়গা য়েংলোমদা চংপা মখোয়গা থেঙ্গাইনগে হেক হেক তৌই, ঐখোয়সু নোকই মখোয়সু নোকই।

হোটেলগী থোঙ্জিন হেক কাম্থোকপগা মপানগী ত্রৎ ত্রৎ চিংশিনবা নুংশিৎ অদো হকচাংদা খংকাও ফাওরকই। জার্সি-কোট-মফ্লরনা হকচাং অসি পুংয়োম য়োমশিল্লিবনি, অদুবু করি মতোনো খঙদে। আগষ্ট-সেপ্টেম্বর অসিদনা অসুক য়াম্না ঈংঙবদি ডিসেম্বর-জানুয়ারীদা কমদোরিগদবা !

গাড়ীদা কাখৎলে। ঙসাইগী কার অদুনি, ঙসাইগী ড্রাইভর অদুনি। গাড়ী মনুংদা চঙবগা ঈংবদো থরদি ফৈ।

নাইদাকোভনা মখোয়গী ময়োলদা লম্মিং ফুম্মিং অদো তাক্লি,

লিজানা ইংরাজীদা হন্দোক্লি। অসিনা স্কোয়ারনি, মসিনা প্রোস্‌পেক্টনি, অসিনা মদুগী শঙ্‌নি, মসিনা ডিপার্টমেন্টল ষ্টোরনি, অসিনা স্কুলনি। লম্বীশিং অদো পাকই, লু-নাল্লি অদুবু মরক মরক্তা অকা-অকুম য়াওই, চীংগী লমদৌনা। য়ুমশিং অদো চগুংবদে, থোইনা বাংবসু য়াওদে, মথোল মঙা-তরুক্তুগী হেনদে। লম্বীগী নাক-য়েত্তা, য়ুমগী অকোয়বদা উপাল-রাপাল হৈকোল-লৈকোল মরাং কায়না লৈ। উপাল-রাপাল থাবা হৈ-কোল লৈকোল মরাং-কায়না থম্বা হায়বসি সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মকম খুদিংদা তৌই।

গাড়ীদা তোংনা-তোংনা চীংথক অমদা কাথংলে। ইম্ফালগী চীংঙ্গাদগী থরা হেন্না বাংগদ্রা। চীংথক্তা চাউরবা শঙ অমা লৈ, হাউস ওফ কলচারনি, ইং ১৯৬৬ শাবা। লেনিনগী চাউরবা মুর্তি অমসু শঙ অসিগী মমাংদা লৈরি। চীংথক অসিদগী উলান-উদে সহর ফজনা উই। থোইনা চাউবদি নত্তে সহর অসি। য়েংবদা ইম্ফাল হাইকেৎ মাল্লি, মাইকৈ মরিদা চীংনা ইকোয়-কোয়শিল্লি।

বুরিয়াৎ অসিমক চীং-মান মরক্তা লৈবা রিপাব্লিক অমনি। হোয়, মপূং ফাবা রিপাব্লিকমক্তি নত্তে বুরিয়াৎ অসি। সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা মপূং ফাবা রিপাব্লিক ১৫ থক্তনি। অদুবু মীশীং য়ামদবা কাঙলুপকী স্বার্থ ভাক্কনবা মপূং ফাবা রিপাব্লিক থরগী মনুং চন্না ওটোনোমস রিপাব্লিক, ওটোনোমস রেজিয়ন অমদি নেশনেল এরিয়া কয়ামুক লৈ। বুরিয়াৎ অসি রাশিয়ান ফেদারেটিভ রিপাব্লিকী মনুং চনবা ওটোনোমস রিপাব্লিক অমনি। শাক-চাউবরোমদগী য়েংলুরবদি রিপাব্লিক অসি মণিপুরদগী শরুক তরামঙারোম হেন্না চাউই—বর্গ কিলোমিটর ৩৫১,০০০ নি, অদুবু মীশীংদি লাখ ১০ ফাবাত্তে।

সিনিঙ্গা অমদি উদা তুরেল অমিনা মাইকৈ অনিদগী চেম্ময়রুগা উলান-উদেগী নোংচুপ থংবা মাইকৈদা ঈতিম্নরি। সহর অসি রেজিয়ন অহুম থোক্না থায়দোকই। ঐথোয়গী হোটেল, হোটেল বৈকালনা লৈরিবসি সোভিয়েৎসু রেজিয়নদনি।

উলান-উদে সহর অসিদা খুন্দাবা হৌবসি চহী চহুমরোমতমক ওইরি। মসিগী মমাংদা বুরিয়াচিয়াগী মীশিং শুসি তং-তানা মফম অমদা লৈরমদে, শা-ষণ শেন্দুনা মফম অমদগী মফম অমদা কোয়চৎ-চঙ্লুনা লৈরম্মী। অদুনা ওক্টোবর বিপ্লবকী মমাং ফাওবদা সহর অসি য়াম্না পিক্লম্মী, মখিংনা বেরখোনিয়াউডিংস্ক কৌরম্মী। ইং ১৯২৩ দা হায়বদি বুরিয়াচিয়ানা রাশিয়ান ফেদারেসনগী মন্থুং চনবা ওটোনোমস রিপাব্লিক ওইরা কুম অদুদা সহর অসিগী মীশীং লিশিং ১৯ রোমতমক লৈরম্মী। হৌজিক্তি মীশীং লাখ ২ হেল্লে।

বিপ্লবকী মমাংদা সহর অসিগী কারখানা হায়রবু লোকোমোটিভ ফেক্টরী অমখক্তা লৈইরে। উলান-উদে কাগুনা চৎখি ট্রান্স-সাই-বেরিয়ান রেলবে—পৃথিবীগী খ্বাইদগী শাংবা রেল-লম্বী, লেনিনগ্রাডতগী ব্লাডিভোস্টোক ফাওবা চেল্লিবদো। শাংলবা রেল লম্বী অসিগীদমক্তা ফেক্টরী অসি হিংখৎখিবনি, ইং ১৮৯২ দা। উলান-উদেদা কারখানা লৈরবস্থু মসিদা থবক তৌবদি মোস্কোদগী লাকপা রাশিয়ানশিংতনা তৌরম্মী। হৌজিকস্তু মখোয়গী মচা-মশু কয়া মফম অসিদা থবক তৌরি। ফেক্টরী অসিনা হৌজিক শিল্পী লিশিং ১২ রোমদা থবক পীরি।

নাইদাকোঙনা খুৎলোম্বা শিন্দুনা হায়ই, "আদা রাংলবা চিম্নি অমদা মৈখু কারিবসি, মসিনি লোকোমোটিভ ফেক্টরী। মসিগী অকোয়বদা লৈরিবা য়ুমশিং অসিনা শিল্পীশিংগী য়ুমনি। পূম্নমক সরকারনা শাবিবনি।"

ট্রেন ইঞ্জিন শাবগী কারখানাতা নত্তে ওসি উলান-উদেদা লৈরিবসি। প্লেন শাননবা কারখানা, ফিরোল শানবা কারখানা, মেশিন-টুল শাননবা কারখানা, য়ুম-কৈ শানবগী পোৎ-চৈ শাননবা কারখানা ... .. অসিনা চিংবা চাউর-চাউরবা কারখানা কয়া লৈরে সহর অসিদা। কারখানাশিং অসিদা শাবা পোৎ-চৈ কয়া রিপাব্লিক অতৈদা অমদি মীরৈবাক কয়াদস্থু থারি টার্বো জেট প্লেন, ইলেকট্রিক মোটোর, ক্রেন, শা-মতুগী ফিরোল ... ... অতৈ কয়াস্থু।

বারী তৌবা তৌনা নাইদাকোঙকী মাংখোঙ অদো পাকথোরকপগুম

ঙেই। নোকমি নোকমি মথা তাথরকই,--"পূম্নমক অসি সোসি-য়েলিজমগী দান ওাক্তনি।"

লৌউ-শিংউগী পোথোকস্থু মরাং কায়না ফংডি রিপাব্লিক অসিদা : গেহু, আলু, যঙ্গোম, শা ... .. অসিনা চিংবা মরু ওইবা পোথোক্নি। রিপাব্লিক অসিগী অপূনবা পোথোক্কী ২০% দি লৌউ-শিউবদগী ফংই। রিপাব্লিক অসিদা কলেকটিভ ফার্ম ৭২ অমস্থুং স্টেট ফার্ম ৭৮ লৈ। কলেকটিভ ফার্মশিং অসি মথং মথং স্টেট ফার্ম ওন্থোরক্নি।

গাড়ীদা কাখক্তুনা চীংথক্তগী অমুক কুমথরক্নে। রাষীদি লেপ্পে। মণিপুর অমদি ত্রিপুরাগী মরমদা মখোয়স্থু য়াম্না থঙনীংনা হংঙকই। ঐখোয়স্থু মখোয়গী মরমদা হংবা পোক্নে।

কোল-কারখানাগী মরমদা রাষী শাবদা মশানা ইলেকট্রিকী রাকম লাকই। সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী রিপাব্লিক পূম্নমক্তা তৌবদোনা মফম অসিদস্থু ইলেকট্রিক মরাং কায়না ফংই। মৌক্তবু হাইড্রো-ইলেকট্রিক নত্তে, কয়লাদগী লৌবা ইলেকট্রিকনি, য়াম্না ফোঙই। রিপাব্লিক অসিদা কয়লা য়াম্না মরাং কায়না ফংই। কয়লাতা নত্তনা মমল য়াম্নবা খনিগী পোৎ কয়াস্থু রিপাব্লিক অসিদা মরাং কায়না ফংই। রিপাব্লিক অসিতা নত্তে, পাক্লবা সইবেরিয়াগী লমদম অসিতস্থু শীনবা থুংনা মমল য়াম্নবা খনিগী পোৎ কয়ানা শো শাদুনা লৈ।

সহরগী ময়োলদা অমুক চংঙক্নে। লম্বীগী নাকন্দা য়ুরি গেগারিনগী মূর্তি— কোস্মোনাটস মেমোরিয়েল, মথা চংলগা অমুক—মোনুমেন্ট টু দ হিরোজ ওফ দ গ্রেট পেট্রিওটিক বার মথইরেবাক নীংবগী লাম্লাওদা মথরাই কৎখিবা থৌনাকরবা মাওলাগী নীংশিং মন্দির। অমিশুবা লাম্লাওবুনি সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা 'গ্রেট পেট্রিওটিক বার, শাররিবসি। খরমুক হাইদোররক্লগা লাপ্পুক তৌনা উঈ সেনেটোরিয়াম। সেনেটো-রিয়াম অসিদা হকচাং ফহনবা পোম্বা লাকপা মীশিংদা শগোলগী মখোম পীথকই। শগোলগী মখোম অশোন-অনাদা য়াম্না কান্নে। শগোলগী মখোম লমদম অসিদা য়াম্না মরাং কায়নস্থু ফংই। অমাপ্পদা

অনকপদা চাউর-চাউরবা বিলডিং কয়াসু উরি—টেক্নোলোজিকেল ইন্‌ষ্টিট্যুৎ, পাইয়োনিয়ার কেম্প, হোসপিতাল ··· ।

সহরগী থা-রোমদা লৈবা চীংথক অমদা অমুক কাখৎলে। হন্দকী চীংথক অসিদা য়ুম-কৈ অমত্তা লৈতে, উপাল-রাপাল য়াম্না হৌরি, গাড়ী কানমবা লম্বীশু কোলাস থাদে, অদুবু ফনদি রাংই। গাড়ীদগী কুমথ-বগা অঈংবা মুংশিং অদুনা হকচাং অসি ত্রৎ ত্রৎ চিংশিল্লকই। অদুবু লাকডমদনা লাকপনি, রারসু রানা থাঙ্‌বা তারে, য়ারিমথৈ য়েংখিবা তারে। নোংচুপলোমদা লাপ্না উরি শিলিঙ্গা তুরেল। চীংখাদা থোইনা লাপ্তনা উরি থুঙ্গংমচা অমা। য়ুম পূম্নমক মওং-মতৌ, পিকপ-চাউরা মান্নৈ, পরেং পরেং লেংদুনা হৈপাল লৈপালগী মরুমদা কেকু লোৎপী শাম্নরি।

নাইদাকোভনা ডাঙ্‌লিবা তাক্লিবা ময়াম অদো থোইনা তানীংলক্লে। মুংশিং অঙকপা ফংনা কনখৎলক্লে। হকচাং অসি লাইহৌ তৌবদোনা থক্‌-থক্‌ নীকপা হৌরক্লে। ঐগী ইতৌ অদো উবদা নাইদাকোভনা ঐবু কোনশিল্লকই ঈংবা খরা ফমনবা। অদুগী অমুক পন্থবা তৌদনা ময়াম পূম্নমক গাড়ীদা কাখত্তুনা চীংদগী কুমথরক্লে। ডসিগীদমক্তি অতৈ অমুক গাড়ীদা কোয়বগী রা লৈত্রে চুমদ্রিং তোটেলদ'।

লম্বীদা মুপী মুপ: অয়াম্বা ওভার-কোট লিত্তুনা চৎনরি। খোঙথাং তপ্না অমত্তা য়াওদে। মফম খরদা গাড়ী ডাইদুনা লৈনবসু য়াওরি। মাঙ্‌দা ট্রেন অমা চৎখি, থাখিবত' ডায়রি। নাইদাকোভনা হায়রকই,— "উরেদনা, ট্রান্স সাইবেরিয়ান রেল রেগী ট্রেন!" তোংদ্রবা ফাওবদা উবগী মুংডাইবা অমদি ফাওরকই।

হোটেল হেক য়োবগা শাংলবা মুংশাসোর মপী অমা হোন্দোক্লে, চাউরবা পোৎলুম অমা থাংদখ্রে, শিদি শিররোই। কা মনুং অসিদা মপানগী চিক্‌ চিক্‌ লাউবা শাথীরবা মুংশিং অদো হাইজিল্লকপগী মতীক লৈতে।

অঈংবা লৈবাক্তি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন, অদুবু য়ুম পূম্নমক্‌ হোটেল

পূল্লমক, ওফিস পূল্লমক···সেন্টর-হিটরুনা বরাবর ফোঙ্ ফোঙ্ শাহন্দুনা থমই। অতুনা মপান্দা ঈংবনা থক্ থক্ নীক্লবস্থু কা মমুংদা চঙবগা ঈংবা হেক্কো কৈ।

হোটেলগী কা মমুংদা চঙলগা ঙাইহাক পোথাবদগীদি হকচাং অসি থবা তেকথংলক্লে, ঈশিং অশাবদা অমুক মায়-মিৎ তাথোকপদগীদি ঙ্গান তারক্লে।

য়ারী শানা শানা মুমিদাংগী চান-থক্লবা মতম য়োৗরক্লে। টেবলগী মথক্তা ঐখোয় মরি ফল্লি। লিজানা হংঙকই,—"করি করি হাবিগনি? শা, ঙা—?"

অমরবাবুনা য়াথল ইতৌ-তৌদনা খুম্মি,—"শাদি তৌবিরক্লম্মু। ঙা—। অদুগা থবা থবতং। য়াম্না তৌবিরকম্মু।"

লিজানা নোক্লা নোক্লা অমুক্তা হায়রকই,—"য়াম্না য়ামদবগী য়াদি করিস্থু লৈতে। অঙম্মমখৈ চাবিয়ু। ঙমদ্রগা থম্বিরম্মু।"

অমরবাবুরোমদা ঐনা ওনশিল্লি, বাংলাদা ঐখোয় অনিতা ঙাঙ্নবা য়াবগী কান্নবস্থু লৈ, হায়,—"করিগী হায়রুরিগে? মখোয়না থোকপা তৌজসমু। ঐখোয়না শা চানীংদে হায়রুরগা মখোয়না চানীংলম্লবনি কমদৌনি? অদুগা চাবগী চাংস্থু ঐখোয়না হায়রুরবদি মখোয় মবুক থনদ্রেদনা। মখোয়না চারিবসি উরেদনা!"

অমরবাবু ভাব তারমাল্লে, খুম্লকখিদ্রে।

থোঙ্দা কনানো অমনা তোক্ তোক্ তৌরকই।

"দা দা।" নাইদাকোভ অমস্থুং লিজা পূম্না খুম্মি।

থোঙ হাংদোক্লুনা নোকমি নোকমি ঙসাইগী লৈশাবী থবা হেন্না ফজবী অদো চংঙকই। লিজানা নাইদাকোভকা তান্নবগা লৈশাবী অতুদা ওনশিল্লি,—"লুদা,—অত্থু অদা।" চান-থক্লবা মথেল-মকোয়গী মরমদা ওইরমাল্লে।

"দা দা হোয় হোয়।" হায়রম্লগা লুদা চংখ্রে। চংলমদাইদা ঐখোয়দা ওনশিন্দুনা নোকক্লেৎ তৌরম্মী।

মথং মথং কাবপা হৌরে মখোয়গী হৌমবী মথেল মরাম অদো পূখম-ঙেঙোং মমায় চোন্না চোন্না।

নাইদাকোভনা ভোদ্কা লিক্লি হাংদোক্লগা প্লাসতা হৈরগা টোষ্ট হৌরকই। অমরবাবু হন্দক্তি মরম গুক্লে, ময়ামগী মতুং ফজনা ইল্লে, ঙসাইগী অদুম হায়না হৈমৈ-হৈমদে বায়ামদ্রে।

লাকঙমদনা লাকপনি, অদুনা পোৎশক খুদিংমকী মহাও খঙ্‌ননবা লৈতোন অসিবু তংহল্লে। অদুবু ওষ্ঠোক্লা মরৌ চাউখ্রে, ঐনী লৈতোন অসি— অসিমতংদি হাউই হায়বা লৈখিদ্রে। হকচাং ঙমদবসিনস্থ ওইরম্বা য়াই।

নাইদাকোভকা কিজাগা ঐগীদমক য়াম্না নুংঙাইবিদ্রমাল্লে, হন্না হন্না হায়রকই,—"মিষ্টর সিং, অদোমগীদি ভোদ্কা অসি য়াম্না থকপিয়ু। লোক থুংবগীদমক্তু ভোদ্কা অসি অঙকপা হিদাক্নি। হয়েং মোং-ঙানবগা শোয়দনা ফজরমগনি।"

ঐস্থ অয়ো পাল্লিবা কৌবনিনা অখঙবা অনিনা তাক্লিবা হিদাক অদো থাজবা অমগা লোয়নন য়োৎশিল্লে, নাইদাকোভকী মাঙ্‌মক থাবা ঙমদ্রবস্থ মতুংদি ফজনা ইল্লে। হায়গুম্মদুনা হকচাং অসি কোঙ্ কোঙ্ শাগৎলক্লে, নুংঙাইবা ফাওরক্লে। লৈবাক অসিগী অফংবা পোৎ অমত্তা মহাও খঙ্‌দনা তোক্লরোই খন্দুনা মাঙ্‌দা টেবল মথক্তা থিল্লিবা চুরুপ অহুস্থ লৌদুনা চিংবা হৌরে। মহাও খঙনা চিংবা নত্তে, মহাও তংবনি। চুরুপ থকপা মুপ নত্তে হায়বসি নাইদাকোভ খঙ্‌মাল্লে, ঐবু য়েংলগা থূরবা মমিৎ অদো লাওথোক্লনা নোল্লকই। য়াম্নস্থ নোকনবা মীনি। নোকপা খুঙ্গংগী মমিৎ লাওনা পাঙথোকই, পীশুম ফন্দোকই, মমায়গী খুইজিল্লবা উনশা অদো অমুক হেন্না খুইজিল্লি।

অচাথক লাকপগী লোইবা নাইদ্রে। টোষ্টকীস্থ মশীং লাকঙমদ্রে। বারীস্থ মখং মথং, জাৎ জাৎ —। ভারতকী ইমার্জেন্সি, প্রধানমন্ত্রী ইন্দিরা গান্ধী, ভারতকী প্রোগ্রেসিভ ফোর্সশিংগী মপাঙ্গল অসিনা চিংবদগী হৌদুনা বাংলাদেশকী ফিভম, মজিবুর রহমান হাৎখিবগী নুংঙাইতবা,

নাগালেণ্ডগী ঈরাং, তিব্বতকী বাখোক, সিক্কিমনা ভারত্তা তিন্বা ফাওবা। রাজকাপুরস্থ মরক্তা অমুক অনিরক রাওরকই।

অসোম্দা টেলিভিসনদস্থ প্রোগ্রাম মথং মথং চখরি। লীলা মচা অমা উৎলি। মরোল খঙদবনিনা পূক্লিং চঙ্লুরে। শগোল তোংবা লাম্মী ময়াম অমা শগোল থৌরি—কুদ্রুক কুদ্রুক ……।

মুপ লাক্লে। অচাথকী পোৎলম লাইশিল্লক্লমাল্লে। মৈতৈগী হৈ লাকপগুম্বা জাৎনি। ভোদ্‌কা লিক্লিস্থ লোইশিল্লক্লে। মতম অদো হৌখিবা খঙহৌদ্রবস্থ ফনদি কুইরবা জাৎনি ঐখোয়না ফল্লিবসি, ঘড়ীগী মতুং ইন্নদি পূং অনি-মখাযরোম ফারক্লে।

অরোইবা ওইনা নাইদাকোভনা টোষ্ট তৌরকই,—“ভারতকী মরুপ অনিনা লাকপগী অহানবা মুমিৎমক্তদা ঐখোয়গী লৈবাকী লেমজনীং-ডাই ওইবা ভোদ্‌কা লিক্লি অমা ঐখোয় মী মরিতনা লোইশিনবা ভম্বসিনা তাকপদি সোভিয়েৎ-ভারত লৈবাক অনিনা মরূপ শান্নবিবসি পূকচেল তিংনা শান্নবনি ……।”

ঐখোয়স্থ পাউথুম ফজনা পীরে, ভোদ্‌কাগী ময়াইনা ভাঙনীংবস্থ খরা হেল্লে।

“মুমিদাং খেঙজিল্লক্লে। পোথাবিহৌরো অমুক শাংখনা ওৎলরোই। অদুগা মিষ্টর সিং, হয়েং নোংডামবগা পূংফ-ফদুনা লৈবিরম্মো। গুড-নাইট।” হায়রগা থুরবা মমিৎ অদো লাওথোক্তুনা নাইদাকোভ অরোইবা ওইনা নোক্লকই।

“থেংক ইউ। গুড্ নাইট।” ঐখোয়না ইংরাজীদা খুমই।

নাইদাকোভকা লিজাগা চৎখ্রে।

লুদানা লাক্তুনা টেবল অদো ফজনা শেংদোক্লরে। মিনারেল বাটরগা অরেম্বা তল থরগা ফ্রিজ মনুংদা হাপচিল্লগা মখোয়গী মরোলদা ‘গুড-নাইট’ হায়রম্লগা মহাকস্থ চৎখ্রে। লোন খঙনদবনিনা বারী শান্নবগী বাদি লৈত্রে।

মখোয় চৎখিবগা ফি-রোল হোংদোক্তুনা তুম্নবা থৌরাং তৌরে।

অদুবু কদায়দগীনো ঈশিং খোৱাংলকপনা লোইরে। ঈশিংনা চাউবা ঐখোয়নি. ঈশিং থক্তুবা কয়া কুইননো থাঙদোৱিবা!

"অমরবাবু, ঐস্মু অদোমগী তুংইঙ্গরে। ঈশিং থক্তুবদি য়াদ্রে।" অমরবাবু থরায় তানা ফাক্ ফাক্ নোকখৎলকই। মখোয় চৎথদ্রুদদি য়াম্না ক্রি ওইরমাগ্রে।

ঈরুজফমদা চঙলগা টোটিগী কোপ্তিনদগী লুম্বু লুম্বু শাবা ঈশিং অদো থরায় পেম্না থক্লে। আঃ, কয়াতা পেল্লবা, কয়া কুইরবা লাইজ-অমৃত মঙ্গা কায়নরুবা!

থংনরিবা ফমুংদা তাখিবগা অমরবাবু কন্না নাখোকখ্রে। ঐদি কদায়দগীনো, রাখল-চেক্রাদা তোংদুনা কোয়পাই কোয়পাই পাইদুনা মিশেন খাংদুনা লৈরে মোল্লবা নাল্লবা ফমুং মথক অদুদা।

[২]

৬সি সেপ্টেম্বরগী ১ মি।

পূং মিপাল তাবগা থোঙ থীল্লরে। লিজা ওইরমগনি। ভরাং চৎলমদাইদা হায়রম্বনি,—"পূং নিপাল মমাংদা লোইশিনবিরম্মু। ঐ পূং নিপান্দা চপ-চানা লাকচগনি।"

হায়গুম্মদুনা থোঙ হাংদোকপগা লিজা লেপ্তুনা লৈরম্মে।

"গুড মোর্নিং।"

"গুড-মোর্নিং।"

কা মনুংদা চংঙকপগা হংঙকই,—"কমদোবিরি, হকচাং থম্না নুংঙাই-বিরেদনা? অহিঙ নীংথিনা তুম্বা য়াইকো।"

"নুংঙাইরে। তুম্বা য়াই।" চৎনবী পাউথুম অদু ঐস্মু পী।

আমরবাবুদি লোইশিমদ্রি, মাগী হোনবী মোং ইহা হাদে।

মপান্দগী থোঙ অমুক থীল্লকই।

"দা, দা।" লিজানা খুমই।

নাইদাকোভ চংঙকই। মহাকসু চংঙকপগা ঐগী হকচাংগী মরমদা হংঙকই।

লিজানা ব্রেকফাষ্টকী মরমদা ঐখোয়গী চানীং-চানীংবা হায়নরবা হায়রকই। অমরবাবুনা ভরাংগীদৌনা ফৈরেংননা হায়রক্তি্রভৈদো ঐনা খুমই, "অদোম্না ফননবা অদুম শীনবিরো।"

হোটেলগী রেট্রেস কৈশাবী অনিদো চংঙকই। ঐখোয়বু উবদা মকোক হাইরপ নোম্থরকই। মখোয়না খুরুম্লিবদো ঐখোয়সু ওকই।

অচাথক পুরকপা হৌরক্লে। হায় হায়, মসিবু ব্রেকফাষ্টনিকো। চাক্লেনদা পুথোরকপা মথেলশিং অদুদগী কম্নিমতা তাদে। য়ুমগী বা নীংশিংলকস, অয়ুক্তা চা কপ অমগা মুড়ী চথোম অমগনা হোৎনবদো — নোং ফাদোকসু মুড়ী য়াওদবদো। ভরাং মুমিদাংগী ভোদ্কা অদো খরা হেঞ্জিনখিমাল্লে, কোক অসি হৌজিক ফাওবা ভাউফিং ভাউফিং তৌরি। অদুনা ছসিদি ঐ খরা চেকশিল্লে।

ব্রেকফাষ্ট লোইবগা হোটেলদগী থোরক্লে। ঐখোয়গী কার অদো গেটতা ভাইতুনা লৈরমী। কাথৎপগা চুমড্রিং একাদেমী ওফ সাইন্স পাংলে।

একাদেমীগী গেটতা ঐখোয়বু ভাইতুনা লৈরম্মী কমরেড মোখো-সোয়েভ—মোখোসোয়েভ মার্ক ভাসিলিয়েভিচ। কমরেড মোখোসোয়েভ সোভিয়েৎ-ইণ্ডিয়া ফেণ্ডশিপ সোসাইটিগী সভাপতি ওইবতা নভুনা একাদেমী অসিগী ডাইরেক্টরসু ওইরি। মদুগীসু মথক্তা মহাক বুরিয়াৎ সুপ্রিম সোভিয়েৎকী ডেপুটিসু ওইরি, ঐখোয়গীদা হায়রগা এম, এল, এ। অদুবু ঐখোয়গী এম, এল, এ নত্রগা এম, পি, শিংগা মখোয়গী ডেপুটি-শিংগা খেন্নবা খরা লৈ। ঐখোয়গীদি এম, এল, এ, নত্রগা এম, পি, ওইবা তারবদি মশাগী হান্নগী শিনফম—ওজা ওইবনি খুঙদে ওফিসকী থবক তৌবনি খংদে—থাদোকপা তাই নত্রগা মতম খরা মতুদগী ছুটি লৌবা তাই মখোয়গীদি ডেপুটি ওইরবসু মশা মশাগী হান্নগী শিনফম অদো থাদোক্তে, ডেপুটি ওইনা ওইনা হান্নগী থবক অদুসু চপ-চানা পুই। কমরেড

মোখোসোয়েভ ডেপুটি অমা ওইরবস্থ একাদেমীগী থবক অদুম মপুং ফাবা তৌরি। অদুবু মহৈ অমদি ফমথোনগী চাউথোকপা মওং অমত্তা মপ্রোন্দা উদে। মতম পুম্নমক্তা নোকমি নোকমি তৌদুনতা লৈ।

চাউরবা বিলডিং অদুগী মরিশুবা মথোলদা ডাইরেক্টরগী কা লৈ। কয়বা জাৎকী ডাইরেক্টরনো খঙদে, থোঙজিন্দা ইউনিফোর্ম শেৎপা চপ্রাসী নত্রগা অর্দালী অমত্তা লৈতে, সলাম তৌননবা, থোঙ হাংদোক্নবা। সলাম তৌবা নত্রগা থোঙ হাংদোকপিবদি লায়রদুনা থোঙজিন্দা ফমদুনা লৈবা থোঙশংবা কনামতবু উদে। ডাইরেক্টর কমরেড মোখোসোয়েভ মশামক্না থোঙ হাংদোক্নুনা হায়রকই,— "প্রজাউস্ত, প্রজাউস্ত, লেঙশিনবিরকসি, লেঙশিনবিরকসি।"

মসি ওইরে সমাজবাদ হায়বদো, মী খুদিংমক মশানা মশাগী থবক পুম্নমক তৌবা।

কা অদো ফনদি চাউই। টেবল অনি থাই। খরা পিকপা অদুগী মনাক্তা চৌকি অমা থাই, ডাইরেক্তরগী ফম্ফম। খরা চাউবা অদুগী অকোয়বদা চৌকি ময়াম অমা থাই, মিটিং তৌফম। কাগী অকোয়বদা ফক্লাংগা নপ্পনা সেলফ কয়ামুক লৈ, লাইরিক্কী লাইরিক ভাক্তা। অদুবু ডাইরেক্টরগী টেবলদা নত্রগা সেলফতা ফাইলগী মপৈ অমত্তা উদে। লোৎশিন্দুনা থম্লিবা জাৎলা নত্রগা ফাইলগী থবক লৈতবা জাৎলা? ঐখোয়গী লৈবাক্কী ওফিসারশিংগী টেবল অমসুং সেলফতা ফাইল ময়াম পৈদুনা লৈবদুগা কয়া য়াম্না থেন্নখ্বা।

একাদেমী অসিগী মপুং ফাবা মমিংদি ইংরেজীদা হায়রগা—বুরিয়াৎ ব্রাঞ্চ ওফ দ সাইবেরিয়ান ডিভিজন ওফ দ ন্যাশনেল একাদেমী ওফ সাইন্স ওফ দ ইউ-এস-এস-আর। মসিগী মরু ওইবা ডিপার্টমেন্টশিংদি ইনষ্টিটুৎ ওফ নেচরেল সাইন্স, ইনষ্টিটুৎ ওফ সোসিয়েল সাইন্স, ডিপার্টমেন্ট ওফ ইন্দো টিবেটান মেডিসিন অমসুং ডিপার্টমেন্ট ওফ কম্পিউটিং অসিনি।

সংস্থান খরদা পাংগে হায়না, লাকপা মতমদা মণিপুরদগী পুরকপা

লাইব্রিক খন্না অদো একাদেমী অসিদগী পীবা থোরে।

"স্পাসিভা, স্পাসিভা।" লাইব্রিকশিং অদো পীবদা নুংঙাইবা ফোঙদোব়কই ডাইরেক্টর কমরেড মোখোসোয়েভ।

মহাক্কা একাদেমী অসিগী ময়মদা ডাইহাক বারী শারগা থোরক্লে তোঙান তোঙানবা ডিপার্টমেন্টশিং অদো য়েংবা।

অহানবদা ইনষ্টিট্যুৎ ওফ সোসিয়েল সাইন্স। অরেম্বদা মতম মাঙহনবগী চংনবী লৈবাক অসিদা লৈতে। অতুনা মতম অরেম্বদা অমুক মাঙহনবা তৌদনা ডিপার্টমেন্ট অতুগী মকোক ওইরিবী মুপী অতুনা ঐখোয়বু পুতুনা চংলে এক্সিবিসন-রুমদা। মফম অদুদা ফোটো অমদি অতে পোৎ চৈগী মতেংনা ইনষ্টিট্যুৎ অসিগী থবক-থৌরমশিংগী মপূং ফাবা শক্তম অমা উংননবা হোৎনরি। অতুদগী থংননা লৈরিবা লাইব্রেরীদা। চাউরবা হোল অদো পিক খন্না লাইব্রিক্কী সেল্ফ ময়াম পরেং পরেং, সেল্ফ অমত্তা অক্ষাঙবা য়াওদে। পৃথিবীগী লোন পূম্নমক্কী বিষয় কয়াদা ইবা অগন্নবা লাইব্রিক ডাক্ত মশীং লাকঙমদনা লৈরি— রুশ, ইংলিস, জর্মান, ফ্রেঞ্চ, স্পেনিস—ভারতকী সংস্কৃত, পালিসু য়াওরি; দর্শন, রাজনীতি, ইতিহাস, ভূগোল—বিষয় পূম্নমক। অতোপ্পা কা অমদমুক পাউজেল-চে অমদি চেফোঙ কয়াগী সেলফ ময়াম অমা বাউগু তৌর তৌরতুনা থম্লি, যাম্না লিরবা কয়াসু য়াওরি। ময়াম অদো মথং মথং তাকপা লোইরগা মুপী অতুনা হায়রকই— "কব্রিগুম্বা হংবিনীংবা লৈবিবরা? হংদিরবদি নুংঙাইজগনি।"

তুংদা খঙলকই, মসি মখোয়গী চংনবীনি, কব্রিগুম্বা অমা য়েংবা হেক লোইবগা গাইডনা হেক্তা হংলকই, -"কব্রিগুম্বা 'হংবিনী'বা লৈবিবরা? হংবিরবদি নুংঙাইজগনি।"

কা অমদমুক চঙলে। লাইব্রিক পাফাম্লি; ফনা নীংথিনা চাউই। মুপী খরগা মুপা খরগা, লৈশাবীসু য়াওরি, লাপ্তক লাপ্তক ফমদুনা মানা মানা থোকপা লাইব্রিক পাতুনা লৈরি, চেক মোক লাউদে।

মী চৎপদা মখোল থোক্তনবা কা অহু থুংনা কার্পেট থারি। ঐখোয়সু মখোয়গী মতো তমদুনা খোঙথাং তপ্পা তপ্পা থাংলি, ধ্যান তৌরিবা তৌরিবীশিং অহুগী ধ্যান কায়দনবা। ঐখোয়বু লমজিংলিবী মুপী অহুদি বা ভাঙ্বদা মখোল থোকখিদ্রে। থংনবা কা অমদমুক ডেস্ক খরগী মথক্তা উপু মচা অম-মম খিন্দুনা লৈরম্মী। কৰিনো হায়বা খঙলুদ্রে।

"মাইক্রোফিল্মনি।" লিজানা হায়রকই।

"মাইক্রোফিল্ম হায়বদি?" অমুক্তা উদ্রিবা কৌবনিনা ঐখোয়না চংভি।

মখোয়না ঐখোয় অনিবু ভাব তাননবা য়েংহল্লি। সিনেমাগী ফিল্মগুম্বনি, টেপরেকোর্ডকী টেপমুক্তা চাউবা। টেপ অদো টেবলদা লৈরিবা মেশিন অহুদা পানশিল্লগা সিনেমাগী ফিজংদা মনি থোকপা অহুম হায়না লাইরিক মরেক থোরকই, চপ চানা লাইরিক্কী লামায়শিংদো থোরকই। অতাঙ্বা লাইরিক, হায়বদি ফংবদা য়াম্না রারবা অহুগুম্বা লাইরিকশিংগী লামায় পুম্নমক অসুম হায়না টেপ্তা নমথোক্লগা ইরাই-লাইনা থম্বা য়াই, পানীংবা কাঙবুদা ইরাই-লাইনা ফংহনবা য়াই। মাইক্রোফিল্মগী খুদোং চাবা অমনা, লম কন্দে, লম খজিক্তদা ফিল্ম ময়াম অমা থম্বা য়াই, লাইরিক ওইনা থম্বা তারবদি লম য়াম্না কন্বা মশামা তাবনি।

ঐখোয়গী মণিপুরসু মপুং ফাবা স্টেট অমনি। অহুবু মণিপুরগী খুাইদগী চাউরবা স্টেট লাইব্রেরীদা ফাওবা মাইক্রোফিল্ম লৈত্রি হায়বসি খল্লুবদা মশামা মুংঙাইতনা অমা ফাওরকই।

ডিপার্টমেন্ট ওফ ওরিয়েন্টল স্টডিজকী অরিবা লাইরিক পম্ফম শঙদা অমুক চংলে। মকম অদিদনি লিজানা থবক তৌরিবা, রিসার্চ এসিস্টেন্ট ওইনা, মোঙ্গোলিয়ান স্টডিজগী মশাদা। মহাক লৈবাক কয়াসু কোয়রুরবীনি মহাক্কী থবক্তা মরী লৈননা মোঙ্গোলিয়া, ইন্দোনেশিয়া, শ্রীলঙ্কা, ব্রহ্মা । হোয়, ইন্টরপ্রিটর ওইবসি মহাক্কী শিনফম নত্তে।

ঐখোয়গী ইন্টরপ্রিটর ওইননবা ইংলাঙ্গী খঙবা মী থিবদা কমরেড মোখোসোয়েভনা মহাকপু ফাবনি।

ইন্দক্তি থরা অহন-ওইরপ তৌবা হুপা অমনা অমুক লমজিংলে। শাংলবা হোলনি, লাইরিক্কী সেল্ফ ঙাক্কা, সেল্ফ খুদিংমক লাইরিক্না পিক পিক থল্লি। অরিবা লাইরিক ঙাক্তনি, লোইনা খুৎইগী। য়াম্না চেকশিন্না থম্লি অঙাংবা নত্রগা য়াইমচুগী শিল্কনা ফজনা য়োমশিল্লগা উবাক্না অমুক মথক মখা চপশিন্দুনা। ময়োম লৌথোক্তুনা ঐখোয়বু য়েংহল্লি পায়নগী খুৎইশিংদো। মফম অসিদা অরিবা লাইরিক লিশিং কুন্দগী তেন্না লৈরি, মরিশুবা চহীচাগী লাইরিক কয়াম্ভু য়াওরি। অয়াম্বদি তিববতলোন অমদুং মোঙ্গোলিয়ালোন্দা ইবা ঙাক্তনি, অদুবু সংস্কৃত অমসুং বুরিয়াৎলোনদা ইবসু য়াওরি। মরু ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা তিববতলোন্দা ইবা গঞ্জুর, হায়বদি বুদ্ধদেবগী বাণীশিংগী লাইরিক ১০৮ মক মসিদা য়াওরি, অদুগা দঞ্জুর, হায়বদি বুদ্ধ-বাণীশিংগী ব্যাখ্যা শ্লোক লিশিং ২০গী লাইরিকশিং অদুসু য়াওরি. সনাগী ময়েক্না মগুম য়েকপা দঞ্জুর অমা হাংদোক্লুনা য়েংহল্লি। মসুংলা ইরিবা ময়েকশিং অদো অরিবা মৈতৈ ময়েক্কা হাইকেৎ মান্নবগুম তৌই। অদুনা করিগুম্বা মরী অমা লৈনরম্বা য়াই থন্দুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙবা লাইরিক মচা অমদা মৈতৈ ময়েকী মওং অমা য়াওরিবদো মখোয়দা য়েংহল্লে অমসুং ময়েক অনিদো মান্নবা য়াওবরা য়েংনিয়ু হায়দুনা লাইরিক অদো মফম অদুদা খুদোল ওইনা পীরম্লে।

মথংদ অমুক কম্পিউটর ডিপার্টমেণ্টতা চংলে। মফম অসিদা মকোক ওইনা থবক পুরিবা হুপা অদো মখুৎ নামা য়াওদ্রে, মখোঙ্সু নামা শোয়রে অনিশুবা লাঞ্জাউগী কাউবা য়াদ্রবা থুৎফম্নি। অনিশুবা লাঞ্জাউগী শাখীরবা চৈনাখোল খাঙলিনা অসিগুম্বা মীওই কয়া তৌজিকসু মশীং লাকঙদমা সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা লৈরি। মখোয় অদু উরগনি লৈবাক অসিনা লান পামদ্রিবসি। মশা মশাদা অয়ো পান্দুনা লৈহৌরিব-শিং অসিগী মথক্তা, হায়রিবা লান অসিনা মরম ওইদুনা মপা-মমা

কায়নবগী, মচা-মশু মরী-মতা শেৎনবগী কায়মা-মৈশা লাংহুনা লৈরিবা হৌজিকসু মশীং লাকঙমদবা মীওই কয়ানি। অনিশুবা লাপ্লাউদা লৈবাক অসিগী শিখিবা মীশিং অসি কোটি অনিয়োমনি। অহুমনি ঙসি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্না শানবু অসুক শাথীনা তুকৎচরিবা, পৃথিবীদা অমুক হন্না ল্যাম থোক্তনবা মথরাই অসুক য়াওনা হোৎনরিবা, মতুগী-দমক্তনি পৃথিবীদা শান্তি লৈননবা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবাক অসিনা হোৎনরিবা।

ডিপার্টমেন্ট অসিদা ঐখোয়না খঙবা য়াবা পোৎ থোইনা য়াঙদে, মরমদি মেশিনগী মেশিন ঙাক্তনি। মেশিন ময়াম অদো থবক কন্না তৌরি। মেশিন পান্নরিবশিং অদুসু মমিৎ মমায় চোইদে।

ময়াম অসিগী মরক্তা য়াম্না থাজদনা লৈরম্লিবদি ইন্দো টিবেটান মেডিসিনগী ডিপার্টমেন্ট অদুনি। ডিপার্টমেন্টকী মকোক ওইরিবী অদো মীয়াই চল্লনি। ফনেক শেৎলবদি কনানসু মৈতৈনুপী নত্তে হায়বা ঙম্লোই, ঐখোয়গী ইনে-তোম্বীমক হেক মাল্লি। ঐডোন্দা য়াম্না ঙক্না থোক্লুবগী মরমদি মহু নত্তে। মৈতৈনুপী মানবদি মহাক্তা নত্তে, বুরিয়াৎ-নুপী পুন্নমক মৈতৈনুপী মাল্লি, অদুগা বুরিয়াৎ-নুপাশিংনা মৈতৈ-নুপা। মানফমসু থোকই, মরমদি বুরিয়াৎশিংসু মৈতৈশিংসু চাউথুবা মোঙ্গোলিয়া পামেলগী মশানি। এনা ঙক্লুবগী মরমদি, মফম অসিদা উরী-ঝারী উমা বানা শাপী শিংবীদগী হিদাক শেম্নবগীদমক য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা হোৎনরম্লিবা অসিনি। নোংচুপলোমগী এলো-পেথিকী হিদাক নত্তে। ভারত অমসুং তিব্বতগী অরিবা লাইয়েং-শাস্ত্রদা পল্লম্বা হিদাকশিং অদো মফম অসিদা কন্না থিজল্লি, অমসুং চাংয়েং তৌরি। মনা-মশীং ময়াম অদো ফজনা কংহন্দুনা থম্লি। সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মনুংদা ফংদবা মনা মশীং কয়া মোঙ্গোলিয়া অমদি ভারতগী চেন্দুনা পুরকই। মশাগী হৌরকফম ভারতমক্তদা থৌশাবিদ্রবা আয়ুর্বেদ শাস্ত্রবু বিজ্ঞানদা চাওখৎলবা লৈবাক অমনা মমল য়াম্না লৌরম্বসি উবদা ঙক্তবা ঙমদে। তৌবগীদি মফম অসিদা শেম্বা হিদাক্তা লাইয়েংবমক্তি

তৌদ্রি, হৌজিক ফাওবা চাংয়েংগী থাক্তা লৈরি। অদুবু হিদাক খরদি এলোপেথিক হিদাক্কী হেন্না মগুণ লৈ হায়বসি খঙলে।

ইনে-তোম্বী মাবনী মুগী অদুদগী বিদায় লৌরগা একাদেমী ওফ সাইন্সকী মথোল মরিগী চাউরবা বিল্ডিং কমপ্লেক্স অদুদগী থোরক্লে। ঙক শুনবা, থুং শোক্লবা ফনা তোয়রবনিনা ঐখোয়স্তু চুশিন্নরে। প্রেজাউস্ত্ব স্প্যাসিভ, দসিদানিয়া,—বাহৈ খরা অসিস্তু চীনফা পুরে।

গাড়ীদা কাখৎপতা ভায়রি, অমুক কুমথরে। মাঙদা লৈরম্লে ইনষ্টিট্যুৎ ওফ জিওলোজিকেল ষ্টডিজ। ইনষ্টিট্যুৎ অসিগী ডাইরেক্টরগা লোয়নবা মী মরি-মঙা ঐখোয়বু গেটতা ওক্লুনা লৈরম্মী। ডাইরেক্টর অসি ইংলিশ খরা খরা ভাঙ্ব হৈ। পংকুই কুইদ্রি ভারত্তা চৎলুবা, ভারতকী হৌজিক হৌজিক পায়খৎলিবা চাওখৎ-থোরমগী মতাংদা মহাক্না থাগৎপগা লোয়ননা ৱারী তৌরকই। মহাক্না কোয়পু পুতুনা ইনষ্টিট্যুৎ অসি থুংনা য়েংহল্লকই।

ইনষ্টিট্যুৎ অসি লিংখৎপা পংকুই কুইদ্রি, অদুবু য়েংবদা ফনা নীংথিনা মপূং ফারে। মফম অসিদা পরীক্ষাগীদমক্তা থম্লিবা লৈনুংদগী ফংবা পোৎচৈশিংগী মনুংদা নুংগী মখলনা য়াম্না হেল্লি—অমুবা, অশংবা, শংবানবা, অঙাংবা, অঙৌবা, নাপু. সনামচু, মরাং-মরাংবা, শৃৎ নানবা, মকুক মকুক তৌবা - মখল মখানি। অয়াম্বদি সাইবেরিয়াদা ফংবা ভাক্তনি। ভারত্তা চৎলুবা মতমদা বঙ্গালোরদগী পূরকপা নুং মখল খরস্তু মহাক্না য়েংহল্লকই। লৈনুংদা লৈরিবা মমল য়াম্নবা পোৎ-চৈশিং অসি অমত্তা থাক্তনা থিজিল্লগে হায়বসি মখোয় চান্না থোৱাংলে।

মফম অসিদগী ইরাপ লাপ্তনা লৈরি ইনষ্টিট্যুৎ ওফ ইকোনোমিক রিসার্চ।

অমরবাবুনা হায়রকই,—"হন্দমুক্তি অদোমতগীনি। ঐদি তুমিন্না লৈজরগে, অর্থনীতিগী ৱারী ৱাতাই শাবদা ঐনা কৈদৌরুনি।"

ঐনা ফাগি ওইনা থুমই,—"মী অতৈ তাখিনি।"

হন্দক্তি ঐখোয়বু ওকপগী মওং অসি খরা খেন্নবগুম তৌই।

ভারতগী অর্থনীতিগী ওজা অমা ইকোনোমিক রিসার্চ ইনষ্টিট্যুৎ য়েংবা লাক্লি হায়রদুনা তৌবা থোইদোকপা সোরাং ওইরবান্নে—চঙ্বগা লৈ চবুন ময়াম, অতোবা ডাক্তরনা শাগা। ঐখোয়না কমথবগা কা অদুদা লৈরম্বা মী ময়াম অদুদু কমধখে। ওরদ, য়েত্তা, মাঙ্দা—মী ফবা য়াম্না ফম্লি,—পোক্লা পূমতৌ ভৌরবা, মশম-মনা ইফা ফাবা, মমায় পাকথোক পাকপা মশকনু য়াওরি। নোংপোকলোমগী মনাতোন, নম্বা, মমিৎ থুবা, মমায় বং বং লাউবশিংগী মরক্তা নোংচুপলোমগী মনাতোন তুম্বা, মমিৎ শাংবা, মমায় তশিং তশিংবা করামু য়াওরি। সোভিয়েৎকী রিপাব্লিক অতৈদা তৌবগুম্না বুরিয়াৎ রিপাব্লিক অসিদসু চান্ন-চিন্নবা জাতি কয়াগী মী লৈরি। ঐখোয়গী মাঙদা অসাথক পৈরি, ঐখোয়গীদমক।

লিজানা ঐখোয়গী পরিচয় পীবা লোইবগা ডাইরেক্টরনা ইনষ্টিট্যুৎ অসিগী মরমদা শাল্লপা খাহে থরদা তায়রকই।

ইনষ্টিট্যুৎ অসি লিংথংপা কুইদ্রি, শোক ১৯৫৮ দনি। মফম অসিদা ডাক্তর কয়া প্রোফেসর কয়া থবক তৌরি। মখোয়গী মথাদা কেণ্ডিডেৎ, হায়বদি, ডোক্টোরেট ডিগ্রীগীদমক লোনবিবা ২১, অমসুং রিসার্চ এসিষ্টেন্ট ৫৩ থবক তৌরি। মখোয়না য়াম্না কন্না থিজিন-খোমজিল্লিবা অমদি নৈনরিবদি রিপাব্লিক অসিগী অর্থনীতিগী মরমদনি। অদুনা রিপাব্লিক অসিনা চাওখৎপদা মচাক ওইগদবা ইকোনোমিক রিসোর্স, হায়বদি অর্থনীতিগী পোথোক, ময়াম থিজিনবগা লোয়নননা ময়াম অদু করম্বা মওং ফজনা শীজিন্নবা য়াগদগে হায়বদুগী মতাংদা নৈনরি। লৈবাক্তা তোঙান তোঙানবা ডিপার্টমেন্টশিংসু ইনষ্টিট্যুৎ অসিনা ফংবা ফোলগী কান্নবা অদো ফংই। হৌজিক হোজিমকী ওইনদি ইনষ্টিট্যুৎ অসিনা বৈকাল-পাৎকী অকোয়বা লমদমদা লৈরিবা মহৌ-শাগী পোথোকশিংগী মরমদ। কন্না থিজিন খোমজিনবগী থবক চংখরি। অদুগা লোয়ন-লোয়ননা লোউ-শিংউদ। তাংজবা করম করম্বা অনৌবা শিল্প লিংথংপা য়াগদগে হায়দুগা মরমদসু কন্না থিজিল্লি।

ভূসাইমথৈ ঐ খঙলমদে, প্রোফেসর নোং সিং কৌবা অমা ঐখোয়গী ইরক্লা য়াওরি হায়রবা। প্রোফেসর নোং সিং অসি অতৈ কনা ওইরমদ্রে, ঐ ইশামক ওইরম্লে। নোংখোম্বমগী 'নোং'তা হায়রগা অতৈ হায়দ্রবা, কুঞ্জমোহনসু য়াওদ্রবা, অদুগা সিংহগী 'হ' সু ককথৎখ্রবা, অদুনি 'নোং সিং'। অহানবদা ভাব তারুদ্রে। অকোনবদা ভাব তারবসু চুমথোক্কে হায়না খল্লুদ্রে। নোংপোকলোমগী শক অসিদা নোংপোকলোমগী মানবা মিং অদু ফনদুম পকচরে। অদুগী মথক্তা মমুক্তা লাক্লিব্রা লমদম অসিদা লাক্লগা, মমুক হন্না লাকনি হায়রবসু থাজদ্রবা, অনৌবা মিং অমা খুদোল ওইনা পুদুনা হনবসু লমদম অসিবু কাউদনোংঙাই.নি।

মখোয়সু মণিপুরগী মরমদা খঙনোংই। অদুনা ঐসু হৌই,—"মণিপুর হাযবসি বুরিয়া'চিয়াগুম্না চাংনা কোয়না পনশাব... ।" শাংনা নত্তে, য়াম্না তেমনি, মণিপুরগী ভৌগলিক, সামাজিক অমদি অর্থনৈতিক শক্তম অমা উৎননবা। অদুদগী খরা হেন্না খঙননবা ৱাহং পাউখুম। ঐখোয়সু হংঙি, মখোয়সু হংঙি।

মণিপুরগী মরমদা হংঙকই : লৌউ-শিংউবগী মরু ওইবা পোথোক করি করিনো? মশাগী পোথোক্তা মশাগী চিঙ্গাক কোম্নজবরা? মহৌশাগী পোথোক করি করি লৈ? শিল্প চাওখৎত্রিবা করিগীনো? য়ুমলৈ-কৈরৈগী থাক ৱাংবরা? মী পূম্নমক লাইরিক হৈবরা? বিশ্ব-বিদ্যালয় কয়া লৈ?...

ভূসাইমথৈ উরুদে, ঐখোয় ময়াম্না ভাঙ্ন-শাম্নরিবা ময়াম অদো মুপী অমনা অমত্তা চিথদনা ইশল্লি। মখোয়গী খন্ন নৈনবদা য়াম্না কান্নগদৌরিবা জাৎলা।

ৱারী মুংঙাইমনখিদুনা ময়াম হৌগৎকনি কাউনরুরে। লিজানা মতমগী ৱা নীংশিংলক্লব্দি ফমথখিনি। অতোপ্পা লৈবাক্কগী মী লাকপা মতমদা ঐখোয়গীদসু তৌরিবদুনি।

"লোইশিনবিরো। লঞ্চকী মতম ওইরে। কমরেড মোখোসোয়েভ খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরম্লনি।" লিজানা ঐঙোন্দা তুমিন্না হায়রকই।

অদুবু কদায়দগী হেক হাক লোইশিনবা য়াবরা? অমরবাবুস্তু ঙসাইদি তুমিন্না লৈজগে হায়বদো রাশক ঙাক্লে। মহাকস্তু 'ঙাই-হাক্লংগা' হায়রক্লে।

হৌগংপা মতমদা লিজানা লৈ ময়াম অদো লোইনা খোমজিন্দুনা পুরক্লে। মহাক লৈ য়াম্না পাম্বী নুপীনি। হোরেন লৈশিং অসিনা ঐখোয়গী কা অদো লৈতেংবিগদগী তৌরিবনি। তৌবগীদি লৈ পাম্বা অসি লিজাতা মত্তে, লৈবাক অসিগী নুপী অয়াম্বস্তুনি। কনাগুম্বা মী অমা লাকপদা লৈনা ওকনি, মরী-মতা মরূপ মপাংগীদা চৎপদা অথুম-অহাউমক পুবা ঙমদ্রবস্তু লৈদি শোয়দনা পুগনি। নুপীগা লৈগা কবিশিংনা চাংদম্নরম্লিবসি চুম্না জাৎনি। অদুবু লৈবাক অসিদা লাক্লি-ঙৈদা চিংনবা অমদি লৈরম্বী, তমগীরবা চৈরাক অমগী মখাদা থবক্তা শূদুনা লৈরিবী সোভিয়েৎকী নুপীশিংগী থম্মোয় অসি নূংদৌনা কল্লমগনি হায়না খল্লম্মী। অসিদা লাক্লগা মখোয়বু উবদগীদি রাখল অদো পূংওম ওনখ্রে। সোভিয়েৎকী নুপীশিংগী থম্মোয়স্তু লৈরাংদৌনা থোৎলি, মখোয়স্তু অপাম নুংশি খঙই, মখোয়স্তু হরাওরগা নোকই রারগা কপ্লি। কেপিটেলিস্ট প্রেসশিংনা সোভিয়েৎকী ময়মদা শন্দোক্লিবা কিনীংঙাই ওইরবা শক্লম অদু কদায়? 'তমথীরবা চৈরাক' অদুস্তু কদায়দা লৈরিবা!

হায়গুম্মদুনা কমরেড মোখোসোয়েভ গেটতা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মে। গাড়ীদগী কুমথবগা হায়রকই – "চাক শাথীনা লাম্লরিনি?"

"লামদে।" ঐখোয় মনিনা খুমই। তশেংবমকস্তু লামদবনি। অমৌ অনৌবা পোৎশক ময়াম অদো উবদা অমদি মী ময়াম অদুগা রারী শাবদা চাক ল্যাম্বকা কাউখ্রে। অদুবু কেন্টিনলোমদা চঙদবদি য়াদ্রে।

চাফম-থকফম কাদা নুপী নুপা ময়াম অমা মানা মানা পামজবা চাদুনা থক্লুনা লৈরম্মী। কা অদু শিং নাল্লি। মসিনি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন পূম্বদা তৌরিবসি। ছুটিগী নুমিৎ নত্রবদি অয়ুক্কী চাক্লেন অসি ময়ূমদা অমত্তা চাম্নদে। ওফিস, স্কুল, কোলেজ, ফেক্টরী পুম্নমক্তা

মশা মশাগী কেন্টিন লৈ। কেন্টিনদা য়াম্না হোঙ্না চানীং চানীংবা পোৎ পূম্নমক ফোঙ ফোঙ শানা ফংই। অদুনা য়ূম য়ূমদা অমুক থোং-থাক তৌদুনা মতম মাঙহন্দ্রে, অদুগা চাব-থকপগীদমক চথোক-চৎশিন তৌবগী মথৌস্থ তাদ্রে।

মীয়বাক্তগী লাকপা থোইদোকপা অতিথিশিনা ঐখোয়বুদি ময়ামগী কা অদুদা পীজদ্রে। কা অদু লাল্লগা অতোপ্পা কা অমদা চৎলে। চাকথোং-শঙদা চাকথোংবীশিং চয়াং মশা পাইরি।

টেবলদা শান্না পৈদুনা লৈরয়িবা অদুনা লোইরমাল্লে খন্দুনা অময়গুপ্ত ইবানিদি ফনা হয়াওরুরে। অদুবু কদায়নো, কুইহোদে, মথং মথং পুশিল্লকপগী লোইবা নাইদ্রে। ঐখোয় অনি পাখৎপ অমা য়াওরক্লে। কমরেড মোখোসোয়েডনা ভাইহাক কাংদনা টোষ্ট চোরি। মহাক্না লিজাগা নাইদাকোভকা মখোয় অহুম পংতক্তা তকশিল্লি, মখোয়গী মতৌদো উবদা ঐখোয় অনিনা হুমাং কাংবিরি।

"করিমতা চাদ্রে। হাউত্রমাল্লে?" অচাথক পুরক্লিবী মুপী অদুনা হায়রকই।

"য়াম্না চারে। য়াম্না হাউখ্রে। মসিদগী হেক্সিল্লবদি শিবা তারে।"

"করিগী শিগদোরিবা?" নুপী অদো পূম্নমক ডকই। "চারগবু শিবা হৌনবরা? চাদ্রগনি শিগদোরিবদি।" হায়দোরক্লিবা অদুগা অবয়ো মূর্তি অদুগা ওল্লোক্লা চান্নখ্রে।

"ঐখোয়গী লৈবাক্তদি য়াম্না চাগনবা মীসে করি কৌই খঙব্রা? থীবোংজাউ কৌই, মীনা য়াম্না লক্লবি।"

মখোয় পূম্নমক ফাক ''ক শোকথোরকই।

চাবা লোইবগা পোথাদ্রে। হন্দমুক্তি খুঙ্গংদা বুদ্ধমন্দির য়েংবা, মফম অসিদগী কিলোমিটর ৩৮ লাপ্পা। সহর লাওোরকপগা লম্বীগী নাক য়েক্তা মরক মরক্তা চীংদুম মচা মচা লৈরমহ। লম্বী অমুক য়াংখৎলি অমুক মেমথৈ, অমুক পেকই অমুকস্থ খোয়। লৌবুক্তা গেহু থাও-দোকথিবগী চরুখোক য়ুংনা য়ুংনা লৈরি, খাওবাদ য়ারবা খাওদি খাওব্রিবা

মক্কমসু য়াওরি। অশংবা লম্পাক্তা ষণ অমদি য়াও শঙ্গু চারি, শগোল তোংবা মুপাশিংবা মখোয়বু শেল্লি।

লিজানা খুদোম্বী থিল্লকই,- "অাদা য়েংঙু, লাইওন-পিক, মোংশা চীংদোম। মিংথমথাদা উন তাবা মতমদা চীংদোম অসি মোংশাতা মোংশা মাল্লি।"

"উন তাদবা মতম্মিনা ঐখোয়দি মোংশাদুগা উন্নব্রেদো।" ঐনা ফাগি তৌই।

লম্বী মনাক্তা খরা তোংতক তৌবা লম্পাক অমদা স্প্রিংক্লার মেশিন্না ক্রি ক্রি কামদুনা ঈশিং চাইরম্লি, ফায়ার ব্রিগেডকী পাইপতগী কামথোরকপা ঈশিং অদু-মঙাই। পাক্লবা লম্পাক অদো মুমিৎ লৈগী অশংবা মনানা লেক লেক লাউরি। সোভিয়েৎকী মুমিৎলৈ হাযবদো অসি ওইরে! শাৎপগী মতমদি খরা ৱাংলি। অতোঙ্বা লমনিনা ঈশিং খোংনা ঈশিং চাইবা য়াদদুনা পম্পকী মতেং লৌরিবনি। হায়না চিংবা হিদাক লাংথক চাইবসু অসুম হায়না পম্পকী মতেং লৌবা য়াওই।

খরা চৎলগা সেটলমেন্ট অম, হায়বদি সহরমচা অমা, লৈরমই। য়ুম্নাক পংয়াম য়াম্না তাবা উদে। অদুবু পিক্লসু পিক্লা সহর অমা ওইবগী খুদোং চাবা পুম্নমক লোইনা ফংই স্কুল, হোসপিতাল, সিনেমাহোল, কলচারেল সেন্টর ... ..। অঙাংশিং স্কুলদগী হন্নরক্লি, লোইনা মফি মরোল নাম্না শেৎলি, লম্বীগী নাকল অমদা মখোঙ কন্না কন্না থাংদুনা চৎন'র। ঐখোয়গী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা লম্বীগী ওয়-য়েৎ-ময়াই অমত্তা থাক্তনা চবুন চবুন চৎপী অদু নত্তে।

ইভোলগা খুঙ্গং য়ৌরে। খুঙ্গং অসিগী মচী অমদা লমজাউ মপান্না লৈরি, ইভোলগিম্স্কি বৌদ্ধ মঠ। মঠ অসিগী মপালগী কোম্বোংদা মীয়াই চল্লবা মুপা অমনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক বৌদ্ধ-ধর্ম্ম চৎপা মীনি, ইণ্ডিয়াদগী মী অনি মন্দির য়েংবা লাকদৌরি তাদুনা উন্ননীংদুনা ঙাইরম্লিবনি। খরা চঙলগা মরু ওইবা গেটতা লৈরম্লে মরু কোল্লবা লামা অসুম-মরি ঐখোয়বু ওক্তুনা।

বৌদ্ধ-মঠ অসিগী লামা-মকোক বন্দিদো (বন্দিত) হাম্বু লামা হৌজিক লৈতে, লংকৈ চৎখি, অদুনা মহাকী ওমথং খাম্বু লামামা লুচিংদুনা ঐখোয়বু ওক্লম্মী।

বৌদ্ধ-মঠ অসিনা কোল্লিবা লম অসি ফনা চাউই। মঠ অসিদা মন্দির অমত্তা নত্তে লৈরিবা, ময়াম্লি। খাম্বু লামানা মথং মথং য়েংহল্লি। মসিনা 'য়েখে'-মন্দিরনি, চহীগী মরূ ওইবা লাইগী সুমিত্তা মীয়ামগী লাইনীং-লাইশোন তৌফম। মন্দির অসি ফনা চাউই। মসিনা 'বাচা' মন্দিরনি, সুমিৎ খুদিংগী লাইনীং-লাইশোন তৌফম। হন্দকীসিমা থরা পিকই। মন্দির ময়ামগী মতাই ওইরপ্না লৈরি মঠ অসিগী ওফিস অমসুং লামাশিংগী লৈফম। মঠ অসিগী ময়ায় ওইরপ্না চীং লেম্না লেপ্তুনা লৈরি শান্তি-স্তুপ—পৃথিবীগী শান্তিগীদমক, চেক অমদি নুংঙৌনা শাবা ইচম চম্না পূক্লিং হূরবা স্তুপ।

পূক্লিং অসি ইনৌ নৌথোরকই। কদায়দনো ঐনা লৈরিবসি! সোভিয়েৎ রাশিয়াগী নোংপোক লমদমদনি হায়বা ঐ কাউথোকখে। ভারতকী লাইফম অমদা মন্দির ময়ামগী মরক্তরা ঐনা লৈরিবসিবু!

খন্থরুবদা হরাও তুজুংই, ওকসু ওকই—অসুক লাপথ্রবা ঈংখ্রবা উনগী লৈবাক অসিদা তু-খোং কয়া, পাক্লবা ঈপাক কয়া, বাংলবা চীং-জাউ কয়া মপান নাইদ্রবা মরুভূমি কয়া ল্যান্দুনা সভ্যতা কয়াগা মায়োক্লদুনা করম্না য়োরম্লিবা ভারতকী শাক্যমুণিগী মহাবাণী। ওসি বুরিয়াচিয়াগী অনৌবা মীরোলনা ধর্মবু থাজদ্রবসু মতম অমদদি লমদম অসিগী মীয়াম্বু মহাবাণী অসিনা শুদ্ধংলম্মী; ওসিসু মহাবাণী অসিনা অরিবা মীরোলগী থম্মোয় হুরি। বুরিয়াচিয়াদতা নত্তে, সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী অতৈ লমদম কয়াদসু, সাইবেরিয়া অসিমকী তুভা ওটোনোমস রিপাব্লিক্তা, সেন্ট্রেল এশিয়াগী কালমিক ওটোনোমস রিপাব্লিক্তা ওসিসু তারি বুদ্ধ-বাণী।

নোংপোক সাইবেরিয়াগী বৈকাল-পাংকী লমদম অসিদা বৌদ্ধ-ধর্ম লাকখিবসি তরাতরেৎশুবা শতাব্দী হৌরকপগী অহৈবাইদনি। তৌবগীদি মসিগী মমাংদা সেন্ট্রেল এশিয়াগী, মরূ ওইনা, হৌজিকী উজবেকিস্তান

তাজিকস্তান, তুর্কমেনিস্তান, কিরঘিজিয়াদা চিংবা লমদম কয়াদা বৌদ্ধ-ধর্ম শন্দোকপা লৌখি। অদুবু তরানিপালশুবা শতাব্দীদা ইস্লামধর্মনা হায়রিবা লমদমদশিং অসিদগী বৌদ্ধ-ধর্মবু তঙথোরকখি। বৈকালগী লমদম অসিদা বৌদ্ধ-ধর্ম লাকখিবসি তিব্বত অমসুং মোঙ্গোলিয়া ফাওডুনা লাকখি। মতম অদুদা বুরিয়াৎশিং অসি মফম অমদা তংদানা খুন্দাডুনা লৈরমদে, শা-ষণ শেন্দুনা মফম অমদগী মফম অমদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরম্মী, অদুনা মতম অদুগী বৌদ্ধ-মন্দির হৌজিক থোইনা উদে। মীয়ামগী ওইনা লেঙদনা বৌদ্ধ মন্দির শাবা হৌবসি তরানিপালশুবা শতাব্দীদগীতা হৌখি— সাঙ্গোলস্কি অমদি গুসিনুজাস্কিদা। লমদম অসিদা হান্না চৎনরম্বা ধর্ম শামানিজমগা অনৌবা চংঙকপা বৌদ্ধধর্মগা তিন্নডুনা বুরিয়াৎ-ংগী সামাজিক পুন্সিদা অনৌবা য়াওল অমা পুরকখি। অহানবদা ইমুং ইমুংতগী ওইনা লাইনীং-লাইশোন তৌরম্বদগী লাকখি কাঙলুপকী ওইবা লাইনীং লাইশোনগী মণ্ডং। মৈতৈগী য়ুমলাই অমদি উমংলাই লাৎপগী মণ্ডংনি। ধর্মগী ঈরাৎ-পূজাগা লোয়ননা চোংথোরকখি মীয়ামগী ওইবা হরাও-কুম্মৈ কয়া — শগোল লমজেল, মুক্তা, তেনকাপ্পী, জগোই-ঈশৈ, চাকচা-হৈজানবা অসিনা চিংবা। বুরিয়াৎশিংনা হৌজিকসু হরাও-কুম্মৈশিং অসি থাদোকত্রি। হরাও-কুম্মৈগী য়াওল লাকপদগী মথৌ তারকখি খুঙ্গংগী হরাওবুং, লেঙদবা লাইনীংশঙ। মরম অদুনা শাগৎলংকখি তোঙান তোঙানবা লমদম কয়াদা মন্দির কয়া। ইভোল্গিনকি বৌদ্ধ মন্দির অসি অদুগুম্বা অরিবা মন্দিরশিংগী মমুংদা অমনি।

খাম্বু-লামানা পুশল্লি মোনাষ্টারীগী লাইব্রেরীদা। কয়া য়ামথুবা লাইরিকনো, অয়াম্বনা অরিবনি—শিঙ্কনা য়োমশিন্দুনা য়াম্না চেকশিন্না থম্লি। মখম অসিদসু বৌদ্ধ-সাহিত্যগী মরূ ওইরিবা 'গঞ্জুর' অমসুং 'দঞ্জুর' মপুং ফানা লৈরি। অদুতা নত্তনা তিব্বত, মোঙ্গোল, সংস্কৃত অমদি বুরিয়াৎনা চিংবা লোন কয়ামুক্তা ইবা - দর্শন, ন্যায়, লাইনীংলোন, ব্যাকরণ, বিজ্ঞান, লাইয়েংলোন, তন্ত্র শাস্ত্র অসিনা চিংবা হীরম কয়াগী

লাইরিক কয়াগা লোয়নমা, সাহিত্য, ইতিহাস, গণিতকী লাইরিকসু য়াওরি। ভারতকী নাগার্জুন, আর্য্যভট্ট, বাসুবন্ধু, ধর্মকীর্ত্তিনা চিংবগা লোয়ননা অশ্বঘোষ, কালিদাস, শান্তিদেবনা চিংবসু মফম অসিদা লৈরি। বুরিয়াচিয়াগী মৈহৌরোলগী লাইরিকসু য়াওরি। লাইরিক অদুদা বুরিয়াৎশিংগী খুন্নোকল্লোন, বৌদ্ধধর্ম শন্দোরকপা অমসুং লামাশিংনা মোঙ্গোলিয়া, তিব্বত অমদি ভারতা তীর্থ-চৎপগী বারীসু য়াওরি। অনৌবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ভারতকী ডাক্তর লোকেশ চন্দ্রনা ইংরাজীদা ইবা "কমপ্লিট ৱার্ক ওফ ডাক্তর লোকেশ চন্দ্র" য়াওরি। ডাক্তর লোকেশ চন্দ্র ইন্টরনেশনেল একাদেমী ওফ ইণ্ডিয়ান কলচারগী প্রেসিডেন্টনি। মহাক য়াম্না তোয়না মফম অসিদা লাক্লম্মে। মফম অসিগী মীনা মহাকপু ফজনা খঙ্ ঙি।

মফম অসিগী মিউজিয়মসু শীংথানিংঙাইনি। মিউজিয়ম অসিদা ভারত, শ্রীলঙ্কা, ব্রহ্মা, ইন্দোনেশিয়া, জাপান, মোঙ্গোলিয়া, তিব্বতনা চিংবা বৌদ্ধধর্ম চৎপা লৈবাকশিংদগী পীরকপা খুদোলপোৎ ময়াম ফজনা থম্লি। লৈবাকশিং অসিগী থোয়রী ময়াম শঙ অসিদা পুল্লরি।

বৌদ্ধমঠ অসিগী খ্বাইদগী চাউবা মন্দির অসি মথোল অহুমগীনি, প্যাগোদাগী মওংনি, শাবা কুইদ্রি, শোক ১৯৭২ দনি। মাঙ্গোন্দা কাখৎপগা উই, মন্দির মনুংদা পদ্মাসনদা ফমদুনা লৈরিবা চাউরবা বুদ্ধ-মূর্তি, শেঙ্গেংগী ওইরমাল্লে ইরং লংই। খঙহৌদনা চীন্দগী থোকখি —"বুদ্ধং শরণং গচ্ছামি, ধর্মং শরণং গচ্ছামি, সংঘং শরণং গচ্ছামি।"

লিজানা হংঙকই,—"আর ইউ এ বুদ্ধিস্ট? অদোম্ বৌদ্ধরা?"

লিজাগী মাহংগী পাউথুম পীগে তৌরিঙৈদা বুদ্ধ-মূর্তি মমাং অদুদা হনুবা হনুবী মতৈ-মমাও অমা চংঙকপা উরুরে। হনুবা অদো মশা য়াম্না শোল্লে, চৎপদা মশা থক্ থক্ নীক্লে, হনুবী অদুনা শমদুনা পুরকই। তপ্না তপ্না চঙশিনখ্রগা বুদ্ধ মূর্তি অদুদা মিৎলু ঈরা শিন্দুনা মরু লূকথখি। মতৌ অদুদা খঙহৌদনা ঐগীসু মিৎলু অনিদা লাইজ-ঈরা ঈহৌরকখিবা খঙদে, লিজাগী মাহংগী পাউথুম পীবা ঙমখিদ্রে।

জড়া-ব্যাধি মৃত্যু—অহম ওইরকপা, লাইনা পকপা অমদি শিবগী থাখলদা ঐস্ত্র ভাইহাক পঙথরুবরা খঙদে মফম অদুদা।

বুদ্ধগী চাউরবা মূর্তি অদুগী অকোয়বদা পিক্ল পিক্লবা মূর্তি লিশিং অমসু পদ্মাসনদা ফমদুনা লৈরি। লোইনা শেম্লেংনা শাবনি। মন্দিরগী ফক্লাং অকোয়বদা য়েক্তুনা উৎপি শাক্যমুণিগী তোঙান-তোঙানবা মপোক্কী থারী

মন্দিরগী অথাং থংবদা মিংশেন্না কোয়খা-খাজিনবা চাউরবা শঙ অমা লৈ। মিংশেনগী শঙ অসিগী মনুংদা সনাখোংনাং পাম্বী অমা হৌরি। সনাখোংনাং পাম্বী অসিগী চার অদো মফম অসিগী বৌদ্ধ-সন্ন্যাসীশিংনা চহী খরগী মমাংদা ভারত্তা চৎলুবা মতমদা ভারতকী বৌদ্ধ-সন্ন্যাসীশিংনা খুদোল তৌরকপনি। নিংগমথাদা উন্না খুতুপ অনি-হুম থানা তাবা, টেম্পরেচরনা শূন্যগী মখাদা সেন্টিগ্রেড ডিগ্রী ৪৫ ফাওবা হাইথবা নোংপোক সাইবেরিয়াগী লমদম অসিদা সনাখোংনাং চার অদো হিংবা ঙম্মোইদবা হায়না সন্ন্যাসীশিংনা মথরাই যান্না থানরম্মী। অদুবু মিংশেনগী শঙ অসিগী মনুংদা চাং অমদা মৈশা পীদুনা থম্বদগীদি সনাখোংনাং-চার অদো ফজনা হিংহনবা ঙমখি। হৌজিক্তি পিকখ্রবা চার অদো নোংমা নোংমগী মরেপ তামখৎলকপগা লোয়নমা মশা-মরেং ফন্দোক্তুনা অশংবা মামানা জুমজুম লাউনা মপূং ফারবা 'বোধিবৃক্ষ' অমা ওইরে। ভারত সোভিয়েৎ লৈবাক অনিগী মরূপ-মপাং ওইবগী মরী নোংমা নোংমগী অসুম অসুম ফগৎলকপগা লোয়ননা সনাখোংনাং পাম্বী অসিসু চাউবা হেক্সৎলক্লি।

খাম্বু-লামানা তম্মি, মফম অসিদা হৌরিবা সনাখোংনাং পাম্বী অসিগুম্বা অমসু এগিনস্কি বৌদ্ধ-মঠতা হৌরি। মখোয় অনি মচিন মনাওনি, বুদ্ধগয়াদগী পূম্না পুমিন্নরকপনি।

বৌদ্ধ-মঠ য়েংবদি লোইরে, অদুবু খাম্বু-লামানা থাদোকত্রে, "কনা-গুম্বা অতিথি অমা লাকপদা করিগুম্বা অমত্তা ওইরবসু পীজ-পীথক তৌবা তাযবসি বুরিয়াৎশিংগী চৎনবীনি। অদুনা থজিক্তুং ওইরবসু চাবিখিদবা য়াদে।"

ফনা হায়রে,—"ঐখোয় হৌজিক্তা লক্ক তৌজরক্লি।"

অদুবু খাম্বু-লামা খাম্বা য়াদে, "য়াম্না নত্তে, খজিক্তুদি থৌরাং তৌজরিবসি।"

অদুবু টেবল মথক্তা চীংদুম মচা অম-মম পৈরম্লিবা অদো উবদগীদি খঙলে, খাম্বু-লামা 'খজিক্তা' হায়বসি অর্থ খঙদবা ঙাংদি। উপায় লৈত্রবনিনা ফমথরে, চীংদুম মচা অম-মম অসিদগী লৈতুম মচা অমত্তং ওইরবসু ফক্তুনা চিল্লবা চাকখাউ অসিদা নমশিনখিদ্রবদি খাম্বু-লামা ইপেন-পেল্লোইদৌরি।

"মসি চাও, মদু চাও।" অহন ওইরবা খাম্বু লামানা অতিথি অনিবু তাকপা হৌরকই। "সে সে, পুখমদগী মতুম অসিগী মসুংদা য়াওরিবা মহী অসি হান্না চুপ্‌উ, অসুম চায়না চুপউ, অদুদগী চাও। হাউত্রা য়েংঙু! বুরিয়াৎকী োইদোকপা মথেলনি।"

অদুবু থোইদোকপা মথেল অদো চাকখাউমনি খঙদে, লৈত্তোম্মনি খঙদে, ইনশিনবা ইয়ামক য়াদ্রে।

অয়োইবা ওইনা চা পুথোরক্লে। শঙ্গোম য়াওদবা চাঙাংদি। সোভি য়েৎকী লৈবাক অসিদা হেক থুংলবদগী ঙসি ফাওবসিদা চা ফনা য়াম্না থক্লে, অদুবু চাঙাং ঙাক্তনি। হৈবু হৈনরক্লে। চাদা শঙ্গোম হাপই হায়দসি কাউবু কাউরক্লে।

খাম্বু-লামানা হায়রকই,—"খঙবরা, চা অসি ঐখোয়গীদি য়াম্না সুংশিখরবা পোৎনি।" চা অসি মখোয়সু 'চা' অদুম কৌই। "হৌজিক ঐখোয়, সোভিয়েৎকী মফম অতৈদা তৌবগুম্না, নোংমদা য়ামদ্রবদা চরা অদুম মরিদি পুক থন্না চাবা ফংলে, অদুবু মতম অমা লৈরম্মী, বিপ্লবকী মমাংদা, নোংমদা চরা অমা ফাওবা পুক থন্না চাবা ফংদবা। মতম অদুদা চা অসিনা সাইবেরিয়াগী মীয়ামগী পান্থে ওইরম্মী, পুক থম্নবা হায়দুনা মুমিৎ চুপ্পা চা তা থক্তুনা লেম্লরম্মী।"

অহল ওইরবা খাম্বু লামা বিপ্লবকী মমাংদা পোকপনি। বিপ্লব মমাংগী লাইরঅনংগী শাথাম্নবা ফিভম অদো মশামক খেংনহৌদ্রি।

রা ভাঙ্‌না ভাঙ্‌না মতম অদুগী শোথরবা রাশিয়াগী ফিভম, থোইদোক্লা, অমুক হেন্না শোথরবা সাইবেরিয়াগী ফিভম নীংশিংলকপরা, খণ্ডহৌদনা ইমোসোনেল ওইরকই।

ঐগীসু ইমাংদা চোংথোরকই, ইরৈবাক্তা লাইরবা মীয়াম কোটি কোটিনা মোংমগী চরা অমা ফাওবা মবুক শন্না চাবা ফংদদুনা তৌরিবা ফিভম অদো।

"হাম্বু লামা লৈরম্লবদি য়াম্না নুংঙাইগদবনি।" তপ্না শোল্লকই খাম্বু লামা।

অদুবু হাম্বু লামাদি মথৌ য়াম্না চিনবা মীনি। অদুমা মফম অসিদা মহাক কুইনা লৈবা ফংজদে। মতম পুম্নমক্তা মফম অমদগী মফম অমদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈ। মরমদি, মহাক সোভিয়েৎ ইউনিয়নপুম্বগী বৌদ্ধধর্মগী মকোক্নি, সোভিয়েৎ কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বরনি, সোভিয়েৎ শান্তি-কমিটিগী মেম্বরনি, সোভিয়েৎ-ইণ্ডিয়া ফ্রেণ্ডশিপ সোসাইটিগীসু মেম্বরনি। থবক অসুক য়াম্না পুরিবা লামা অসি চহীদি মফু নিথোই শুরে। তৌবগীদি বুরিয়াৎকী চৎনবী মতুং ইন্না মমা-পূরু্ংগী থা তরা অদুসু চহী পাবদা য়াওই।

ভিজিটরশিংগী রেজিষ্টার পুথোরক্লে। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদগী লাক্লম্বা অফাওবা ফাওদবা মীওইশিং অদুগা লোয়ননা ঐথোয়সু থাজা অসিদা হিংদুনা লৈহৌবা তারি। তৌবগীদি মফম অসিদতা নত্তে ঐথোয়না ঐথোয়গী রারোল শৈরম্লিবসি। তাসকেন্টতা থুংলবা মুমিৎ অদুদগী মোস্কো থাদোক্তুনা চৎপা নুমিৎ অদু ফাওবদা চৎলু চৎলুবা মফম খুদিংদা—স্কুলদা, ক্লবদা, লাইব্রেরীদা, মিউজিয়মদা, মেলাদা···ঐথোয়গী কমেন্ট মশীং লাকওমদনা ইবা তাখি।

চৎপা য়ারদমাল্লে খন্দুনা হৌগৎলি। হন্দমুকসু থাম্বু লামানা খাম্নকই, "ভাইক্তং ভাইবিখো। ঐথোয়গী অসিদা লেঙবিরকপগী নীংশিং··।" হায়রগা শিল্লকী লৈরোং য়েকপা উৎমচুগী লেংয়ান অমমম লেংবানদা য়াম্শিনবিরকই। ঐথোয় অমিত্তা নত্তুনা লিক্সাদসু

অমা— লোনগী পম থুগাইবগীদমক।

থোয়কপদা অহন ওইরবী সুপী অমা য়ুম মচা অমগী থোঙনাউদা য়ং থাদুনা লৈরম্মী। মত্তে, মসিদা থবক শূদুনা শেন তানবা লাকপা মত্তে, পুন্থ তানবা লাকপনি। বৌদ্ধধর্ম চৎপশিংনা অসুম হায়না তত্তুনা লাকই মফম অসিদা, ভগবান তথাগতবু খুরুম্নবতা নত্তুনা মন্দিরশিং অসি শিংলৈ-মাল্লে, লুন-মায়া থম্নবা তৌরৈ, 'নির্বান' ফংনববগীদমক্তা।

উলান-উদে সহরদা অমুক লাক্লে। হোটেলদা মাং-শিং তাথোক্তুনা তেকথংনবা হোৎনরে। অদুবু পোত্থানবগী মতমদি লৈতে। হৌজিকমক অমুক থোকপা তারি, ডোকুমেন্টারী ফিল্ম য়েংবা। হোল অদো পংলাপ লাপ্তে, খোঙনা অতুম চৎলে। কুইদে, মফম অদুদা য়ৌবগা ঙাইহাক য়ারী-য়াতাই শান্নরিঙৈদো ফিল্ম উৎপা তৌরক্লে।

অহানবদা উলান-উদে অমদি বুরিয়াৎকী মফম খরদা 'মে-মুমিৎ'-কী কুম্মৈ। ঐখোয়গী 'গণতন্ত্র-মুমিৎ'কী কুম্মৈগুম্বনি। অহন নহা ময়াম পুল্লরি, লম লমদুগী স্কোয়ারদা, পেরেডকী কুম্মৈ য়েংলরি।

মথংদা বুরিয়াৎকী মহাকাব্য 'কিসার'গী য়ারী। ঐখোয়গী খম্ব-থোইবীগী য়ারীগুম্বা জাৎনি। কিসার হায়বাসি খম্বগুম্না মথৌনা মপাঙ্গল ফবা মপূকচেলসু শেংবা মুপানি। লিজানা হায়, 'কিসার'গী য়ারী অসি বুরিয়াৎ, মোঙ্গোলিয়া অমদি তিব্বত—লৈবাক অহুম্মক অসিদা লীনৈ। অদুবু লৈবাক অহুমদা লীনরিবসি অমগা অমগা খরা খরদি খেন্নৈ। করম্বা লৈবাক্তগী য়ারী অসি হৌখিবনো হায়বদুসু খঙবা ঙমদ্রি, অহুম্মকসু দাবী তৌরি, 'ঐখোয়গীদগী হৌখিবনি, ঐখোয়গী-দগী হৌখিবনি।'

মদু উৎপা লোইবগা উৎলকই—'বুরিয়াৎ : থাইনা অমসুং হৌজিক'। অমম্ব-থাকবদা লৈরিঙৈগী শক্তমনি—উনগী উন ঙাক্তা, ফিরোল মতীক চানা লৈতে, মপান্দা থোক্তুনা থবক শূ নোম্বা ঙমদে, লৌবুক্তা লৌ শিং ফত্তে, ময়াম চাবা ফংদে—মসিদগী নাম্থোক্লবা মাইব-মাইবীনা

ঈরাৎ-পূজা তৌই, লাইয়ামদা জীব কয়া বলি কৎলি, অদুবু করিমত্তা কাম্রদে, অরা-অনা কোক্তে; মীয়াম চরা অদুম হেল্লি। খুঙ্গংদা অনা-য়েক লাইচৎ ওইনা লাকই, মাইব মাইবীনা মন্ত্র কামই, উশা-রাশা পায়দুনা অনাবা মীগী মশাদগী ভূত তান্থোকই, অদুবু করিমতা কাম্রদে, মখং মথং অনাবশিংদো অদুম শিখি। মীয়োনবী মুপীনা অঙাং উম্নগদগী অঙকপা ফংনা অনাবা খাডলি, মাইব-মাইবীনা থৌ তৌই চবাম থাদোকই, অদুবু করিমতা কাম্রদে, মমাসু মচাসু শিখি। অদুদগী খঙহৌদনা লোংলৈ-সুংশিৎকুম বিপ্লব লাকই। থাইনগী মাইব-মাইবী লোইনা মাঙখি। কোল-কারখানা কয়া লিংখৎলকই, ইঞ্জিন কয়া, ট্রেক্টর কয়া পুথোরকই, লৌবুক্কী পোত্থোক-চাথোক হেন্‌ঙ্গৎলকই লাইব-অনং কোকখি। স্কুল কোলেজ কয়া, হোসপিতাল সেনেটোরিয়ম কয়া লিংখৎ-লকই, মীয়ামগী পুন্সি মোংমা মোংমগী ফাগৎলকই।

ফজরবা বেলে অমসু উৎলকই। বেলেগী মমিংনা 'বৈকাল মথোম অঙ্গারা'। শল্লপা রারীদি অসিনি— অহন ওইরবা বৈকালগী মচানুপা ৩৩৫ লৈরম্মী, মচানুপীনা অমখক্তং—মমিংনা অঙ্গারা কৌই। মবুং ময়ামগী মরক্তা নিঙোল অমত্তা য়াওবী অঙ্গারা মশক-মতৌদা পান্দম্নীংঙাই লৈতনা ফজরম্মী। লাপ্ল-লাপ্লব লমদমদগী-পাখং কয়ানা মহাক্কী রারী তাবদা মহাকপু য়েংবা লাক্লম্মা। অদুবু অঙ্গারাগী থম্মোয়দা কনানসু ঈথক-ঈরাং হৌহনবা ঙমখিদে। মোংমদি বসন্তগী মুমিদাংবাইরম, মামিবা মুংশিৎকা লৈকা ফন্না শাৎলিবী লৈরাংগা হরাও-মথোয় কাবা মতম, ঙামু-থঙ্গোং অমনা লাপ্লবা লমদম অমদগী মশক-মতৌ ফজরবা ইমিসি কোবা পাখং অমগী মপাউ পুদুনা লাকই। করিগীনো খঙদে, মুমিৎ অদু খঙহৌদনা নিঙোল ওইবীগী থম্মোয়দা ফোংঙমদবা হরাও তুজুং অমা ফাওরকখি। মুমিৎ অদুদগী অঙ্গারা তুম্বা চাবা চিং থিত্রে, করম্বা মুমিত্তা পাখং মাগী মনাক য়োবা ঙমগবা হায়না রাখলসিদা উংদুনা লৈখ্রে। মচা-মিঙোলগী পাউ অসি তাবদা বৈকাল শাউবনা মৈ হৌখ্রে। মহাক্কা খল্লম্বদি, মহাক্কী মতম কুইনা তিম্বরক্লবা মরূপ

ইকু/ৎতা থাজগে অসিনি। হায়বা ইন্দবী মচাবু মতীক চাবা চৈরাক পীনবা মপানা চীংনা পল্লোম খাজিন্দুনা থমখে। অদুবু মোংমা অহিঙ অমদি অঙ্গাবা পল্লোন নমখায়দুনা চেনখে। শাউবমা মাইকৈ শলাই খণ্ডবা বৈকালনা চীংদুম অমা তাপ ফক্তুনা মচানুপী তন্না লংডকই। চীংদুম অদু মচানুপীগী মমাংদা তাদুনা লম্বী থৎলুরে। অদুবু চীংদুম অদুগী নাকন্দা শৎ লৈথোক্তুনা অঙ্গাবা অমুক চেনখে। অদুদগী চেনবসে চেনবসে চেনবসে···কাইনথংদা মহাকপু থোরাংনা ভাইরল্লিবা ইনিসিগী মতম্বাক য়োরগতা অঙ্গাবা মুংভাইনা পোথাখি।

বুরিয়াৎশিংগী অরিবা বারীনি। বারীনগা মুংশিবনে, অঙ্গারা-শাবী অদুনগা ফজবনে বেলে অদো লোইখিবা খণ্ডহৌদে। অঙ্গারা-শাবী অদো অফাওবী জগোই শাবীনি, মমিং লারিশা শাখিয়ানোভা কৌই। পৃথিবীগী মফম কয়াদা চত্তুনা জগোই উৎলুরবীনি।

অরোইবদা ফিল্ম অমগা অমুক বুরিয়াৎশিংগী চহীগী খ্বাইদগী চাউবা হরাও-কুম্মৈ, 'সুর থানবান'—ভেন কাপ্পা, মুকা, শগোল লমজেল, জগোই, ঈশৈ···।

হোলদগী থোরকপদা মুমিদাং ওইরম্লে

(৩)

টেলিফোন অদু ক্রিং ক্রিং খীংলকই। পায়থৎসিরা পায়থৎ-কমুসিরা ফনা কুইনা খঙ্গানৈ। খীংমল্লবদুদা পায়থৎলে,—"হেল্লো, মিষ্টর সিং স্পিকিং।" আসোমদগী করি লোম্নো খণ্ডদে, চৈতেক-চৈরাং ভাক্তা ভাড্লকই। ইংরাজীদা ঐনা হন্না হন্না হায়,—"কনানো ভাঙ্-বিরিবদুবু? ঐ মিষ্টর সিংনি।" টেলিফোনদা তৌনরিবা কুম্মৈ অদো উবদা অমরবাবুনা হায়রকই, -"মণিপুরীতে বলুন—মৈতৈরোলদা ভাঙ্নবিয়ু।' মরূপকী পাউতাক অদো ঐসু লৈখা তাহনম্রে, অগতিগী গতি ইমারোলগী মতেং লোরে, "হেল্লো, বারোবিবা য়াদে, খমজরগে।"

অমরবাবু পরাই তানা নোকচৈ।

ভাইহাক লৈরগা থোঙ খীল্লকই,—"দা দা," ঐখোয়স্থু হৈরে।

লিজা চংভকই,—"গুডমোর্নিং মিষ্টর সিং এণ্ড মিষ্টর গুপ্ত। ফজনা ভুম্বা য়াইকো! মিষ্টর সিং, হকচাং কমদৌরি?"

হৌনবী পাউথুম অদো ঐখোয়স্থু অদুম পী।

"কনাগুম্বনা ফোন-কা তৌরক্লম্বরা?" ঐখোয়না হায়গে খল্লিভৈদা মহাক্লা হংলকপনা হাল্লে।

'তৌরক্লম্মী। কনানো খঙদে।"

"কমরেড নিমাশোভ্কোয়েভিচ ওইরম্বা য়াই।"

ও, কমরেড নিমাশোভ্কোয়েভিচ। লিজানা ভরাং হায়বনি, ভসি ঐখোয়বু কলেক্টিভ ফার্মদা পুবিগদৌরিবসি মহাক্কনি। ভাইহাক লৈরগা মহাকস্থু লাক্লে। কমরেড নিমাশোভ্কোয়েভিচ মীয়াই চল্লে। মহাকস্থু বুরিয়াৎ সুপ্রীম সোভিয়েৎকী ডেপুটিনি।

লুদাগা লৈশাবী অমদুগনা ব্রেকফাষ্ট পুরক্লে। চাব-থকপা লোইরগা চৎননবা থৌরাং তৌরে। লিজানা ফোন পায়খৎলি কমরেড মোখো-সোয়েভতা, ঐখোয় চৎকদৌরে তাকপা। কমরেড মোখোসোয়েভ য়াম্না চেকশিনবা মীনি, ঐখোয়গী কদায়দা শোয়খিগদপে হায়বসি য়াম্না কুপ্না শেন্নে, অদুনা ভাইহাক কাংদনা ঐখোয়গী পাউ লোই।

কমরেড নিমাশোভ্কোয়েভিচকা লিজাগদি ওভারকোট পুদুনা লাকই। লিজানা হংভকই,—"ওভারকোট য়া ওরক্তরা? হোরেনদি য়াম্না ঈংগনি। লাপথবা খুঙ্গংদনি ঐখোয়না চৎকদৌরিবসি। অহিঙস্থু লেক্লকদৌরিবা। সহরদগী খুঙ্গংদনা ঈংবা শোয়দনা হেনগনি, মুংশিৎ শিৎপা হেল্লি।"

ঐনা খুমই,—"সেপ্টেম্বরগী অহানবা চয়োলমক্তদা অসুক য়াম্না ঈংগনি হায়বসি খঙদবনিনা ওভারকোট পুরক্তেদনা।"

"কন্নে, ঈংত-ঈংলগা মদুগী থোকপা তৌবা হায়দুনি।" লিজানা হায়রকই, অদুদগী ফাগী ওইনা নোৎশিল্লকই, "ওক্টোবর-নবেম্বরদা লাকপা ওইরবদি ঐখোয়স্থু ওভারকোট অম নম খুদোল তৌগদবা।"

"হোয় হোয়, ওভারকোট লোবা ওইনা অমুক ওক্টোবর নবেম্বরদা লাকখিবা তারি।" ময়াম থা থা নোকমিন্নে।

হোটেলদগী থোরকপদা অমরবাবুগী মখুত্তা ব্রিফ কেস অমগা ওক্সফোর্ড ডিক্সনারীমুক চাউবা লাইরিক অমগা পায়রদো। উবদা লিজানা হংঙকই,—"মিষ্টর গুপ্ত, করি লাইরিকনো অদুবু?"

"লাইরিক নত্তে, নোটবুকনি। খণ্ডবিরিবদুনি, ঐ অনে লিষ্ট অমনি। উরিবা তারিবা পুম্নমক অসি নোট তৌশিন্দবা য়াদে। মদুগীনি।" নোকফেৎ নোকফেৎ খুম্মকই অমরবাবু।

ঐস্সু নোকফেৎ তৌই মহাক্কী পাউথুম অদুদা। মরমদি, লৈবাক অসিদা লাকপ্নদগী ঐখোয় অনিনা উরক্লিবা তারক্লিবা অসি ফনা য়াম্লক্লে, অদুবু মহাক্কী চাউখ্রবা নোটবুক অসিদা য়াহে অমা ফাওবা ইশিনবা হৌজিক ফাওবসিদা উক্রি। অদুনা মহাক্কা ফনা হায়দুনস্থু করিমতা নোট তৌশিল্লোই হায়বসি ঐ খঙই।

হোটেলগী গেটতা ঐখোয়গী কাংচেপ মচুগী কার অদুগা ড্রাইভর অদুগা ঙাইদুনা লৈরম্লে। অদুনা ঐখোয় অদুম গাড়ীদা কাথৎলে। কিলোমিটর ৩০০ য়োমনি ঙসি ঐখোয়না চৎকদোরিবসি, অদুনা ষ্টাট হেক তৌবদগী গাড়ীগী স্পিড অদো আ য়োনা হাইগৎখ্রে।

সহরগী ময়োল খঙহৌদনা লৈহোরে। সহরগী চিদাই য়োরক্লে। লম্বী মপান্দা লৈবা য়ুম খরগী মমাংদা ফজনা থায়দোক্লবা শীং ময়াম অমা মপৈ মপৈ ফজনা পৈশিন্দুনা লৈবা উবদা লিজাদা হংই, "করিগীনো শীং অসিদি, চাক থোংননবরা?"

"নত্তে। চাকতি ইলেকত্রিক নত্রগা গ্যাসনা থোংনৈ। য়ুমশিং অসি উবিরেদনা মল্লে, লমাইগী ঙাক্তনি। হৌজিক্কী য়ুম পুম্নমক্তা ইলেকত্রিক্কী সেন্টর-হিটর লৈনরবস্থু থাইনগী য়ুমশিংদদি শীংগী সেন্টর হিটর অদুম শীজিন্নরি।"

পেট্রোল পম্প অমদা গাড়ী থাম্লে থাউ হাপখিবা তারি। পোৎ-চৈ মমলগী ঈ পাউ লৌগনবা মীনি অমরগুপ্ত, হংঙকই,—"হন্দক মঙ্কক

অসি পেট্রোলগী মমল কয়াম হেন্নৎলে?”

“হেন্নথৈ, পৈশা'ম ফাওবা হেন্নথৈ।”

মীংশিংনচই, পেট্রোলগী মমল হাইগৎলকপদগী পৃথিবী শীনবা থুংনা থেংনরিবা চৈথেং। ঐখোয়গী ভারতমক চৈথেং অসি শাগীনা মংলিবনি, মতম থরতংগী মমুংদা পেট্রোলগী মমল শরুক অনি হেন্ন-খ্রবনি, গাড়ী লোইবশিং হাহাকার লাউনরবনি। অদুবু সোভিয়েৎ ইউনিয়নদদি চৈথেং অসি খজিক্তং ফাওবা ফাওদে। পৃথিবী পূম্বদা পেট্রোল মীংদোনা তাংলবস্থু লৈবাক অসিদদি ঈশিংদোনা হোঙলি। তৌবগীদি পেট্রোলতগী য়া নত্তে, পোৎচৈ পুম্নমকী মমলসু লৈবাক অসিদা হাই-গৎলকপা হারবসি খঙদে। মরমদি, পোৎচৈ পুম্নমকী মমল সরকারনা লেপ্লি, অদুনা পোৎচৈগী মমল সুকহাই হাইগদ্রে; করি করিগুম্বা মতমদা করি করিগুম্বা পোৎকী মমল হাইথরকপদি য়াওই।

সহরগী লমদম লৈহোরে। লৌবুক লম্নাং উবা হৌরক্লে। বুরিয়াৎকী খুন্নংগী লমশিং অসি রেজিয়ন, হায়বদি জিলা, ১৯ থোক্না খায়দোকই। ঐখোয়না চৎকদৌরিবসিনা ইরাভনা রে'জিয়নদনি। মফম অদুগী কলেক-টিভ ফার্ম অনিমি য়েংগদৌরিবা—অমনা উলদুর্গা কমিউনিজম কলেকটিভ ফার্ম অদুগা অমনা পবেদা কলেকটিভ ফার্ম—উলান-উদেদগী কিলোমিটর ৩০০ রোম লাপই। পবেদাগী অর্থদি মায়পাকপা হায়বনি, ইংরাজীদা 'ভিক্টরী'। ঐখোয়গী গাড়ী কম্না থোরি, গাড়ী অতৈগা হুইস হুইস থৈনরি, থৈনরিবা গাড়ীশিং অদুসু কম্না কম্না থোরি। লম্বী অমুকসু বাংথৎলি অমুকসু নেমথৈ। লৈতেম চপ মান্নবা লম থোইনা য়াওদে, থেঙ্‌-মরম শাবনা অয়াম্বনি। মরক মরক্তা অনকপদসু অরাপ্পদসু চীং-মাল লৈ রি, চীংথকশিং অদুদা উচান পাম্বীনা পরেং শানা হৌরি, উচান পাম্বীগী পরেংশিং অদো লোইবা মাইদনা শন্দোকখি। উচানতা নত্তে, চাউর-চাউরবা উপাল অতৈসু লৌরি, উপালগী উপাল ঙাক্তা। উপাল য়াম্না হৌবসিনা ওইরমাগ্লে, চাউর-চাউরবা ফার্মশিং অসি উতনা শম্বল থাম্নিবসে। শম্বলসু ঐখোয়গী অদুম হায়না চপ্প য়ুংনা থাদে,

মপান্লোমদগী মনুংলোম্দা চেপখন্নি, চেপথরক্লিবা শম্বল অসি চাউর-চাউরবা উচুক্লা কৈজেনমা ভাক্লি। উ ফনা য়াম্না চংভমগনি, উ য়াম্না থোকপগী ভম্বনি। ভরাংস্তু ইভোলগিনস্কি বৌদ্ধ-মন্দিরগ য়েংবা চংপদা অসিগুম্বা শম্বল ময়াম অমা উরকই।

পাক্লবা লৌবুকশিং অদো লৌরী অমত্তা য়াওদে। ঐখোয়গী লৈবাক্তা লৌরী ময়াম শাদুনা অরেম্বদা লম কয়া মাঙহনবদো মখোয়গী অসিদা তৌদে। লৌবুক অয়াম্বদা লৌ মুল্লে, মরক মরক্তা ইশং-শংনা লৈবস্তু য়াওরি। লৌ মুল্লবা লৌবুক্তা চাউর চাউরবা হার্ভেষ্টর মরি-মঙানা তুংথ-মাংথা চংমিন্নদুনা লৌ খাওরি। সাইবেরিয়াগী লৌবুক অসিদা চৌজিক তৌরিবা মতৌ অসি উবদা কমাম্না থাজনি, মোংমা লমদম অসিদা লৌ-শিং করিমতা ওইরমদে হাযবা।

লৈঙোই-নুংজেং নুংজাউগী চীং কয়াস্তু লম্বীগী মাক-য়েত্তা উরি। শজীক ভাক্তা হৌবা লম্পাকস্তু য়াওরি। খল্লি, অরেম্বদা লম য়াম্না মাঙহল্লেদা! মাঙহনবা ওইরমদ্রে, থৌওইনা হৌহনবা ওইর'ম্ল। ওক্টোবর য়োরক্তি্র ভৈদো শজীকশিং অসি লোইনা মেশিন্না খাওগদৌরিবনি। ওক্টোবরদগীদি উন তাবা হৌরনি, লৌবুক লম্মাং পূম্নমক উনগী ভাক্তা, থুক্উদগী হেম্না থানা। মতম অদুদা লৌবুক লম্মাংদা করিমত্তা হৌরোই। অদুনা নিংথমগী থা মরি-মঙা অদো শা-যণ পীজনবা শজীক খাওঙ্জিন্দুনা পৈশিলহৌদবা য়াদে।

লাপ্তক তৌনা চাংয়া ওইরপ্না উই, ফজ ফজরবা যুম ময়াম অমা পরেং পরেং—সহরমগা অমগুম্না। ষ্টেটফার্ম অমনি, সরকারনা লোইনা চালাইবা। হান্না কলেকটিভ ফার্ম ওইরম্মী। কুইদ্রি ষ্টেটফার্ম ওন-খিবা। মমিংনা 'দ্রুজবা' কৌই। 'দ্রুজবা' হায়বসিগী অর্থদি মরূপ-মপিঙ্গা হায়বনি। সোভিয়েৎকী ফার্মশিং অসিগী মমিংশিং অসি লোইশা ফজ ফজরবা অর্থ চেল্লি,—কমিউনিজম, পবেদা, দ্রুজবা...। লম্বী মপান্দা যুম খরা লৈরি, মখোয় অসিস্তু অনৌবা মকম অসিদা হোংজিনখিদৌরবনি।

মরক মরক্তা কোলাস থাদবা লম্বীস্থ যাওরি। অতুবু মতাদি মায়ে, গাড়ী চো'ব ফনবা ঙৌদে। খোং মচা-মচাস্থ কয়া চেল্লি, মখোয়গী মথক্তা শান্নিবা থোংশিং অদো অয়াম্বনা উগীনি।

উচানগী উমং অমদা ডাইহাক পোখাই। ঐবুদি লোক থুংলি হায়দুনা কুমথহন্দ্রে। মপান্দা ম্যুংশিং কয়া শিংলি। লিজাস্থ ওভার কোট য়াওন-য়াওনা ইস্ ইস্ তৌদুনা গাড়ীদগী কুমথবগা অদুম কাখৎলক্লে।

গাড়ী চৎন-চৎনা মরক-মরক্তা রাজনীতিগী বারীস্থ শাই। কমরেড নিগাশোক্কোযেভিচ বুরিয়াৎ স্থপ্রীম সোভিয়েৎকী ডেপুটিনি, অদুনা রাজনীতিগী বারীদা থরাই যাওবা মশানা তাবনি।

রিপারিক অসিদা ডেপুটি ২০০ লৈ। মখোয অসি মীথলদা কাবা ডাক্কনি। ঐখোয়গী এম এল এ গুম্বনি। স্থপ্রীম সোভিয়েৎনা অমুক মন্ত্রী হান্নি। বুরিয়াৎ রিপারিক্কী মন্ত্রী ৩০ লৈ।

অদুগা রেজিয়ন রোজযনগী ওইনস্থ সোভিয়েৎ অম-অম লৈ। মখোয়গী ডেপুটিশিং অদুস্থ মফম অদুগী মীযাম্না ভোটতা খনবনি। লৈবাক পুম্বগী ওইবা অপুনবা স্থপ্রীম সোভিয়েৎ অমস্থ লৈ, ঐখোয়গী পার্লিয়ামেন্টকুম্ব।

তোঙান তোঙানবা থাক্তা লৈরিবা মশীং যামথ্রবা সোভিয়েৎ ময়াম অসিনা লৈবাক অসিগী শাসন পুই হাযদুনা লৈবাক অসিবু 'সোভিয়েৎকী লৈবাক' হাযনস্থ খঙনরিবনি।

সোভিয়েৎশিংদা কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ডাক্কনা ডেপুটি ওইগদবনি হায়বা করিস্থ লৈতে, মযাম্ববু যাররদি পার্টি য়াওদ্রবস্থ ডেপুটি ওইবা য়াই। কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইবসিস্থ অরায়বা থবক নত্তে। কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইবা তারবদি চহী কয়া চঙ্না পার্টিগী লাইরিক পাবা তাই, ক্লাস যাওবা তাই অদুতস্থ নত্তনা লমচৎ-শাজস্থ মীনা থাজবা মীশক অমা ওইনা তাই। লিজাসক কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর নত্তে, ওইগেস্থ খনদে, নদমদি রাজনীতিগী লাইরিক পাবগী,

ক্লাস য়াওবগী মতম মহাক্কী শংদে।

বারী শানা শামা লম্বী ফনা শাংনা লাক্লবা জাৎনি। ভুরেল মচা অমগী মথক্তা উনা শাবা থোং অমা লানবগা সহর মচা অমা লৈরম্লে। সহর মচা অসিগী মমিং 'খোরিন্‌স্ক' কৌই। মফম অসিদা ঐখোয় চাক্লেন চাখিবা তারি। খোরিন্‌স্ককী লোকেল সোভিয়েৎকা মেম্বর-শিংনা মখোয়গী হৌনবী লৈ-শু তৌদুনা ঐখোয়বু ওক্লম্মী।

ঐখোয়বু পুশল্লিবা হোটেল অদো মচানি, সহর মচাগীনিনা মশানা তাবনি। অদুবু লূব-মানবদা অমদি লৈরিবা পোৎ চৈশিং অদোমদা য়েংলুরবদি উলান-উদেগী হোটেলদগী থোইনা তাদে। ঐখোয়গী ভাইহাক্তং পোত্থানবা কা অদুদা টেলিফোন, রেডিও, টেলিভিজন, ফ্রিজ—লোইনা লৈ, অতৈ'দুদি হায়দ্রবস্থ।

মায়-মিৎ তাথোকপগা কৌররে। মথাদা চাক চাফম্মি। চাক-থোং-শভদা মুগী অনি-হূম চান-থক্লবা কন্না পৌরাং তৌরি।

চঙ্‌বগা টেবলদা পৈরিবা ময়াম অদো উরে, লিক্লিস্থ মখল মথাগী—মিনারেল বাটর, বিয়ার, ভোদ্‌কা, হুইস্কি, শেম্পেন, কোনিয়াক···। শেম্পেন্না টোষ্ট তৌরে—"ঐখোয়গী খোরিন্‌স্কতা ইহান-হানবা ওইনা লেঙবিররক্লিবা ভারতকী মরূপ অনিগী ইকাই খূম্নবা ওইনা···।" ঙসিদি ঙা মখল অমস্থ থেংনরে, ঙাতোনমুক্তা চাউই, হাউবদস্থ হাইফেৎ মামনি। মতম কুইনা চাবা ফংলুদ্রবা মীদোনা ইবানিমক মহুতা লাম্ম-লাম্মদুনা পংচাতা চারে। মখোয়স্থ শংপুতা পুখোরকই। নহান মখে উদবা হৈতুপ মখল অমস্থ উরে। চুম্নগী হৈতুপতগী থরা হেন্না চাউই, মচুস্থ ইশং শংই, অদুবু হাউদি হাউই। ভারতকী উহৈ-রাহৈগী মরমদা থরাই য়াওনা হংঙকপস্থ য়াওই। হৈনৌ অমদি কোমলা য়াম্না হাউই হায়বা মখোয় তা'দ তারে অদুবু মশক্তি উদ্রি, অদুনা য়েক্তনা তাকউ হায়রুনা ঐখোয়বু য়েক্তুনা তাকহল্লি। লাই য়েকপদা তিম্‌থে্াক্তগী হেন্না য়েকপা হৈতবা ঐনা য়েকপা হৈনৌ কোমলা অদো মখোয়না করি ওইনা লৌরমগদবা খঙদে। তৌবগীদি ঐনা হায়—"হয়েং ভারতা লাকপা

মতমদা হৈনৌ কোমলাগী মশক অদো মঙ্গলা উহনবতা নত্তনা য়াম্মু পীজগে।"

"ম্পাসিভা ম্পাসিভা।" ময়াম অদো হয়াওই।

চাবা লোইরগা গাড়ীদা কাখৎপা মতমদা চুরূপ পেকেট খরগা মৈথেৎ উপু অম-মমগা মমতুনা হাপচিল্লক্লে। ঐখোয়না ফলা বল্লা হায়, হাপকম্মু, অদুবু য়াদে, "লম্বী য়াম্না বাৎলি চৎকদবা, লম্বীদা থরুনবনি।"

"ম্পাসিভা ম্পাসিভা।" ঐখোয়স্মু হায়বা হৈরে।

গাড়ী অমুক থোগৎলে। লম্বী মপান্দা ষণ শঙ্গু শঙ্গু চারি, য়াউস্মু শঙ্গু শঙ্গু। য়াউশিংদো পিল্লা উই। অদুবু অপিকপদি ওইরমদ্রে। মতু ককখিবতা প্রায়রিবা জাৎনি, অদুনা পিল্লা উবনি। য়াউগী মতু ককপা খুৎমা কক্কে, মেশিন্না ককই। ষণগী যঙ্গোম শুন্দস্মু মেশিন্না, করিমুক হায়গনি, শা-ভা শেন্বা কাওবা মেশিন্না।

মতম য়াম্না থেঙক্লিল্লক্লে। অদুনা লম্বী শমজিল্লসি হায়দুনা লৌবুক্তা ফাওদুনা চৎলে। লৌরী লৈতবনিন করিস্মু বেরা হৈং, নুং থাদে হায়বা য়াতনি।

পূং ৫ গী অদুবাইদা উলদুর্গা য়োরে। অদুবু ঐখোয়বু ওকদবা মরু ওইবা মীশিং অদুদি অমত্তা লৈরমদ্রে। 'লম্বী অশম্বা চৎপদা মমা শিবা নংদে' হায়বদো ঐখোয়দা থোক্লে। ঐখোয় য়োরকমন্ত্রবদুদা গাড়ী পুদুনা ময়াম অদো ঐখোয়বু লম্বীদা করি তৌরবা জাৎনো হায়দুনা য়েংবা চৎনখ্রে। ঐখোয়না লৌবুক শমদুনা লাকপা মরম্না মখোয়গা থেংনদ্রবা।

অদুবু মখোয় লাক্লবস্মু লৈরম্লিবা মী থর অদুগা কলেকটিভ ফার্মগী ওফিসশিং অদো কোয়চৎ চত্তুনা য়েংবা হৌরে। কা অমগী ফল্লাংদা থেৎলি ফার্ম অসিগী মরু ওইবা পোখোকী ফোটোগা কোম্লনা হৌখিবা চহী খরগী চাং—ষণ, ওক, য়াউ, য়েন, য়েরুম, ভাসু, গেহু আলু, থামেম অশিনবা, থবী, হৈতুপ ...।

ষণগী মনীংজোনদা নম্বর থাবা উবদা খঙনীংঙ্গনা হংজি, "নম্বর

থাবিবসি করিগীনো ?"

"খুৎন-চৈনদনবনি। মন্বর থাবদিনা, মী অমগী মণ মী অতোপ্পা অমনা মাগীনি হায়বা ভমদ্রে, মত্রগা ফার্ম অমগী মণ অতোপ্পা ফার্ম অমনা মখোয়গীনি হায়বা ভমদ্রে। অদুনা কমান্না মপূল্লো হায়বদো খঙ্‌নবা মণ খুদিংগী মন্বর থাবিরিবনি।" মুপা অমনা ব্যাখ্যা তৌরকই।

য়াম্না ফখ্রবা লৌশিংনি। ঐখোয়গী লৈবাক্তসু শা-মণগী মন্বর থাবীসে চৎনরবদি শা-মণগীদমক খুৎন-চৈনবা অমদি শা-মণগী তুরাম চীন্থি খরমথৈদি ফবা য়াই।

ভাইহাক লৈরগা ময়াম লাক্লে। মিটিং হোঙদা ঐখোয়বু পুশিল্লে। ফার্মগী চেয়ারমেন অমদি এক্সিকিউটিভ মেম্বরশিংগা শক খঙ্‌নরে। চেয়ারমেন অদো অহল ওইরে। চাউ-শাংই। মমায় অদো খুইজিল্লে। অনিশুবা লাঙ্গাওদা মমারৈবাক্কী মীংতম্বা ভাকপদা কাম্মী ওইরুই। মতুগী তকমান মথবাক্তা য়াল্লি। তকমান অমগসু য়াল্লি, থবক মীংথিনা শূবগী-দমক সরকারনা পীবা সন্মান 'হিরো ওফ সোসিয়েলিষ্ট লেবর'গী তকমান।

চেয়ারমেন্না ঐখোয় লাকপদা মুংঙাইবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা অহানবমক্তদা ফার্ম অসিগী মরমদা শয়গ্গা বারী অমা তৌরে। ঐখোয়সু মণিপুর অমদি ত্রিপুরাগী মরমদা বাহৈ অমনি ভাঙ্‌লে। অদুদগী রাহৎ-পাউখুমগী মওংদা বারী শাবা। অসুম হায়না বা খরা খরা ভাঙ্‌নরগা রাহৎ-পাউখুম চথবসি ঐখোয়না চৎলু-চৎলুবা মফম খুদিংদা তৌরকই।

ফার্ম অসি মাইকৈ অসোমগী অরিবা ফামশিংগী মনুংদা অমনি। মাপলশুবা চহী মঙা থৌরাংগী থৌরম মতুং ইন্না ফার্ম অসিনা মশিগী শিন্থা পাঙথোক্লবা কমা লাক্লরি। সোভিয়েৎ কমিউনিষ্ট পার্টিগী ২৪ শুবা কংগ্রেসনা পীরকপা থোইদোকপা থৌদাসু ফার্ম অসিনা পাঙথোক্লবা হোৎনরি। হৌজিক লোমীশিংগী মায়-মিৎ পাঙ্‌বা শংদবা মতুঙ্গি। লৌ কম্না মুবশিল্লক্লে, মতম চানা খাওহৌদবা য়াদে, লৌ খাওদোকখ্রবা লৌবুক উন ওারক্তিদৈদা খোইদোকহৌদবা য়াদে, অদুগা নিংথম খাদা শা-মণ পীক্লবা শজীকসু খাওহৌদবা য়াদে। অদুনা ক্লনগী অভাং

ফাওবা হৌজিক লৌবুক্তা কূমথহনবা মতম্নি।

হায়গুম্মদুনা ভুসাই ঐখোয়না লাকপদা খুঙ্গং য়ৌরমদাইদা অভাং খরা লৌবুক কূমখি। হংবদা লিজানা হায়খি—"শজীক থাওবা চংলিবনি, নমা-মপাগী মতেং পাংবা।" লিজাসু খুঙ্গংদা পোকপীনি, অহুনা কলেকটিভ ফার্মগী মরমদা য়াম্না ফজনা খঙ্ই।

কলেকটিভ ফার্ম অসিগা মীশীং ১,৫০০ য়োমনি। হৌজিক্তি মী পুম্নমক লাইরিক হৈরে। তোবগীদি, খুঙ্গং অসিগী মীতা নত্তে, সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মীপুম খুদিংমকসু হৌজিক্তি লাইরিক হৈরে। অদুবু মতম অমা লৈরম্মী, সোভিয়েৎকী খুঙ্গং অতৈনা তৌবগুম্না, খুঙ্গং অসিদসু লাইরিক হৈবা মী অমা ফাওবা লৈতবা। মতম অদুদা খুঙ্গংগী মীশিংনা চিঠি অমা ইবগী নত্রগা পাবগীদমক কিলোমিটর ভরা-কুম লাপ্না লৈবা সহরদা চৎপা তারম্মী। সহরগী লমদমদসু লাইরিক হৈবা মী খোইনা লৈরম্বা নত্তে। বিপ্লবকী মমাংদা রিপাব্লিক অসিদা চাদা মী অনিতমক লাইরিক হৈরম্মী।

খুঙ্গং অসিদা সেকেণ্ডারী স্কুল অমা লৈ, ছাত্র ৫০০ য়োম শুই, ওজানা ৪০। অরাপ্পদগী লাকপা ছাত্রশিংগীদমক হোষ্টেল লৈ। খুঙ্গংগী মীয়াম্না লাইরিক-লাইশু পাউজেল চে পানমবগীদমক লাইব্রেরী লৈ। পিক্লিবা অঙাংশিংগী কিণ্ডারগার্টেন, মীয়ামগী হোসপিতাল, শা-ষণগীসু ভেটেরিনারী হোসপিতাল ...... অমত্তা বাক্তে।

খুঙ্গংগী মী পুম্নমক ফার্মগী থবক শূদবা য়াদে, মোংমদা পুং নিপাল, চয়োলদা সুমিৎ মঙানি। সুপী সুপা তোলোব চপ মান্নে। চাউরাক্লা মী অমনা থাদা রুবল ১৫ য়োমগী চাংচক্তা ফংই। চহীগী ওইনা অপূনবা পোথোক্কী শরুক মরিগী অমা সরকারদা পীথংখ্রগা অরেম্বা খরা লৈহৌব থোক্লবদি মদু অমুক ময়ামদা য়েম্মোকই। লৈবাক্কী শিনকম অতৈদা তৌবা অতুম হায়না লৌমীশিংসু অহল ওইরগা পেন্সন ফংই, সুপানা চহী ৬০ শুরগা অদুগা সুপীনা ৫৫।

ফার্ম অসিদা কার ২০, ট্রক ৪০, ট্রেক্টর ৭৪, হার্ভেষ্টর ৬০ লৈ।

খুঙ্গংগী ইমুং খুদিংমক্তা চাউরাক্লা মিটর ৪০ পাকপা ১০০ শাংবা মুম শান্নবা ইংখোল অম-মম পী। ইংখোল অসিদা মশা মশাগী হৈ-রা অমদি ইন্‌শাং-মাপী থাবা য়াই। শা-মণস্থু খর খরা লোইবা য়াই। মশা মশাগী চানবদগী লেম-পারবদি মদু য়োম্বোকপা য়াই।

কলেকটিভ ফার্মগী থবক-থৌরম পুম্নমক খুঙ্গংগী সোভিয়েৎনা শীন্দোক-শীপ্পিন তৌই। সোভিয়েৎকী মেম্বর পুম্নমক চহীগী ওইনা খুপ্পাশিংনা খল্লি। সোভিয়েৎকী চেয়ারমেন অমদি মেম্বর পুম্নমকস্থু লৌমী অতৈগুম্না থবক চপ চানা শূই।

খুঙ্গংনি, অদুবু মিউজিয়ম লৈ। মিউজিয়মদা এখোয়বু পুদুনা চৎলে। খোইদোকপা করিস্থু লৈবা মিউজিয়ম নত্তে, অদুবু মশাগী চাউখোকচবা অমদি অদুম লৈজে। ফক্লাংদা ফোটো ময়াম অমা থেৎলি—খুঙ্গং অসিদা পোকখিবা বিজ্ঞানী, বিপ্লবী, লাইয়েকপা, জগোই শাবী, ঈশৈ-শকপী ...। বুরিয়াৎকী অক্নাওবা কবি খোৎসামাম সারা-য়েফ খুঙ্গং অসিগী মচানি, মহাক্কী চাউরবা ফোটো অমস্থু থেৎলি। অসিতা নত্তনা অফবা লৌমী, সরকারগী সন্মান ফংলবশিং, অনিশুবা লাম্লাওদা য়াওরুবশিং—মখোয়গী ফোটোস্থু। জারগী মতমদা খুঙ্গং অসিদা লোই থাদুনা লৈরম্বা বিপ্লবী ইয়ংসন—মহাক্কীস্থু চাউরবা ফোটো অমা। অতোপ্পা কা অমদা খুঙ্গংগী মীয়াম্না শাম্নখোৎনবা অমদি অতৈ হীরম কয়ামুক্তা ফংলকপা তকমান, ট্রোফি, সার্টিফিকেট ·· ··· ময়াম অদো ফজনা থম্লি। মদুগা লোয়ননা মীরৈবাক্কগী লাক্লম্বা মীওইশিংনা খুদোল তৌরম্বা পোৎ-চৈশিং, মীরৈবাক্কী শেল, মীরৈবাক্কগী থারকপা চিঠি ফাওবা। কা অমদমুক বুরিয়াৎকী থাইনা শীজিন্নরম্বা থাও-ঙা, লিক্লুং-তেন, জগোই-ঈশৈগী ফিজেৎ, ঈশৈগী যন্ত্র অসিনা চিংবা। লমদম অসিগী উমং রামংদা ফংবা উপাল-রাপাল শা-কৈ, উচেক-রায়া ময়ামগী শক্তম উৎপা কা অমা।

মিউজিয়মদগী থোরকপদা মমশিল্লস্মে। অদুবু ভাইক্তুং ওইরবস্থু স্কুলদা চঙলমদবা য়াদ্রে। স্কুলগী হেডমাষ্টর, ওজাশিং অমদি হোষ্টেলদা

লৈবা ছাত্রশিংনা ঐখোয়বু ঙাইহুনা লৈরি। ঐখোয়না চঙ্খিবগা ময়াম অদো চরাং মশা পাই। স্কুল অসিদা সাহিত্য, ইতিহাস, ভূগোল, অঙ্ক, ফিজিক্স, কেমিষ্ট্রি, বাইওলোজিনা চিংবা আর্টস অমসুং সাইন্সকী বিষয় পূন্নমক তম্মি। টিচিং-এইডকী মতুংনা বিষয় খুদিংমক তম্মি। বিষয় খুদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা কা। হেড মাষ্টরনা কাশিং অদুদা পুদুনা য়েংহল্লি। মমারোল অমদি রাশিয়ান লোন ছাত্র পূন্নমক্না তমদবা য়াদে, মসিগী মথক্তা মীরৈবাকী লোন অমসু। স্কুল অসিদা ইংরাজী অমদি জর্মান তম্বগী খুদোং চাবা লৈ, ছাত্র অয়াম্বনদি ইংরাজী তম্মি। কা ময়াম অদু য়েংন-য়েংনা কেন্টিন য়ৌবা খঙহৌদ্রে। টেবলদা অচা-থক ময়াম পৈদুনা লৈরম্বা অদো উবদা জ্ঞান তারকই। চারোই-থক্লোই হায়বকা য়াদ্রে। মীরৈবাক্কী লাকপা অতিথিবু করিগী পীজদনা থাগদোরিবা?

ইংরাজী তম্বিবা ওজা অদো লৈশাবীনি, য়াম্না অঙাং ওইরি, হাকুমতা ট্রেনিং লোইদুনা খোরকপতা ঙায়রি। হৌজিকসু ইকায় থাব্রি। লিজানা মতৌ য়েংগদগী হায়রকই, "ঐ ঙাইহাক পে'খাগে, ইবেম্মা মঙ ঙাইক্তুং ইন্টরপ্রিটর ওইয়ু।"

নুপীমচা অদো ঙাইহাক ইঙাক ইঙাক তৌই। অদুবু ময়াম্না হায়-মনবদগী চঙশিল্লক্লে! অদুদগী অমুক অনিরক হোৎনরম্লগা ময়াম মরক্তা চেন্দশিনখ্রে,—"ঙমজরোইদা, ইকাইজে।" ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনা তৌবদো কয়া মাল্লে।

স্কুলদগী থোরকপগা খুঙংগী হোটেলদা অমুক। হোটেলগী শঙ অদো য়াম্না মল্লে। অদুনা মনাক্তা মতমগা চৎনবা অনৌবা অমা শাদনবা হোৎনরি। হোটেল পানরিবী অদুগী ইমুং মনুংসু হোটেল অসিগী অতোপ্পা কা অমদা লৈ। শূমাং মতোন্দা ইমুং অসিগী যণ থরগা য়েন থরগা লৈরি। অঙাং অনিথক থোঙজিন্দা লেপ্লুনা পার্দা হাইদোক্লগা ঐখোয়বু অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংলি। হয়েং স্কুলদা মমামব-মমামবীশিংদা তম্লদোরিবনি, 'ঙরাং জাতগী মী অনিথক লাক্লম্বা,

মখোয় অসিদো…… ……। খুৎ হত্তুনা কৌবগা হেক্তা চেনশিনথি, ভাইহাক লৈরগা অমুকস্তু খোরকই।

খুঙংগী হোটেল ওইরবস্তু রেডিও, টেলিভিজন, টেলিফোন, থাই-মগী শীংবা থাবা সেন্ট্রল-হিটর—লোইনা লৈ। যারী শান্না শানা কবা য়াম্না চাশিন-থকচিল্লে। মখোয়গী মতৌ অসিদা থক্তা চাদবা উপায় লৈবরা?

চাব থকপা লোইরগা চেয়ারমেনগা বিদায় লৌনরে। খুঙংগী সোভিয়েৎকী মেম্বর অতেমুদি ঐখোয়গী লেঙ্গানি। মশুং মমানবা ওইবমুদা পাদোক্লিংরমাল্লে, কার অমদা ঐখোয়গী ইতুং ইররক্লে।

'পবেদা' কলেকটিভ ফার্ম' য়ৌবদা মুমিদাংগী পুং মাপন হেল্লে। হোটেলদা মফম অসিগী মী ময়াম্না ভাইতুনা লৈরম্মী। উলতুগাগী হোটেল অতুদগীদি হন্দক্কী অসিনা ফিভম খরা ফৈ। অতুবু মতমগা চুনবা অনৌবা অমা শাগৎলি।

মফম অসিদা অমুক্তা চাম-থক্লবগী থৌরাং। লোইরেদনা তৌরিসিদি মুংমিদাং অমদা অহুল্লক চাবা! চেম্নীংভি হায়িবদো য়ৌরে। অমরগুপ্ত মচীন খোরকই,—"করিনো মখোয়না তৌরিসিবু? ঐখোয়বু হাংকদগী তৌরিবরা?"

"নত্তেদা, নিভোল-মতৈনিনে, নিভোল-মতৈ। খণ্ডেদনা অমরবাবু" ঐনা খুম্মি।

সহরগী মীশিংতুদি থরবু হায়ন-তান্নবা য়াই। খুঙংগী মীশিং অসিদি সুট-টাই তোজরবস্তু হায়ন-শান্নবা য়াবগী বা লৈতে। টেবল মথক্তা লৈরিবা লিক্লি ময়াম অদো মখুম হাংদোকপা হেক্তা হোই—মথং মথং ভোদ্‌কা, হুইস্কি, শেম্পেন, কোনিয়াক—টোষ্ট অমগী মথংদা টোষ্ট অমা, ময়াম অদো লমজেন তান্নব'তুভাইখ্রে। মাভদা পৈরিবা চীংতুমশিং অতুদগীমু পংফত্তা ফরে। থবক কয়া শূবা কাভবুনিনা চখোমস্তু য়েংবদা মনুংভাই অমনি। উলতুগাগী কাভবু অতু ভসাই ঐখোয়গা থেপ অদি পাংভখোয়রক্লবনি, অতুবু করিমতা হন্দে। টোষ্ট লোইক্রিখৈ বারীস্তু লোইদে,

বারীশু মখল মথেলনি – ভারত সোভিয়েৎকী মরী, ভারতকী ইমাজেন্সি, ইন্দিরা গান্ধী, বাংলাদেশকী থৌদোক, অদুদগী রাজকাপুর, বোবি ….।

ময়ামগী মরক্তগী খরা হেন্না বা বা লাউগনবা মুপা অদুনা শকপা হৌরকই রুশ লোন্দা রাজকাপুরনা শকখিবা ঈশৈ অমা। লোইরে, মতুম হায়না রাজকাপুরনা শক্লম্মদবু সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা অমুক রাজ-কাপুর লাকপদা ভাবোক তিমবগী বা লৈতে। অদুবু মুপা অদো করিমত্তা থৌশাদে, মানা থোকপা অদুম শকথে।

অমরগুপ্তনা বাংলাদা হায়রকই, "খঙ্ঙে, নখোয়না ইণ্ডিয়াগী ময়মদা খঙ্‌লিবসি ইন্দিরা গান্ধীগা রাজকাপুরগা – অনিসিনা লোইরে।"

চা পুথোরকই। ভারতকী চা-মনামা লোনবনি। সোভিয়েৎ ইউনিয় দা ভারতকী চা য়াম্না পান্নে। ঐখোয়দা রায়োরকই,—"করিগী চা পুরক্লিবনো ?"

"ময়াম্না অনুম হায়না ভারতকী চা পাম্নরমগনি হায়বসি খঙদবনিনা পুরক্লেদনা। মথংদা লাকপা থোক্লবদি শোয়দনা পুরক্কে।"

"স্পাসিভা।" ময়াম্না খুম্মকই, "অমুকা হন্না লাক্লনবা বার্তোন তৌজরি।"

"স্প্যাসিভা।" ঐখোয়সু খুমই, "ময়াম্নসু ঐখোয়গী লৈবাক্তা লাক্লনবা বার্তোন কৎচরি।"

ঐনা মথা তাই,—"য়েংঙু, ঐ পিশাচিয়েলনি। য়ুমদা হনখ্রগা লৈবাক অসিদা লাক্লম্বগী মরমদা লাইরিক অমা ইরুদোরিনি। মতুদা মফম অসিগী মী ময়াম্না ভারতকী চা য়াম্না পাম্নহৌই হায়বসিদি শোয়দনা ইদু-। ময়ামদা খঙহল্লগে। মতুংদা লাকপা মীনা অতৈমক পুরক্লবসু চাদংদি শোয়দনা পুরক্লবা।"

"লাইরিক অদুদা ঐগী মরমদসু ইগদবনিকো।" বা-বা লাউবা মুপা অদুনা হায়রকই।

"ঐখোয়গী রানা করিগী চিথগদোরিবা ?" ময়াম বা বা লাউনরকই। "লোইনা ইগনি।" ময়াম অদো পেন্নবা ঐনা হায়,—"ময়াম

পূম্নমকী বা অমত্তা চিথম্লোই।"

ময়াম হরাওই, -"লাইব্রিক ফোঙবগা থারকউকো। পাবা থোক্ত্রবু ইণ্ডিয়াগী পিশাচিয়েল অমনা ঐখোয়গী মরমদা ইবা লাইব্রিক্তি হায়রুপা ময়ামদা উৎকে।"

অদুবু মরূপশা। ওসি লাইব্রিক অসি ইবা মতমদা ইণ্ডিয়াগী 'পিশাচিয়েল' অদুনা মখোয়গী মরমদা বাকম অমত্তংদি ভাকপিয়ু হায়জরি। সুম্নিদাং অদো লিক্তি ময়াম অদুগী ময়াইনা কম্মনখিদুনা মখোয় ময়ামগী মম্নিং-মথা অদো অমত্তা ইশিল-হৌদ্রে। অদুনা ওসি লাইব্রিক অসি ইবা মতমদা মখোয় ময়ামগী মম্নিং-মথা অমত্তা নীংশিংবা থোক্তে। তৌবগীদি মম্নিং-মথা নীংশিন্নবগু মখোয়বুদি অমত্তা কাউদ্রি। মখোয় পুম্নমক কনামত্তা চিথদনা লাইব্রিক অসিদা য়াওরবনি।

সুম্নিদাং অদু ফমা থেঙলবা জাৎমি। ঘড়ী য়েংদ্রবসু ময়াম চোক-থনরকপা অদুনা খঙনরে। উলদুর্গাগী কাঙ্বু অদু বিদায় লৌরগা চৎখ্রে। ঐখোয়সু তুম্নবা থৌরাং তৌরে।

(৪)

নোংঙাম্নবগা উলদুর্গাগী কাঙ্বু অদো য়ৌরক্লে। পবেদাগী কাঙ-বুদা ওসিদি সুপী অমসু য়াওরে। ব্রেকফাষ্টতা তেঙ্গোৎমচা অমদা চাক খরা উবদা পূক্লিং অসি সুংশিরুরে। দিল্লীদগী মখোয়না পুবিরকপা সুম্নিত্তগী ওসি ফাওবদা চাক মরু অমা ফাওবা চারক্ত্রিবনি। অদুবু চাক অদো চারুবা মতমদদি লৈতোন অসিনা চাক্কী মগাও কাউখিদুনা তৌরিবরা মত্রগা চাক্কা চামিন্নবা ইনশাং য়াওদদুনা তৌরিবরা থোইনা লৌশিল্লু হায়বা য়াদ্রে। চম্ফুৎকী চম্ফুৎ ঙাক্তা, মহী য়াওবা ইনশাং অমত্তা য়াওদে, মহী য়াওবা হায়ববু সুপতা মঙায়রে।

ব্রেকফাষ্ট লোইবগা কলেকটিভ ফার্মগী ওফিসতা চংলে। চেয়ারম্যেন অদো মহানি, চহী নিফুগী ঙাকয়ানি। মহাক্না পবেদা ফার্ম অসিগী হাইকেৎ শক্তম অমা ঐখোয়দা খঙহল্লে।

ফার্ম অসিগী লম চাউরাক্লা হেক্টর ১৯,০০০ নি। শোক ১৯৭৩দা ফার্ম অসিনা শা কেজি ৫৮৩,০০০ ; শঙোম লিটর ৭৭৫,০০০, শামতু কেজি ১৮,০০০ পুথোকখি। মথংগী চহীদা পোথোকশিং অসি মথং মথং শীৎলা ৮%, ৮% অমসুং ১০% গী চাংদা হেন্নংখি। ফার্ম অসিগী মরু ওইবা পোথোক্লী মসুংদা গেহু, আলু, ওট, হে-রাস্ পামবা য়াই। খুন্নং অসিদা য়ুমাক ৫০০ রোম লৈ। খা থাগী ভোকোর পীরগা মতৌ চহী কোইরগা লোমীশিংদা রোমসস্ পী। অপূনবা পোথোক্কী ভংথাই অমা খুন্নংগী শীয়াক্লা য়েম্বে, মশা ং অমনা মরুকারদা পীখৎলি, লেমহৌরিবা শরুক অতুদা ফার্মগী চাওখৎ-থৌরমদা শীজিন্নে। ফার্ম অসিগী ট্রেক্টর ৪৮, হার্ভেষ্টর ২৫, ট্রক ৩২ অতুগা কার ২০ লৈ। সোভিয়েৎকী খুন্নং খুদিংমক্তা লৈবা অতুম হায়না ফার্ম অসিদসু স্কুল, কিণ্ডারগার্টেন, লাইয়েংশঙ, হয়াও-কুম্মৈ শঙ, হোষ্টেল, ক্যান্টিন, লাইব্রেরী ··· ··· পূন্নমক লোইনা লৈ।

ফার্মগী ওফিসতগী থোরকপগা পংলাপ লাগুনা লৈরম্লে খুন্নংগী স্কোয়ার, মসিদসু লেনিনগী মূর্তি। মাকন অমদা লৈখিদ্রবা লান্মীশিং নীংশিং-মন্দির, মতুদা ইরি—মগারৈবাকীদমক্তা থরাই কংখ্রবা থৌনা-ফবশিংবু মরৈবাকমচাশিংনা কাউবা লৈতে।

স্কোয়ারগী অকোয়রবদা লৈরম্লে— স্কুল, হোষ্টেল, লাইয়েংশঙ। মতম্না খুয়োনবমিনা মফম খুদিংমক্তা চঙদুনা য়েংবা ওইথোক্লে। অদুনা কাপ্পনা লৈরিবা কিণ্ডারগার্টেন অদো য়েংবা চঙলে। চঙবা মতমদা মঙোবা এপ্রোন, হায়বদি ফিজোল, অম-মম লিংশকহল্লে। নোয় মোয় লাউবা মখজাই ভগাং ভডাংবা অভাং ময়াম অমা তোঙান তোঙানবা কাদা শামহনা লৈরি। মথোয়বু শেম্নরিবদো মুপী ভাক্তনি। কিণ্ডারগার্টেনদা থম্লিবা অঙাংশিং অসি চহী অমদগীমা ভরেৎ ফাওবগী ভাক্তনি। চহী ভরেৎ লাম্লবদি স্কুল কারগদবনি। অঙাংশিং অসি কাঙলুপ অহুম খোক্না থায়দোক্লু বা তোঙান তোঙানবা কাদা থম্লি, চহী অমদগী অরি ফাওবগী কাঙলুপ অমা, অহুমদগী মরি ফাওবনা অমা অহুগা মঙাদগী ভরেৎ ফাওবগী অমা। চহী অহুমদগী অরি ফাওবগী

কা অতুদা ঐখোয় চংঙে। অঙাংশিং অদো ঐখোয়বু উবগা ঙপ মায়মা নমস্কার তৌয়কই। অতুদগী ওজানা হায়বা মতুং ইন্না ঈশৈ অমা ঐখোয়বু তাহল্লকই। মথংদা অমুক ময়াম মা মা তৌতুনা হৌদোংনা উচি তাম্নবী শায়বা হৌরকই। মমা-মপাশিংনা ঙসাই থবক কাবদা থম্লিবনি, হোরেন হল্লকপদা অমুক পুখিদৌরিবনি। অতুবু শাংথ্রা পুং নিপাল্লোম অসি লেনখিবা থঙহৌদে অঙাংমচাশিং অতু,— শান্না-খোংনবন্নে, ঈশৈ-মোংশাইনে, চাব-তুম্বনে মতম হৌখিবা থঙহৌদে।

হন্নাও-কুইমশঙদা হায়বদি ‘হাউস ওফ কন্‌চ্নদা’ চংলে। মফম অসিদা জগোই শাফম, জগোঈ-ঈশৈ তম্ফম, শামফম, লাইব্রেরী··· লোইন্না পুল্লে। সিনেমা হোল অমসু লৈরি। চাং নাইনা সিনেমা উংলি, খুঙং ওইরবসু ভাবোকী অরাংপা লৈতে।

মতম লৈত্রবনিনা চংনমবা গাড়ীদা কাখংলে। অতুবু পুল্লিন্দা নুংঙাইতবা অমদি লৈরে। অসুক থাপ্পা লাক্লগা ইমুং অমত্তংদা ওইরবসু চঙতুনা খুঙংগী য়ুম্বান-কৈবান কমদোংগে হায়বদো য়েংদনা চংলবদি লাকপগী করি কাম্মরিবা! লিজাদা হায়রে।

“কৈদোংগে য়ুম অমদা হেক্তা চঙ্‌সি। য়েংবিগদবনি, অসুক থাপ্পা লাক্লগবু।” লিজানা হায়রকই। খুদক অদুদা গাড়ী থামহল্লে।

লম্বীগী নাকল অনিমক্তা পরেং শানা লত্তুক লত্তুক লৈরি য়ুমশিং অদো—লোইনা মায়ওম মান্নে, চাউবসু মান্নে, মথোল নাইবা অমত্তা য়াওদে, কোল্লিগা ইংখোলশিং অদুসু চাউবা মান্নে। ঐখোয়গী খুঙং-শিংদা শানীংবা মফমদা শাবা, শাইজিনগা শাইজিনগা লোম্নবা, থরনা পিকপা থরনা চাউবা, থরনা ঈনা কুপ্পা থরনা জিংঘনা কুপ্পা থরনা মখোল য়াইবা থরনা তেকথগদগী ঙাইবা – অদু নত্তে।

গাড়ীদগী কুমথরগা লম্বীগী য়েংলোমদা লৈবা য়ুম অমগী গেট হাংদোক্তুনা হেক্তা চঙ্‌লে। লিজানা হংঙকই,—“য়ুম অসিবু পিকপরনে, মিস্টার সিং?”

মহাকী নাহং অদুদা হাইকেং ইকাইরম্মে। তরাং লম্বীদা লাকপদা

গাড়ীদগী উবা য়ুমশিং অদো পিল্লা উবগুম তৌখি, অদুনা ঐনা মতোন্দা হায়রুই,—"মখোয়গী খুঙ্গংগী য়ুমশিং অসি য়াম্না পিকখ্রে দা।"

মদুগী মহাক নুংঙাইতদুনা লৈরম্লিবা জাৎনি। ঙসিদি য়ুমশিং অদো পিল্লুমদ্রে। "ঐগী মিৎয়েংনা শোয়রবা ওইরম্লে, লিজা।" ঐনা চুমথোকই ঙরাংগী অরামবদো।

য়ুম অদুগী অহম অমত্তা লৈরমদে। ঐখোয় লাকনি হায়বা খঙদবনিনা থবক চংমখ্বা জাৎনি। নুপীমচা অমথক লৈরম্মী। মতোন্দা হায়দুনা খোঙ হাংদোক্কুনা ইমুংদা চংলে। হায় হায়, মসিবু লৌমী অমগী ইমুংনিকো! খোঙজিন্দগী হৌদুনা ইমুং শীনবা থুংনা থারিবা ফজরবা কার্পেট অদুদা খোঙ থাগদবা হংবু চঙ্গোই। পর্দাগী ফিনা নুরিবা। ফজনা লৈতেংলবা ড্রোইংরুম অদুদা রেডিও অমগা টেলিভিজন সেট অমগা। তুম্মম কাদা থারিবা ফমুংশিং অদো শিৎ নাল্লি, ফি অঙোবা ভাক্কনি, অদুগা ইমুং ফোঙ ফোঙ শাহন্দুনা থম্নবা সেন্টর-হিটর। চাকথোংফম কাদা চাক থোংননবা কুকার, চাফম কাদা রেফ্রিজারেটর, ফিশু-ফিজাক্ষমদা ফিরোল শুননবা মেশিন অমসুং কোল্লিক চাম্নবা মেশিন। হোয়, কোল্লিকসু খুৎনা ফেঙদে, মেচিম্না ফেংই। মপান্দা শুমাং মতোন্দা গেরেজ অমা লৈরম্মী, মদুদা কার অমা। য়ুম্বু অদুগী মশাগী কারনি।

খুঙ্গংগী মীশিং অদুদা হংঙি, "য়ুম্বু অসি করি থবক তৌরি?"

"য়াউ শেল্লি।" মখোয়না খুম্মকই, "য়াউ শেনবনিনা য়াম্না লাপ্না চৎপা তাবা। কলেকটিভ ফার্মগী গাড়ী নংমদবসু য়াওই। অদুনা মরম্নাইগী কার থম্লিবনি।"

"য়াউ শেনবা নুপা অমগী মশাগী কার!" অমরবাবু মথবাক কই।

য়ুম অদুদগী থোরক্লে। লিজানা হংঙকই —"য়ুম অমগা য়েংবিখিগেরা? অঙাং য়াম্না লৈবা ইমুং অমা। হৌজিক্কী অদুদি অঙাং অনিতা লৈবা ইমুংনি।'

"য়েংবীগে।" ঐনা খুম্মি য়াম্না থবাই য়াওনা, "ঐসু অঙাং মতাগী

মপানি।"

ময়াম অদো ঐগোন্দা নোককেং য়েংওকই। খাজদবন্না করিনো ঐন্দা হায়গনিবদো!

লন্মীগী ওয়রোমদা লৈবা য়ুম অমদা চঙ্লে। শূমাংদা খরা, মঙোন্দা খরা, অঙাং ময়াম অদো মুংশা য়াইবা য়াও, লাইরিক পাবা য়াও লৈরম্মী। শূমাংদা একাগাড়ী খরগা মোটর সাইকল অমগা, মমা-মপাদি লৈরমদে।

"অঙাং তরানি ইমুং অসিদা লৈরিবা। মমা অদো 'মাদর-হিরোইন' মিংথোল ফংলবীনি।" লিজানা হায়রকই।

'মাদর-হিরোইন'— থৌনাফবী মমা, মিংথোল অসি অঙাং তরা পোক্লবী মমাশিংদা সরকারনা পী। মিংথোলতা নত্তে, পুন্সি চুপ্পা পেন্সনসু, অদুনা খবক শূত্রবসু য়ারে। মরমদি অঙাং ময়াম মী ওইনবা য়োকপা হায়বসি অরায়বা খবক নত্তে। অঙাং য়োকপা হায়বসিসু লৈবাক্তা চাউরবা থৌদাং অমনি। খবক্কী চাংদগী মীশিংমা খাৎপা লৈবাক অসিদা অঙাং য়াম্না পুথোকপা ওয়িবী মমা অদুবু তৌবিমল খঙবা উৎপা হায়বসি মশানা তাবনি। লৈবাক্কী খবক-থৌরমদা থৌনাফবী মমাশিংসে ঐখোয়গী 'লৈম-শিজ'গুম্বনি, খ্বাইগী মমাংদা ফমগদৌরিবা। ঐখোয়গী 'অনি নত্রগা অহুম্না ওক্রসি' হায়বা খোল্লাউ অদুগা কয়াম্না খেন্নথ্বা। মখোয়গীদি অঙাং মঙা শুবদগী এলাউয়েন্স ফংবা হোয়ে অঙাং খুদিংগী ওইনা। অঙাং মশীং হেক্সৎলকপগা লোয়ননা এলাউয়েন্সকী চাংসু হেক্সৎলকই। অদুদগী অঙাং তরা শুবগা তাঙলবা মিংথোল— 'থৌনাফবী মমা', মদুগা লোয়ননা পেন্সন।

'থৌনাফবী মমা' অদুগী ইমুং অদুদা চঙ্লে। ইমুংদা লৈশাবীমচা অমা ফমুং-ফাম্নুং ময়াম অদো লোইশিন্নম্মী। মসিদসু ভসাইগী অহুম হায়না ফজরবা কার্পেট, লূরবা থোঙনাউগী পর্দা, নাল্লবা ড্রোইংরুম, রেডিও, টেলিভিজন রেফ্রিজারেটর, সেন্টরহিটর, চাক-থোংনবা কুকার, কোল্লিক চান্নব ফিশ্-ফিঙ্কান্নবা মেশিন। অহেনবা অমসু লৈরম্মী— টেলিফোন। মপান্দা থোরক্লগা ভসোইগী অহুম হায়না শ মাংগী মাকম

অমদা গেরেজ, গেরেজদা কার।

মসিবু লৌমী অমগী য়ুমনিকো। মসিগীদমক্তনিকো কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংনা সোভিয়েৎ রাশিয়াগী লৌমীশিংগীদমক্তা মপি শিন্থবিরিবা।

"হৌজিক উবিরক্লিবা রেডিও, টেলিভিজন, ফ্রিজ, সেন্টর হিটর, কুকিং-মেশিন, রাশিং-মেশিন – ময়াম অসি সোভিয়েৎকী ইমুং খুদিংদা উরিগনি। ময়াম অসি ঐখোয়গীদি চঙদবা য়াদবা পোৎশক ওাক্তনি।" লিজানা হায়রকই।

লৈবা চঙগী পাঙ্গল লৈবনা হায়রিবনি। করিবুদি তৌনি, অফংবা তোলোব খরতুনা হায়রিবা পোৎ-চৈশিং অসি লৈশিন্দনা? লম-থুম তুংশিনগনি হায়বসু লৈতে, তুংশিনবসু য়াদে, তুংশিনবগী দরকারসু লৈতে। অঙাংশিংগী লাইরিক-লাইশু তম্বগী রানীংঙাই লৈতে, খরচ পুরমক সরকারগীনি। নারক-য়েক্লক্লবসু পৈশা তিংমীংঙাই লৈতে, হিদাকসু ফ্রি, ডাক্তরসু ফ্রি। হয়েং অহল ওইরগা করি চাগনি হায়বগী রানীংঙাই লৈতে, সরকারগী পেন্সন মী খুদিংমক্তা, নুপীনা চহী ৫৫ দা নুপানা ৬০ দা। অদুনা হৌজিক হৌজিক কংলিবা তোলোব অদো চাখোকউ শেক্তোকউ লৈখোকউ নুংঙাইখোকউ। য়ুমগী চঙদবা য়াত্রবা পোৎ চৈ লৈবগী শেন লৈত্রগা সরকারদা হায়য়ু, সরকারনা পীগনি, থাগী ওইনা তোলোবতগী খরা খরা তৌদুনা ককহোগনি।

য়ুম অদুদগী খোরকপগা কোম্প্লোংদা 'থোনাফবী মম' অদুগা কোক থেংনরে। কদায়দগো চৎলুবদগী একাগাড়ী তোংদুনা লাকই। চহী নিফুমরি-মঙারোম শুরনি, মশা-মঙ কৈ। ঐখোয়বু উবদা ইওক ওক্তুনা হংজকই—"কদায়দগীনো? করি থবকীনো?"

"ইণ্ডিয়্কিনি – ইণ্ডিয়াগী মীনি। য়ুম, লৈত্রিডৈদা য়ুমদা চঙদুনা য়েংলুরে।" ঐখোয়না খুম্নি।

"ইণ্ডিয়্কি! অদুক লাপথ্রবা ইণ্ডিয়াদগী লাক্লগা করিমত্তা চাদনা, হনগদবা?" চঙখিসি চঙখিসি অমুক্তা, চা থকখিসি।" নুপী অদো কোয়লাং লাংঙি।

"স্প্যাসিভা।" ঐখোয়না খুম্মি,—"য়ারোঁবিবা য়াদ্রে। ঙসিদি মতম লৈত্রে। মথংদা অমুক লাকপদা শোয়দনা থকচগে।"

য়াররোই হায়বা থঙ্লদুনা মুপী অদো তক্শিল্লক্লে।

গাড়ী মনুংদা ঐনা লিজাদা হংঙি,—"অঙাং কয়া শুরে? মাদর-হিরোইন ওইনীংদ্রা?"

"অমথক্তনি। ওইনীংদে।"

"করিগী ওইনীংদ্রিবা? অঙাং য়াম্না পোক্লনবা হায়ংনা সরকারনা অমুক য়াম্না এলাউয়েন্সপু পীবনে মিংথোলবু পীবনে তৌরিবসিদা, করিগী মাদর-হিরোইন ওইনীংদ্রিবা?"

"অঙাং য়াম্নবদি পুন্সিগী হয়াও-মুংঙাইবা কয়া থাদোকপা তাই। ঙসি সিনেমা য়েংলুসি তৌরগা অঙাং অমা মবুক মুংঙাইরক্লম্ন, তোকপা তারে। হন্দক্তি ছুটিদা মকম অদুদা কোয়রুসি হায়না খল্লগা অঙাং অমা মশা শাগৎলক্লো. তোকপা তারে। অদুনা ঐখোয়ভন্থ নত্তে, সোভিয়েৎকী নহারোল মতৈ মনাও অয়াম্বনা অঙাং অমা মত্রগা অমিদগী হেনবসি পাম্নদে।"

"ঐখোয়গী লৈবাক্তা তৌরিবদুগা মখোয়গী লৈবাক্তা তৌরিবসিগা কয়া ওন্ন-তৈনথবা। ঐখোয়গীদনা সরকারনা কম্না লাউরি—অমি নত্রগা অহুম্না ওক্লসি, অদুবু পংপোক্তা পোকই। মখোয়গী অসিদনা অঙাং য়াম্না পোক্লনবা সরকারনা থৌগৎলি, অদুবু পোক্লদে।" অচুম্বা বা অদো তাবদা ময়াম নোকই।

থুঙ্গং মচা অদো লৈহোরে। অদুবু থুঙ্গং অমিগী সোভিয়েৎ মেম্বরশিংদি কার তোংদুনা ঐখোয়গী ইতুং ইমরল্লি।

খরা চৎলগা চাউরবা ট্রেক্টর অহুম্না তুংথ-মাংথা থৌদুনা পাক্লবা লৌবুক অমা খোইদুনা লৈরম্মা। তুংলোমদগী গাড়ী অমা শৎ হাইগৎ-লকই, ঐখোয়গী গাড়ী থাম্মি। করি তৌরবা জাৎনো? করি থোই-দোকপা ওইরমদ্রে, ট্রেক্টরনা লৌবুক খোইগাইরিবদো ঐখোয়বু য়েংহন-নীংদুনা তৌবা ওইরম্লে। ভরাং মুম্মিদাং য়ারী শাবদা ভারতকী লৌউ-শিংতগী

মতাংদা মখোয়না হংলুকখি,—"লৌ-শিং খোইবদা পা-যন্না খোইবরা মত্রগা ট্রেক্টর শীজিন্নবরা?" ঐখোয়না ঐখোয়গী ওইরিবা ফিভম অদুমক মখোয়দা তমখি। অদুনমি মখোয়না থরাই য়াওনা ঐখোয়বু ট্রেক্টরনা খোইবসি য়েংহন্নীংলিবা।

বরাবর বা-বাতা লাউদুনা লৈবা মুপা অদুনা গাড়ীদগী শৎ কুমথখিদুনা মথুং হত্তুনা ট্রেক্টর-ড্রাইভরশিং অদো কৌই, ট্রেক্টর খাম্নবা। ঐখোয়বুসু কৌই,—"লাউনে, চংডকউনে, য়েংঙোনে।" ঐখোয় পুম্নমক মহাক্কী মতুং ইল্লি। ট্রেক্টর ড্রাইভরশিং অদুসু ট্রেক্টর খামদুনা চডশিল্লকই। মখোয় অতৈনা হায়দ্রিঙৈদো ঐখোয় ইশানা হায়রে, 'ঐখোয় ইণ্ডিস্কি'নি।' থুৎ শোরে। ইণ্ডিস্কি উবদা হরাউই, হংডকই, "কলেকটিভ ফার্মদা করি করি উবিরকই? ইণ্ডিয়াদসু অসিগুম্বা কলেকটিভ ফার্ম লৈবরা?"

ট্রেক্টর অছুম অদুনা ডসি অয়ুক্কী ফজা য়াম্না খোইরম্লে। মপাঙ্গল কনবা ট্রেক্টর ওাক্তনি। নোংমদা ট্রেক্টর অমনা হেক্টর ২০০ খোইবা ঙম্মি। মখোয়না খোইরম্লিবা লৈবাক অদো অমরবাবু ইবানি থওইনা য়েংঙি। লৈলোই-লম ওইনা তোই, অমুক্তং খোইবসিদা শ্রু শ্রু তোইরে। মখোয়না তম্মি, নিংথম থা ল্যাক্ত্রিঙৈসিদা লোবুক পুম্নমক অম্নম হায়না খোইদোকহোদোম্লিবনি। নিংথম উন্না থা মরি-মন্না ওমদুনা লৈরুমবা মতুংদা উম তাকখ্রগা অমুক ভন্না কারন লাকখিগনি। অদুদগীদি হুন্নীংবা মরু হুনবা য়ারে, থানীংবা পোৎ থাবা য়ারে।

লৌমীশিং অদুগা ডাইহাক ঝারী শানরগা অমুক গাড়ীরোমদা লাক্লে। ট্রেক্টর অছুম অদুসু অমুক শৌগৎখ্রে।

খরা চংলগা অমুক্তা তুংলোমদগী গাড়ী অমা শৎ হাইগৎলক্লে, ঐখোয়গী গাড়ী অদুগী মমাং শমদুনা লোবুকলোমদা শৎ লৈশিনখ্রে। কমি অমুক য়েংহনগহৌরিবনো হন্দমুক্রা? লৌরী য়াওদবা লৈত্তেম মানবা লোবুক্লিনা সোরোকা চপ মান্নবা গাড়ী পুম্নমক থোজল্লি। ডাইহাক পোখাখিগদোরিবা জ্ঞাৎলা? অমত্তা নৎলমত্রে, ঐখোয়সা

বিদায় লৌমনবগী থৌরাং ওইরম্লে।

মফম অসি ইরাতন্‌না রেজিমনগী ওমথৈনি। যুবিয়াৎশিংগী থাইমনগী লৈরকপা চৎনবী মতুং ইন্না অতোপ্পা লমদগী লাকপা কনাগুম্বা অমমু থিন্দোকপা তারবদি মথোয়গী লম অদুগী ওমথৈ তান্না থিন্দোকপা তাই। অদুগা মফম অদুদা হৈ অমত্তং ওইরবসু লৈ অমত্তং ওইরবসু চাথিন থকমিন্নরগা খুদোলপোৎ পীনরগা বিদায় লৌনবা তাই।

অদুনা গাড়ীদগী কুমথবগা ভোদ্‌কা লিক্লি অনি-হুম মথুম হাংদোকখে। অচাথক পুরকপা ময়াম অদুসু পুথোরক্লে। কায়নরমদাই ওইদুনা তৌবরা করিনো, কনামতা চাজরোই থকচরোই হায়বা তৌরক্লে। সুপীসু সুপাসু। অদুদগী খুদোল পোৎ পীনবগী মতাং।

বিদায় লৌনীংদ-লৌনীংদা বিদায় লৌমরে—"দসিদানিয়া।"

"দাসিদানিয়া।"

মথুং হৎল হৎলদুনা মথোয় লৈহৌরে।

গাড়ী মনুংদা মথোয়না পীরকপা খুদোলপোৎ ময়াম অদুগী মরক্তা চেনা য়োমশিনবা লিক্লিগুম্বা অনিথক য়াওরিবদো হাংদোক্তুনা য়েংভি। মানি লিক্লিনি, ভোদ্‌কা লিক্লি, ঐথোয অনিগী অম-মম। নীংশিংলকই, ওরাং অহিঙ মহাও ইথং-খঙদনা মথোয়গী ভোদ্‌কাগী মগুণ ঐথোয় অনিমা য়াম্না থাগৎখিবগুম তৌখি। খঙলে, ওরাং থাগৎপা হৈথিবদুগী মনামি লিক্লি অনি অসি।

খোরিন্‌স্ক অমুক য়োগদোরে। মাঙলোমদগী কার অমা লাক্লগা ঐথোয়গী ইনাক্তা থাম্লে। খোরিন্‌স্কী লোকেল সোভিয়েৎকী মেম্বরশিং অদুনি। ঐথোয় য়োরকমল্লবদুদা 'করি তৌরবা হায়দুনা পাথক্তুনা লাক্লিবনি।

খোরিন্‌স্ক য়োরে। ওসিদি লেম্না থাবগী রা লৈতে। ওরাংদি মতম্‌না খুয়োনদুনা ঐথোয় মফম অসিগী করিমতা য়েংদনা চৎলবনি। ওসিদি মথোয়গী য়েংহনবা রাবা থরা য়েংহন্দনা ঐথোয়বু থারোইদোরি।

অহানবদা মিউজিকেল সেন্টর,—ঈশৈ-নোংমাই তৌকনদা ঐথোয়বু

পুরে। মফম অসিদা ঈশৈ অমদি ঈশৈগী যন্ত্র তন্দমনি। তোঙান তোঙানবা মখলগী ঈশৈ অমদি যন্ত্রগী তোঙান তোঙামবা কা। কা খরদা ক্লাস তৌরম্মী, কা খরদনা ছাত্র ছাত্রীশিং মশা-মশানা ওরাইরম্মা। ঈশৈ ওরাইদুনা লৈরম্বী মুপীমচা অমনা ঈশৈ শক্তুনা ঐখোয়বু তাহল্লকই, মহাক্না লৈমিন্নরম্বী মমান্নবী অদুদি মীরৈবাকী মী উবদা ইকায়দুনা মমায় লোৎশিন্দুনা অদুম লৈহোরে। কা অমদমুক মুপা মচা অমনা বুরিয়াৎশিংগী নেশনেল ইন্সত্রুমেন্ট চান্সা-খুর' খোংদুনা লৈরম্মী। য়েংবদা পেনা হাইফেৎ মাল্লি। মখোয়গী যন্ত্র অসিসু শগোল মমৈনা তিংবনি।

অদুদগী লাইব্রেরীদা। লৈবাক অসিদা লৈরিবা লাইব্রেরীগী মশি হায়দুনা কাম্নদে। লাইব্রেরীগী লাইব্রেরী ওাক্তা—খুঙ্গংগী লাইব্রেরী, ক্লবকী লাইব্রেরী, স্কুলগী লাইব্রেরী, ওফিসকী লাইব্রেরী, ফেক্টরীগী লাইব্রেরী, লাইশঙগী লাইব্রেরী—লোইবা নাইদে, লাইব্রেরীনা খুরক হাঙ্দে। 'লাইব্রেরীগী লৈবাক' মক হেক কৌবা য়াই। লাইব্রেরীনি হায়রগা ঐখোয়গীদা আলমারী অম-নি থিঙ্জল্লগা সরকারদগী গ্রান্ট লৌবা য়ানবা তৌবা অদুগুম্না লাইব্রেরী নত্তে। চাউখ্রু-চাউখ্রবা ওাক্ত', লাইরিক্না লিশিং লক্কাদা লৈবা। খোরিন্স্কী লাইব্রেরী অসিমক য়েংনি। মসিদা লাইরিক লাখ অমগা লিশিং লফু তরারোম লৈ, হীরমসু মখল মথা শুনা। তোঙান তোঙানবা কা অরিবা লাইরিকী, ইতিহাসকী, সাহিত্যগী, বিজ্ঞানগী …। রাশিয়ান লোন্দা ইবা লাইরিক্না অয়াম্বনি, বুরিয়াৎ লোন্দা ইবা লাইরিক লিশিং তরা-রোমসু য়াওরি। সোভিয়েৎ ইউনিয়নগীতা নত্তনা পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্কী অফাওবা 'পিশাচিয়েল' কয়াগী লাইরিক কয়া মফম অসিদা য়াওরি। সাইবেরিয়াগী লাপথ্রবা সহর মচা অসিদা ভারতকী রবীন্দ্রনাথ, প্রেমচান্দ, মানিক বন্দ্যোপাধ্যায়, ভবানী ভট্টাচার্য, খাজা আহম্মদ অব্বাস লৈরম্বা উবদা হায়রীংঙাই লৈতনা মুংঙাইবা অমা পোকই। পিশাচিয়েল হায়বসিদি লৈবাক অমত্তগী নত্তে, অকক্লবা মতম অমত্তগী নত্তে,

মখোয়দি  লৈবাক পুম্নমক্কীনি মতম পুম্নমক্কীনি হায়বসি চুম্বা জাৎ ওইরে।

চাউরবা লাইরিক পাকমশঙ অমসু থংনবা লৈরি। মসিদা লুমিৎ থুদিংগী মী চামদগী হেন্না লাইরিক পাবা লাকই। লাইব্রেরী অসিগী মশা অমা ওইনা অঙাংগী লাইব্রেরী অমসু লৈ। মসিদা লাইরিক লিশিং তরানিপাল্লোম লৈ।

লাইব্রেরীগা থংনবা কলচারেল সেন্টরগী চাউরবা মখোল অহুমগী শঙনি। মসিদা জগোই-ঈশৈনা চিংবা হরাও-কুম্মৈ তৌকম, সিনেমা উৎকম, জিম্‌নাসিয়ম···শুনা লৈরে। থংনবা চাউরবা হোল অমদমুক এক্সিবিসন বিপ্লবকী মতুংদগী ঙসি ফাওবদা মথং মথং হোংলক্লিবা সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী শক্তম।

মখোয়দি অতৈসু য়েংহন্নীংবা জাৎনি, অদুবু মতমগী রাকম লৈবনিনা অদুরাইদা অদুম তেনশিল্লে। ঙরাং ঐখোযনা ঙাইহাক পোথাবা কা অদুদা মায় মিৎ তাথোক্লগা ঙরাংগী চাফম থককম কা অদুদা চৎলে। ঐখোয় অনিনা ঙরাং য়াম্না পাম্না চাথি হায়দুনা ঙসিদি ঙাতোন-মানবী ঙা অদো ফজনা হেক্তা পৈদুনা লৈরম্লে, মদুগা লায়মনা হৈতুপ অশংবা অদুসু।

চাব থকপা লোইরগা গাড়ীদা অমুক কাখৎলে। মখোয়সু ঐখোয়বু থিন্দোকপা ইন্নরক্লি। খোরিনস্ককী ঙমখৈ হেক লোইবগা গাড়ী থায়্রে, বুরিয়াৎকী হৌনবী মতুং ইন্না ঙসাইগী অদুম হায়না অরোইবা ওইনা অমুক চামিন থকমিন্নরগা বিদায় লৌনগদৌরিবা। ইতোমতা চিংনজবা অমা পোক্লকই, ঐনা লমদম অসিদা লাক্লিবসিবু কুমশুবা চহীচাগী অরোইবা শরুক্তম্না নত্রগা ময়ায়-চনবা যুগতম্না!

"অমুক্কা লাকখোকো, দসিদানিয়া।" হায়রকই মখোয়না।

"নখোয়সু ঐখোয়গী লৈবাক্তা লাকউকো।" ঐখোয়না খুম্মি—

"দসিদানিয়া দসিদানিয়া।"

(৫)

মহাক মখৈ উরুদে, ঙসিদি অয়ুক ঙন্তা অস্থুম য়েংথোকখিবদা হোটেলগী মাকন্দা অমদবা য়ুম অমা লৈরম্লে। য়ুম অদুগী মমাংদা শীং অখায়বা ফনা য়াম্না পৈরি। মপান্দা মী লৈবদি উদে, অয়ুক্তা ওইবনে ঈংগ-ঈংবনে, অদুনা তৌবা ওইরমাল্লে।

লিজানা হায়,—"মসিস্থু লম্নাইগী য়ুম্নি। হৌজিকস্থু সহর অসিদা লম্নাইগী য়ুম থরা লৈরি। অদুস্থু মখোয় অহু য়াম্না থুনা থুপাইদুনা সরকারনা অনৌবা য়ুম শাগৎলক্রি। খুঙ্গংগী লমদা লম্নাইগী য়ুম শাকল্লবস্থু সহরগী লমদদি সরকারনা তৌজিক লম্নাইগী য়ুম অনৌবা অমত্তা শাহন্দ্রে। মসি উলান-উদে সহরতগী বা নত্তে, সোভিয়েৎ-ইউনিয়নগী সহর খুদিংমক্কীনি।"

তৌবগীদি লম্নাইগী য়ুম অমা লৈবা হায়বসি লৈবাক অসিগী মী অয়াম্বনা হৌজিকস্থু পাম্নরি। কমরেড মোখোসোয়েভমক মোংমা হায়খি,—"এস্থু খুঙ্গংদা লম্নাইগী য়ুম মচা অমা শাগে খল্লি, মরক মরক্তা চঙ্ঙুনা লৈরুমবা।"

অস্থুম হায়না খুঙ্গংগী লমদা য়ুমমচা অম-মম মরম্নাইগী ওইনা লৈনবা অসি সহরগী মী ফনা য়াম্নগী লৈনৈ—থোইদোক্লা লেখক, একাদেমীসিয়ান অমদি প্রোফেসরশিংগী। শিনফম্নস্থ মখোয় অসি মরক মরক্তা খুঙ্গংদা চঙ্ঙুনা অচিকপদা লৈরুবা পাম্বা কাঙ্‌বুনি। অদুগী মখক্তা লম্নাইগী য়ুম অমা শাবা অমস্থুং মদু ফজনা থম্বা ঙম্বগী শক্তিস্থু মখোয়গী লৈবা জাৎনি। মরমদি সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা আয় খ্বাইদগী য়াম্লিবসি মখোয় অসিগীনি।

লৈবাক অসিদা লেখক অমবু ওইবা ঙম্নবদি লোইরে। লাইরিক্কী মোয়েলটি ফংঙকপা অদুতনা থাইনগী নিংথৌমগা অমদগী হেম্না সুংঙাইনা লৈবা য়াই। ঐখোয়গী মণিপুরদা চৎনরিবা লাইরিক কোপি লিশিং অমা নম্বী অসি নত্তে, মখোয়গীদি কোপি লাখ লাখক্তা।

অদুগা একাদেমীসিয়ান, প্রোফেসরশিং—মখোয় অসিনি লৈবাক

অসিদা খ্বাইদগী তোলোব চাউমা চারিবসি। চাউবা হায়রিবসি য়াম্না হেন্না চাউখ্রবা জাৎনি। মখোয়বু তোলোব চাউনা পীবগী মরমদি জাতিগী ফুংগী ফিভম শেম্লিবসি মখোয়নি, অদুনা মখোয় লাইরিক-লাইশু য়াম্না পাখা তাই, মদুগীদমক মশাগী লাইব্রেরী অমা থম্বা ওমহনবা তাই; জ্ঞানগী ওমথৈ পাকথোক্লবা মখোয়বু লম য়াম্না কোয়হনবা তাই, মদুগী খরচ পুবা ওমহনবা তাই, অদুগা চখোক চৎশিন্দা মতম অমুক মাঙহন্দনবা মশাগী কার অমা থম্বা ওমহনবা তাই। সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা মরমাইগী কার থম্বরিবসি অয়াম্বদি লেখক, একাদেমীসিয়ান অমদি প্রোফেসরশিং অসিনি।

হোয়, তোলোবকী বা লাক্লবনিনা—একাদেমীসিয়ান অমসুং প্রোফে-সরশিংগী হেক ওমথংদা তোলোব চাউরিবসি লম্বী থোং শাবদা য়ুম-কৈ শাবদা মপাঙ্গল থাংদোক্তুনা শ্রিবা অমদি পোৎলুম থাংলিবা থৌমীশিং অদুনি। মরমদি মপাঙ্গল হন্দনবা মখোয় য়াম্না চাবা তাই, মখোয়বু য়াম্না মুংঙাইহনবা তাই। মখোয়গী মথংদা অতৈদি লোইমা হাইকেৎ অদুম মামরে— ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, স্কুলগী ওজা, লৌবুক্কী লৌমী, ফেক্টরীগী শিন্মী ··।

তৌবগীদি মী খুদিংগী য়ামদ্রবদা ষ্টেণ্ডার্ড অমা ভাল্লা চৎপা ওম্নবা তোলোব অদুদি পী। য়াম্না লাপ্না চৎলুদ্রবসু ঐখোয়গী হোটেল অসিদা থবক তৌরিবী লুদাগী তোলোব হেক্তা য়েংসি। মহাক থবক্তা চঙ্বা থা মরি-মঙাতা ওয়রি, অদুনা লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী য়ামদবা তোলোব অদো ফংলি—রুবল ৮০। রুবল মর্ফু হায়রিবসি ঐখোয়গী লুপাদদি নিশিংমুক্তি। অদুনা ইয়াম য়ামদবা শেনফমদি নত্তে। তোলোব অসিনা লুদাগুম্বী লৈশাবী অমনা মতমগী চৎনবী ষ্টেণ্ডার্ড অমা ফজনা ভাক্তুনা চৎপা ওম্মি। তোলোব পিকপা কাওবুশিংগীদি য়ুম ভাড়া তিংদে, ইলেকট্রিক্কী অমদি গ্যাসকী পৈশা তিংদে, করিগুম্বা মখলগী টেক্সসু থীদে।

"মিষ্টর সিং, কৈদোরে, করিমতা চাদ্রেনা?" লিজানা ঐগী মৌমত্র

অদো থুগাইরকই। কয়া কুইনা ঐ উংতুনা লৈরুরবা খণ্ডদে।

নুদানা মোক্‌মি মোক্‌মি তৌদুনা হায়রকই– "হাউত্রবা করিনো?"

"য়াম্না হাউই। অদুবু—।"

টেলিফোন অদো থীংঙকই। কমরেড মোখোসোয়েভনি, ময়াম ভাইদুনা লৈরে হায়না কৌরক্লিবনি। ঙসিদি ফ্রেণ্ডশিপ হাউসতা মিটিংনি। সোভিয়েৎ-ইণ্ডিয়া ফ্রেণ্ডশিপ সোসাইটিগী মরু ওইবা মীশক পুন্নমক ভিনগনি।

লিজানা গাড়ী লাক্লবরা য়েংবা কুমথখি। ঐখোয়সু কা মন্নুংদা ফমদুনা লৈবা তন্‌শিল্লক্নুনা কুমথরক্লে।

সিড়ি ময়ায়দা মুপা অমনা ঐখোয়বু মুন্না য়েংলগা চঙ্‌শিল্লকই, ঐখোয়না খঙদবা মরোল অদুনা করি করিনো হায়রকই। লোন অদু খঙদ্রবসু অর্থ অদুদি খঙ্‌ঙি. খুম্মি "ইণ্ডিস্কি, ইণ্ডিস্কি—।" মহাকসু খুম্মকই –"বাকু বাকু, এজারবাইজান– ।" খুৎ শোক্লে, কোনশিন্নে। লোন খঙনদ্রবসু মুংশিনবদা করিমত্তা অপনবা লৈতে। মতম অমদা ভারতকা এজারবাইজানগা য়াম্না নক্লরম্মী, লল্লোন-ইতিক্কী মাইকৈদা। লল্লোন-ইতিক্কা মরী লৈননা চথোক চৎশিন তৌনরিঙৈ চহীচা কয়াগী মথাংদা ভারতমচা কয়ামুক বাকুদা খুন্দাদুনা লৈখি। মুপা অদো অমাং-ভারতকী মীশক কয়াতা মাল্লে, কুচুসু থোইনা ঙৌদে। কনানা খঙ্‌বা, মতম অমদা খুন্দাদুনা লৈখিবা ভারতমচাশিং অদুগী চারোন শূরোন ওইরম্বসু!

ফ্রেণ্ডশিপ হাউসতা ময়াম লৈরম্লে। কমরেড মোখোসোয়েভনা ময়ামদুগা শক খঙনহল্লে। মখোয় ময়াম অদুগী মরক্তা বুন্নিয়াৎকী ফাওরবা লাই-য়েকপা দুগারোভ অমদি লেখক ঝাল্‌সারায়েভ য়াওন্নি।

কমরেড মোখোসোয়েভনা প্রস্তাব তৌরকই, ঐখোয়না বুন্নিয়াৎতা লোং-নিনি কোয়বসিদা উন্নিবা খঙলিবা খরা অদুগী মরমদা ঐখোয়বু বাহৈ খরতং হায়নবা। ঐখোয়সু তৌরিবদুনি, মীরৈবাক্তগী কমাগুম্বা অমা লোং-নিনিতং কোয়বা লাকপদা হংলিবদুনি -করি উরে করি খঙলে।



উলান উদেগী ফ্রেণ্ডশিপ হাউসতা :
লেখক ; অমরগুপ্ত, মোখোসোয়েভ, মিটিপোভ অমস্থং ঝালসারায়েভ



উলান-উদেগী সংস্কৃতি ভবনদা :
সোস্নোভস্কায়া, মোখোসোয়েভ, মাদিয়েভা, অমরগুপ্ত; লেখক, পিনুয়েভা, ঝালসারায়ে

ঐখোয়দি মখোয়গী পৈশানা কোয়বনি, মখোয়না হায়রক্লবা ফাওবদা তৌবিমল খঙবগী বাহৈ অমনিতং ওইরবসু হায়কম থোকপনি। অদুনা মোং-নিনি অসিদা লৈবাক অসিদা ঐখোয়না উন্নিবা, তান্নিবা, খঙলিবা-শিং অ.দা শম্নপা হায়রে, মরু ওইনা লৈবাক অসিন। শিল্প, সংস্কৃতি অমদি বিজ্ঞানগী মাইকৈদা চাওখৎলিবসিগী মতাংদা। অরোইবদা ভারত সোভিয়েৎকী অমবু অমনা মতেং পাংনন্নিবা মরূপ-মপাং ওইবগী মরী অসোমদা হাইফেৎ নৈনরগা হীরম অসিদা লৈবাক অনি.সগী সরকার অমদি মীয়ামগী থৌদাংগী মত্তাংদা বাহৈ থরমুক নোংশিল্লে। অমর গুপ্তসু শম্নপা বারোল থরা হায়রে। মখোয়রোমদগী ওইনা কমরেড মোখোসোয়েভনা বাহৈ থরা ফোঙদোক্লে। অ.দগী ময়ামগা বারী-বাতাই শানবা।

অহন ওইরবা মংকোক ইঙ্কা-ফাবা চুগারোভ-া হংলকই, "মণিপুরদা অফাওবা পেইন্টর কনা কনা লৈ? ভারত. রোরিক পোপুলার ওইরা?" আর্টিষ্টনিমা পেইন্টিংগী মরমদা খঙনীংবা মশানা তাবনি।

মিটিং লোইবগা অতোপ্পা শঙ অমদা সংস্কৃতিগী থৌরম য়েংবা চৎলে। ঐখোয়বু য়েংহন্নবগীদমক শীনবা থৌরমনি। থোইদোকপা করিসু মত্তে - ঈশৈ, জগোই, যন্ত্রগী স্বর, ওর্কেষ্ট্রা। রেডিও অমদি টেলিভিজনগী আর্টিষ্টশিংনা উৎপনিমা অদুম সুংডাইরে।

মফম থুদিংদা লৈন্নিবা 'হাউস ওফ্ কলচার' ময়াম অসি উন্নগা লৈবাক অসিনা হয়াও-কুম্মৈ কয়াম্না পাম্মগে হায়রবদো খঙবা ঙম্মি। অদুবু মহুর অসিদা লৈন্নিবা 'ইন্সটিট্যুৎ ওফ্ কলচার' য়েংলমত্রবদি সংস্কৃতিগী মাইকৈদা লৈবাক অসিনা কদায় ফাওবা হোৎনবগে হায়রবদো মপুং ফানা খঙলম্মোই।

মথোল মরিগী চাউরবা বিল্ডিং কমপ্লেক্স অমদা, উলান-উদেগী 'ইন্সটিট্যুৎ ওফ কলচার' অসি লৈ। ঐখোয়না চঙখিবা মতমদা ডাইরেক্টর অদো লৈরমদে। ডেপুটি ডাইরেক্টর, ইতিহাস বিভাগকী মকোক অমদি লাইব্রেরী সাইন্সকী মকোক মখোয় অহুম্না ঐখোয়বু ইন্সটিট্যুৎ অসি

য়েংহল্লি।

ইন্সটিটট্যুৎ অসি লিংখৎপা কুইত্রি, চহী মঙা-তরুক্তা ভায়রি। অদুবু লমদম অসোনগী সংস্কৃতি চাওখৎনবগী মতাংদা শীংথানাংঙাই ওইবা থৌদাং কয়া য়াবা হৌরে। মফম অসিদা সেকেণ্ডারী স্কুল পাশ তৌরবা সুপীমচা মুপামচাশিংবু সংস্কৃতিগী হীরম কয়ামুক্তা ট্রেনিং পী। হীরমশিং অসি অমুক মচা তানা খায়দোক্তুনা মতুদা থোইদোক হেন্দোক্না তম্বিনবা তৌই। খুদম ওইনা কলচারেল এডুকেসনগী ডিপার্টমেন্ট অসিদা ফেকল্টি কয়ামুক থোক্না খায়দোক্লি— জগোইগী, ঈশৈগী, মিউ-জিকী, ড্রামাগী, সিনেমাগী, ক্লব মেনেজমেন্টকী ··। লাইব্রেরী সাইন্সকী ডিপার্টমেন্ট অসিসু ফেকল্টি অহুম থোক্না খায়দোকই— অঙাংশিংগী লাইব্রেরী পান্নবা, অহল্লোনগী লাইব্রেরী পান্নবা, লৌউ শিংউগী লাইব্রেরী পান্নবা।

ইনষ্টিট্যুৎ অসিদা শিফ্ট অনি থোক্না তম্বি। অয়ুক মুংথিলগী শিফ্টতা ছাত্র ২,২০০; অদুগা নুমিদাংগী শিফ্টতনা ছাত্র ১,১০০। ওজা ১৮০ লৈ। ওসি ফাওবদা ইনষ্টিট্যুৎ অসিনা ডোক্টোরেট, কেণ্ডিডেট অমদি স্পেসিয়েলিষ্ট লিশিং অহুমলোম পুথোকখে.। লৈবাক অসিগী মফম কয়াদগী ছাত্র মফম অসিদা তম্লি। মীরৈবাকী ছাত্রদি মোঙ্গো-লিয়াদগী নত্তনা অতৈ য়াওদে।

অসিদা তম্লিবা ছাত্র পুম্নমক বৃত্তি ফংই, অহানবা চহীদা রুবল ৪০, অদুদগী খরা খরা হেঙ্গৎলক্তুনা মরি শুবা চহীদা রুবল ৫৫। লেলিন ষ্টাইপেণ্ডদি মসিদগীসু অমুক য়াম্বা হেল্লি। ছাত্র ৬৫০ লৈবা য়াবা হোষ্টেল অমসু ইনষ্টিট্যুৎ মশাগী লৈজে।

ঐখোয়বু মথং মথং লোইনা য়েংহল্লি। লেকচরগী কা অনি, অমনা মী ২০০ রোম চনবা, অদুগা অমনা ৩০০ রোম চনবা। অদুদগী তোঙানবা থিয়েটর হোল অমা—মী ৬০০ চন্বা। জিমনাসিয়ম, সুইমিং পুল ··· ··· অমত্তা রাত্তে। মসিনা ইকোনোমিক্সকী ফেকল্টি, মসিনা হিষ্টরীগী ফেকল্টি; মসিনা মার্ক্সিয়ান ফিলোসোফিগী ফেকল্টি ··· ··।

কোরিডোরগী ফক্লাংদা কেকল্টিশিং অদুগী অথবা ওজাশিংগী ফোটো, খ্বাইদগী ফবা ছাত্রশিংগী ফোটো, জাতিগী মমা ফজাবা ইন্‌ষ্টিটু্যৎ অসিগী মীশক থরগী ফোটো ··· অসিমা চিংবা ফোটো ময়াম অমা থেংলি। কমাম্ভমা শেগায়দে, কমাম্ভবা করিগুম্বা অমম্বা খোংচন্দে, ফজবা অদুম নৈ। ডেপুটি ডাইরেক্টরগী ফোটোসু য়াওরি, অনিশুবা লাঙ্গাওদা ল্যান্মী ওইরুবগী মথবাক্তা তকমামগা লোয়ননা।

সোভিয়েৎ-মোঙ্গোলিয়ান ফ্রেণ্ডশিপ হাউসকী কাদা মোঙ্গোলিয়ান ছাত্র খরা লৈরম্মী। মখোয়গা ডাইহাক য়ারী শানৈ। কা মচা খরসু লৈ, ছাত্রশিংনা মাগী মাগী হীরমশিং অদো ঔরাইজনবা।

বেলে তম্ফম চাউরবা হোল অদুদা পাখং লৈগাবী কুনমুক জগোই তমদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়মা হেক চঙখিবদা খংলেপ লেপখি। ডেপুটি ডাইরেক্টরনা হায়বদগী ঐখোয়বু য়েংহনবা ওইনা অমুক তম্বা হোই। হকচাং শাজেন শৌরিবরা জগোই তম্লিবরা, ঐখোয় ভাব তাদে।

অরোইবা ওইনা, লাইব্রেরীদা অমুক। ওসাইনা তোঙান তোঙানবা কেকল্টিশিংগী মশা মশাগী লৈজবা লাইব্রেরীশিং অদো য়েংওরুবনি। করিনো তৌরিবসিবু, লাইব্রেরীগী লাইব্রেরী ডাক্তা তৌরিবসিবু। কেকল্টি অম-মমগী লাইব্রেরীশিং অতুম্ম থোইনা পিকপা মন্তে। খুদম ওইনা মিউজিকেল ইন্‌স্‌ট্রুমেন্টকী লাইব্রেরী অদুদা লাইরিক লিশিং কুম্মরি লৈ। অরিবা খুৎই লাইরিকী মিউজিরমদা, অতৈ থাদনা, রাশিয়ান মেনস্‌ক্রিপ্টতনা লিশিং অমগী মথক্তা লৈ - তরাতরেৎশুবা অমদি তরা-নিপালশুবা চহীচাগীনা অয়াম্বা। মপুং ওইবা লাইব্রেরী অসিদমুক লাইরিক লাখ অহুম লৈরি লাইরিক পাননবা চাউরবা হোল অমগা কোয়ম্মা। 'লাইরিকী সমুদ্র' কৌদনা মসিবু করি হায়না কৌসিগে?

সোভিয়েৎ রাশিয়াদা মীয়ামগী বুদ্ধি লৌশি' মপুং ফানা ফোঙ-দোক্লবগী খুদোংচাবা লৈতে হায়না নোংচুপলোমগী কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংনা হায়রিবদুনা অচুম্বা ওইরবদি করি তৌননবা শক্লিবা 'লাইরিকী সমুদ্র' অসি? কৈদোনবা লৈবাক অসিদা লাইরিক অমুক

য়াম্বা কোঙলিবা ? সোভিয়েৎকী মীয়াম্বা লাইরিক অসুক য়াম্বা পারিবলিবু করিমতা খঙ্‌দনা পারিবা ভাংলা ?

লখক্কী মতম ওইরমায়ে, ছাত্র-ছাত্রী অমসুং ওজাশিং পুম্নমক কেন্টিনগোমদা চত্নখ্রে। ঐখোয়গীসু কমরেড মোখোসোয়রেন্তনা চাইহন্না লৈরম্লমি সাইন্স একাদেমীগী কেন্টিনদা।

লক্ক লোইরগা অমুক গাড়ীদা কাখৎলে। হন্দমুক্লা টেক্সটাইল ফেক্টরীদা। ফেক্টরীগী ডেপুটি ডাইরেক্টরগা ট্রেড ইউনিয়নগী সেক্রেটারীগা ঐখোয়বু ভাইহন্না লৈরম্মী। ট্রেড ইউনিয়নগী সেক্রেটারী অদো নুপীনি। ডেপুটি ডাইরেক্টর অদো মরাইবক খী হায়বা ভাই। পিওন, চপ্রাসী, অর্দালী—খোদাবা য়াবা ক মামতা লৈত্তে মনাক অদুদা। অদুগা হোয়, ফাইলসু অমত্তা উদে মহাক্কী টেবল মথক অদুদা।

ঐখোয়না চঙখিবদা শিল্পীশিং অদো মাংগী মাগী থবক্তা মায় ওনশিল্লুনা লৈরম্মী। থবক্তা মায় ওনশিনবা হায়বসি মাগী মাগী মেশিন মত্রগা ইয়োংশিং অদো পান্নদুনা লৈবগী বানি। মেশিন্দা চাইহাক কাংদনা থাউ কাপ্তবা য়াদে। লংলা অমরুং তৎপগা ইয়োং অদো থবক তেক্তা লেপখি, লং শমজিল্লগা অমুক ইয়োং অদো চালাইবা। অসিনি মখোয়গী থবক হায়ববু। শিল্পীশিং অদো নুপী ভাক্তা ওইনা উই।

অমরবাবুনা হায়রকই, "প্রমীলারাজ্যদরনে ঐখোয়না চংঙক্লিবসিবু ?"

প্রমীলারাজ্যমক্তি নত্তে, নুপাসু থরদি য়াওরি, অপুনবা মশীংগী মশুং অমা। কৈদোনরুনি মফম অসিদা নুপাদা ? লং শম্বগা মেশিন্দা থাক্টি থাকপগগী থবক'সিদি হন্নুবী অমনসু ভমগনি। নুপা নখোয়গী মথৌ লৈতে। নখোয়দি লাম্মীদা, লম্বী থোং শাবদা, নুংথং হাইগৎ-হাইগা ভৌবদা।

শামতুগী ফিরোল ভাক্তনি ফেক্টরী অসিদা শারিবসি মতুংসু অমুক নুপীগী ফিরোলনা অয়াম্বা। শামতু চামথোক-খোত্তোকপদগী হৌদুনা, মচু শঙবা, লং নাইবা, লংচাক চাকপা ফি হৌবা— লোইনা মফম অসিদা তৌরি।

শিল্পী ৩,২০০ দি ফেক্টরী অসিদা থবক তৌরিবা। খ্বাইদগী শিকপা তোলোবমা রুবল ১১০, অদুগা খ্বাইদগী চাউবমা রুবল ২২০। কনাগুম্বা শিল্পী অমমা অশোক-মপন খোকপাদগী থবক শুবা ওসমত্রদি মহাক্না কংলগা তোলোব অদুগী চাংদা থা থাগী পেন্সন কংই। অহম ওইরকপগী পেন্সনা থাদা রুবল ১০০ দগীদা ১২০ ফাওবা। শিল্পী খুদিংগী চহীদা থা অম-মম ছুটি পী।

ফেক্টরীগী থবক-থৌরম পুন্নমক শিল্পীশিংগা তান্নদুনা চথে। ট্রেড ইউনিয়ন্না শিল্পীগী অরাং-অপা য়েংশিনবতা মতুনা ফেক্টরী চাওথংবদগী মন্তাংদসু মতেং কন্ধনা পী।

য়ান্না চাউই ফেক্টরী অসিনা কোল্লিবা ইংখোল অসি। ইংখোল অসিগী মনুংদা লোইনা শুমনবা লৈরে— শিল্পীগী লৈকম, স্কুল শত মরি, হোসপিতাল, হোষ্টেল, হাউস ওফ কলচার, কিণ্ডারগার্টেন ...।

হাউস ওফ কলচারগী ওডিটোরিয়ম অসি কনা মীংথিনা চাউই। মসিদা মিটিং তৌই, সিনেমা উৎলি, বেলে উৎলি, অতৈ অতৈ জগোই-ঈশৈগী থৌরমসু পাঙথোকই।

ফেক্টরী মশাগী মিউজিয়ম অমা লৈজে। থোইদোক হেন্দোকপা পোৎচৈ লৈত্রবসু লৈস্নিবা থন্না অদো কন্ধনা থম্লি। ঐখোয় অনিশু মিউজিয়ম অসিগী পোৎচৈ হেক্সৎহনবদা অডদ্বা থন্না তৌরম্মী, ঐখোয় অনিগী ভিজিটিং কার্ড অদুগা ভারতকী অচোয়বা শেন খরগা থম্নম্মী।

কিণ্ডারগার্টেনদা চঙলে। কয়া শানখ্রবা, উফুল মন্নীক অমা ফাওবা পক্‌পগী বা লৈতে। লোইনা অডোবা ভাক্তা ইমুংদা থান্নিবা কার্পেট, থোঙ-থোঙনাউগী পর্দা, ফক্লাংদা তৈরিবা মচু, শীজিন্নবিমা ফিরোল, পোৎচৈ পুন্নমক।

হেক চঙকমদা লৈরম্লিবা কা অদো হোস্‌পিতাল হোসপিতাল থমম নম্মি। তাক্তম নত্রগা নর্স ওইরবারে মুপী থন্না লৈরম্মী। অমুক খুদিংগী মমা-মপাশিংনা অঙাং থম্বা লাকপাদা কা অসিদা অঙাং পুন্নমক্তা টেম্পারেচর লোই। মশা শাররবদি হিদাক পীরগা মযুমদা হনহনথি, কিণ্ডার-

পার্টিদা লৈরিবৈদা মশা ভমদবা অভাং য়াওয়ক্রবদি মমা-মপা লাক্ত্রিবা কাওবা মকম অসিগী মতম থরতগী ওইনা লৈবা হোসপিতালদা থম্লি।

হেক চংভকপগা অভাং পূম্নমক কিওায়গার্টেনগী অভৌবা কিয়োল হোংদোক্লবা য়াদে। কি হোংদোক্লবা তোঙানবা কা অমা লৈ। চহী অমি কাওবগী অভাংশিংদি মর্সনা মকি মরোল হোংদোকপি, অদুগা মশা মশানা। ঐখোয়বুসু হোনবী মতুং ইন্না কি অভৌবা হোংদোকহল্লি।

মকি মরোল হোংদোকপা লোইবগা কা অমদা অভাংশিংবু হকচাং শাজেল তৌহল্লি। অদুদগী অভোপ্পা কা অমদা ঈশৈ-জগোই শান্ন-থোং-মকম। অচা-থক থোং-থাকপা তৌননবা অমদি পীজ-পীথক তৌননবা তোঙানবা কা। চাব-থকপা লোইরগা ভাইহাক তুমজনদা পোথানবা কা, কা অদুদা কমুং ময়াম অমা, অভাং খুদিংগী কমুং অম-মম। চহী অনিদগী হেন্নবা অভাংশিংদি মশা মশানা কমুং থাবা-থোংপা তম্লি। চহী মঙাংগী মতুং ইন্না অভাংশিং অসি কাঙলুপ অহুম থোক্লা থায়দোকই।

খাইদগী পিকপা অভাংশিংগী কাদা চঙলুই। কাকৈ কাকৈ চংপা হৈরকপতা ভায়রিবা অভাংশিংনি। কয়াতা মুংশিরে, পুপ পুপ ল্যাউরদুনা ভৌশ্রোক ভৌশ্রোক ভৌরদুনা। কমুংশিং অদো য়াম্না নেম্না থাই। অভাংশিং অদুনা তুম্নিংবা মতমদা হেক্তা কাথত্তুনা তুম্বা ভম্মনবা। অভাং খরা তুমদুনা লৈরম্মী। ঐখোয় চঙখিবদুদা মর্স মুপীদুনা মুইচ অমা ভাপ মেংলি, থোঙনাউগী পর্দা অদো মিংকুপ্তা শর হাইদোকখি, মল্লি-মল্লি লৈরম্বা কা অদো পূমঙান ভাল্লি। অভাংশিংগী তুম্বা কায়দনবা ভনাইমখৈ পর্দা থনজিন্দুনা মল্লি মল্লি থম্লম্মিবনি। অমুক মমহনগে হায়রবসু মুইচ অদো মখদা মিংকুপ্তা পর্দা অদো শক্লোকখিগনি।

অভাংবু অমুক লুনা চেকশিন্না য়োকপা লৈবাক অসিনদি করিগী চাওখৎলোইদগে? অভাং থরতগী মা নত্তে, লৈবাক অসিগী অভাং পূম্নমক অহুম হায়না য়োকপা ভাক্তনি। কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা অভাং খরদি অহুম হায়না য়োক্লম্বা য়াই, অদুবু অভাং অয়াম্বদি অসিগুম্বা মতুং অমি মতমদা কাওবা উবা ফংদে।

মপান্দা শান্নবা পার্ক অহুম নৈ, কাঙলুপ অহুমগী তোভান তোভানা। নোংচিং চুত্রবদি মপান্দা মুমিৎ খুদিংগী অঙাংশিংবু শান্নহল্লি। খ্বাইদগী চাউবা কাঙলুপকী অঙাংশিংদো মক্তি-মক্তিমরোল হোংদোক্লুনা মপান্দা শান্নবা থোকদগী তৌদ্রুনা লৈরম্মী। ঐথোয়বু উবদা নোকমি নোকমি য়েংচকপসু য়াওই, কিথি কিরুম তৌদুনা মমায় লোংখিবসু য়াওই। ঐখোয় অনিনা ঐখোয়গী পৈশা অচোয়বদো অম-মম য়েনবা হৌরুরে। ময়াম অদো ভাইহাক ইকাইরম্মী অহুদগী 'ঐগীসু ঐগীসু' হায়দুনা মখুৎ তিংথোক্লুনা চঙশিল্লকই।

অঙাং হায়বসি অক্মা ওইরে। ভারতকী অঙাংশিংনা তৌবদুগা মখোয়গী চাওখৎলবা লৈবাক অসিদা তৌরিবসিগা কন্নিসু খেন্নদে। অদুবু চায়োক-নাউয়োক খেন্নবনিনা হয়েং চাউরগদি অঙকপা ফংনা খেন্নগদৌরিবনি।

ফেক্টরীদগী থোকরপগা গাড়ীদা অমুক। হন্দরা ইম্ফাল-মযৈ লৌবাই-মকোক্তা মিউজিয়ম-কম-রিজার্ভেসন য়েংবা। থেঙজিল্লক্রে অদুনা গাড়ী কন্না খোগৎলে। লম্বীদা পাখং নৈশাবীশিং মানা মানা থোকপা অনি অনি চৎমিন্নরি, পার্কতা কমদুনা বারী শাবসু য়াওরি। ঐনা লিজাদা হংঙি "মখোয়গী পাখংমচাশিংসে মুপীগী হাক্তকীদমক ফ্রম-চৈনবা তৌদ্রা?"

"কনিগী তৌদনি? পাখংনিদনা।" লিজানা খুম্নকই, "অদুবু যু লিক্লি অমা থকমিন্নরগা য়াম্না থুনা অমুক হেক্তা তাইশিন্নে।"

"অদুগা মতৈ-মনাও খাইনবদি? য়াম্না তোয়বরা?"

"খাইনৈ। হান্নদি তোয়রমদে, হৌজিক্তি খরা তোয়খৎলকপগুম তোয়ে, মরু ওইনা নহায়োলশিংগী মরক্তা।" কন্নিমতা লোৎপা তৌদে লিজা, লোৎকেসু লাক্লদে।

ঐনা ফাগি তৌগে হায়দুনা হংঙি — "ভাইখো, বা অমগা হংগে, মখোয়গী লৈবাক অসিদা মতৈ-মনাও হায়বসি লৈতে হায়বসিবু চুম্বরা?"

লিজা উপায় লৈতমাস্লে, নোকখোরকই, "অদুম হায়না হান্নবরনে?"

মহারুদি নোক্লিবা, ঐনসু ফাগি ওইনা তৌরিবা, অদুবু হায়রিবা

য়াকম অসি অচুম্বদৌনা থাজবা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা মীওই কয়া লৈরি। ঐনা লাক্লমদাইদা ঐগী লাইব্রিক হৈরবা মরূপ অমনা য়াম্না কয়া হায়রকই, "য়েংঙকউকো য়াম্না মুন্না, মখোয়গী লৈবাক্কো মতৈ মনাও হায়বসি লৈতে হায়বনি।" মহাক্না নত্তে, ঐনা শিলোংদা কোলেজকী ছাত্র ওইরিঙৈদা লাইব্রিক হৈরবী শুপী অমনসু হায়খি, "ঐখোয়গী কাদরনা হায়রিবা, কমিউনিষ্ট রাশিয়াদদি মতৈ-মনাও হায়বসি লৈতে হায়য়ে।" ভান চানরুবা হায়গত্র। ঐগী মরূপ অনি অসি ধর্ম অমত্তগী মীনি।

লৈবাক অসিদা উরিবসি মখোয়দা ঐনা তম্লুবদা মখোয়না থাজবা ওয়োই হায়বসি ঐ খঙ্ডি। অদুগা মখোয়না অমুক হেন্না থাজরোইদবা অমনা করিঙুঘদা ঐনা পাউ অসিমসু পীরবা— ভারতনা চিংবা লৈবাক কয়ানা 'ইম্মোরেল ট্রাফিক এক্ট' কয়া পাশ তৌদুনসু লৈবাকশিং অসিদা ওসি কাওবদা 'পৃথিবীগী খ্বাইদগী লিন্নবা শিনফম' অদো মুখ্যৎপা ওমত্রি, অদুবু সোভিয়েৎ রাশিয়াদদি কুইরে শিনফম অসি লৈখিদবা।

লম্বী মপান্দা পাক্লবা লম্পাক অমা শম্বল থাজিন্দুনা থম্লি। লিজানা হায়রকই—"মসিনি 'সুরখাববান' তৌফম—চহীগী হয়াও-কুমৈ তৌফম—শগোল-লমজেল, মুক্না, তেন-কাম্নী —।'

খরা চৎলগা রিজার্ভেসনগী মফম অদো য়োরে। লম্বী মপান্দা লৈবা যুম অমদা চঙদুনা লিজানা লৈশাবী মচা অমা পুথোক্লুনা থোরক্লে। মফম অসিগী গাইডনি, মতুম ভানা কেবীনি মহাকসু গাড়ীদা কাখৎলক্লে, কাখৎলকপগা ওাঙ্বা হোরক্লে—, রিউজিয়ম-কম-রিজার্ভেসন অসিনা কোম্লিবা লম অসি হেক্তর ৩৪ নি। শিনফম অসিগী হোনবী চান্দোন-লৈতোন ওম্মোক্লা ফখরে। ঐদি মহাক্লা ঙাঙ্লিবদে। ভাবগী মহুত্তা মহাকী নিংথেং-বাৎরেং মগুং-মতৌ অদো য়েংদুনা লৈরে, য়েংবা য়াবা জাৎনি।

লম্বী মরাইদা লৈরম্বা ঊগী চাউরবা গেট অমা হাংদোক্লুনা চঙলে। থারনগী মগুং-মতৌ কয়া মাল্লে। ঐখোয়না চৎলিবা লম্বী

অসিগী মমিং 'সিমিস্কি স্ট্রীট' কৌই। লম্বীগী য়েৎলোমদা থায়নগী চাউরবা গির্জা। অমা লৈরি, তরাতরেৎশুবা চহীচাদা শায়খ্রনি, সিমিস্কি শাগৈগী-নি। মমাক্তা গির্জা থরগস্থ লৈরি। লোইনা শাগৈ অসিনা শায়খ্রনি।

সিমিস্কি শাগৈ অসি তরাতরেৎশুবা শতাব্দীদা মোস্কোদগী মফম অসিদা লাকখিবনি, লাকখিবা মতে, মতম অদুগী জায়না লোই থারক-খিবনি। মরমদি, সিমিস্কি শাগৈনা রোমান কৈথোলিকী থায়নদগী চৎনবরক্লিবা লাইনীং মওংদা থজিক্তুং হোংদোক্লুই— লাইথক শোক্লগা থবাক অমি শোক্তুনা লাইথুরুম্বগী মহুত্তা শপ্তিম্মুনা থবাক অমিতমক শোক্লগা থুরুম্বা। মদুগীদমক্তা জায়না শাগৈ অসিবু লাপথুবা সাইবেরিয়াগী উনগী লম অসিদা লোই থারকখি। সিমস্কিশিংতা মতে, মতম অদুদা জায়বু লাইগী শাইয়োম্নি খন্দবা, ধর্ম্মগী চৎনবীবু থকিক্রুং পুগাইবা মী পূন্নমকপু সাইবেরিয়াদা লোই থারম্মী।

সিমিস্কিশিংনা লৈরম্বা য়ুম থরগস্থ লৈরি। খ্বাইদগী চাউবা য়ুম অদুদা চঙতুনা য়েংই, কাখল কয়ামুক লৈ,—বামী-বাজাই শাকম কা, তুম্ফম কা, চাকম ক, চাক থোংনবা কা ···। ময়াইদা মৈ তিকক্লম। মখোয়না শীজিন্নরম্বা টেবল-চৌকি, ফমুং ফামুংদগী হোদুনা শেংলম-চারম্বগী মমল য়ায়রবা ফজ-ফজরবা ফিরোল লিক-কোল লোইনা লৈরি। ইনাক-কৈরাক থুনবা ইমুংনি হায়বদো পোৎচৈশিং অসিনা তাক্লি।

য়ুম অসিগী মনীংদা মথক অনিগী ঈরুজফম অমনা ইচম চম্বা মওংগী অদুগা অমনা নুংডুম ময়াম্না ইকোয়-কোয়না থাজিনবা। নুংডুম্বা থাজিনবা অসি 'ব্রেক-বাথ' কৌই। নুংডুমশিং অসি হাম্না শাহল্লগা মথক্তা ঈশিং হৈথরগা মদুগী মনিন্দা ঈরুজবা। মরক মরক্তা মসিদা লুজয়রবদি হকচাং ফনা লৈ, লাইনা কয়াম্থ কোকই।

সিমিস্কিশিংনা শীজিন্নরম্বা গুহা অমস্থ লৈরি। গুহা অসিগী ঈশিং অসি হকচাংদা য়াম্না কান্নৈ হায়না হৌজিকস্থ বুঝিয়াৎশিংনা থাজনরি। মখোয়গী শাংলবা শগোলশঙ অমা হৌজিকস্থ লৈরি অদুবু শগোলদি অমত্তা উদ্রে, শগোল তোংলম্বা কাওবু অদুস্থ অমত্তা লৈত্রে।

মুশিং কয়া শিংলি। অদুনা মতেক মতেক চংপদু গাড়ীদা চংলি। থয়া চংলগা লৈরম্মী খাংপোকশঙ থরা। খাংপোকশঙশিং অসি মতোপ্পা মকমদগী পুররক্লগা মফম অসিদা থম্বনি। সিফাইগী ভম্বুমদোনা তৌই। শাউম মত্রেগা বার্চ মকুনা মথক কূপ্পি, ফক্লাং থায়। খাংপোকশঙশিং অসি 'চূম' কৌই। অসিগুম্বা চূমদা 'ইভাংস্ক' কৌবা কাঙলুপকী মী-শিংনা লৈ। মখোয়গী লৈকমদি মক্লওইনা সাইবেরিয়াগী অবাংথংবা, উম্না চহী চুপ্পা কূপ্তুনা লৈবা মফমশিং অদুদনি। শা-ঙা ফাবনা মখোয়গী শিমকম্বি! চূমশিং অসিনা ইভাংস্কশিংগী য়ুম্লৈ কৈরৈগী শক্তম অমা তাক্লবা হোৎনরি। চূমগী মনুংদা তূম্ফম চাফম কা, থুংশু থুংলাই য়ানফম, হাত্তুনা পুররক্লবা শা-ঙাশিং অদো য়ান্দুনা থম্বগী মওং, লীহূনা থম্বগী মওং লোইনা উংলি। ইভাংস্কশিংগী মীশীং অসি নোংম-নোংমগী হন্থরক্লে, হৌজিক পূম্না লিশিং কুম্মঙারোমতা ঙায়রে, বুরিয়াংতা লিশিং অনিমথায়রোম লৈ।

লাপ্তুক তৌম্না থাঙপোকশঙ থরম্ব লৈরি। বুরিয়াংশিংনা খাইনা শা-যণ শেন্দুনা কোয়চং-চক্লুনা লৈরিঙৈ মতম অদুগী খাংপোকশঙশিং অদুগী মওংনি। য়ুম মনুংদা মখোয়না শীজিন্নরম্বা উগী পাত্র, ফি-রোল, মপায়তা ফাক্তোকপা টুপী -- ময়াম অদে লৈরি। ফি রোল অদো অথাবা ঙাক্তনি, অয়াম্বনা শামতুগীনি। খাংপোকশঙশিং অসি মখোয়না 'য়ুর্তা' কৌই।

ইভাংস্ককী চূম, মৈতৈগী য়ুম, বুরিয়াংকী য়ুর্তা -- কয়াতা মান্নথ্রবা! মোঙ্গোলিয়া লোন্দম্ব য়ুমবু 'য়ুর্তা' কৌই। মখোয় অসি নোংমা কয়া য়াম্না নক্লরম্বা কাঙলুপনো হায়বদো থিজিনবা কাঙবুনা খিজিল্লসম্বু।

মচিন্নাক থরা চাবা বুরিয়াংশিংগী য়ুর্তানা থরা চাউনা থরা মওং তানা শাই। মখোয়গীদি শূমাং মতোন্দা য়ুম্বী অচোবা অমম্ব য়ুংহুনা থম্মি, শগোল তোংহুনা কোয়রকপা মরূপ-মপাংশিংগী শগোল পূমনবা।

বৌদ্ধ-মন্দির অমম্ব লৈরি। থায়নগীনি, উনা শাবনি। মন্দির অসি গুসিনোয়োজরোদগী থাংহুনা পুমকপনি। মফম অতৈদা শীজিন্নদহুনা

তাদুনা লৈরিবা মন্দির অতৈস্থ হৌজিক মফম অসিদা পুরককনবা থৌরাং তৌরি।

ঈংলিবা থুৎঈং অদুদা ঐথোয় কুইনা লৈবা ঙমদ্রে। মুংশিৎ শিংপতা মতুনা নোংস্থু থরা থরা য়াওশিল্লক্রে।

লম্বীদা লিক্লানা হায়—"খঙবরা, নিংথম থাদা লম্বী-লম্মাং পুন্নমক উন্না থুকউমুক থানা কুপ্না মতম অদুদা উন মথক্তা 'স্কি' শান্নবদি ওন্থোক্লা মুংঙাইখে। পাখং-লৈশাবীতা মতুনা ফনা অহল ওইরবা মুপী-মুপা ফাওবা থরাই য়াওনা শান্নখ্রবা জাৎনি।"

হৌজিক্লা অস্থুক য়োনা ঈংলবা অসিদা নিংথম থাদা উন মথক্তা 'স্কি' শান্নবগী রাঙী! ঐ করিমতা মিৎৌরুদে। ঐথোয়না হৌজিক চৎলিবা কোলাস পাবা লম্বী অসিস্থ উন্না থুদুপমুক থাগদোরিবনি মতম অদুদা। উন তকথোরবা গাড়ী অদুনা নোংঙান্দ্রিবৈদা লম্বীদগী উন তকথোক্ত্রবদি থবক পুন্নমক লেপ্‌দোরিবা, গাড়ীকা চৎপা য়ারোই-দোরিবা। হায় হায়, অদুগুম্বা মতম অদুদা উন মথক্তা 'স্কি'! ঙমজ-রোই ঙমজরোই, ঐতদি দায় লৈতে।

কমরেড মোখোসোয়েভ ঐথোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মে। সিনেমা য়েংলুসি হায়নবনি। খবর ফাক্তোক্তুনা য়েংঙি—কদায়দা করি করি চৎলিবা। রাশিয়ান ফিল্ম মুংঙাইবা অমতা য়াওদে। 'বোবি' স্থ করম হায়না য়েংলুনি? মীরৈবাক্তা লাক্লগা 'বোবি' অমুক য়েংবা অর্থ য়াওদবা বানি। অদুনা ব্রাজিলিয়ান পিকচর অমা য়েংবা লেপ্পরে। মফমস্থ 'প্রোগ্রেস' তনি, সহর অসিগী খ্বাইদগী ফজবা সিনেমা কোল। হোল অদো হোটেলগী হেক নবাক্তনি, অদুনা খোঙ্না চৎলে।

লম্বীদা মুপী-মুপ ময়াম অমস্থ চৎনরম্মী, অমি অমিনা অয়াম্বনি। নোং থিৎলি থিৎলি তাবদুদা ঈংবা খরা হেন্দুনা তৌরিমাল্লে; মুপা-মুপী কোমশিন্নদুনা চৎপদো খরা হেন্না কন্না কোমশিন্নরি। ঐথোয়গীদা ওইরবদি শ্বাই শ্বাই লাউনরনি। মথোয়গীদি চৎনবীমিনা কনাস্থ হন্না য়েংনদে।

'কিউ'দা লেপ্পু না মী পুম্নমক টিকেট কক্লি। ঐখোয়গীসু কমরেড মোখোলোয়েভ মশামক কিউদা লেপ্পু না টিকেট কক্লুরে। অচৌ-অশাংবি-কা হায়দুনা কিউদা লেপ্পবা য়াবা পোৎ নত্তে। টিকেট ককপদনা নত্তে, হীরম থুদিংমক্তনি, অচৌ-অশাংবি হায়দুনা খুদোং চাবা হেন্না ফংবগী বা লৈতে। লৈবাক অসিদা মী পুম্নমক চপ্ মান্নৈ, খুদোং চাবা চপ মান্নবা ফংমিন্নৈ।

অদুক চাউবা হোল অদুগী গেট কিপারদি অমথক্কু। অদুবু ইম-খোৎনবগী বাদি লৈতে। সিনেমা হোগদবা ভাইহাক রাৎলি, অদুনা বেটিং-রুমদা ময়াম ভাইহাক পোথানবা মিউজিকেল কন্সার্ট অমা। কন্সার্ট লোইবগা ময়াম গোল মনুংদা শর্ শর্ পাইশিন্নখি। সীট তাক্লবগী বা বা লাউনবা লৈতে। মানা মানা থগ্না অদুম কন্নখি। সিনেমা হৌরে, ব্লেক এণ্ড হুয়াইটনি—মনিংনা, 'গুড লক মুন্নেটা'—স্পেনিস লোনদগী রাশিয়ানদা 'ডব' তৌবনি।

সিনেমা য়েংবা লোইরগা থোরকপদদি মোংতা নত্তনা মুংশিৎসু কল্লম্মে। ঐখোয় অনিদি চান্নবা মীক্লে। মরোইবা অহিঙ অসিদা সাইবেরিয়া হায়বদো হসিনি হায়বা ঐখোয়বু খঙহল্লগে মতানি।

হোটেলদা চঙবগা অচাথক য়োরক্লে। ভসিদি মরোইবা মুমিদাংগা ওইরনে ঈংবনগা চং য়োনা ঈংবনে টোষ্টকী লোইবা নাইত্রে। কোনিয়াক অমসুং শেম্পেন লিক্লি অনি ঐখোয় মঙাকনা লোইশিনগ-দোরে। অঈংবা লৈবাক অসিদা নোংনিনি লৈবসিদা ঐখোয়সু ফনা হৈনরক্লে। ভংংরমকসু ঈংলিবা থুৎঈং অসিদা যু থক্তদি লৈবা ঙম্বগী বা লৈতে। মণিপুরদা 'তিদাক' হায়না কৌনরিবা অদুগী অর্থ অসিদা লাক্লগা থঙলে। কনাগী পাখং-লৈশাবী হন্নুব-হন্নুবী লোইনা লৈবাক অসিদা যু থকই। অদুবু অঙকপদি, লম্বী লমথাংদা যু-ভাওবা অমত্তা থেংনদে, কনামতসু ভাওশিন্নদে।

"মসিবু করম হায়না তৌরিবা জাৎনো?" ঐন্না হংঙি কমরেড মোখোলোয়েভত্তা।

"য়ু থক্লগবু ঙাওবরনে ? ঙাওশিন্নরিবনি। অদুনা য়ু থক্লগা ঙাও-শিন্নরিবা য়ীশিং অদুবু নরকাল্লমা অকনবা চৈরাক পী। চৈরাক অদু কিদুনা কল্লামতা ঙাওশিন্নদে।"

ঐখোয়গী লৈবাক্কুসু অকনবা চৈরাক্লা য়ু ঙাওশিন্নবা কাঙবুশিং অসিবু থিংবা ঙম্নবদি য়ু থকপগী ফত্তবা অসি ফনা য়াম্না কোকহনবা ঙমগনি।

টেলিভিজনদা প্রোগ্রাম মথং মথং চত্থরক্লি। মতাং অমদা উৎলকই, ঐখোয়না ঙসাই ফ্রেণ্ডশিপ হাউসতা ঙাঙখি-শকখিবা ময়াম অদো। ইশাগী ইওং-ইতৌ ইশানা য়েংজবা অসিসু মনুংঙাই অমনি। ঐখোয় পুন্নমক য়াওরিবা কৌবমিনা ঙাইহাক অদো বা ঙাঙনদে, মিৎ কুপ্পুনা টেলিভিজনগী থৌরম অদো য়েংদুনা লৈনৈ।

অয়োইবা মুমিদাং অসিদা শাথীরবা ফাগি অমা তৌরগে হায়দুনা তৌরে—"লৈবাক অসিদা লাকইদগী ঐখোয়বু ফনা য়াম্না য়েংহল্লে, ফনা য়াম্নসু তাহল্লে। অদুবু মুংঙাইতবা অমথক্তংদি লৈরে, ঐখোয়বু পোৎ অমথক্তি য়েংহনদ্রে।"

মখোয় পুন্নমক ঙকই, পাস্নু পাখৎলি—"করিনো, করিনো হায়বু।"

"রাশিয়াগী 'আইরোন কার্টেন'—য়োৎকী ফীজং হায়বদো।" ঐনা করিমতা ফিভম কায়দনা হায়, "ফীজং মরুমদা করি লৈগে হায়বদো য়েংহন্নবসু ফীজং অদু ফাওবতংদি য়েংহনবা চুম্বনি।"

কমরেড মোখোসোয়েভসু ইরাই-লাইবা মী নত্তে, হায়রকই—"ও, অদু ওইরে। মদুদি ঐসু ইত্রি, য়াম্না কন্না থিরিবনি ঐসু, হেক উবা মুমিৎ অদুদা শোয়দনা কৌরক্কে।"

"স্প্যাসিভা।"

ময়াম বা বা মোকমিন্নৈ।

[৬]

ব্রেকফাষ্ট লোইবগা ডিপার্টমেন্টল ষ্টোর য়েংবা থোক্লে। লাক-ঙৈদগী ভসিকাওবদা দুকান অমত্তা য়েংলুদ্রি। হোয়, য়েংবনি, পোৎচৈ লৈবগী য়াদি লৈতে। ঐখোয়দা য়াওরিবা ভারতকী লুপা অসিনা করিমত্তা লৈবা য়াবগী রা লৈতে, ইংলিশ-পাউণ্ড খরা পুরবপা অদুসু কায়থোক্লি। অদুদি শুদ্দিং খরনি অসি কদায়দগী পৈশানা খরচ তৌরকই? অদুবুরা, দিল্লীদগী প্লেনদা হেক কাথৎলকপা মিংকুপ অদুদগী লোইনা মখোয়না খরচ তৌরক্লি. ঐখোয়গী পোকেটতগী পাই নাতৎপী অমা ফাওবা খরচ তৌহন্ত্রি, কমাগী চুরুপ-বেরী, ফিরোল শূবা ..... লোইনা মখোয়না। য়ুমদা অমুক থিল্লিকবিত্রিবা ফাওবা মখোয়না লোইনা তৌখিদৌর্নি। অসুম হায়না কোয়বা লম মকোয় অসিনিদো। ঐখোয়না পুল্সি চুপ্পা কোয়বিগে হায়রিবসে।

ডিপার্টমেন্টল ষ্টোর অদো মথোল মরিগী চাউরবা শঙ অমদা লৈ। রাশিয়ান লোন্দা 'গুম্' কৌই। মিংশেন্না ফক্লাং থায়, মঙাল চঙমনবা। অভাংগী শান্নপোত্তগী হৌদুনা ঘড়ী, কেমেরা, ফিরোল, স্নো-পাউডর, টেলিভিজন ফাওব' লোইনা শোঙান তোঙানবা কাদা মথোল মরি থন্না য়োল্লি। কাউন্টর অম-মমদা মী অনি-হুমদগী লেন্দে। মী অমা নত্রগা অনিনা পোৎ পীথোক পীশিন তৌবা অদুগা অমনা পৈশা লৌশিনবা, হিসাব তৌবসু মতম চঙদে কম্পিউটরদা শৎ। মুপী ভাক্তনি দুকান ফল্লিবীশিং অদো। মমল হুমদুনা মতম মাঙহনবগী দরকার লৈতে, পোৎ খুদিংমক্কী মমল ইদুনা থেৎলি। অশিংবসু অপঙবসু থেৎলিবা মমল অদু চপ চানা কাউন্টরদা পীরমই, কেশ-মেমো উৎলগা অত্তোপ্পা কাউন্টর অমদগী পোৎ অদো পুদুনা চৎথি। কয়াতা খুখ্রবা! পৈশা অভাংবী অমত্তা পোৎ য়োল্লিবীশিং অদুগী ক্রিৎ খাউদা চঙখিবগী রা লৈতে, লোইনা সরকারগী পুকৈদা। পোৎচৈ য়োল্লিবীশিং অদুসু সরকারগী থবক তৌবীনি, তোলোব চাবী ভাক্তনি।

লিজানা হংঙকই, "কৈদোরে, করিমত্তা লৈবিরোইদ্রা?"

"লৈরোই। মোস্কোদগী লৈরগে। মোস্কোদনা খব্বদি হোংগনিদনা।"

ঐনা হায়রিবদো লিজা প্রাইহাক ভাব তাদে, অদুবু, লৈবাক অতৈদা কোয়রুরবীনিনা কুইহৌদে, মোল্লা মোল্লা হায়রকই, "মসি সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্নি। লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তা পোৎ খুদিংমক্কী মমল চপ মান্নৈ। মোস্কোদা রুবল তরা পীবা পোৎতো উলান-উদেদসু রুবল তরা, তাস্‌কেন্টতসু রুবল তরা, লাপখ্রবা খুঙ্গংগী দুকান অমদসু রুবল তরা।"

দিল্লীদা তরা পীবা পোৎ অদুনা ইম্ফালদা কুন-কুনম্রা য়োনবা লৈবাক্তগী লাকপা ঐখোয় অনিদি পাউ অদো তাবদা পুংপং পওথরে। পওথ-পওথনা দুকান অদুদগী থোরক্লে। স্কুল অমদমুক চৎপা তাম্নি।

পংলাপ লাপ্তুনা লৈরম্লে স্কুল অদো। লিংখৎপা কুইত্রিবা স্কুলনি, চহী অছুমতা ওয়রি। অদুনা স্কুলশঙ অদো ইহন হল্লি। স্কুলগী ডাই-রেক্টর অদো নহানি, য়াম্না হৈ-শিংই। মাঙোনগী ফক্লাংদা ফোটো ময়াম অমা থেংলি, স্কুলগী ওজাশিংগী, ছাত্র অফবশিংগী। ফোটোশিং অদো কনামতনা শেগাইবা তৌদে। ফক্লাং অদো শিৎ নাল্লি, কনা-মতনা লৈম্নি অমা ফাওবা চিংশিন্দে। অদুক য়ামখ্রবা অঙাংশিং অদো কয়া ফজনা তন্থিখ্রবা।

স্কুল অসিদা ছাত্র-ছাত্রী ১,৩২০ তল্লি, ওজানা ৫৫ শুই। কা অমদা চঙলুই। ঐখোয়না চঙবগা অঙাং পুম্নমক ফুক হৌগৎলি, ফমউ ছায়ত্রিথৈ ফমদে। ফাম অমত্তদা মুপী-মুপা পুম্না কম্মিন্নবা য়াওরি। অঙাংশিং অদো ফনা চাউরে, পাখং লৈশাবী ফানীং কামাং তৌরবা ঙাক্তনি।

লিজাদা হংঙি, 'স্কুল পুম্নমক্তা মুপী মুপা পুম্না তম্বরা?"

লিজা ভাব হেক তাবা ঙমদ্রমাম্লে, ইঙক-ইঙাক তৌত্তুনা লৈ। ঐনা অমুক খঙন-বা হায়, "সহর অসিদা মুপীতগী ওইবা স্কুল, মত্রগা মুপাতগী ওইবা স্কুল লৈত্রা?"

লিজা হন্দক্তি ভাব তারে, হায়রকই, "সহর অসিদতা মত্তে,

সোভিয়েৎ ইউনিয়ন পুম্বদা মুপীগী মত্রগা মুপাগী তোঙানবা স্কুল অমত্তা লৈতে। বাখল অদো ঐখোয় লংশেকখিবা কনা কুইরে, চহী য়াংথৈ-রোম কারে।"

ঐ হাইকেং ইকায়রুরে। ঙাইহাক অমুদা কদায়দগী কাউথোক-লুরিবরো খল্লে, লৈবাক অসিদা মুপীগা মুপাগা করিগুম্বা মতাংদা খেন্নবা লৈতে হায়বা। খেন্নরিবা হায়ববু অঙাং মাউপুবগী মতাংদতা মঙাইরে। অঙাং মাউপুবগী অধিকার অসিমতংদি হৌজিকসু মুপীতগী ওইরুনা লৈরি।

সাহিত্যগী ক্লাসতা চঙ্‌ই। ওজাগী টেবলদা স্যুইচ ময়াম লৈরি, ছাত্রশিংগী টেবলগা মরী শন্নে। কনাগুম্বা অঙাং অমগা বা ঙাঙ্‌নবা মত্রগা পারা হংবা তাববদি ওজাগী টেবল মথক্কী স্যুইচ অমা হেক্তা মেৎলি, খুদক্তা অঙাং অমুগী টেবল মথক্তা মৈ হেক্তা কাপ্লকই। বারী অমা অঙাংশিংদা তাকপা তাম্রি, বস্ ওজাগী টেবলদা লৈরিবা স্যুইচ অমা পেৎ মেৎলি, থোঙ-থাঙবাক্ত লোইনা লোনশিনখি, পর্দা অমুবা শর্ শর্ শন্দোরকই, কা অদো মিংকুপ্তা মমশিমখি। অদুদগী স্যুইচ অমযুক মেৎলি, মনীংলোমগী প্রোজেক্টরদগী ফিল্ম হেক্তা কাপ্লকই বারী অদো মথং মনাও নাইনা উৎলকই অঙাংশিংদা।

অসুম হায়না লাইরিক তম্বিরদবু করম্বা অঙাংনো তাব তারোই-দৌরিবা, করম্বা অঙাংনো লাইরিক্তা থবাই য়াওরোইদৌরিবা? সাহিত্যগী বাক্তা নত্তে, হীরম খুদিংমকসু অসুম হায়না ফিল্মগুম্বা 'ওডিও ভিজুয়েল-ইকুইপমেন্ট' কী মতেংনা অঙাংশিংবু তম্বি। তাব তানা থবাই য়াওনা তম্নবনিনা পরীক্ষাদা অঙাং পুম্নমক লোইনা পাশ তৌই।

সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী শিক্ষা-ব্যবস্থাদা থোইদোকপা অমনা, বিজ্ঞান-লোমদা খরা হেন্না তম্বিবা অসিনি। অদুমা স্কুলগী থাক্তসু বিজ্ঞানগী তোঙান-তোঙানবা মশা— কেমিষ্ট্রি, ফিজিক্স, বোটানী, জুলোজী ...... অসিনচিংবা লোইনা তোঙান তোঙান্না তম্বি। স্কুলদা তম্বিরিবা বিষয়শিং অসি য়ামখ্রে, অদুবু তম্বিবগী মওং অদুনা অঙাংশিংদা কম্বিমতা পোৎ লুম ওইনা থোকহন্দে।

অঙাংশিংগী হকচাং ফননবগী মাইকৈরোমদা স্কুলনা য়েংশিল্লি। হেডমাষ্টরনা য়েংহল্লি —মশিনা কেষ্টিন, মশিনা হকচাং শাজেন তৌফম, মশিনা ঈরোইদুনা শাম কম···। ঈরোই কম পুখি, অসি ঈরোইরমদাইদা লুম্বু লুম্বু শাবা ঈশিং থাজিল্লি। মোংমৈ কাপ্পা তম্বিবগী মরুমমু নৈ।

শপ্পা হায়রবদা স্কুলশিংদা তম্বিরিবসি লাইরিক্তা নত্তে, মী অমা ওইবদা চঙদবা য়াদবা হীরমশিং অদু লোইননি —লমচৎ-ব্যবহার, থকশি-খাসি, হকল্লোন, বিজ্ঞান, খুৎশারোল···।

স্কুলদগী থোরক্লগা চুমথ্রিং হোটেলদা লাক্লে। কমরেড মোখো-সোয়েভ ঐখোয়বু ভাইদুনা লৈরম্লে, অরোইবা চাক্লেন চামিন্নবা।

অচাথক পুখোরক্লিবী অদো ঙসিদি অতোপ্পা অমনি, মৌনি, চহী কুপ্থ্রামঙা-নিফুরোম শুরনি। ঐখোয়না বা বা তৌনা চারি-থক্লিবৈদা নুপী অদুনা শাথীরবা বাকৎ অমা ঐখোয়গী ইথক্তা পুথৎলক্লে— "করিগীনো অসুক শাথীনা মীচং মীখায় নাইবিরিসিবু? থরা নহাবু ওইরবদি, মশক থরবু ফজরবদি হেক্তা নুংশিনবা, লোম্না লোম্না খুদোল-পোৎকা পীনবা। ঐখোয়বুদি হন্না ফাওবা য়েংবিবা পোৎ নত্তে।"

বাকৎ মতা অদুদা মায়-মিৎ অসি য়ং য়ং লাউরকই। মথংগী মিংকুপ্তা ভাব তাই, ঙদাই অয়ুক ব্রেক ফাষ্ট পুরকপদা অরোইবা নুমিৎনি হায়দুনা লুদাদা ঐখোয় অনিনা চারিক পরেংনা চিংবা পোৎ থরা খুদোল ওইনা পীখি। পোৎচৈশিং অদো লৈশাবী অদুমা শোয়দনা ময়ামদা উৎলম্বা তারে। বাখোক অসি মতুদগী থোরকপনি। অদুবু ঐখোয়সু পঙ্লাই লায়বদি নত্তবমিনা খুমই, —"লুদাদি লৈশাবীনিদো, মহাক্তা নুংশিনবদা কমানসু করিসু হায়রোই। অদুগা অদোমদি মশক নাইরবা নুপা অমগী নুপীনি, ঐখোয়না মিৎয়েং হেক তারুবগা হোরেনদ্রি ঘুমদা শা-লাম তানরুনি। ইয়ুং মনুং কায়নবা ঙমগনিবু হায়রবদি ঐখোয়দি কৈসু বেরা নৈতেয়ে।"

'স্পাসিভা।" নোকদি নোকমি নুপী অদুনা মহাকী নুংঙাইজবদো ফোঙদোরকই।

চাব থকপা লোইরগা হোটেলগী মীশিং অদুদগী বিদায় লৌতুনা খোরক্লে। 'হোটেল বৈকাল' লৈহৌরে। উলান-উদে সহরসু লৈহৌরে। মরক্ত-মপাং খরমদি এরোড্রোম তান্না ঐখোয়বু থিন্দোরক্লি।

এরোড্রোম য়ৌরগদি তারে, প্লেন খরা থেঙ্বা তাদ্রি। প্লেন ময়াম পাইথোক পাইশিন তৌবসিদা ঐখোয়না পাইদৌদ্রিবা প্লেন অদু ক্লিয়ারেন্স ফংবদা খরা থান্দোরি। পাইস্লু পাইখ্রে প্লেন অসি লৈবাক অসিদা। 'স্নুক পিকথ্রবা উলান-উদেগী এরোড্রোম অসিদসু প্লেনগী প্লেন ভাক্তা। অস্নুক য়াম্না পাইরিবসি হোরেনদি সীট অমত্তা হাঙ্লোই। মী পূম্নমক প্লেনদা চংনরবা জাৎনি। চৎসু চৎনগনি,—মতমসু চঙ্‌অ, বাসু বাক্লে, ভাডাসু হোঙ্ই, ট্রেনগা চপ মান্নে। উলান-উদেদগী ইর্কুৎস্ক ফাওব্দা প্লেনগী ভাড়া রুব্ল ৬ তনি, ট্রেনদসু হায়রিবা ভাড়া অসিনি।

পূংমুক ভাইরবা মতুংদা পাউ লাক্লে, প্লেন পারনি। ৎসাইমখৈ করি লোইদাকপা খল্লনদে, কায়মরমদাই মতম য়ৌরক্লবসিদদি পূক্লিং অসি ইমৌ নৌখরকপগুম তৌরক্লে। অদুবু কায়নদবদি য়াদবনিনা ময়ামগা খুৎ শোক্লরে—কমরেড মোখোসোযেভ, কমরেড নিমাশোক্তো-যেভিচ, লিজা অমদি ড্রাইভর অনি।

"অমুক্তা লাকউকো।" মখোয়না হায়।

"স্প্যাসিভা। ময়ামসু ঐখোয়গী লৈবাক্তা লাকউকো।" ঐখোয়না খুম্ই।

"স্প্যাসিভা।"

"সিদানিয়া।"

"বিদায়।"

খুৎ হৎল-হৎলদুনা ময়াম লৈহৌরে। ঐখোয়সু প্লেন মনুংদা চঙলে।

# মোস্কো পাংনা

পূং ৩-১৫ তারে। এয়ার হোষ্টেসনা মখোয়গী হৌনবী মাইক্রোফোনদা লাউরকই—“ময়াম্বু খুরুমজরি···।” গোঙজিনদা মৈ কাপ্লকই—“ফম্ফমগী পেটি ফাজিনবিয়ো···।”

মখাদা উরি চীংলোন পরেং, মথং মথং। থরা চৎলগা অমুক তম্পাক, লম্বীস্থ উরি, চুমদ্রিং চুমদ্রিং। অতুদগী অমুক চীংলোন। চীংলোন লানবগা বৈকাল উরে। নহান লাকপ। মুমিং অদুদি লৈচিন নোংফাই থাংদুনা মায়খোং অদো মীংথিনা উদে। ভংসিদি ফজনা উরে, শংবানবা লাইজ ঈমায় তনিক তনিক্লি।

বৈকাল লানবগা অমুক চীংলোন পরেং। চীংলোন পরেংগী মথক্তা লৈচিন-মপৈ তাউবস্থ য়াওরি কাপখোকপতা ভায়রিবা লণিং মপোপনি। মরক মরক্তা খোরকই তুরেল কয়া—কোয়েৎ ফীশাং তারগুম তারি, থেক্ল খোয়না বৈকাল পাংখি। বৈকালগী মচানুপা ময়াম অদুনি। ‘অঙ্গারা’স্থ মতাং অমদা মথুং হৎলকই—বৈকালগী অমত্তা পোকপী মমোম, শকহেনবী অঙ্গারা।

মুমিংকী মশেক মরক মরক্তা খোঙনাউদা ফুজিল্লক্লি। পেসেঞ্জর থরনা লাইরিক পারি, থরনা খবর পারি, থরমা ব্রারী শারি, থরনা উহরি। অমরবাবুস্থ অরোইবা কাঙলুপ মসিগী মতৌ তমখে।

য়াম্না নহা ওইরিবী তোঙ্গানবী এয়ারহোষ্টেস অমা য়াওরি, মশক মতৌস্থ মহা[illegible]খ্রাইদগী ফজে, মমিং অদুনা অমুক হেন্না মুংশিংখে। ভাইহাক্তা কমদুনা লৈতে, থবক অমা লোইবগা অমমুক হেক্কা ।

মহাক্কী মতৌ অদো য়েংনা য়েংনা ঐস্থ ঙাইহাক মঙলানগী ঈপাক্তা ভাউকরমাল্লে। মিকপ থোরকপদা নোকমি মোকমি ইনাক্তা চঙশিল্লকই, করি করিনো হায়রে। অর্থ খঙদবনিনা ভিঙক তিঙক মঙোন্দা য়েংহুনা লৈরে। অতুদগী করি খল্লকপনো খঙদে, কেবিনদা চঙখ্রগা হৈ মহী প্লাস অমা পুরক্কুনা পীরম্রে। ভাবনরা খঙদে, কয়া হাউখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা ময়ামগী ভচাথক পুথোরক্লে। করিনো তৌরিসিবু, সুমিৎপু আঃ মথক্তা লৈরি। হৌজিকপু অচাথক। খজিক খরাক নত্তে, মখোযগী হৌনবী অতুনি।

চাব-থবপা লোইবগা তুমথনবা কাঙবুস্থ যাম্‌খ্রে। ঐদি মিৎ থসি উইশিনবগী মহুত্তা ফক্কনা শীজিন্নরে।

পুংথাইমুক মতুংদা এযারহোষ্টেস অমনা চাগা বিস্কুটকা অমুক পুশিল্লক্রে। করিনো তৌরিংসিবু? ঐবু মতৈ-ইবুংগো ওইমা খল্লবা জাৎলা? অউবা অমনা উরবদি চান্ননা খল্লনি, মখোয অ'নগীসিবু ঙাই-হাক্কং প্লেনদা ভোংমিন্নবসিদা ·।

কদায য়ৌরবনো খঙদে, মাইক্রোফোনদা মখোয়গী হৌনবী অদো লাউরকই। মখাদা যুম মযাম অমা পরেং পরেং, উপু মযাম অমা খিনবদৌনা ঠৈ রি। প্লেন খরা নেমথরমাল্লে, শাগুরা কারখানাগী চিমনি-দগী মৈখু কানা উরে, অমত্তা নত্তে- অনি অহুম মরি মচা কয়ানো খঙদ্রে।

প্লেন তারে। কযা যামখ্রবা প্লেননো লৈরম্লিবসি, তপ্না তপ্না চৎপস্থ য়াওরি, তুমিন্না পোত্থাহুনা লৈবস্থ য়াওরি। লৈবাক অসিদা প্লেন হায়বসি শারপোৎ ওইনা খল্লবা জাৎ ওইরে!

মশক মতৌ ফজবী মচুম তানা কেবী লৈশাবী অমা চঙশিল্লক্কুনা ইংরাজীদা হাযরে, "আই অ্যাম ফ্রোম দ ইন-টুরিস্ট — ঐ ইন-টুরিষ্টতগীনি। সুংঙাইনা পাইবিরকইকো? মফম অসিদা প্লেন শিনবিবা তারি। প্লিজ ফোলো মি ঐগী ইতুং ইনবিরকউ।"

ইনবা ভাবজিনা ইল্লে। এয়ারপোর্টকী মথক্কী পোথাশঙ কাত্রদা

ঐখোয়বু পুখৎপিরে। মীয়ৈবাকী পেসেঞ্জরশিংগীদমক ওইরমাল্লে মথকী পোত্থাশঙ অসি। জাপানিজ ময়াম অমত্তু লৈরম্মী—মুপীমচা-মুপামচা পাখং-লৈশাবী হনুব-হনুবী কয়া য়াম্মী। মথাদা চাউরবা পোত্থাশঙ অমত্তু লৈরি, মতুদনা লৈবাক অসিগী মী ভাক্তনি। নাম্‌দি নাল্লিয়ে এয়ারপোর্ট অসি। অতুবু মমিংদি খঙ্‌ত্রি।

ইম্‌-টুরিষ্টকী লৈশাবী অতুদা হংজি, "করি কৌবগে এয়ারপোর্ট অসিগী মমিং?"

ইংরাজীদনি হংলিবদো, অতুবু লৈশাবী অদো ভাব তাদ্রে। ঐগী লৈত্তোন অসিনা ওইরমাল্লে খন্দুনা চেক্লেৎ অমদা ইতুনা উৎলি। মতু ফাওবদা করিমতা ফোল তাদ্রে। ভাব তারে, ঙসাই মহাক্না ঙাঙ্‌বতু যাহৈ-পরেং খরা চীনফা পুরগা ঙাঙ্‌বা ওইরম্লে। অতুবু থাগৎনীঙাইনি, চীনফা খরা পুবদো চাবা হাউগদগুম ফজনা পুখরে।

মায় ম্যিৎ তাথোক্লবা বাথরুমদা চঙ্‌ই। ঈশিং অঙৈংবত্তু অশাবত্তু লৈরম্মী। খোঙ্‌উপ কাপ থান্নীংলবত্তু থাবা য়াগনি। আ-দু, মচী অমদা লৈরে ব্রাশ, কাপত্তু, অমুবা অঙাংবঃ মচু অনিমক।

পোত্থাশঙগা থংনবা সোভেনির দুকান অতুদগী জাপানগী কাঙ্‌বু অদো করি করিনো পংলৈতা লৈরি। পৈশা পায়বা লৈবাক্তগী পৈশা য়াম্না য়াম্না পুতুনা লাকপনিনা লৈনীংবতা লৈরি। লাইরবা লৈবাক্তগী লাকপা ঐখোয়নিদি অতুম য়েংলগা তোক্লে।

ঙাইহাক লৈরগা জাপানগী কাঙবু অদো চৎখ্রে। মখোয়গী মতৌ য়েংতুনা পোত্থারম্বতু য়াদ্রে। লৈশাবী অত্তুগা যান্নী শাগদবত্তু উপায় লৈত্তে। অতুমা লাইরিকী সেল্‌ফ ময়াম লৈরিবা অদোমদা ওনশিল্লে, পাবা য়াবা লাইরিক য়াওরিবরা য়েংবা। সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী এয়ার-পোর্ট খুদিংদা অসুম হায়না লাইরিকী সেল্‌ফ ময়াম অমা থম্মি, লৌনীংবতা লৌতুনা পাবা য়াই, পৃথিবী লোন অয়াম্বা য়াওরি, য়ুমদা পুথিগে হায়রম্মু য়াই, পৈশানতা ভিংলোই।

মাইক্রোফোনদা লাউরক্লে, ঐখোয়গী প্লেন থাগদোরে। লৈশাবী

অহুগী অমুং অমুক ইল্লে। প্রেম মসুংদা ঐখোয়বু ক্ষমহন্নগা শহাক চংথে।

মখোয়গী পোৎ হোমবা গাড়ীসে ল্যাল্লে। হায়ভাম্মহুন্না প্রেমগা মাঙনা বাংংলক্লে। থোংমচা অসি কাপথোয়ল্লে। পোৎচৈশিং অসি প্রেম মসুংদা চিংশিনখে। মুপামতা য়াওদে মুপী ভাক্তনা।

প্রেম থাল্লে। পূং নিপাল্লোম তারে। অহুবু অমশিনবদি লায়রভুনা মুমিৎ কন্না বাংনা লৈরি।

ভাইহাক লৈরগা অচাথক অমুক পুখোয়ল্লে। ঘড়ীদা মতম য়েংভি, পূং তরামথায় তারে। অহুবু মুমিক্তি ভাগ্রি। করিমো তৌরিবসিবু মুমিৎ অসি ওসিদি তাবা কাউরবা জাৎলা? মক্রগা, ঐখোয়গী প্রেম অসিনা মুমিংকা মজেন তান্নরিবরা? তামবা য়াই, মুমিৎসু মোংচুপ পাংলি। ঐখোয়গী প্রেমসু ওসাইদগী নোংচুপ পাংলক্লিবনি। মুমিৎশা হেক্তুনা হেক হাক চৎখিবগী য়াদি লৈতে। ঐখোয়না পাইরিবসি পৃথিবীগী খাইদগী পাক চাউরবা লৈবাকী মথক্তনি। কয়ামুক চাউবগে হায়বদা, লৈবাক অসিগী নোংপোক লোমগী লমদমদা অমুকী কোরৌ মঙাল হুন্দোরকপা মতমদা নোংচুপলোমগী লমদমদা তুম্ন হীপ্নবগী থৌরাং তৌবা মতম্নি। ঐখোয়না শৌজিক পাইরিবা মকম অসিদা মুমিৎ তাগ্রবসু উগান উদেদা মরূপ-মপাং ময়াম অদো মুংঙাইনা য়াহীপ তাল্লম্মি।

চাবা থকপা লোইরগা ভাইহাক তুমথরুরমাল্লে, মিকপ থোরকপদা মখাদা থাউমৈ পরেং ভাক্তা ভায়রল্লে, – চুমঙ্গিং চুম্বা, লৈপরেং মানবা, চুথেক নাইবা — থাউমৈগী থাউমৈ ভাক্তা, মচু মচুগী — অঙৌবা, অঙাংবা শংবাম্নবা —; শংবা-ঙবা লাইজ ঈপাকথক্তা মশীং লাকঙমদবা থরো খাল্লাল থারিকথাগী কুমৈনি — লৈকা কন্না শাথকাইরবা, পোমশাৎনরিবা, পোয়িবা — মরেং মরেং চৎপসু য়াওরি, অমগা অমগা লেংথৈনবসু য়াওরি।

প্রেম তারে। অমুক চাউরবা এরোড্রোম অসি অয়ুক-মুংখিলদোমা পুমঙান ভাল্লি। উরে, এয়ারপোর্টকী য়াংলবা বিল্‌ডিং মক্তোন্দা ইরিবসে — মোস্ক্‌ভা, মোস্কো।

## মোস্কোদা

লাউডস্পীকরদা হেক চঙবগা পাখৎমচা অমা প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই, হায়রে, "ঐ অদোম্বু ওকপা লাকচরিবনি। ইমিং এন্টোন কোইজে, ইংলিশকী এন্টোনী হায়বত্নুনি।"

ঐখোয়সু ঐখোয়গী পরিচয় পীরে।

কল্লাংগী ঘড়ীদা য়েংখৎলুরে, পূং মাপনগুমক তারল্লি। করিনো তৌরিবসিবু, পূং মাপন্দি ঙসাইনা লম্বীদা লংশেল্লুরবনি? ঐগী খুদাং ঘড়ীদা য়েংই. নোংয়াই মতুং পূং অনিমখায় তারে। মোস্কোগী ঘড়ীনা ঙাওরিবরা, ঐগী ঘড়ীনা ঙাওরিবরা? অনিমকসু অমত্তা ঙাওদে। ঐগী ঘড়ীদা চৎলিবসি উলান-উদেগী মতম্নি। উলান-উদেদা হৌজিক নোং-ঙাল্লমদাইগী মুংঙাইনা য়াহীপ তাল্লবা মতম্নি। মোস্কোদনা তৌরিসিনি, তুম-হীপদ্রি। ঘড়ীদা মতম চুমথোক্লে। বেশ, পূং মঙাখায় ওইজরে।

এন্টোনা ঐখোয়গী মোস্কো-প্রোগ্রাম লানশিল্লকই। মহুদা ইবি, ঐখোয়না থুংলরিবসি দোমোদেদোভা এয়ারপোর্টনি। মোস্কোগী এয়ারপোর্ট মাপন অতুগী মনুংদা অমনি।

ঐখোয়গী পোৎচে থুংলরে, মহানমখৈ তৌবা মতৌগুম্না তাপ পায়খৎলি। "ঙাইখো ঙাইখো," এন্টোনা খাম্মকই, "কুলিবু পুহনসি।"

কদায়দগী কুলিনো মসিনা হায়রিসিবু? লৈবাক অসিদা কদায়দগী কুলিনো? সাইবেরিয়া য়োক্লুরবনি কুলিমতসু মশক উরক্তে। ঐখোয়গী পোৎচে অসুক কুইবসি ঐখোয় ইশানা পুজরকই, মত্রগা মল্লপ-মপাংশিংনা পুবিরকই।

ইমক-মরু৷ নৈরা কাউন্টর অমদা চংখিহুনা এন্টোম্না পৈশা খরা পীরম্নগা টিকেট অমা পুহুনা লাক্লে। টিকেট অদো সুট-টাই তোবা টুপী উপ্পা মুপা অমদা পীরক্লে। পীক্লে, মুপ অদো ঠেলাগাড়ী মচা ইন্দুনা লাক্লে, অদুদগী ইরেম্না ঐখোয়গী পোৎচৈশিং অদু থাক্ষৎলক্লে।

মখোয়গী কুলি হায়রবদো অসি ওইরে। কুলি ওইরবসু সরকারগী কর্মচারীনি, পোৎচৈসু মকোক্তা থোঙ্গত্তুনা পুক্লে, ঠেলাদা। মতোন্দা পৈশামতা পীবগী দরকারসু নৈতে। ওসাই টিকেট লৌকমদা এন্টোম্না পীরম্বদো অদুনা লোইরে, মদুসু সরকারগী পূকৈদা চঙখিগদৌরিবনি।

পাক চাউরবা শিং নাল্লবা থাউমৈম্না পূমতান ভাল্লবা লম্বীদা ঐখোয় সহর পাংলি। গাড়ী কম্না থৌরি। পুং তরামাথোই প্লেনদা পাইরকপগী কোক অসি মথোং মরম খঙদ্রে।

লাপ্না উরক্লে ক্রেমলিন টাৱারগী মতোন্দা লংত্রিক লংনা থোক্লিবা অঙাংবা থবাম্নিচাক। অসুম অসুম মকশিল্লক্লে। লম্বীগী ওয়রোম থংবদা ভুরেল অমা চেল্লি, মোস্কো ভুরেল। ভুরেলগী অৱাং থংবা তোর্বানদা নৈরি "হোটেল রোশিয়া", ঐতিহাসিক 'ক্রেমলিন'গী মমাং ওইরপ্পা। হোটেল অসিদনি ঐখোয়না লৈগদৌরিবা। হোটেলগী অকোয়বদা থায়মগী গির্জা তরুক হৌজিকসু লেঙদনা লৈরি।

হোটেল অসিদসু সুট-টাই তোবা কুলিনা পোৎচৈ থাংদোক-থাংজিন তৌরি। মোস্কো নত্তনা সোভিয়েৎকী মফম অতৈদা কুলি লৈতে। মোস্কোদা কুলি থম্বগী মরমদি, মফম অসিদা মীরৈবাকী লুম কোয়বা মী য়াম্না লাকই, মখোয়গী য়েংহুনা থল্লিবনি।

হন্দক্তি অমর গুপ্ত ইবানি লৈফম তিমদ্রে। মহাক্না তরুকশুবা মখোলগী ২১০ শুবা কাদা, ঐনা তরাশুবা মখোলগী ২৫৪ শুবদা।

"মিস্টর এন্টোন," অমরগুপ্তনা হায়রকই, "ঐখোয় অনিবু কা অমত্তদা নৈবা য়াররোইদ্রা? অদুমক মত্রবসু থংনবা কা অনিদা।"

"সোরি, উপায় নৈতে। হোটেল অসিদা লৈকম ফংবসি য়াম্না য়াই, অদুমনি।" এন্টোম্না খুম্মকই।

অদুবু পৈক্ষম ফংবদা য়াম্না য়াম্বিবা হোটেল অসিগী কা মনীং কয়ানো থঙবরা ? কা লিফ্ট-শিং তরুক; ইউরোপকী খুৎলাইদগী চাউবা হোটেলশিং। বাংলবা মথোলশিং অদো কাখৎ কুমথদা মিনিট অমনিদগী হেন্না চঙ্দে—লিফ্টকী লিফ্ট গ্রাক্রা, লোইনা ওটোমেটিক, স্যুইচ অমা পেৎ মেৎলগা ফোঙ্গিরে।

ঐখোয়গী থবক পূর্ম্নমক শীন্দোক্লমগা এক্টোম চৎখ্রে।

কা মনুংদা তৌরম্লিবা ময়াম অদো উবদা ঐ মিৎ কুপত্রে, কদায়দনো ঐবু থম্বিরম্লিবা অসিবু! মখাদা থাম্বিবা থোৎ থোৎ লাউবা কার্পেট অমদি মোন মোন লাউবা লুরবা ফমুংগী বাদি তোক্লসি; রেডিও, টেলিভিজন, টেলিফোন, ফ্রিজগী বাসু তোক্লসি; থাউমৈ ময়াম অসি য়েংঙুনে, মখল মভানি—লাইরিক পাবদা শীজিন্নবা, বারী শাবদা শীজিন্নবা, তুম্বদা শীজিন্নবা, মকে শেম্বদা শীজিন্নবা ..। ফিরোল থম্নবা চাউরবা আলমারী অদুদা ফি য়াম্নবা হেঙ্গার, খোঙউপ শেংদোক্নবা ব্রাশ, কাপ। ঈরুজফমদা তৌরম্লিবসিসু য়েংঙু, চাউরবা টাকিস বাথ—থায়না নিংথৌরেলগী মজাইবেম্মশিংদা মমম সুংশিনবা লাইজনা ঈমাব নিক নিক লাউহল্লগা ঈরুজবদো, সিনেমাদা উবদো—ঈশিং অশাবা অঈংবা, সাবোন মনম সুংশিবা, টাবেল অহনবা লোইনা লৈ। পোলাং অমা য়ান্দুনা লৈরি, মাসদা ফি থমজিল্লম্মু, হয়েং খোংভাল্লগা শূবা মরাইনা পুজখিনি।

হোটেল অসি মথোল কুনমাথোই শুই। মথোল খুদিংগী চা, কোফিনা চিংবা থক্নবা রিফ্রেশমেন্টরুম অম-মম লৈ। অনিশুবা মথোলগী মাইকৈ মরিদা অমদি খুৎলাইগী মথক থংবা মথোলদা রেষ্টোরাঁ লৈ—ব্রেকফাষ্ট, লঞ্চ অমদি সপরগী। হোটেল অসিগী মনুংদা দুকান কয়ামুক লৈ—লাইরিক লাইশু য়োনবা, হিদাক য়োনবা, ফিরোল, ঘড়ী, কেমেরানা চিংবা পোৎচৈ অতৈ য়োনবা, শম কককম ..। অতৈসু লৈরি—সিনেমা হোল, কন্সার্ট হোল, পাশপোর্ট ওফিস, লাইব্রেরী, ডাকঘর, বেঙ্ক ।

জাইরী ইবা লোইবগা বা অমা নীংশিংলক্লে। ঐগী অমখক্তং ওইনা য়াওজরিবা শামতুগী খোংথ্রাউ অসি ওসাই লমীদা চুক অমিমক তংখে। চুক অসি পানশিন্দ্রবদি হয়েং শেংলীংঙাই ফি লৈরোইদোরি। করিনো তৌগদৌরিবা?

শাংলবা টেবলগী ড্রোয়ার ময়াম অদো অম-মমতং মথং মথং হাংদোক্লুনা য়েংঙি। অহানবগী ড্রোয়ার অদুদা লৈরম্মী গ্লাস খরগা স্লেট খরগা, মথংগী ড্রোয়ারদা চিঠি ইননবা চে খরা, অহুম শুবদা, অমা, লৈরম্লে—'ইউরেকা' য়েতুম মচা অমদা লং অমুবা খরগা অঙৌবা খরগা য়েংশিন্দুনা। আর্কিমিডিস্‌না অদুদৈ হয়াওবা মহয়াও অদো, অদুনি ঐগীসু ওাস।

(২)

অয়ুক ওন্তো ঈরু-মায়থজদুনা ফিরোল শেংচিন্দুনা শেম শাদুনা লৈরে। এন্টোন ঙাইবা ওইনা চিঠি খরা ইরে—য়ুমদা অমসুং মরূপ-মপাং খরদা। সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা লাকপদগী চিঠি অমা ফাওবা ইত্রিবনি, কৈদৌথ্‌বা খন্নরম্লনি।

ওরাং হায়রম্বা মতুং ইন্না পূং নিপান হেক তাবগা এন্টোন লাক্লে। ওরাংদি মুন্না য়েংভুদে, ওসিদি ওন্তোক্লা বাং-চাউরমখে। বাংমনখিদুনা কোম্বুবা অমা য়াওরে। মখিৎকী আনোক অদো পন্নারদি কল্লে। মতমগী চপ চাবী পাখংনি, মশম জোম জোম লাউনা লেংজুম য়োনীং-য়োমাং থাকই, বেলবোট শেংলি। সাহেবমচাদোনা ইংরাজী ঙাওই, অঙাং ওইরিডৈদো মপাগা চহী মরি-মঙা ইংলেণ্ডদা লৈরুবমনি। হৌজিক ইন্‌স্টিট্যুৎ ওফ ফোরেন লেঙ্গুয়েজদা ইংলিশ তম্লি। অরোইবা চহীগী ছাত্রনি, অদুনা প্র্যাকটিকেল ক্লাস ওইনা ঐখোয়গী ইন্টরপ্রিটর ওইরিবা।

অমরগুপ্ত হৌরুবগা মথাগী রেষ্টোরাঁদা চংলে। মুগী ডাক্তনি অচাথক পুখোক-পুশিন তৌরিবা ময়াম অদো, লোইনমক ভাংজুনবা



মোস্কোগী টেগোর ক্লবতা



মোস্কোগী স্কুল অমগী অঙাংশিংগী মরক্তা

ইউনিফোর্ম শেংলি। প্রবীনলায়রাজ্যনি হায়বা য়াই। কাউন্টরদা লৈরিবা ক্লার্ক, ফ্লোরদা লৈরিবা ক্লার্ক—লোইনা নুপীনি। নুপাদি খাসি-পূর্ণিমাগী মতৌনি।

চাউরবা রেস্টোরাঁ অমদু থুংলা টেবল ময়াম অমা থারি। টেবল অয়াম্বা মীনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা ফম্লি। পৃথিবীগী জাতি পূম্নমক পূল্লয়ে মফম অসিদা - জাপান-ভিয়েৎনামদগী হৌদুনা আরব আফ্রিকা ইউরোপ-আমেরিকা লোইনা তিল্লে। লৈবাক অমমা লৈবাক অমবু য়েংলি, বাদি ঙাওনদে—কয়া লাপ্নরম্বা, হৌজিক্না কয়াতা নকুরবা; কয়া খেন্নরম্বা, হৌজিক্না কয়াতা মান্নরবা। নীংশিংলকই বিশ্বকবিগী শৈরেং অদো—

"হেথায় আর্য, হেথা অনার্য,
হেথায় দ্রাবিড় চীন—
শকহূনদল পাঠান মোগল
এক দেহে হল লীন।"

মফম অসিদা আর্য, অনার্য, দ্রাবিড়, চীন, শক, হূন, পাঠান, মোগল—লোইনা হকচাং অমত্তা ওইনা পূল্লয়ে।

খঙদবা মীনা পংঙাং ঙাওনৈ পক্‌শক শক্লে —সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা মীয়ৈবাক্কী মী থোইনা চঙহন্দে, চঙহল্লিবা থবা অদুবুস্থ করিমত্তা উহন্দে করিমত্তা য়েংহন্দে। কয়া য়াম্না লানখ্রবা রাখলনো! তাসকেন্টতস্থ উবক্লে, লাপ্লবা সাইবেরিয়াদস্থ উবক্লে, মফম অসিদস্থ উরি মীয়ৈবাক্কী লম কোয়বা লাকপা ময়াম। করিগতা উংন্দ্রবদবু করিমতা য়েংহন্দ্রবদবু শেন অস্থক য়াম্না লংশেক্কনা অস্থক য়ামখ্রবা মীশিং অসে কৈদোনবা লাক্কদৌরিবা? ঐখোয়বুদি মখোয়গী স্টেট-গেস্টনি ফবে, পৈশামতা তিংদে। অদুবু মী অতৈসিদি অয়াম্বা মরম্নাইগী থয়চনা কোয়বা লাক্রিবনি।

ব্রেকফাষ্ট লোইবগা গাড়ীদা তোংখত্তুনা থোরক্লে। লম্বী মপান্দা চেল্লি মোস্কো ভুরেল, ঈংনা তপ্না চীং-লেন্না। তোর্বান অনিমক পাকা চনশিনবিরবনিনা য়াম্না লৈবাকমচা তারে, তোর্বান নমথায়গে ঈচেল জোংগে হায়বা রাখল থাদোকখ্রে। ভুরেলগী মথক্তা শাবা থোংনম্বাম্না

তোর্বান অনি শম্নরল্লি। তুবেলগী ঈমায থক্তা ষ্টিমার অমত্তু লৈরি।

এক্টোয়া লম্বী-থোং তাক্লি, মথং মথং—ডিমিট্রোভ ষ্ট্রিট, ওক্টোবর স্কোয়ার, লেনিন এভিন্যু, গেগারিন স্কোয়ার...। গাড়ী থৈদোক-খৌজিনদা অবাবা লৈতে, ওভারব্রিজকী ওভারব্রিজ ডাক্তা। লম্বীগী নাক-য়েন্তা হৌরিবা হৈপাল লৈপাল হৈকোল লৈকোল মথাম্বা সহর অসিমু ইশং শংনা থল্লি। সোভিয়েৎকী সহর অযাম্বা 'গ্রীন-সিটি'নি, অদুমু মোস্কোনা খ্বাইদগী শংবা হেল্লি। মোস্কো সহর অসি চীংথক্তা শাথিবনি, চীং তরেৎ তেম্খাইদুনা। অদুবু হৌজিক্তি থঙবদা য়াবে।

লম্বীগী মচী মচীদা উপু অম-মম থিন্দুনা লৈরি, টেলিফোন বুথনি। কোপেক অনিচং থাদরগা টেলিফোন তৌরুবা যাগনি, লাপ্প-নকপা, মতম কুইব কুইদবগী বা লৈতে। কযাম্তা হোঙখ্রবনো! টেলিফোনগীতা নকে, ট্রামগী ভাড়াস্ম কোপেক অহুম, ট্রোলি কোপেক মরি, বস কোপেক মঙা, মেট্রো কোপেক মঙা। অমুক পীথিবা অদুনা কুম্মু কুমথক্রিথৈ সুমিং চুপ্পা তৌংবা যাবে।

ঐখোয়না চংলিবসি স্কুল নম্বর ২৬ শবদনি। স্কুল অসিগী ওজা অমদি ছাত্র-ছাত্রীশিংনা চালাইনা ক্লব অমা লৈ, মমিং 'টেগোর ক্লব' কৌই। ভারত-সোভিয়েৎ লৈবাক অনিগী সংস্কৃতিবু ফজনা থঙনবা হোৎনবসিনি ক্লব অসিগী উদ্দেশ্য। নিপালশুবা ক্লাসকী ছাত্র অমনা ক্লব অসিগী সেক্রেটারীনি। ছাত্র অদুনা মশাথক্তা রাশিযান্দা হন্দোকপা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'চেনী হি' হায়বা শৈরেং অদো থীদুনা তাহল্লকই।

রবীন্দ্রনাথকী চাউরবা অযেকপা লাই অমা ফব্লাংদ থেংলি, কবিগী পুন্সিগা মরী লৈনবা ফোটো কযাম্তু। ভারত সোভিয়েৎ লৈবাক অনিগী মরীদা অনৌবা যাওল অমা পুরক্লম্বা জবহরলাল নেহরুগী ফোটো ময়াম অমত্তু থেংলি। ভারতকী সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী শক্তম অমা উৎপা ওইনা ভারতকী লাইথিবী কয়া, অয়েকপা লাই কযা অমত্তু ফজনা থল্লি।

ক্লবতা লাক্লম্বগী নীংশিংনবা ওইনা ঐখোয়বুসু থৃদক অদুদা মেম্বর

ওইরম্লে। "মেম্বর ওইরবশিনা ক্লবকী দায় খরদি পূবদা ঐস্সু য়াওরে।" ঐনা ওজা অমদি ছাত্র-ছাত্রীশিং অদুদা হায়, 'অদুনা কয়েং ঐনা হন্‌খিবগা মণিপুরগী লাইথিবী অমা ক্লব অসিগীদমক থারকনি।"

ভারতকী রাজ্য অয়াম্বগী লাইথিবী ক্লব অসিদা লৈরি, মণিপুরগী উদবদুদা শুংঙাইতবা অমা ফাওরকই।

"থাবিরক্লবদি ঐখোয় য়াম্না হরাওজগ'ন। অদুবু মফম অসিদা লাক্লম্বা মী অয়াম্বনা অদু থারকনি অদা থারকনি হায়রম্লগা য়ুমদা হন-খিবগা হেক্তা কাউখি।" ক্লবকী প্রেসিডেন্ট বোকোভামা করিমতা লৌথুপ-লোকোই তোদনা হায়রকই।

য়ুমদা হল্লক্লগা ঐস্সু মমা কুইনা বাশক ভাকপা ঙমখিদে, অদুবু ভাক্তি ভাকখি।

স্কুলগী ক্লাস খরদা চণ্ডদুনা য়েংলুরগা থোরক্লে। মাঙদা তুরেল অমা চেল্লি, মমিং 'ইয়াউজা' কৌই। মোস্কো সহর অসিদা তুরেল ফনা য়াম্না চেল্লি, অদুবু মখোয় অদুনা চখোক চৎশিন্দ করিগুম্বা অশনবা অমত্তা পীবা ঙমদে, থোংগী থোং ভাক্তা মখোয়গী মগক্তা।

লক্কী মতম ওইশিল্লক্লে। ভসিদি প্রোগ্রাম মতুং ইন্না ওষ্টানকিনো টি-ভি টাবার মতোন্দা চাক্লেন চারুবা তাবি। টাবার অসি মোস্কোগী চিদাই অংদা লৈ। মনাক ফনা নকশিল্লবা ফাওবদা লৈচিন পারপ লৈবদুনা ওইরমাল্লে টাবারগী মতোন অদো উবা ফংদে। টাবার অসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী বাংবা টাবারনি, মিটর ৫৩৩ বাংই। টাবার অসি টোন ৫৫,০০০ লুমই। অদুবু অঙকপদি, অনুক বাংখ্রবা অনুক লুমখ্রবা টাবার অসি মতোন্দা মিটর ১১°৬৫ ফাওবা চেপথোক চেপশিন য়াই। মসি শোক ১৯৬৪ দা শাবা হৌই অদুগা ওক্টোবর বিপ্লবকী চহী ৫০ শুবা কুমঙল পালন তৌবা মুঙিত্তা শঙাখি।

টাবার অসিদা অচাথক তৌবসি খেপ খেপ লাই। মী ক্রিক ক্রিক ইরে, টিকেট মাংজোনবা ককহৌত্রবদি সীট ফংবগী বা লৈতে। ঐখোয়গী মতম ভাইহাক বাংলমদুনা ভাইহাক অদুবাইদা কোয়াৎ চঙ্ক্রবা লৈরে।

পংকুইদি কুইদে, মমাংগী খেপুত্ত চারেন চারুবা কাওবু অদো কুমথনরক্লে। ঐখোযসু ঐখোয়গী পাল্লি য়োরক্লবনিনা কাখৎলে, সিড়িদা লত্তে, লিফ্‌ট ভা; অদুক বাংখ্রবা মতোম অদো মিমিট অমদা। টাবার মতোনদা লৈরিবা লেক্টোযাঁ অসিগী মমিং 'সেভেন্থ হেভেন' কৌই— তরেৎশুবা স্বর্গ। তরেৎশুবা স্বর্গ হায়বসি শাস্ত্রগী মতুং ইন্নদি স্বর্গ পুম্নমকী অখোইবনি, স্বর্গ পুম্নমক্কুগী মুংভাইবা মফম্নি। হিংনা হিংনা তরেৎশুবা স্বর্গদা কাবা ফংলবা! ঐখোয়গী মুংভাইবগী থাক অদো ময়াম্না অতুম খন্তুবিরে।

স্বর্গ অসিগী মখোল অছুম্নি—শেম্লেংগী মখোল, সনাগী মখোল, অমদি লুপাগী মখোল। খ্বাইগী মখা থংবা লুপাগী মখোল অদুদা ঐখোয় থুংলুরে। পোৎ-চৈ পুম্নমক লুপাগী মচু ভাক্তা—টেবল চৌকি পর্দা কপ প্লেট—লোইনা। সনাগী মখোলদনা সনামচু ভাক্তা, খ্বাই মথক থংবা শেম্লেংগী মখোলদা শেম্লেং মচু। মী ময়াম ফমথনবগা স্বর্গ অদে ভপ্পা ভপ্পা লৈবা হৌরকই। রেষ্ট্রেসশিংনা অচা-থক পীররে। মখোয়গী ইউনিফোর্ম অদু শংবানবা মচুগীনি, এয়ার হোষ্টেসকী ইউনি-ফোর্মদোনা, এরোপ্লেন নত্রবসু মোংমদোনথক্কনি, অদুমনি। তপ্পা তপ্পা লৈরিবা স্বর্গদা ফমদুনা স্বর্গগী অথুম-অগাওশিং অদো চানা চানা মর্ত্য য়েংবা অদুদি পুক্নিং অসি নুংঙাল্লি। মর্ত্যগী মোস্কো সহরদা লৈরিবা উপ্নদোনা খিল্লিবা য়ুম-কৈ, মেকা মফম, হৈকোল-হৈকোন, লম্বী-খোং লোইনা শাম্নপোৎ ওনখে। লৈচিন কোংফাই থাংবনা ময়েক শেংনা উবদি ভমদে। পুংমুক অদুগী মমুংদা মরি মভারক লৈয় লৈরদুনা মর্ত্য য়েংহল্লগা স্বর্গগী শরীক খীংলক্লে—ক্রিং ক্রিং ক্রিং ··, ঐখোয়গী স্বর্গবাসকী মতম লোইরে। ভাইহাক্তংগা হৈথখিগে য়াবা পোৎ লত্তে। স্বর্গগী কৈরাক অদুদা শর ··· মিৎকুপ অমগী মমুংদা মর্ত্যগী জীব অমুক মর্ত্যদা। স্বর্গদগী তারকপগা মর্ত্যগী হবা-মুং শৎকা চায়দগুনা স্বর্গগী মখোঙ অদুবাইদা লৈরিবা হৈকোল লৈকোলদা ভাইশাক বিহার তৌদুনা লৈরে।

কুইরোদে, গাড়ী অমুক লাক্লে। হনক্লা কদায়দা পুবিদোরিবা?

সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী চাওথং-খোঙথাংগী মেলা মফমদা—এক্সিবিসন ওফ দি ইকোনোমিক এচিভমেন্ট ওফ দ ইউ-এস এস-আর। মফম অদো য়োকপা এক্টোয়া গাইড অমা গাড়ীদা হাপকৎলে। গাড়ীদা তোংলগা কোয়দোয়িবনি মেলা মফম অসি, মক্রদি যোংমদা থুংবা ওয়বগী বা লৈতে।

মেলা মফম্না কোল্লিবা লম অসি হেক্টর ২১১ নি, মনুংদা হৈকোল লৈকোল পুখ্রি-পাৎনা চিংবা কয়াসু লৈরি। মেলাগী চাউরবা শঙ ১৫০ নি, অদুগী মথক্তা শা-ঙণ উচেক-রায়া থম্নবা লম্পাক কয়ানি।

চঙবগা অহানবমক্তদা লৈরি পিপল্স ফ্রেণ্ডশিপ স্কোয়ার, মনাকমক্তদা পাং অমা, পাং ময়ায় অদুদা পিপল্স ফ্রেণ্ডশিপ কাউন্টেন ইকোয়-কোয়শিন্না ঈশিং ঈরুৎ কাপ্লি, ময়ায়দা জাতি কয়াগী মূর্তি, ঈমায়দা লৈয়াং কয়া শাৎলি।

থরা চংলগা লৌউ-শিংউগী মেলা। লম্পাক অমদা শা-ঙণ ময়াম অমা খাজিন্দুনা থম্লি। মনাক অদুদা পাং অমা, পাংকী ময়ায়দা গোল্ডেন স্পাইট কাউন্টেন—সনামচুগী চাউরবা গেহু-চরোং-মতোম্দগী ঈশিং জ্বাই জ্বাই চাইথরি।

য়েন য়োকফমদা চঙ্ই। চাউরবা শঙশাং অমদা য়েন ময়াম অমা য়োক্লি। খুৎনা অমত্তা শোক্তে, মেশিন্না লোইনা—য়েনগী মডিঞ্জাক থাবা, ঈশিং পীথকপা, মরু লোথোকপা, মকোল শেংদোকপা পুম্নমক মেশিন্না তৌই। য়েন লোইফম্নি হায়রুনা মমখিবগী বা কা লেতে।

মফম অদুগী গাইড অদো অহল ওইরে। ওাঙ্বতা মত্তে থবকশু য়াম্না ফবা জাংনি সুপা অসি, মদুগী খুদমদি মথমাক্তা য়াল্লিন। তকমান প্রসিনি—'হিরো ওফ সোসিয়েলিষ্ট লেবর' মিংথোল ফংবগী তকমান। ফরুাংদসু ফোটো থরা থেৎলি, য়েন লোইবদা ময়ামগী ফিদম্নিংঙাই ওইরুব-ওইরবীশিংনি, সরকারনা মিংথোল পীতুনা সন্মান তৌরবা ডাক্তনি। মথোয়গী মনুংদা য়াওরি ইরিনা গোবুর্নোভা, মতোমতনা য়েন ৭০,০০০ লোইহুনা রেকোর্ড থম্নবী।

পাত্তাঁদা অমুক কাখৎলে। মফম অমত্তদা কুইনা লৈবগী মতম ঐখোয়গী লৈতে। য়েংলিবসি হাইকেৎ হাইফেত্তংনি —ইংরেজীদা 'বার্ডস আই ভিউ' হায়বদো। লম্বীগী ওয়-য়েত্তা হৈকোন-লৈকোন্দা মপুং ফায়বা হৈরাং কয়া পাল্লি ফজরবা লৈরাং কয়া শাৎলি, খোঙনা চৎপা মুপী-মুপা অহন-অঙাং কয়াসু য়াওরি; অদুবু কনামতনা হৈরাং অমা হেক্তে লৈরাং অমা থত্তে। ঐখোয়গী মণিপুরদা ওইরবদি লোইরনি। কংলা পার্কগী ঈশিং মনুংদা লৈরবা ঙা ফাওবা খাঙ্বা ঙ ত্রিবদিদা।

পাৎমচা অমা লৈরম্মী। ঈয়াইদা 'ষ্টোন ফ্লাবর ফাউন্টেন।' মতম্না খুয়োৎনবনিনা পোভিলিয়ন পূম্নমক লোইনা য়েংবা ওইথোক্লে, অদুনা মরু ওইবা খরতং য়েংবা লেপ্লরে।

মরু ওইবা পেভিলিয়নশিংগী মরক্তা কোস্মোনোটস পেভিলিয়ন অসি অমনি। পেভিলিয়নগী মমাংমক্তদা চাউরবা রোকেট অমা য়ুং-থত্তুনা লৈরি, কাপথৎকদগী ঙাইরি। মফম অসিদনা থ্বাইদগী মী ক্রিক ক্রিক ইরবা হেল্লি। সোভিয়েৎ ইউনিয়নমা রোকেট থাগৎপা কৌবা ভূমিত্তগী ভসি ফাওবদা থাগৎখিবা স্পেস ক্রাফ্ট সেটেলাইট পূম্নমকী মওং অম-মম মফম অসিদা উত্তুনা থম্লি। য়ুরী গেগারিন লৈরি মহাক্কী স্পেস-শিপ অদুগী মনুংদা। লাইক', তুগী মপোক্তা পোক্লবসু শুন্যংদা পাইরুরবনি। মহাকসু লৈরি মহাক্কী শুন্যং-জাহাজ অদুগী মনুংদা। ভারতকী হন্দক্তা সোভিয়েৎকী মতেং লৌদুনা থাগৎখিবা 'আর্যভট্ট'সু য়াওরি। সোভিয়েৎ অমসুং আমেরিকা লৈবাক অনিনা ইকুই-কুইদনা শুন্যংদা খুৎশমরুবগী নীংশিংনীংঙাই ওইরিবা সোয়ুজ অমদি এপোলো—অনিগুমসু লৈরি কোয়রৈ লৈদুনা নাকল অমদা।

খোরকপগা অমুক চৎলে পাইয়োনিয়ার্স পেভিলিয়নদা। মসিদসু মীনা চিৎন-চায়নবা ঙমদে। সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী মফম খুদিংদা পাইয়োনিয়ার্স পেলেস ময়াম অমা লৈ। পেলেসশিং অদুদা স্কুলগী অঙাংশিংনা মানা মানা হৈনবা থবক কয়া তমই। হায়রিবা অঙাংশিং অদুনা শারকপা কলকব্জা অমদি মেশিনগী পোৎচৈনি মফম অসিদা উৎলিবা।

লৈত্তিলিয়মগী অমুংদা অভাংলিংবা শারকপা প্লেনমচা ময়াম পাইরি, কার বস ট্রাম ট্রেন চেল্লি, ট্রেক্টর ক্রেন কয়াস্থু য়াওরি। ময়াম্না য়াম্না ওমলিন্নরিবা অকম অমদা ঐখোয়স্থু চঙলিল্লি। গাইড সুপী অদুনা হায়রকই, "ইলেকট্রোনিকী পোৎচৈনি অভাংলিংবা শারকপা।"

গ্রামোফোন উপুদোনা উপু খরা লৈরম্মী। সুপী অদুনা হায়রকই, "পায়রিয়ু মরী অসি।"

ঐস্থু করিমত্তা খন্দনা পায়। সুপী অদুনা অদুনা সুইচ খরদা তাপ তাপ মেৎলি। অদুদগী চেজেৎ অমা চোংথোরকই – নঙগী চহী অদুক শুরে। ময়াম্না হংঙকই, "চুমব্রা?" ঐনা খুমই, "দা দা, চুমই।"

উপু অমগী মরী অমুক পারহল্লি। সুপী অদুনা ওসাইগীদোনা সুইচ তাপ তাপ মেৎলি। চেজেৎ অমা কম চোংথোরকই – নঙ ড্রাইভর ওইবা য়ারোই। ময়াম বা লাউনা নোকই। ঐগী কিভম মতাসিগা হায়দোরক্লিবদুগা নোকপা য়াই!

উপুমচা অমগস্থু লৈরি। "করিগীনো অসিমনা?" ঐস্থু চিগাং খলাং ওইনা হংদোক্লুই।

"লমচৎ-শাজৎ তাক্লমবনি।" খুম্মকই সুপীদুনা।

ইমাইপেমা, শোয়বু শোয়রমগনি! ময়াম মমাংদা ঐগী লমচৎ শাজৎ হায়দোরকপা! ঐ লৈথোকচরে। থোমা ফরবা পাথংমচা অমা অমা চঙশিল্লকই, মরী অদো পায়খৎলি। সুপী অদুনা সুইচ তাপ মেৎলি। চেজেৎ মচা অদো চোংথোরকই "ইবো, নঙগী লমচৎ অসি......।" পাথংমচা অদো মমায় ইচপম্মুক ভাঙই।

মকম অদুদগী থোরক্লগা অচৌবা শঙ অমগী গেট ফাওবা খিঙ্খিন-বিরম্লগা ঐখোয়গী গাইড অদো বিদায় লৌদুনা চৎখে। মী ময়াম ক্রিক ক্রিক ইম্মনা চঙলি। করিনো খঙদে, হংস্থু হংলুদে। এন্টোন্না টিকেট কল্লগা ঐখোয়স্থু চঙ্লে। চাউরবা ইকোয়-কোয়শিনবা শঙ অমগী মপুংনি। কলকত্তাগী বিরলা প্লেনেটোরিয়াম মাল্লি। সুপী সুপা পাথং-লৈশাবী ময়াম্নি তিল্লিরদো, ক্রিক ক্রিক ইম্মনা লেপ্পরি মম্লি মম্লিবা অদুগা।

ঐখোয়গী চৈথাক্তা ওইয়বদি—হা অদুনা থেংজিল্লম্মে, হা খুজিল্লা শিক্-কম্মে, হা মথোঙমা নেৎলম্মে হায়দুনা নুমিৎ খুদিংগী কোকাই-লুকাই মথনি। মখোয়গী অসিদদি কনানস্ব কনাবু থেংগে খল্লদে, লোয়দুনা থেংলুরবস্ব করিস্ব খল্লদে, মযাম অদো চেক মোক লাউদনা কুম্মে অদুম য়েংবৈ। ডোকুমেন্টরি পিকচরগুম্বনি উৎলিবদো—সোভিয়েৎকী রিপাব্লিক ময়াম্না সংস্কৃতি, বিজ্ঞান অমদি অর্থনীতিদা চাওখৎলক্লিবা অদুগী শক্তম। চুম্নগী ফীজংদা মক্তে উৎলিবদো, হোলগী মথক্তা ইকোই কোয়না লৈরিবা ফল্লাং অদু কোয়থুং খুংনা, মাইকৈ পুম্নমক্কগী য়েংবা য়াই।

কুম্মে য়েংবা লোইবগা মেলা মফমদগী থোরক্লে। পুং তরেৎতা সর্কাস য়েংবগী প্রোগ্রামনি। খুত্তা মতম খরা লৈরি। "অদুদি মতম খরা লৈরিবসি, চৎসি, অণ্ডারগ্রাউণ্ড মেট্রো তোংলুসি।"

ঐগী প্রস্তাব অদো থাজৎপগা অদুম পাস তৌরে। তৌফমস্ব থোকই। মোস্কোদা চৎলুরগা মেট্রো তোংলক্লে হায়রদি হয়েং মীনা করিমো ঐবু খনথিগদোরিবা। আগ্রাদা চৎলগা তাজমহল য়েংদনা কনবদি তৌরোইনা ঐস্ব।

অদুগীস্ব মথক্তা ওসিদি স্বর্গ কাদুনা য়েংলুরবনিনা পাতালস্ব কুমদুনা য়েংনীংলক্লে। অদুনা পাতাল কোয়বগী খুদোং চাবা অমা ফংলিবসি মাঙ্গোকহনবা চুমদ্রে খল্লে।

পাতালদা কুমথকম হেক য়োবগা ঐখোয়গী কার অদো থাদোকখ্রে, তোরেন ঐখোয়না ফুং লাউনা কাওগৎলককম অদুদা লৈরম্মু, হায়দুনা।

কুমথকম অদুদা মীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নরি। ওয়রোম থংবদা মৈথ্রবীদোনা মী ময়াম অমা কৈম্নুংদগী পাইথোরক্লি। য়েৎলোমদা ঐখোয় ময়াম্না লৈম্নুং চংগদগী হোৎচিল্লি। খোঙথাং তপ্না অমত্তা য়াওদে, চৎলিবরা চেল্লিবরা খঙদে। কুমথকম অদুগী নাকন অমিদা পুলিশ অমিথক্তুং লৈ, টিকেট করুনবা ক্লার্কফা অমত্তা লৈত্তে। কুমথকম মনাক্তা উপু অমা লৈরিবদুদা কোপেক মঙাতং থাদরম্লগা লোইরে।

হেক্তা কুমথখো। টিকেট কক্লুনা ময়ামগী মতম অমুক মাহুহনবগী দরকার লৈতে।

কুমথকম অদুদা ভাইংগাক ভকচানদুনা লৈরুরে। মথাদা কুমথ-গদৌরিবদো সিড়িদা খোঙনা কুমথগদবা নত্তে। ররবগী জ্ জ্ চেনবা সিড়ি অমগী মথক্তা খোঙ থারগা লোইরে, অদুম পুথজখিনি। অমুক্তা খঙত্রিবনিমা জ্ জ্ চেন্থরিবা সিড়ি অদুদা খোঙ থাগদবদো খঙ্গানদুনা মিৎকুপমুক লৈথোক্লুরে। তুংলোমদগী কনানো অমনা খংঈব ইল্লকপদা সিড়ি মথক অদুদা ওদুম তারে। য়েংখোকখিবদা লৈশাবীমচা, অমা ওইরম্লে, ঐ অদুম শাউদ্রে। অদুদগী ময়াম্না তৌরিবা অদুম কায়না রেল্লিং পায়দুনা ঐসু অদুম নাম্নরে। য়াম্না থুনাংবা কাওবুনা সিড়িনা চেন্থরিবদুদা পেল্লক্লদুনা মখোঙ্না গ্রং গ্রং চেন্থনবসু য়াওরি। ওয়-রোমগী সিড়িনা মী ময়াম অম-মুক পুশৎখি।

সিড়ি অদুনা প্লেটফোর্মদা থম্বিরম্লে। কয়াক্তা নানথবা প্লেট-ফোর্মনো! নাপী মকা অমত্তা তাদে, উকুন মরীক অমত্তা পক্তে। লৈমুংনি হায়বা খঙবা ঙম্দে, পুমডাম ভাল্লি, ঈংসু ঈংদে শাম্ন শাদে। ফল্লাংদা সিলিংদা ফজ ফজরবা লৈরোং ভাক্তা য়েক্লি।

মোস্কোগী মী অয়াম্বমা মেট্রোদা চথোক-চৎশিন তৌবসি পাম্লে। মরমদি লৈমুংগী রেল অসি তোংবা মুংঙাই, য়াম্না য়াওই, উফুন-রাইফুন চেন্দে। ভাড়াসু কোপেক মঙা অদুমা লোইরে, লৈমুংদগী কাবু কাখৎত্রি-মখৈদি মুমিৎ চুপ্পা তোংবা য়াই। ট্রেন ভাইনবদা মতম মাঙমাংঙাই লৈতে, মিনিট খুদিং ট্রেন অম মম। ট্রেন অমা তোংবা নংহৌত্রবসু হালীংঙাই লৈতে, মথংগী মিনিটতা ট্রেন অমমুক থুংলগনি। য়াঙবগী রাদি হায়দুনা কায়দে, পুংদা কিলোমিটর ৯০ দগী ১০০ ফাওবা। ট্রেন হেক লেপ্পগা মতোমতা থোঙ হাংদোকচরকনি, হাংদোক্লিরৈঙদুদা শৎ শৎ কাখৎহৌরো, অমুক মতোমতা থিংজিনকখ্রিনি। লোইনা ওটোমেটিক্লি।

কাথোক-কাশিন অদো ফনদুম মুংঙাই। ঐখোয়সু অভাং মচা শারে, ষ্টেশন অনদগী ষ্টেশন অমদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরে। ভসাইগী

কোপেক মপ্তা অদো শেন্দোইগা শেল্লেপকা থেক-থেক্না হুজিন্নবা তৌরে। মেট্রোগী ষ্টেশন কয়া য়ামই ৯৭ নি, ট্রেনগী লম্বীনা ৭, শাবনা কিলো-মিটর ১৮০। মোংমদা মী লাখ ৫০ রোম পুখোক-পুশিন তৌই। ওসি ওয়াং শাবা নত্তে, শোক ১৯৫৬ তনি।

পাতালদগী পোন্নকপগা ঐখোয়গী গাড়ী অহুদা অমুক কাখৎলে। হন্দক্কি নিউ মোস্কো সর্কাস পাংনা। মখোয়দা লৈরম্মী রাশিয়াগী অখোইবা 'পিশাচিয়েক' লিও টোল্‌ষ্টোয়গী নীংশিং ফুরা; চাউরবা সিমেন্ট্র অমা, মসিদা য়াম্বীপ তাল্লিবশিংগী মপুংদা খ্রুশ্চেভস্‌ য়াওরি। খরা চৎলগা লৈরম্মী লেনিন-চীংগী চীংথক্তা ফাওরবা মোস্কো বিশ্ববিদ্যালয়, রাংলংবাংলবা ফুরা-দলান কয়াগা লোয়নবা। অহৃদগী লেনিন ষ্টেডিয়মগী মনাক্তা নিউ মোস্কো সর্কাস।

লেঙথ্রবা হোলনি। ফনা পাক-চাউই কোল্লিবা লম অদো। মিংশেল্লা ইকোয় কোয়না থাজির্ল্লি। অকোয়বদা কা ময়াম লৈরি—ফিরোল থম্ফম, রেষ্টোরাঁ, সোভিনির য়োনফম ..। ফিরোল থম্ফম কা অসিদা টুপী, ওভারকোট, ছাটিন .. লোইনা থম্লম্বা যাগনি। সোভিয়েৎকী ওফিস, ফেক্টরী, স্কুল লাইব্রেরী ..পুম্নমক্তা অসিগুম্বা ক্লোক রুম অম-মম লৈ। মশা শোনবা মমম্মা থবক অতৈ শূবা ওয়োইদবা মুপী-মুপাবু ক্লোক-রুম পাম্মহল্লি।

মপুংদা চঙ্‌বগা উরে থারিবা সীট ময়াম অদো, লিৃশিং তরুক্লোম ওইগনি। গেলারী ওাক্তনি লৈম্মুংদা চম্থদুনা শাবা, মাঙলোমদা ওমথখি্র। খ্বাইগী মথাদা ময়ায় ওইবা ষ্টেজ।

ঐখোয়না ফম্লিবা মাইকৈ অসোমদা মীরৈবাক্তগী লাকপা মীনা অয়াম্বনি। থংলনা ফম্লি আফ্রিকাগী চাউ-শাংলবী মুপী অনি-ছুম অমসু। ওসাই তয়েংশুবা স্বর্গদা চাক্রেন চামিন্নখিবা মুপা অমসু লাক্লি, ঐখোয়বু উবদা লোকশিল্লম্মী, মরোল অদুদি খঙদে—'নখোয়সু য়েংলিবরা' হায়-রিবা জাৎনি।

ঙাইহাক্তুংদা অদুক য়াম্বা সীট অদো অমত্তা হাঙথিদ্রে। য়েংনখ্রুবা

অদুদ ওইবে হয়াওকুমৈ অসি। সিনেমাদা সীট হাওদে, সর্কাসতা সীট হাওদে, থিয়েটরদা সীট হাওদে...। মোস্কোদতা মত্তে সাইবেরিয়াদসু উবরকবনি। হোয়, অদুগীবুদি য়েংবা ভুত্বগী মপাঙ্গল লৈবতুনা য়েংলিবনি। কুরিং খাউনা খালি ওইরদবু কদায়দগী সিনেমা, ড্রামা, সর্কাস?

সর্কাস হোয়ে। কুমশি অসি ফ্যাসিজমবু জয় তৌবগী ৩০ শুবা কুমওম পালন তৌবা চহীনি। অদুনা থৌদোক অসিগা মরী লৈননা বেলে অমমা কুমৈ হোয়ে। অদুদগী মথক্তা প্লেন মচা অমগী মনুংদা মশক-মতৌ ফজরবী লৈশাবীশিংগী শরিৎ-শরাগী কুমৈ। কুমৈ ভাংকক অমা লোইবগা থুবাক ময়াম প্রোক প্রোক ··ময়াম পুম্নমক তান চপ চপ চানা। ক্লাউনগী কুমৈসু লোম খত্রবা ফাওবদা পূক্লি পায়দুনা খাওই। স্টেজ অসিনা তৌরিবসিনা করিনো? কুমৈ অমা লোইবগা লৈনুংদা শর্ চৎখি, নাকন অমরোমদগী অমমুক শর্ থোরকই। মরক মরক্তা ষ্টেজ শেমদোক-শেমক্তিন তৌবদা মতম মাঙহনবগী রা লৈতে। শা-কৈ শামু শগোল ময়ামগী কুমৈ তু খ্যাউ খ্যাউ চুংবা ভাক্তবি। খ্বাইদগী নুংভাইবদি কাজাখ লাম্মীশিংনা শগোল থৌবগী কুমৈ অদুনি—নুংশিংকী মমাং থানা চেল্লিবা শগোল মওক্তা য়াল্লি, মনঙ্গদা লোংমা তোংজি, মথবাক্তা নপ্লি, মখোঙদা য়াগ্নৈ— মিং কুপ্না য়াদে, মিচুন তিং তিং লাউরি।

কুমশি অসি পৃথিবীগী নুপীগী কুমজানি, অদুনা অরোইবদা উৎসব অদুগা মরী লৈনবা জগোই অমা।

( ৩ )

অমুক্তা গাড়ী ভাইনবা ওইনা হোটেলগী লোবিদা কোয়চৎ-চত্তুনা লৈরিবৈদো ভারতমচা তত্রৈৎ-নিপাল্লোমগা কোক থেংনরুরে। অদুদগী য়ারী লিশাং থাখ্রে। কবিগীনো ডেলিগেসন অমনি। ভরাংতা

থুংলবনি। য়াম্না কোযকুখিগদৌরি মখোয়, খা তরুককলোম লৈবাক অসিদা লৈগখৌরি। ত্রিপুরাদগী বর্মন কৌবা মুপা অমসু য়াওরি। মহাক্তি মশাসু লাইরেংখিগনি হায়। মধ্য প্রদেশকী এল-এল-এ অমসু য়াওরি। মাকম অমদগী পঞ্জাবী অনি অমসু চঙ্লকই। পঞ্জাবী উবদা মীংশিংলকই, ডরাং হোটেলগী ক্লোর কার্ক মুপী অতুমা ঐভোম্মা হংলকপদো—"মিষ্টর সিং, কৈদোরে? হাকুমদি কোয়েৎ য়েৎলকই, কুমশি য়েৎলক্তদি কৈদোরে?"

মোস্কোদা ফার্লং খুদিংগী ভারতমচা অমম-মম থেংনৈ হায়বদো চুম্বা জাৎ ওইরে। ডরাংসু এক্সিবিসন মফমদগী থোরকপদা ছাত্রমচা খরা থেংনৈ। মখোয়সু থা-তরুককলোম ফাগদোরে লৈবাক অসিদা লৈরিবা, ট্রেনিং অমগী লাকপনি। ইরৈবাক্তা হন্না যেংনত্রসু মীরৈবাক অসিদদি হেক উনবগা লেঙ্গোরে, ঈ-পাউ হংনৈ—বযা কুইরে লাবপা, করি থবক্তীনো, করি করি উরে, কয়া কুইনা লৈখিনি?

ঐখোয়গী য়াত্রী লোইররোই হাযবা খঙলমাগ্রে, এন্টোন চংঙগ্রে, গাডী লাক্রে হাযররে।

হৌজিক গোর্কি-লেনিনস্কিযেদা লেনিন মিউজিয়ম থেংবগী প্রো-গ্রামনি। মোস্কোদগী কিলোমিটর ৫৫ রোম লাপ্লি।

ওসিদি মোস্কোগী হবা-মুংশিং অসি মওং অমা ওৌই, অমুক ভাম্লোকই, অমুক মুংগা শাই, অমুক লৈচিন থায়। ডরাংদি থোইনা ঈংদে। ওসিদি গাড়ীগী মিংশেন অদো হাইদোকপা যাদ্রে। খরা চৎলগা সহর মমৈ যোরক্রে। লম্বীগী ওয যেক্তা অনৌবা য়ুম কয়া শাগৎ-লক্রি। মথোল ১২দগী তাবা অমত্তা য়াওদে। লোইনমক মীয়ামগী লৈমনবনি।

লৌবাহগী লম যোরে। 'কান্ট্রি হাউস' উবা ফংলে। ট্রকসু চেননা লেংনরে। মোস্কে সহর মমুংদদি ট্রক অমত্তা উদে। লম্বী মপান্দা ওক, বার্চ, পোপ্লার পাম্বা মযান্না পরেং পরেং হৌরি। লৌবাহগী লম ওইরবসু অরেম্বদা লম অমত্রা মাঙহন্দে। লম্বীদগী খরা লাপথোকখ্রগা

হৈকোল মত্রগা লৈকোল। লোবুক্তা অদুংবা ময়া-মশীংনা লেক লেক। মেশিন্না হিদাকম্না ঈশিংনা চাইবস্থ য়াওরি। উপাল-ৱাপাল কুংবা হৌবা উমংস্থ য়াওরি। অদুবু অপোংবা মকম অসিবাইদস্থ লৈশাবী-মৌনহাশিং মতোম মতোমতা চৎপা য়াওরি। কনানা খোঙনা কঁনানা একাগাড়ীনা। লোবাইগী মীনি হায়দুনা চয়োৎ চয়োৎনবা অমত্তা উদে।

ফনা য়াম্নস্থ কোয়রে, ফনা য়াম্নস্থ উরে অদুবু ঙসি ফাওবা অসিদা লাইর-চুত্তৎনবা অমত্তা লৈবাক অসিদা উত্রি। আমেরিকা ইংল্যণ্ডনা চিংবদা ইনাকখুনবা মী য়াম্না লৈরম্বা য়াই, অদুবু লৈবাকশিং অদুদা শাথীনা লাইরবা কাঙলুপ অমস্থ মশীং লাকঙমদনা লৈরি। আমেরিকা চৎলুবা মরূপ অমনা হায়খি, মুমিৎপু তাখ্রবদি আমেরিকাগী লম্বীদা মশা মানবা মী অমত্তা মখোঙ্না চৎপা ঙমদে, লুট-পাত হেক্তা তৌবি। সোভিয়েৎ ইউনিয়নদদি অহিঙ নোংয়'ইদস্থ ওইসনু লৈশাবীমচা অমনা মতোমতা চৎপদা কনাস্থ করিমতা তৌদে, মীয়ামগী ৱাথল-লমচৎ অসি অম্নকী মতীক ৱাংখ্রে। লাইরবস্থ লৈত্রবনিনা ইনাক খুনবস্থ য়াও-ত্রবনিনা মী অমদগী অমনা মুনদুনা চাগে হায়বসি কনাস্থ খল্লে।

অসিমক্তা ওইরম্বা তাই বিশ্বকবিনা হায়রম্বদো - ঐনা করিগুম্বা ৱাশিয়া চৎলমত্রবা অদু ওইরদি ঐগী পুন্সিগী তীর্থ কোয়বা অসি মপূং ফারয়োই।

গোর্কি লেনিনস্কিয়ে য়োবদা মিউজিয়ম হাংদোক্নদবা পুংখায়মুক ৱাৎলম্মী। অদুবু মীদি ফনা য়াম্না তিল্লম্মে—লৈবাক অসিতগী মী নত্তে, মীরৈবাক কয়াগীস্থ।

গোর্কি-লেনিনস্কিয়েগী চীংথক অসিদনি লায়র-অমং মীয়ামগীদমক্তা মপুন্সি চুপ্পা কখোকখিবা বিপ্লবী অগোইবা লেনিন্না পুন্সিগী অরোইবা মতাংগী চহী থরা লেনখিবা। বিপ্লবকী মথাংদা মকম অসি মেক্কোগী মেয়রগী লৈফম ওইরম্মী। সোভিয়েৎ সরকার লিংখৎলবা মতুংদা তৌবিমল খঙলবা মরৈবাকমচাশিংনা লেনিনবু লৈহনখি মকম অসিদা,

মসমা অসিগী [illegible]বা [illegible], পুম্বি [illegible] লাক্লবা, ছকচাং অদো, [illegible]ইংবা লোম্বা [illegible] অদোম্বা [illegible] ছকচাং তেকথংলুংংখাইদ্রি—[illegible], [illegible] খা ঐহোক, অদু উচান পাম্বীনা পরেং পরেং, চাংলোম্বা ইম্বা তপ্পা চেলিবা তুরেল, থে[illegible] থুম্ময়বা লুংশা, লিহ্রি হুম্বা মায়ুংবা ..।

মথম অসি হৌজিক্তি মিউজিয়ম ওইরে, মিউজিয়ম নত্তে—তীর্থস্থান।

ইংখোলনুংদা চঙলিবা লম্বীগী যেৎলোমদা লম্বী মচা অমা মী-পোং চঙহন্দনা ফজনা ভাক-শেন্দুনা থম্লি। লম্বী অসিদনি লেনিনগী থবাই য়াওদ্রবা ছকচাং অদো ক্রেমলিন তাম্না পুখিবা। ইংখোল অসিগী মনুংদা শঙ কয়ামুক লৈ, হৌজিক লোইনা মিউজিয়ম ওম্বোক্লে। মতৌংলোমদা মখোল অসিগী শঙ অমা লৈ, মসিদা লেনিন্না অয়াম্বা মতমদা লৈরম্মী। কা মচা অমদা লেনিন অমদি মহাক্কী নুপী ক্রুপস্কায়াগী তুম্ফম, হৌজিক ফাওবা ফমুং-ফানুং ফজনা থাদুনা থম্লি ..। অতোপ্পা কা অমদা মচনুপীগী তুম্ফম— ফমুং, আলমারী, চৌকি ..লোইনা লৈরি। থংমনা চাকম কা—টেবিল চৌকি অমত্ত মফম কায়ত্রি। অতোপ্পা কা অমদা লেনিনগী লাইব্রিক পাকম।

মমাংদা চাউরবা শঙ অমা লৈ। শঙ অসিগী অচৌবা কা অমদা মিটিং মচা মশু অযাম্বা তৌরম্মা। থংমন লৈরি মিংশেল্লা কোয়খা থাজিনবা লৈ-শু থাবা ফজরবা কা অমা—কা অসি মতম অমদা মোস্কোগী মেয়রগী তালোই অমদি মজাইবেম্মশিংগী পোথাকম ওইরম্মী। অতোপ্পা কা অমদা লৈরি মখোঙ অহুম পানবা গাড়ী মচা অমা, লেনিন্না ইংখোল মনুংদা চখোক-চংশিন তৌবদা শীজিন্নরম্বা। শোক ১৯২১ দা লোংমৈ-গুলিনা পান্দুনা লেনিনগী ছকচাং শাথীনা শোক্তুনা লৈরম্বা মতম অদুদা চখোক চংশিন তৌবা ওম্লনবা হায়দুনা ইংলেণ্ডগী শিল্পীশিংনা মডোল্দা খুদোল ওইনা পীরকখিবনি।

অতোপ্পা কা অমমুক লৈরি লেনিনগী লাইব্রিক-লাইশু ইকম।

টেবল মথক্তা লৈরি মহাক্না ইরম্বা অরোইবা চিঠি, কলমগা লোযননা। মুপা অদো চিঠি ইরম্বদগী চৌজিক্তা চোগত্তুনা চৎখিবা মাল্লি। কা অমদমুক লেনিনগী লাইব্রেরী। আলমারী পুম্নমক লাইরিক্না পিক পিক থল্লি, আলমারী খুদদনা মহাক্না ইরম্বা লাইরিক ভাক্তা। থংনবা কা অমদা লৈরি আলমারী ময়াম অমা, লেনিনগী মরমদা পৃথিবীগী লোন কয়াদা ইবা লাইরিক ভাক্তনা থনবা—ভারতকী হিন্দী, বাংলা, উর্দু, তামিলনচিংবা লোন কয়াগী লাইরিকসু য়াওরি।

ইংখোলগী মমাং ওইরপ্না লৈরি গেরেজ অমা। গেরেজ অসিদা লৈরি লেনিন্না তোংলম্বা কার অমা, উনদা চৎপা যাননবা চাকাদা মচিন তুম্বা যোৎপাক পানবা। গাড়ী অসি চৌজিবসু ইরং লংনা শিং মান্না লৈরি।

চীংথক অসিগী নোংচুপলোমদা চীংচেপ্তা পাৎ মচা অমা লৈরি। মসিদা লেনিন্না মরক মরক্তা ঈরু-মাযথক্তরম্মী, মরক মরক্তসু ছি ভোংত্রনা শাম্নরম্মী। মাইকৈ অসোমমক্তদা, লাপ্তক্না উরি থুঙংমচা অমা, গোর্কি-খুল। লেনিন্না লৈবাক্কী শাসন পাযবগা লাউথোকখি, সোভিয়েৎ সরকারগী অগানবা থৌদাংদি লৈবাক্কী থুঙং পুম্নমক ইলেকট্রিক ফংহনবা অসিনি। গোর্কি-খুল অসিনা সোভিয়েৎকী ইহান হান্না ইলেকট্রিক ফংবা থুঙং ওইখি।

চৌজিক্কি ইলেকট্রিক ফংদবা থুঙং অমত্তা লৈবাক অসিদা লৈত্রে। ভয়াং শুংমিদাং অতুমক্কি, করিনো অমগী মতাংদা ঐনা এন্টোন্দা হংবা—"নখোয়গী মোস্কো সহর অসিবু মোংফাদোকা ইলেকট্রিক লাক্তবা য়াওবরা? মিনিট থরতং ওইরবসু।"

"ঐগী পুন্সিদদি ভসি ফাওবা থেংনদ্রি।" এন্টোন্না খুমকখি।

গাড়ীগী ড্রাইভরদা লাকউ হায়খিবা মতম অদো ভাইহাক বাৎলি। অতুনা উচান পাম্বী মযাম অতুগী মরক্তা কোয়চৎ-চত্তুনা লৈয়ে। লেনিনসু মোংমদি থবক শংবা মতমদা অসুম হায়না উচানপাম্বী মরক অসিদা হঙৎ-হন্দা চৎলমগনি। উচানপাম্বী মখোংদা থুঙংগী মুপী থরগা অঙাং থরগা বেগ অম মম পাযতুনা করিনো অমা কোয়থি থিল্লি।

মখোয়না খিল্লিবসি মাপীমরক্তা হৌবা য়াম্না হাউবা অচাপোৎ অমনি হায়না এস্টোম্না ভন্দি। পুংকক চাউরবা মুপীমচা খরগা মুপামচা খরগা কেকুলোৎপী শান্নরি। কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবসিদা, অসুক ঈংখ্রবসিদসু, হুমাং শৌরমাল্লে, জার্সি কোট ল্যোইনা লৌখোরুখ্রে, মখজাইশিংদো হয়াই অমুনবদোমা পুমভাং ভাংখ্রে।

অসুম হৈনথ্রবনিনা লৈবাক অসিগী মীশিংদদি ঈংবা হায়বসি কন্নিসু ওইদ্রে। হল্লকপদা লম্বী মপান্দা লৈরম্বা ভুয়েল অমগী শেক্তাইদা মফি-ময়োল য়াওদবা মুপী-মুপা কাংল্লুপ অমা 'সন-বাথ' তৌহুনা লৈরম্মী। লম্বাং অদুদা মফি-ময়োল য়াওদনা ঈশিংদা অমুক লুপ, শেক্তাইদা অমুক মুংশা য়াই তৌরিবদো উবদা গাড়ী মসুংদা এখোয়না ত্রৎ ত্রৎ চিংশনবি।

হোটেলদা লক্ত তৌবা লোইবগা অমুক থোরক্লে, হন্দমুক্না ক্রেমলিন কোয়বা। পংলাপ লাপ্তে হোটেলগী হেক মনাক্তনি।

ক্রেমলিন! মকম অসিদগীনি চহীচা কয়া জারনা কল্লবা মতীক-ময়াইগা লোয়নমনা রাশিয়া শাসন তৌরম্বা। মোস্কোগী খ্বাইদগী য়াংবা চীংথক্তনি ক্রেমলিন্না লৈরিবসি। অদুবু চহী চানিপাল্লোমগী মমাংদদি মফম অসিদা ক্রেমলিনসু লৈরমদে, মোস্কো সহরসু লৈরমদে। হৌজিক মোস্কো হায়না খঙনরিবা লমদম অসি মতম অদুদা চাং-মান ভাক্তা ওইনা লৈরম্মী। 'মোস্কভা' তুরেনা থেক্ল খোয়না চেল্লিবা চীং মানগী ফজরবা লমদম অসি নোংমা দোলগোরুকী কৌবা নিংথৌমচা অমনা অসুম কোয়বা লাকপদা থেংনখি। লমদম অসি মডোন্দা য়াম্না পামজনা থোক্লবদগী লমদম অসিগী খ্বাইদগী য়াংবা চীংথক্তা মহাক্না উগী য়ুম খরা শাহুনা লৈখি। মহাকী য়ুম অদুগী মমিং ক্রেমলিন কৌরম্মী। চহী খরগী মতুংদা মী অতৈসু লাক্তুনা মফম অসিদা থুন্দারবা হৌখি। অদুদগী তপ্না তপ্না লমদম অসি সহরগী শক্তম লৌরকখি অমসুং চহী চানিরোমগী মতুংদা মোস্কো সহর অসি লৈনাকী কোনুং ওইরকখি। অহুমশুবা আইভানগী মতমদা ক্রেমলিনগী হৌজিক ওইরিবা শক্তম অসি লাকপা হৌখি। ক্রেমলিনগী অকোয়বদা থারিবা চেকপল অসিসু মহাকী মতমদা

খাখিবনি।

জার লৈত্রবস্থ ক্রেমলিনগী মতিক মগুণদি করিমতা হল্লিব্রি। মফম অসি হৌজিকস্থ লৈবাক ডাকলোনগী খোইদৌ ওইরি।

ক্রেমলিনগী চেকপন মনুংদা তৌরিবসি অঙকপনি, চাউরবা সহর অমনি। খোঙগী লম্বী, গাড়ীগী লম্বী—তোঙান তোঙান্না লৈ। পুলিসনা হুইসল হেক খোংজকপগা গাড়ী থারক্লে হায়বা খঙবা তাই। তাঙ্গাসিদা লম্বী লাম্বোকে তৌরুরবদি পুন্সিগী ওইমা অহুম লাম্বোক্লে। গাড়ী ময়াম মথং মথংনি পাইশিল্লক্লিব, লোইনা মমিৎ উইশিন্দুনা থোবা ভাক্তা।

চাউর-চাউরবা ফুরা-দলান ভাক্তনি, জারশিংগী মতমদা শারম্বা। জার লৈত্রবস্থ অমত্তা কায়হন্দনা থল্লি। কম্যুনিষ্ট শাসনগী মতমদা অনৌবা শঙ অমদি হাপচিল্লে, মমিং 'পেলেস ওফ কংগ্রেস' কৌই। শঙ অসিদা সুপ্রিম সোভিয়েৎকী মীফম ফমই। শঙ অসিগী য়াংলবা মতোন্দা ভাঙলবা কিরালনা পাইরি।

প্যাক-চাউরবা কেথেড্রেল স্কোয়ারগী অকোয়বদা চাউর-চাউরবা গির্জা তরুক লৈরি। গির্জাশিং অসিগী মথক্তা লোইনা থুংনা সনা য়োমই, মতোন্দা ক্রোশ হৌজিকস্থ ইরং-লংনা লৈরি। গির্জাগী য়াংলবা মথোলদা চাউর চাউরবা শরীক ময়াম য়ান্দুনা লৈরি। শরীকশিং অসি নোংমদি মখবাই পাল্লম্মী। হৌজিক্তি ঈশ্বর লৈখিদবগা লোয়ননা শরীকশিং অসিস্থ মখবাই য়াওদ্রে। লাইশঙশিং অসিদা কনামতনা লাক্কুনা লাই খুরুম্লদ্রে; কনামতনা শরীকশিং অসি খীংবিরদ্রে।

স্কোয়ারগী মচী অমদা থিন্দুনা লৈরি চাউরবা কামান অমা, মমাংতুদা অম-মম্না ফুটবোল অহুম-মরিমুক চাউরবা গুলি মরিথকস্থ থিন্দুনা লৈরি। জারশিংগী নোংমা লৈরম্বা পাঙ্গল-থৌনাগী সাক্ষীনি। কামান অসি শোক ১৮৩৫ দা শাবনি, মিটর ৫.৩৫ য়াংই, লুয়না টোন ৪০ লুমই। জাপানগী লমকোয়বা মুরী-মুপা ময়াম অমস্থ মুম্না য়েংতুনা লৈরম্মী, ফোটো শংনমতা নম্বস্থ য়াওরম্মী। য়েংনীংঙাইনি, কামানগী মথক্তা য়েক্লিবা লৈঙোং অহুস্থ য়েংনীংঙাইনি।

মনাক অদুদা চাউরবা শরীক অমসু খিন্দুনা লৈরি। শরীক অসি মিটর ৬.১৪ বাংই, মরাক্তা ( ডাইয়েমিটর ) মিটর ৬.৬ নি, লুখনা টোন ২০০ লৃমই। শরীক অসি শোক ১৭৩০ দা শাবা চৌরগা শোক ১৭৩৫ দা লোই। শাবা লোইরগা থাজৎনবা তৌবদা মচেৎ অমা কায়খিদুনা অতুম থাজৎখিরে। কায়খিবা মচেৎ অদো মনাক্তা তাদুনা হৌজিকসু লৈরি, মসিগী টোন ১১.৫০ লৃমই।

স্পোখারগী মচা অমদা লেনিনগী চাউরবা মুর্তি অমনা ফমদুনা ক্রেম-লিনগী কুইপ্নে অসি য়েংদুনা লৈরি। মতম অমদা মীচম অমক্তনা চঙ্বা য়ারমদবা মফম অসিদা ঙসিদি অচৌ-মচা অমত্তা খায়দনা চঙদুনা কোয়রবা অসিদা পেল্লবা থম্মোয়না ময়াম্ন্ যেংলি। ময়ামসু মহাকপু য়েংলি, অঙকপা অমদি শ্রদ্ধাগা লোয়নননা।

ক্রেমলিনগী ফূরা-দলান অসি ঙসিদি লোইনা মিউজিয়মনি। শঙ অমদা লৈরি জারশিংনা শীজিনরম্বা খুৎশু খুৎলাই ময়াম—খাঙ, তা, চুঙ্গোই, লুহুপ, থাংখুম, মোংমৈ, কামান—মশীং লাকঙমদনা মখল মখাগী। শঙশিংগী মফুংদা, ফক্লাংদা, সিলিংদা লৈরোং কয়াগা লোয়নমা লাই কয়া য়েক্তুনা লৈরি ; রাশিয়াগী ফাওর ফাওরবা লাইযেকপশিংনা য়েকপনি ; তৌবগীদি খৃষ্টধর্মগা মরী লৈননা যেকপা লাইমা অযাম্বনি।

মিউজিয়ম ময়াম অসি যেংবা মতমদদি ইমরবসু খোইনা ইমরমদে। অদুবু জারগী 'অর্মারী' যেংননবা তৌবা মতমদদি তৌরম্লিবদো উবদা ঐখোয ঙসিদি তোক্লে হায়না খল্লে। মী ময়াম অমা পরেং শানা কিউদা। ঐখোয়সু লেপ্তুবা য়াদবনিনা খ্বাইগী মতোন্দা লেপ্লুরে। টিকেট কংহৌদবা কাঙবুনা টিকেট অহেনবা য়াওবরা হায়না কোয়থি থিরবসু য়াওরি।

অঙাংমক ওইরবসু এন্টোন য়াম্না হৈ-শিংবা অঙাংনি। কিউদা লৈদুনা য়েংলবদি ঙসি মুমিৎ তাবা তারে খঙলদুনা চৎখ্রে, খোঙ্ শঙলিবা মুপাদুদা হায়রুরে, "ইণ্ডিস্কি ডেলিগেৎসি, ভারতকী ডেলিগেৎনি। সরকারগী অতিথিনি লাক্লিবসি।" মস্ অতুদগী কনানা থিংগনি ? খ্বাইগী মনীংদা লৈরম্বা ঐখোয়না খ্বাইগী অমাংদা, গেট হাংদোকপগা ঐখোয়বু

খ্বাইদগী হায়।

মখোল কয়াবো খঙদে, চাউর-চাউরবা হোল ভাক্তা। হোলশিং অদুদা থম্না লৈরি থায়না জার অমদি জারিনাশিংনা শেংলম চারম্বগী মমল য়াম্না য়াম্নবা ফিরোল পোংচৈ ময়াম। মখোয়না শীক্তিম্নবা সনা-লুপা থিনবা ফিজোল, লৈমায়থক্তা শ্রো শ্রো চিংবা গাউন, মণি-মুক্তাগী লিক্কোন, সনা লুপাগী পুখম-ভেকোং-চামচ-প্লাস, সনা-লুপানা মথুম পামবা চাউরবা বাইবল — অম-মিতা নত্তে, মশীং লাকভমদনা। লৈম-মিংথৌগী মণি-মুক্তানা ফুদোংবা ফম্বাল। ময়াম অদুগী মরক্তা য়াওরি পিটর-দ-গ্রেটগী থাঙ-তা, ফিরোল, য়ু পরুনবা পাত্র। শগোল কুরিথোইনা চিংবা জারিনাগী গাড়ী—মতম অদুদা মোস্কোদগী সেণ্ট-পিটর্সবার্গ মুমিৎ হুম্নিতা চঙলম্মী গাড়ী অসি ভোংদুনা চংপদা। ফ্রান্সতা শারকপা চাবী থাবদা স্প্রিংনা নোয়-নোয়দুনা চংপা অমিশুবা ক্যাথারিনগী গাড়ী।

য়েংল-য়েংলগা অতৈ করিমতা খল্লক্তে, মতম অদুদা ভোরমগদবদো—ক্রেমলিনগী ফুরা দলান ময়াম অসিগী মনুংদা জার অমদি জারিনাশিংনা অকে-অমোদা তাউদুনা লৈবা, অদুগা ক্রেমলিনগী চেকপন য়াংমদা মীয়াম্না লাইর-অমংগী ঈপাক্তা ঈরারুদুনা লৈবা।

ক্রেমলিনগী চেকপল য়াংমদা থোরক্লগা ফজরবা পার্ক অমদা মুংশাসোর চনীং তানা হোন্দোক্লে। মকম অদুগী রেস্টোরাঁদা ভ'ইহাক পোথারে।

পার্কতকী হাইদোরকপগা চাউরবা স্কোয়ার অমগী মনাক্তা লৈরি 'অনমোউন সোলজার্স টোম্ব'—শকখঙদ্রবা লান্মীগী মীংশিং থুক্লম। মকম অসিদা চাক্লি 'মুৎনাইদ্রবা মৈরী'। মকম অসিদা মুমিৎ খুদিংগী মশীং লাকভমদবা মীয়াম্না লৈ-শু কৎলৈ, মখোয়গীদমক থবাই কৎখিবা লান্মীশিং অদুগী মকমদা ভোবিমল খঙবা উৎলৈ। পুন্সি-লম্বীদা মৌনা খোঙদারিবা শাবী-শামোম্থু পুন্সি-লৈপুম মুমিত্তা খ্বাইদগী হায়া মকম অসিদা মখোয়গী শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলৈ।

ইনক-মরক্তা লৈরি 'গার্ডেন সর্কাস'। পাক্লবা স্কোয়ার অসিদা হায়দি

লৈকোম অমা লৈরম্মী। গাড়ী য়ামথৎলকপদগী লৈকোন অদো লৌথোকখ্রে, অদুবু মমিং অদুদি লৈহৌরি। স্কোয়ার অসিদা গাড়ী থাম্বা যাদে, তপ্পা থৌরস্ত য়াদে। 'থাম্বা মত্রগা তপ্পা থৌবা হেক য়াওবদা গাড়ী মযাম অদো লোইনা থেঙ্গাইনগদৌরিবা'। ঐখোয়গী গাড়ী অদুস্ত ঐখোযবু ঙাইরিবনি হায়দুনা হুইস্ হুইস্ থৌদুনা স্কোয়ার অসিদা কোয়রৈ লৈদুনা লৈরমগনি।

মথক্তা ফিগুম্বা কুপ্পা, কারগুম্বা অহুমথক ময়াম অদুদগী তোঙাম্না ভাদুনা তুংথ মাঙ্থা চৎমিন্নরি। গাড়ী অহুমদো লম্বী বাই শিংপা ওইরম্লে। সুপী ঙাক্কনি থৌরিবদো। য়েংবা ফনদ্রু সুংঙাই। গাড়ীগী মথাদা মমাং ওইরপ্পা যাঙ্কোকমুক চাউবা ব্রশ্ অমা যাওরি, মতুনা লম্বীগী উক্রুম-রাইফুন অদো নাম্বোক্লম্মী, অদুদগী গাড়ীগী মমীংলোন্দা চুপশিন্নবা য়াওরিবা মেশিন অমনা লোইনা গাড়ী মনুংদা চুপশিনথি। মিৎকুপ থরগী মনুংদা অদুক চাউরবা সর্কাস অদো শিং নাম্না থম্লম্মগা চৎখ্রে।

হন্দক্তি ঐখোয়, 'মোস্কো পপেট থিযেটর'দা লাইথিবীগী কুম্মৈ যেংবা। কুম্মৈ হৌদ্রি, অদুনা ঙাইহাক লাইথিবী-মিউযমদা চঙ্দুনা যেংলে। লাইথিবীগী লাইথিবী ঙাক্তা —ফজবস্থ যাওরি অধীবস্থ য়াওরি, অচৌবস্থ যাওরি, মচাস্থ য়াওরি, অহনবস্থ অমনবস্থ, লৈবাক পূম্নমক্কী শুরে,— ভারতকী শ্রীলঙ্কাগী মোঙ্গোলিয়াগী ইংলেণ্ডগী আফ্রিকাগী ...। মফম অসিদা শাবস্থ য়াওরি, মীরৈবাক্তগী পীরকপস্থ য়াওরি।

কুম্মৈ হৌরে। হৌনগী অদুক য়াম্বা সাট অদো অমত্তা হাঙ্দে। মীরৈবাক্কী ভাবোকস্থ ফনা য়াম্না যাওরি। লাইথিবী ময়ামগী ফাগী অদুদা মযাম বা বা নোক্লি। লোম থঙদবগী ভাব তাদবা মতাং থরবুদি য়াওই, অদুবু ময়াম্না মোকপদুদা ঐখোয়স্থ অদুম য়াওশিল্লে। কুম্মৈ লোইরগা ষ্টেজদা লীলা য়াওরিবশিংদো থোরকপা মতমদদি লাইথিবী অমত্তা ওইমদ্রে-ঐখোয়গুম্বা সুপী সুপা ঙাক্তা ওইরম্লে।

৩

অহুক এপ্লৈৗম্না চংঙকপগা, স্তাকিং তফিং হায়রক্লে, "ওসি ঈংবগী চাং খঙবিবরা ?"

—'ওলাইনা ভূম্না হোৗগৎপগা-পোস্টআউদা উরম্মি, মপান্দা তৌরিবা কুইম্ব অদো—মোং-খিৎলি খিৎলি তাম্ব, মুংশিৎস্ত্র কম্না শিৎলি। অদুবু কাগী মনুংদা লৈরিবা বেযোমিটরগী দাগ অদুদি সুরুহাই হাইথদে।

হোটেলগী মপান্দা খোরক্লগদি খঙ্লে, ওসিদি মোস্কো মশাগী অশেংবা শক্তম অদো উৎথগে থোম্নাং তৌরে। ঐখোয়স্ত্র খুৎঈং অদুদগী নাম্ভোরুবা যাম্নিমথৈ তোংমরে, মপান্দা সুক্ লৈ-লৈবিদরে, কা মনুংদা মত্রগা কার মনুংদা শৎ শৎ।

ফ্রেণ্ডশিপ হাউসতান হৌজিক ঐখোয়না চৎলিবসি। ওরাং ফাওবদা ফ্রেণ্ডশিপ সোসাইটিগী কমামতা উরম্রি। ওসিদি আন্দ্রে লেদোভ্স্কি অমদি ইরিনা যারশোভা অমম্তুং মরূপ-মপাং থবা ওাইদুনা লৈরম্লে। আন্দ্রে লেদোভ্স্কি ফেণ্ডশিপ সোসাইটিগী ডেপুটি চেযারমেম্নি, মহাক এম্বসেডর এক্সট্রা-ওডিনারীস্ত্র ওইম্নি। অদুগা যারশোভানা সোসাইটিগী জেনরেল সেক্রেটারীনি, মহাক ভারতা মতম থরস্ত্র লৈরম্লে।

ওাইহাক যারী শাম্নবরুদা লৌরম ফন্না য়াম্না কোম্লে, ভারত-সোভিযেৎকী মরী, ঐখোয়গী বুরিয়াৎ খোঙচৎ, মণিপুর অমদি ত্রিপুরা। মতাং অমদা ঐনা হায়, "ঐগী হন্দকী খোঙচৎ অসিদগী খঙ্বা অমম্তুংদি, সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা 'ভারতগী' রাজ্য পুন্নমকপু লৗংথিনা খঙ্লবস্ত্র মণিপুরবুদি খঙ্বা য়াৎলি, অদুগা মণিপুরীনস্ত্র, ভশেংনা হায়বা তারবদা, লৈবাক অসিবু লৗংথিনা খঙ্দে।"

ইরিনা য়ারশোভাদা য়াভাং অদো পাম্লুরম্লে, হংলকই, "সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা মণিপুরগী ছাত্র কয়া লৈ ?"

"হৌজিক ফাওবদি অমখক্তনি," ঐনা খুম্লই, "কুমশি অনিথকা লাকনি হায়দুনা তৌহৌবনি।"

মখোয় পুন্নমক নক্লনমথৈ থিজলুদরা য়াংনি, হায়রকই, "য়াকম

অসি ঐখোয় ইশিনজরে।"

য়ারী শানরিইজবা মোস্কো রেডিওদগী টেলিফোন অমা লাক্লে, ঐখোয়বু য়া খরা ঙাওবিয়ু হায়রদুনা, বিষয়না—ভারত-সোভিয়েৎ সন্ধি, ১৯৭১ অমসুং বুল্গিরাংকী থোউচত্তা উবকপা খরা। মীরৈবাকী রেডিওদা য়া ঙাওবা হায়বসি ভোয়না ফংগদবা নত্তবনিনা ঐখোয়সু হয়াও করাওনা য়ারে। অময়বাবুনা অহানবগী হীরম অসিদি মহাক থোইনা খঙদে অদুগা অকোনবগী অসি ঙাওজগে হায়বদগী ঐসু য়ারে।

অদুবু হোটেলদা চৎলগা ঐখোয়না ঙাওগদৌরিবা অদো ইথোকপা মতমদদি ঐঙোন্দা হংলকই, "সিংবাবু, ঐখোয়না চৎলুবা কলেকটিভ ফার্ম অমিদুগী মমিং অদো কয়ি হায়রে?"

কলেকটিভ ফার্ম চৎপদা পুবা মহাকী চাউরবা নোটবুক অদো খংদীং মীংশিংলকই, মতো য়েংগে হায়দুনা ঐনা হায়, "ঐসু কাউ-থোকখ্রে, অদোমগী নোটবুকতা য়েংবিয়ু।"

অময়বাবু নোককেৎ তৌরকই, ইত্তিং-তিংনা হায়রকই, "কয়িমতা ইরক্লেদা। ইবগী মঙমসু বদায়দনো?"

ঙাইহাক অদুদা ইগদবা খরা ইরগা রেডিও ষ্টেশন তাম্না চৎলে। শঙ অদো চাউখ্রে, মথোল কয়াগীদনো খঙদে, চঙবদসু য়াম্না কন্না চেকশিনখ্রে। রেকোর্ডিং তৌকমদা ভারতমচা খরা লৈরম্মী। মথোয় মফম অসিদা থবক তৌবনি।

রেকোর্ডিং লোইরগা থোরকপদা থোঙজিন্দা সুপা অমা লেপ্লুরা লৈরমলে। মহাক আসামমীনি। রেডিও মোস্কোগী আসামী থোরমদা মহাক থবক তৌরি। মরী মথোঙ থিনরুবদা গোঁহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দা মতম অমগুম্না ভর্তি য়রবা ছাত্র ওইরম্লে, মহাক্না ইতিহাস অদুগা ঐনা অর্থনীতি। অদুদগীদি কদায়দগী হেক থাদোক্লবা। য়ারী য়াখোং পাংথোক্লা থোরক্লে—ইমুং মনুংগী, য়ারীদগী হৌদুনা লৈবাকী রাজনীতি ফাওবা।

অদুবু কুইনা য়ারী শাবদি থাক্লে, ঐখোয়গী ফকিম্না লৌরক্লো

লৌরম্নো কৌরক্লে। চেঞ্জেৎ অমা সোই তৌদুনা কাউন্টরদা পীশিনখিবগা শৎ লাম্লোয়রক্লই রুবল ৪০ গা কোপেক ৫৮, ঐখোয়গী শেনদা লুপা ৫০০ রোম। "মিনিট তকক-তরেংগং ভাড়বগীদমক রুবল নিফু। সুমিৎ খুদিংগী ভাড়জগেবা।" ঐনা কাগি তৌই রেডিওগী মাশিবাম মুপা অদুদা।

রেডিও ষ্টেশনদগী থাররে। হন্দরা চুমত্রিং সহর মমৈদা লৈবা পাইয়োনিয়ার্স পেলেস অমদা।

মকম অসিদা থবক তৌবী লৈশাবীমচা অমনা ঐখোয়বু কোযপু পুদুনা য়েংহল্লি। লৈশাবীমচা অদো চান্দোগ-লৈতোন যাম্না শেংই, বাং-চাউত্রমু মশা-মউ যাম্না কৈ, মখজাই তগাং তগাংই, আমোক উপ্লি, মতমগী চৎনবী বেল বোট শেৎলি।

পাইযোনিয়ার্স পেলেস অসিনা কোপ্লিবা লম অসি হেক্টর ৫৬নি। ক্রেমলিনগী শকক অনিনি, য়োংগী ভেটিকান সহরগা মান্নৈ। মোস্কো সহর অসি জিলা ৩৬ থোক্না খাযদোকই। জিলা খুদিংগী অসিগুম্বা পাইযোনিযার্স পেলেস অম মম লৈ।

পাইয়োনিযার্স পেলেস অসিদা তোঙান তোঙানবা শিংফম ১০০ গা লোযননা 'ছোবি' ৮০০ রোম তম্বি। ছাত্র লিশিং ১৫ রোম মকম অসিদা মানা মানা পামজবা শিনকম মত্রগা হীরম তম্লি, স্কুল তম্লিবা অতাং তাক্কনি, অদুনা মখোযনা মকম অসিদা লাক্লিগসি চয়োলগী মুমিৎ মিনিতনি। ছাত্রশিং অসি কাঙলুপ অহুম থোক্না খাযদোকই—চহী ৭ তগী ১০ কাওবগী কাঙলুপ্না ওক্টোবর-অতাং, ১০ দগী ১৪ কাওবনা পাইযোনিয়ার্স, অদুগা ১৪ দগী ১৭ কাওবনা ইয়ং কমিউনিস্ট লিগ। ওজা ৪০০ রোম মকম অসিদা থবক তৌরি, মখোয়গী মনুংদা ১০০দি স্পেসিয়েলিস্টনি।

ঈশৈ শঙ্কম, জগোই শঙ্কম, লাই য়েকপা শঙ্কম, মিনি-স্টুডিও লোইনা কাখল কাখল খায়দোক্লুনা লৈ। মিনি-স্টুডিও অসিদা সিনেমা প্যাম্বা কাঙবুনা ফিল্ম নম্বা মত্রগা মরী লৈনবা হীরমশিং তমই। স্টুডিও অসিদগী চহী খুদিংগী অতাংশিংনা নম্বা ফিল্ম অনি-নি পুথোকই।

মখল মখা শাম্নবা কয়া ভন্নবগী ষ্টেডিয়মশু লৈরি।

বিজ্ঞানগী হীরম কয়া তম্বিবগী নাকল অদোমদা চংলি। উপাল-রাপালগী পুন্সিদা খরাই য়াওবা অঙাংশিংনা উপাল-রাপালগী চায়া থাবা য়াও, মখোঙদা ঈশিং চাইবা য়াও, হায় হায়া য়াও ... ... খরাই য়াওনা হোৎনরি। একাদেমী ওফ বোটানিকেল সাইন্সনা শাবিবা চাউরবা মিংশেন শঙ অমদা যুবী পাম্বী অমগা রাপাল-মচা অমগা লৈরম্বদো উবদা পুক্নিং অসি থুক লাউরুরে। যুবীগা রাগা উদবা লৈবাক্তি, ঈংবনা হৌবা ভমদবা, অদুবু অঙাংশিং অদুনা কম হোৎনরি পাম্বীশিং অসি হিংহন্নবা। কোস্মোনোট্স সেক্সনদা এরোপ্লেন অমদি রোকেট শাবা অমসুং পাইবগী মরমদা অঙাংশিংনা তম্লি।

মসিমি মখোয়গী পাইযোনিয়ার্স পেলেস। মফম অসিদা অঙাংশিংনা মান্না মান্না পামজবা শিনফম নত্রগা হীরম তম্নবনিংদা হয়েং মেত্রিক পাশ তৌবগা থবক অমদা চঙবা লাযনা থোক্লে, লাইব্রিক তমথখিগে হাযরসু মাগী মাগী তমগদবা হীরম অদো হাম্নবা লম য়াত্তুনা লৈরে।

ওসি মুমিদাংদি ভারতকী দূতাবাসতা চাকৌরি। হৌজিক খুত্তা মতম খরা লৈরি। অদুনা পোৎচৈ খরা লৈগদবা লৈথোক্লসি হাযদুনা হোটেল তাম্না অমুক চৎলে। হোটেলগী গ্রাউণ্ড-ফ্লোরদা ডোলার-শোপ অমা লৈ। দুকান অসিদা বোল্লিবসি মীরৈগাকী মীনা পামগদবা পোৎচৈ ঙাক্তনি—ঘড়ী, কেমেরা, ট্রান্সিষ্টর, প্রোজেক্টর মচা, ফিরোল, অকে-অমোগী পোৎ ... ...। পোৎচৈগী মমল অসিগুম্বা দুকানশিং অসিদা য়াম্না হোঙই। খুদম ওইনা, চুম্নগী দুকান্দা রুবল ১৫ পীবা 'স্মেনা' কেমেরা অদো মখল অসিদা রুবল ৯ তমক পী। তৌবতবু চুম্নগী দুকান্দগী পোৎ লৈরগনা রুবলদা মমল পীবা, অদুগা ডোলার-শোপতগী লৈরগনা হার্ড-করেন্সিদা, হায়বদি ডোলার নত্রগা পাউণ্ডদা মমল অদো পীবা তাই। হার্ড করেন্সি তামনবা অসিগুম্না ডোলার শোপ কয়া যোম্কোদা লৈ। দিল্লীদগী লাকপা মতমদা পাউণ্ড খরা খরা কায়গা কংলকপা অদুনা ঐথোয় অনিসু ঘড়ী, ট্রান্সিষ্টরমা চিংবা পোৎচৈ খরা লৈরে।

পোংচৈ নৈবা লোইরগা ক্রেণ্ডশিপ হাউসতা অমুক চংলে। ইরিনা য়ারশোভান্থু চাকোঁবা য়াঙগদৌরিবনি। অদুনা মহাকপুন্থু লৌকরে। এজেন্সি পাংবগী লম্বীদা ভোলায় শোপ অমা লৈরম্মী। মদুদা অমুক চঙ্লে। পাউগু অচোইবা খরা ফুরিংখাউদা য়াওরি। মদু অমুক য়ুমদা পুরক্লুনা কৈদৌরুনি? মখোয়গী অসিদা অসুম থল্লম্বনা করে খল্লে।

"মুপীগীদি করি লৈবিরে?" ইরিনা য়ারশোভানা মাহৌদোক্না য়াওদনা হংলকই। মুপীনা মুপীগী মরমদা খনবিবা হায়বসি মহৌশা ওইরমাল্লে।

ঐনা ইঙাক-ইঙাক তৌদুনা লৈবদো উবদা ভ'ব তারমাল্লে, হায়রকই, "ইন্টরনেশনেল উইমেন্স ইয়াম্বনি। মুপীগী কৈনোমতংদি লৈবিখো।"

অদুদগী ঐগী পাউখুম অমুক ভাইবা তৌদনা মহাক্না খোকপা অদুম তৌখ্রে, "সে নেকলেস অসিমা লৈবিখো। চেন অসি ইণ্ডিয়াদা ফংলবন্থু লোকেট অসিদি ফংলোই। অদুগা গেরেন্টি অমম্থু পীগে, অদোমগী মুপীনা লোকেট অসি শোয়দনা পামগনি।"

চায়গুম্মদুনা য়ারশোভানা থল্লকপা নেকলেস অদো, খোইদোক্লা লোকেট অদো য়ুমদা হল্লক্লগা মুপীদা পীবা মতমদা য়াম্না হরাওখ্রে। মুপীগী অপাম পামদা অসি পৃথিবী পুম্বা মায়বা জাৎ ওইরমাল্লে।

ইণ্ডিয়ান এম্বেসিগী ফাষ্ট সেক্রেটারী শ্রীনিবাসন অমম্থুং মহাক্না মুপীনা চাক অদো শীল্লম্মী। রাষ্ট্রদূত ওইরম্বা ডি, পি, ধর লৈখিদবা কুইত্রি, মহাক্কী মহুৎন্থু হাপুত্রি। চার্জ-দ এ.ফয়ার্স আরোয়ান্থু কদায়দনো চখোকথি, হৌজিক মোস্কোদা লৈতে অদুনদি শ্রীনিবাসন মতৈ মনাওদা কর্ম অসি শীনবা তারিবা। মতৈ-মনাও অদো য়াম্না মহানি। টৈগোর ক্লবকী প্রেসিডেন্ট বোকোভান্থু লাক্লুনা লৈরম্লে। হন্দক ইণ্ডিয়াদা মহাক্না চৎলুপগী বারী অদো লোইশিল্লমত্রি—'ইস্ মুংশাগী মৈশা অদো।' মুপী অমম্থু লৈরম্লে। দিল্লীগী অচৌবা পাওজেল চে অমগী করেস্পোণ্ডেন্টনি, চহী য়াংথৈরোমগী ভাকয়া ওইরবন্থু মশাদা রুস য়াম্না চেল্লি, বাঙাং-বাতাদা য়াম্না স্মার্টনি, ভশাইনা ক্লাস পায়রবা

হোৱরে। ঙাইহাক লৈরগা ভারতকী বিজ্ঞানী অনিখকসু লাক্লে। সোভিয়েৎ স্পেস-রিসার্চ সেন্টরদা মখোয়সু মতম খরা য়াওরি।

মতম কুইনগী মতুংদা ভারতকী থাউ-থুম মরোই-মরাংনা থোংবা ঙা-চাক ময়াম অদো থেংনরদগী লৈতোন অসি থাম্ব-লাকপা য়াখিল্লে, খজিক্কুংগা খজিক্কুংগা হায়দুনা লৈখ্রে। খঙহৌদনা চীনদগী থোকখ্রে "ভারতকী থাউরবা চাক-ইনপাং অসি ঙসি যুগ কযাগী মতুংদা ঐখোয়বু পীজরগীদমক শ্রী অমসুং শ্রীমতী শ্রীনিবাসন খনিবু থাগৎচরি।"

ইরিনা য়ারশো ভানা ঐগী বা অদো থোক ওক্কুনা খুম্মকই, "ঐখোয়না মহাননখৈ অসুক খরাই য়াওনা পীজ-পীথক তৌরক্লিবসি অমেম্বা ওই-রক্লেদনা।" ঐ হাইফেৎ ইকায়রুরে। তৌবগীদি ময়াম বা লাউনা মোক্লকপদুদা ইকায়বদো খরদি ফখ্রে। মোক্লা মোক্লা ইরিনা য়ারশো ভানা মখা তাথরকই, "অমবু ওইরসু অমবু ওইরসু, শ্রীনিবাসন মতৈ-মনাওবু থাগৎপদা ঐসু য়াওজরি, অদুগা লোয়নবা বোর অমসু পীজরি—মখোয় অনিনা য়াম্না থৌরাংনা ঙাইরিবা অনিশুবা অঙাং অদো থুনা ফংবা ওইদসু।" ময়াম অমুক্কা বা লাউনা মোক্লকই। অদুগা মযামগী হয়াওবা অদুদা যাওনা য়াওনা মৌনহা অদুগী মমাথ অদুনা ইচপমুক ঙাংখৎলকই।

মযামদগী বিদায় লৌরগা হল্লকপদা সুমিদাং ফনা ফজনা থেড্লে। পাউজেল-চেগী করেসপোণ্ডেন্ট হনুবী-নহা অদুসু ঐখোয়গী গাড়ী মনুংদা যাওরি। বাঙাং-বাতা য়াম্না সুংঙাই। মহাকসু হোটেল রোশিয়াদা লৈবী ওইরম্লে। হোটেলগী ভরানিথোইশুবা মথোলগী মী মঙা লৈবা কা অমদা মহাক লৈ। তৌবগীদি অসিগী মমাংদা মহাকসু ঐখোয়দোম্না সিঙ্গল-সীটেড রুম অমদা লৈরম্মী। অদুবু মোং-নিনি লেনিনগ্রাড চৎখ্রিদৌদা মহাকী কা অদো অতোপ্পা মী অমনা লৈরম্লে। মহাকী হান্নগী কা অদু অমুক হন্না ফংবদি লাক্নরদুনা অদুক চাউখ্রবা হোটেল অদুদা সিঙ্গল-সীটেড রুম অমা ফাওবা যংদ্রে। উপায় লৈতদুনা মী মঙা লৈবা কা অমদা হৌজিক মী অতৈগা লৈখিররি। কা অদুদা লৈরিবলি সুপীডা নত্তে, সুপাসু য়াওরি।

মহাক্কা অদু য়েৌনা য়ারী অদো লীথয়রুবনিনা য়ারীগী মখা তাবদো ঐখোযদস়ু হংনীংব অমা পোক্লক্তুনা হংলে, "কা অদুদা নুপী কয়া নুপা কয়া লৈ ?"

হন্নুবী-লৈশাবী অদো ভাব তাসাল্লে নোকমি চোকমি ঐখোয়বু চৈয়কই, "তৎ, অদুবু হংবা হৌনবয়া ?" অদুমক্তু ঐখোয়গী খোয়াংবা অদো কোক্লনবা হায়রকই, "নুপী অহুম, নুপ অমি ।"

"ইস্, অদুদি নুপাশিংদো যাম্না যীনা লাকচনা তৌবিয়ম্বা তায়ে ।" মযাম অদো য়া লাউনা নোকই, টেক্সি অদো পোকথাযগদোই ।

(৪)

নোং-নুংশিংকী ফিভম অসি ঙসিনা অমুক হেন্না ফংচিল্লক্তে ।

অদুবু অয়োইবা নুমিৎনিনা ঐখোযস়ু করিমতা খোশাবিদ্রে। ব্রেকফাষ্ট লোইবগা চংলে লেনিন লাইব্রেরী তান্না। ঐখোযনা থুংলুবা মতমদা লাইব্রেরী হাংবতা ঙাযরম্লি, অদুবু মাদি ফজনা তিনবা হৌরম্লে।

লাইব্রেরী অসি শোক ১৮৬১ দা রুমানসোভ কৌবা মতম অদুগী অচৌ-অশাং অমনা লিংথংলম্বনি । বৃটিশ মিউজিয়মমনা লাইব্রেরী অসিদগী চহী ১১১ হল্লি। অদুবু হৌজিক্তি লাইব্রেরী অসিনা পৃথিবীগী মন্নুংদা খ্বাইদগী চাউবা লাইব্রেরী ওইরে। লাইব্রেরী আসনা কোল্লিবা লম অসি সিটি ডিষ্ট্রিক্ট অমগী লমগা চপ মান্নে। লাইরিক কোটি ২৭ লাইব্রেরী অসিদা লৈ, মদুগী মন্নুংদা কোটি অমদি মীয়েবাকী লোনদা ইর'ন। লাইব্রেরী অসিদা মী ২, ৬০০ থবক তৌরি। মোংমদা মী লিশিং ৯ লোম লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক পাবা লাকই ।

নুপী অমনা কোয়পু-পুহনা ঐখোযবু লাইব্রেরীগী তোঙান-তোঙানবা সেক্সনশিং অদো য়েংহল্লি মসিনা রেফারেন্স সেক্সননি. মসিবু লাইব্রেরীগী মন্নুংদা লাইব্রেরীনি হায়বা য়াই । অদুদগী ক্যাটেলোগ সেক্সন, লাইরিক ময়ামগী who's who—কনানা করিনো ? লাইরিক অমগী থিকম

খঙঅবা মত্রেগা মরী-মখোঙ খঙদ্রবা অদু ওইরবদি চংঙলো সেক্সন অসিদা। খুদম ওইনা, 'অমৃত-বাজার' হায়বসি কয়িমো, কদায় লৈবা, খঙদ্রে। অদু ওইবদি সেক্সন অসিগী ফোরেন-লেঙ্গুয়েজ ব্রাঞ্চতা চৎলো, ভ্লোয়ার অমগী মপুংদা 'অমৃতবাজার' থাবা কার্ড অমা য়াওরমগনি, মতুদা ইদুনা লৈরমগনি—'অমৃতবাজার' হায়রবসি কলকতাদগী সুংতিগী ফোঙ্বা ইংরাজী পাউজেল-চে অমনি, মশীং অহুক্তগীনা অদুক ফাওবা সেক্সন অদুগী অতুগুম্বা সেল্ফতা। বস্, কয়িমতা যানীংঙাই লৈত্রে।

অচৌবা হোল অমদা মী ময়াম অমা লাইরিক পাতুনা লৈরম্মী, ইতিহাসকী রিডিং-রুমনি। সাহিত্য, রাজনীতি, দর্শন, ফিজিক্স, এনথ্রোপোলোজি—অসিনা চিংবা বিষয় মযামগীসু তোঙান তোঙানবা রিডিংরুম ২০ লৈ। ইতিহাসকী রিডিং-রুম অসি মী ৫০০ চপ্লি।

চাউরবা হোল অমদমুক লৈরম্লে অরিবা থুৎইগী লাইরিক ময়াম। থাইনগী লেংকশিংগী মশা মশাগী থুৎইদা ইবা লাইরিকসু য়াওরি। অদুদগী মাইক্রোফিল্মগী হোল। ভারতগী লাকপনি হাযদুনা ঐখোয়বু 'হিন্দী উপন্যাসমে প্রেমচন্দ' হায়বা লাইরিক অমগী মাইক্রোফিল্ম অদো প্রোজেক্টরদা প্যামশিন্দুনা যেংহল্লকই। "হোয, অদুগা অদোমগী লাইরিক অদুসু মাইক্রোফিল্ম তৌদুনা থমজনি। মরমদি মতুসু ঐখোয়গী অসিদা অতাঙবা লাইরিক্নি।"

"স্পাসিভা।" 'ইলিশা অমগী মহাও' গী কোপি অমা লাইব্রেরী অসিদা ঐনা ভাইহাক্কী মমাংদা থুদোল তৌখি, মদুগী যানি সুপী অসিনা হায়রিবসি।

পোপুলার লাইব্রেরীগী সেক্সনদা ভারতকী লেখক রবীন্দ্রনাথ, প্রেমচান্দ, কিষানচন্দর, মানিক বন্দ্যোপাধ্যায় ··· · ময়ামসু য়াওরি।

লাইরিক ময়াম অসি উবদা কোক্তুম ভাওরে। ঐখোযনা মহাক-মখৈ উরক্লিবা লাইব্রেরীশিং অদুনা লাইরিকী সমুদ্রনি হায়না লৌবা তারবদি লেনিন লাইব্রেরী অসি মহাসমুদ্রনি।

মহাসমুদ্র অসি লোইদ্রি—ফংবদা যারবা লাইরিকশিংগী সেক্সন অমসু লৈরি। মফম অসিদা লাইরিক লাখ ৩ লৈ। ময়ামদা য়েংহন্নবা

লাইব্রিক ৬০০ থক্তি পুথোক্তুনা উস্তুনা থম্লি। ময়াম অদুগী মরক্তা য়াওরি—শোক ১৪৯১ দা পোল্যাণ্ডদা শ্লাভিক ময়েক্তা রুশলোনগী অহানবা নম্বা লাইব্রিক অদুগী কোপি। শোক ১৭০৩ গী জানুবারী ৩ দা রাশিয়াদা ইহান-হানবা ওইনা পাউজেল-চে ফোঙবা হৌই, মদুগী কোপিসু য়াওরি। বাইবলগী অরিবা কোপি মথল-মথা কয়াসু উৎপসিদা য়াওরি।

লেনিন লাইব্রেরীদগী থোরকপগা চৎলে রেড স্কোয়ারদা। ক্রেমলিন চেকপলগী হেক মাংমদনি স্কোয়ার অসিনা লৈরিবসি। 'অঙাংবা' হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থ অনি থোক্লা লৈ রাশিয়াম লোন্দা—অঙাংবা মচু অমসুং ফজবা। অদুনা রেড স্কোয়ারগী অর্থ অসি অঙাংবা স্কোয়ার অমসুং ফজরবা স্কোয়ার অর্থ অনিমক্তা লোবা য়াই, রেংবদসু অনিমকী অর্থ চেন্নি। স্কোয়ার অসি মতম অমদা সহর অসিগী ললোন ইতিকী মরোল ওইরম্মী, অদুনা মতম অদুদগী হৌনা অদুম ফজরক্লবনি। বিপ্লবকী মতমদা জারনা বিপ্লবী কয়াবু স্কোয়ার অসিদা পুথোক্তুনা মীয়াম মমাংদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। হৌজিক্কি মকম অসি মীয়ামগী শেংলবা তীর্থ অমা ওইরে। স্কোয়ার অসিগী মচী অমদা লৈরি লেনিন মোসোলিয়ম।

গাড়ীদগী কুমথবগা লৈরম্লবা শাংলবা মীয়ামগী পরেং অদো উবদা কিরে। করম্বা কালদা লোইগনি মীয়ামসিদি? মতোম্নগী মকোক অদো উবা ফংদে। তৌবগীদি মীয়ামগী পরেং অসি সুমিৎ খুদিংগীনি—সুমিৎ খুদিংগী পুং ১১ দগী ৪ ফাওবা। নোংসু খিৎলি খিৎলি তারি। তৌবগীদি ঐখোয়ত্তা মন্তে, মীয়াম অদুসু ছাতিম-রেনকোট য়াওদনবনা অয়াম্বনি। অদুবু নোং-মুংশিৎ অদো করিমতা থোশাদনা মীয়াম অদো তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লি। মাঙদা ভসাইদগী লৈরম্লিবশিং অদুদি ফজনা চোৎপা য়াওরে। মুপী-মুপা অঙাং অহন জাত পুম্নমকী মী য়াওরি—রুশ, ইংরাজ, আমেরিকান, জার্মান, জাপ্পান, আফ্রিকান ০০০। ঐখোয়গা হেক থংনদা ইংলিশ-টুরিষ্ট কাঙবু অমসু ইমরক্লি। মখোয়বু পুমক্লিবী লৈশাবী মচা অদো মাতাশা কৌই, ভাইহাক্তা তুমিন লৈতে, পাংঙাংতা। অমরবাবুগী ময়ামগা মামদবা ফিজেৎ অদু উবদা মড়োঙ্গা

মাপ্পা মুংঙাইবা কম্ম ওইনা থোক্লুরমায়ে, চঙশিল্লক্লুনা মহাক্কী ছাতিম মচা অহনা নোং খনবিররে। অদুবু মখোযগা কুইনা লোয়নবদি তৌত্রে। এক্টোয়া ঙসাইনা পুলিশশিং অদুদা হাযখ্রবনি—ঐখোয় অনি অসি ইচম চম্বা মী নত্তে, সরকারগী অতিথিনি। কুইহৌদে সরকারগী অতিথি অনি মমাংদা হাইগৎপা য়ারম্নি হাযবা পাউ লাক্রে। অদুনা মযাম অদো লংশেক্লম্লগা হাইগৎলে। অদুবু মোসোলিয়মদগী মিটর ৫০ মুক লাপ্লিঙৈদা অমুক পরেংদা চঙ্লে। মসিদগীদি মথাক্তু কান্দুনা চৎপা যাত্রে। ককচেং পরেংদোনা মরী মরী চৎনরম্বা মীযাম অদো থংলেপ লেপ্লখ্রে। য়েংখৎলুবদা মোসোলিয়মগী মথক্তা লৈরিবা চাউরবা ঘড়ী অদুদা পূং ১২ চপ চানা তারক্লে। সন্ত্রী শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌবগী মতম ওইননা ঙাইহাক লেপ্লবা ওইরক্লে। অমুক তপ্না তপ্না চৎংখনবা হৌরে। নোংম্থু খরদি তপথখ্রে।

চঙফম থোঙজিন অদুগী নাকন অনিদা নোংমৈ পাযশা সন্ত্রী অনি করিমত্তা লেঙ-লাকপা তৌদনা লেপ্লুনা লৈরি। তপ্না তপ্না মীয়াম অদো চঙশিল্লি, ঙাইহাক্তা লেপ্লুনা অদু অদা য়েংবা যাবগী মা লৈতে, মরমদি তুংদা লাক্লিবা মীযাম অদুগীম্থু বাখপ তৌদনা যাদে। মনুংদা চঙবগা ময়িল্লি মল্লি অদুনা বাথল অসি থুক্ লাউবা অমা ওপাকহল্লি। খরা চঙলগা থাউমৈ পানবা মকম অমদা মিংশেংগী উপু অমগী মনুংদা লোংনা য়াহীপ তান্দুনা লৈরক্লে লেনিনগী হকচাং করিমত্তা ফিভম কায়ত্রি, কুচু-কুমেন করিমত্তা হোংত্রি, তাঙলবা শরাই, খদাংগী মকোয লোইনা তগৎ তগৎ তেকপদোনা লৈরি। মীয়াম অদো খঙহৌদনা মরাম লুকথনখি।

লেনিনগী হকচাং অসিগী মনাক্তা মতম খরা লৈরম্মী ষ্টালিনগী হকচাংম্থু। অদুবু মহাক্না পাল্লিঙৈদা কাছেনবা থবক কযামুক ত্রৌথি হায়রুনা খ্রুশ্চেভকী মতমদা মহাক্কী হকচাং অদো মফম অসিদগী লেথোকখুনা কদায়দনো ফুমখ্রে।

মোসোলিয়মদগী থোরক্লে। মনীংলোমদা ক্রেমলিনগী চেকপল মনাক্তা পরেং শানা লৈরি থৌনা-ফবা লাম্মীশিংগী মূর্তি-ময়াম, ময়াম

অমুগী খ্বাই মকোক্তা স্টালিনগী মূর্তি।

ফিরোল ফজনা চোংলে। অমুনা হোটেলদা চংলগা চাক্লেন চাবা হেক লোইবগা ফিরোলশিং অসি ইস্ত্রি তরুনবা ফ্লোর ক্লার্কতা হায়নরুমে। এন্টোনসু মফি-মরোল হোংদোক্লখিগে হায়দুনা চংখে। অদুবু ইকুই-কুইদনা হায়নগী মফি-মরোল অদুদা মহাক অমুক হল্লক্লে। সৌভিকমক ইন্স্টিট্যুৎ ওফ্ ওরিয়েন্টল্ স্টডিজতা চংপা তাযে। ঐখোয়গী প্রোগ্রাম যৈখৎলে, খরসু ককথৎলে, মরমদি প্লেন পাগদবা মতম অদো পুং অনি চনখৎলে হায়বা পাউ লাক্লে।

ইন্স্টিট্যুৎ ওফ ওরিয়েন্টল ষ্টডিজদা ডাক্তর চেলিশেভকা ছাত্রী খরগা ঐখোয়বু ভাইদুনা লৈরম্লে। ডাক্তর চেলিশেভ অফাওবা ইন্দোলোজিষ্ট অমনি, নেহরু এরার্ড ফংলবনি। ভারতা কুইনা লৈরমদুনা লৈবাক অসিগী সাহিত্য, ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতি ফজনা শকখঙলেবা মীশক্নি। হিন্দী অমসুং ইংরাজী মমারোলদোনা হাঙই। ঐবু উবদা হায়রকই—'মণিপুরী লেখক অমগা বারী শাবসি ঙসিনা অহানবনি।' মণিপুরী লেখক অমগা বারী শাবতা নত্তে, মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা এহাক্না খরা খঙবসিসু কুইদ্রে, মদুসু ডাক্তর সুনীতিকুমার চ্যাটার্জিগী অইবা খরদগী খঙবনি।

রাইটর্স ইউনিয়নগী ওফিসতা চংনীংলম্বনি। মতম লৈতবনা মদু ওইখোক্লে। অদুবু ডাক্তর চেলিশেভকা উমরবসিনা রাইটর্স ইউনিয়নগা বারী শান্ননীংবদুগী খরমখৈদি প্যাঙখোক্লে। মরমদি ডাক্তর চেলিশেভ ইউনিয়ন অসিগী মরু ওইবা সদস্য অমনি।

ইন্সটিট্যুং ওফ ওরিয়েন্টল ষ্টডিজতগী খোয়রুগা প্রোগ্রাম অতৈ ককথৎখ্রবনিনা পোংচৈ লৈবগী মতম খরা ফংলে। ওয়াং রেডিওদা বা ডাঙবগী পৈশা খরা খুত্তা লৈরি। অতৈ করিমতা লৈরোইসি রুবল ৩০ পীবা রেকোর্ড প্লেয়ার অম-মমতং লৈখ্রসি হায়দুনা ঐখোয় অনিমক লেপ্পরে। অদুবু রেডিও-গ্রামোফোন যোনবা দুকান, ডিপার্টমেন্টল ষ্টোর কয়ামুক চত্তুনা থিবদা হায়রিবা পোৎশক অদো থিবা লুককং ফংদ্রে। —'ওয়াংতা লোইখ্রি, হয়েংদি ফংগনি' হায়বা পাউখুম খরা অনি ফংবগী

হেন্না কন্নিমত্তা কানত্রে। ঐখোয়গী নীংছমদে, দুকান অমগী দুকান অমদমুক কোয়চৎ চত্তুনা হংই।

লৃবীদা দুকান অমগী মমাংদা নুপী মহাম অম পয়েং শান্না লেংত্নুনা লৈরম্মী। "কন্নিনো অসিদি, রেশনগী দুকানদা তৌরিবসি?" ঐনা হংভি।

"নত্তে।" এক্টৌমা খুম্লকই, "খোঙউপকী দুকান্নি, অনৌবা ডিজাইনগী খোঙউপ লাক্লবা তারে, অদুমনি।"

নুপী হায়বসি মকম পূন্নমত্তা মায়বা জাৎ ওইরে। অনৌবা ফেসন অমত্তুং হায়বদা প্রেপ প্রেপ তান্নবসি লৈবাক অসিগী নুপীশিংনা তৌরি।

অরোইবা ওইনা দুকান অমত্তুংগা য়েংলুসি হায়না চৎলে। অদুবু লৈরমত্রে মফম অসিদগী। চৎলসি হায়দুনা খোরকপদা খোঙজিন্দা পাথং-মচা অমনা এক্টৌনদা কন্নি কন্নিনো হংলকই।

ঐনা হংভি "মঙগী মরূপনা?"

"নত্তে। ঐখোয়না খিন্নিবা পোৎ অদো মঙোন্দা লৈ, মহাক পীগে হায়রে। অদুবু দুকান্দা পীন্নিবা মমল অদুদগী থরা হেন্না পীবা ভাই অসিনি।"

ঐ খাই লাউই। মখোয়গী অসুক চেকশিনখ্রবা লৈবাক অসিদগী ব্লেক-মার্কেটিয়ার লৈবা জাৎ ওইরে!

"লৈ।" এক্টৌমা হায়রকই, "অদুবু, অসিগুম্বা মী অসিদি মপান্দা কুইনা লৈবা য়ারোই। পুলিশনা য়াম্না থুনা কাখ্রনি, অদুগা য়ামত্রবদা চহী মঙা জেলদা . ।"

ব্লেক-মার্কেট তৌরিবসি থবক শূনীংদমুনা তৌরিবনি। সরকারনা মী খুদিংমকপু থবক পীন্নিবা লৈবাক অসিদা থবক শূনীংদবা হায়বসি চাউরবা মরাল অমনি। অদুনা থবক শূনীংদবা মীগী মফম সমাজদা লৈত্তে, মহাকীদি জেলদা, য়ামত্রবদা চহী মঙা। লৈবাক অসিদা চাক্নি-ফিনিবসু লৈত্তে। মরমদি চাক্নি-ফিনিবা হায়বসি থবক শূনীংদমুনা তৌরিবনি। অদুনা অদুগুম্বা 'কত্তন'গী লৈকমসু লৈবাক অসিদদি